# পুল্লম্বগী মহাও

(লমকোয় ৱারী)

জে:কে: লুৱাং
কাংমোং



নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ
(নোহাখোল), য়ুরেম্বম

# PULLAMBAGEE MAHAO

(A Meeteilon Travelogue)

By: J.K. Luwang, Kangmong

*অফোঙবা :*

নোহাখোলগীদমক মাইস্নাম ওংবী শখি লৈমনা ফোঙজবা

*অহানবা ফোঙবা :*

ডিসেম্বর ১৩, ১




*কোপী ম*

লিশিং অ

*ফংফম থোকপা :*

অইবা, নোহাখোল

*মখুম য়েকপা :*

জয়চন্দ্র, শগোলবন্দ, তেরা

*মমল :* লুপা ৬০/-

***লাইরিক ফংফম ঃ***

বুক কেব, পাওনা বজার; সি:আই: বুক ষ্টোর, নম্বোল

***নম্ফম ঃ*** ইউনিক প্রিন্টরস, বি:টি:রোড, ইম্ফাল

***বাইন্দিং ঃ*** থৌজাল হৈবা প্রেস, তাকয়েন

# কচ্ছবা

"শু-নোম্বনা মশিঙ্খা ওইখ্রবী
ইমা-পাজিবু পোকপিরম্বী
খমনুং-শরা তানখ্রবী
ইবোক রাধে অমসুং ইবোক রাশমনিগী মকমদা!"

# নোহাখোলগী মায়কৈদগী

মীওঈবদী থবক্কা সাগোন্নে; পুন্সী চুপ্পা ভাবোকসু ওঈ । মসীদগী থম্মোঈদা করীগুম্বা খরা মমী তাঈ; পুক্লীংদা ঈহুল ফাওঈ । থম্মোঈদা তারীবা মমীসীনা পুক্লিংগী ঈহুল ওঈনা মপাল থোরক্লবা পান্থেসী মখল কয়ানী । কনা অমগীনা খুৎ-সাগী ঈঙ্গীৎনা ওঈ; কনাগীনা ৱাহৈ-ৱাতাবু চীন-হায়দা ৱারীনা ওঈ; কনাগুম্বগীনা অঙ্গবনা ওঈনৈ । মীওঈবা খুনাঈনা চাওখৎপা তাঈবংদা খোং থাংজীল্লকপদগী অঙ্গবা হায়বসী য়াম্লমক তঙাঈ ফদবা ওঈরকঈ। মসীমক্তা সাহীত্যনা অঙ্গবা ওঈনা তাইবংসীদা লৈরকঈ ।

ঈরমদমসীদসু, মমারোলগী সাহীত্যবু নুংসীজবা, মরমদমগী সাহীত্যবু অতৈ সাহীত্যগী মমাংদা লেন্নজগে নীংজবা, পুথোকচগে খঞ্জবা মীওঈসীংনা থৱায়-হকচাং য়াওনা হোৎনজরকপা ঙসি-ঙরাংগী ৱাফম ওঈদ্রে । সাঈস্সনা অসুম খুমাং চাওসীল্লীবা মখে মহৌসাগী ঈসীং-নুংসীৎনা মোৎপা নত্রগা সেংদবা হেঞ্জীল্লকঈ । অহাংবা লমহাং, লোঈজী-লোঈয়া, চীং-মান, মী হাংবা মফমদা অসেংবা নুংসীৎ ফংবগুম, মোং-হাদবা, লীরী-খোঈরীবা অচম্বা সাহীত্যগী মচাকসু অসীগুম্বা মফমসীংসীনা পীবীরী । অসিগুম্বা সাহীত্য মচাকসীং পুথোক্লীবা নোংচুপ হারম খোরজৈ লুপ (নোহাখোল), য়ুরেম্বমনা ঙসীসু ঈরমদমগী সাহীত্যদা "*পূল্লম্বগী মহাও*" হায়বা লমকোয় ৱারীগী লাঈরীকসী খুদোলজরী। লাঈরীকসী নোহাখোলনা পুথোকচবা কুনসুবা মসীংনী । হকথেংননা থেংনরকপা মপাল লমগী অসেংবা সক্তমগী মপাওদু লাঈরীকসীগী অঙ্গবা, জে:কে: লুৱাংনা ঈরমদমগী খ্বায় মীয়ামদা পাউদমজনীংবদগী নোহাখোলনা লম-চীংলগা, মীতৈ লোনগী সাহীত্যনা পান্থে ওঈরগা লাঈরীকসী পুথোকচরে । ঈরৈবাকচাসীংনা লাঈরীকসীবু মীতৈলোন সাহীত্যগী লৈচল অমনী হায়না খনবীবদুনা অঙ্গবনা হোৎনজবগী অমদী নোহাখোলনা পুথোকচবগী নুংঙাঈজবনী । খ্বাঈ পুম্নমক্তা লাঈরীকসী সীন্নজরী ।

ময়ামগী -

**খু: রাধেশ্যাম**

জে:সে: নোহাখোল

তাং ১১।১২।৯৮

য়ুরেম্বম

# নৌহৌননা ফাওহল্লিবা মহাও অমা

অমেরিকান জর্নেলিষ্ট জর্জ মোরিসনা মহাক্কী "ৱেহয়র হ্যুম্যন রাইটস অর রিয়্যল" হায়বদুদা মতম অমগী সোভিয়েট য়ুনিয়নগী মশক অমা পৃথিবীগী অপাবশিংদা নিংথীনা তাকখি । শক্লাইববা অইবা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহনসু ১৯৭৭ তা মহাক্কী "সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা" হায়বা লমকোয় ৱারীদা থোইদোকপা মহাও অমা মণিপুরী অপাবশিংদা পীখি । অসুম্না লমদমদুদা কোযক-লৈকুবা কয়ানা অনৌবা তাইবংপান অমগী মহাও পীখিবা সোভিয়েট সমাজগী মশক তাকপা অইবা লৈখ্রে । ভারতকী স্কোলর অমনদি হায়খি "অঙাং ওইরিঙৈ ইবেনবোক্লা লীবীবা ৱারীদা য়াওবা যাইফ-নুংঙাইনা থল্লবা স্বর্গগী লৈবাক হায়বদো ঙসিদি পৃথিবীদা লৈরমলে ।" মহাও অদুদা চূরুরবা থম্মোয়গী অশেংবা মপাউ অদুনি জয়কুমারগী মহাক্কী "*পূল্লম্বগী মহাও*" হায়বসিদা পীরীবসু । পারুবদা অদুঙৈগী মহাও অদুমক নৌহৌনা ফাওহল্লী ।

নহা অমগী খোঙচত্তগী ফাওরকখিবা ঈহুল ওইবনা য়ং কম্যুনিষ্ট লীগ কোমশোমোলগী মতাংদা খরদং শাংথ-লেংথবা য়াওরবসু পারুবদা লমকোয় ৱারী অমগী মহাওদু ফজনা পীরি । থোইদোক্লা য়ং পাইওনিয়র্স অঙাংশিংগা লোয়নদুনা লেনমীন্নখিবা আর্টেক কেম্প য়াওরুবনচিংবগী মতাংদদি ঐখোয়বু মখোয়গী হরাও তঁয়াম্বা, মিনুংশি, মরুপ মপাং ওইবগী কল্লবা ঈনোৎ, কায়নবগী শিন্তরকপা পিরাং, পূম্নমক অদুদা ওন্থোক্লা শেংনা শরুক য়াহল্লি । সোভিয়েট য়ুনিয়নগীদি ১৯১৭ ওক্তোবর সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসন্না অনৌবা লৈবাক অমা শেমগৎলম্বদু ঙাক নত্তে, খ্বাইদৈ মশক নাইরিবদি মালেমদা অনৌবা মীওই অমা শাগৎলম্বদুনি - পৃথিবীগী শান্তি অমসুং মীওইবগী অশেংবা মমল খঙবা, মিনুংশি, মরুপ-মপাং ওইমিন্নবগী চেৎলবা মালেমগী ৱাখল্লোন চেনবা । অদুগুম্বা লৈবাক্কুগী মশক, মীরোলদুগী মমল অমা লাইরিক অসিদা পীরি ।

তাংকক মঙাথোক্লা খায়দোক্লগা মতাং মতাং মিংথোল পীদুনা ইরিবা লাইরিক অসিদা অইবনা মহাক্কী খোঙচৎ অদুদা থেংনরকপা, খঙনীংনা হংলু-থিরুবা, মদুদা ফংলকপা জ্ঞান, ফাওরকপা ঈহূল, উরক-তারকপা, হায়রক-তল্লকপা অদুগী মহাওদু অপাবশিংদা পীনবা হোৎনৈ । খুমাঙ চৎখৎলবা সমাজবাদ সমাজ অমগী মশক, মফমদুগী মীয়াম্না লেল্লীবা পুন্সিগী মশক, ফংলিবা খুদোংচাবা - ধর্ম্ম, সমাজ, লৈবাক ঙাকলোন, মহৈ মশিং, লায়েংবা, পীক্লিবা

অঙাংদগীনা অহল ওইরবা, শিনফম কয়াদা লৈরিবা, নুপী নুপাগী মথক্তা লৈনরিবা, নুপীশিংনা ফংলিবা খুদোংচাবা, অসীনচিংবা কয়াগী মশক-মচুথোক্লবা মহাও অদু ফংহল্লী। মপানথোংগী শক্তমদ নত্তে নুংগী ওইবা ঈহূল অদুমক থম্মোয য়ৌনা হকচিল য়ৌশিল্লবা পাউদম অমা চঙখোন্না পীনবা হোৎনৈ । লমদমদুগী মতমদুগী মীয়ামদা চেল্লিবা অনৌবা মগুন, অন্তরজাতিক্কী থৌদাংদা মখোয়না য়ারিবা শরুক, মরুপ-মপাং ওইমিন্নবা লৈবাকশিংবু নুংশিজবগী মক্রুবা থম্মোয়, বিশ্ব-জগৎকী শান্তিগীদমক লৌরিবা থৌদাং পূম্নমক অসিদা মখোয়গী পীক্লিবা অঙাংদগী নুপা নুপী অহল খুদিংমক্তা হোৎনরিবা খিবিক অদুগী মমি নিংথীনা তাই ।

তশেংনমক অনৌবা কলচরেল রিভোলুসন অমনা পুরকখিবা অনৌবা মশক্কী অনৌবা মহাও অমা পীরি হায়নিংই । ১৯৮০-৮১ গী মতমদা মতম খর মতমদুগী মোস্কো অমদি অকোয়বা মফম খরদা লৈজরকপা চৎচরকপা থেংনরকখিবা মমল নাইদ্রবা পুন্সিগী মহাও অদু ঙসি জয়কুমারগী '*পূল্লম্বগী মহাও*' পারুবদা নৌহৌনা অমুক ফাওহল্লী । থাপ্লবা মীরম অদুদা হুরান চীঙ্থি, মীনম-শোরি, অমম-অথেং, চখোক-চৎশিন, খুদিংমক্তা অকি-তুজুং নুংনাংবা ফাওহনখিদবা অসিনি থোইদোকপা মশক হায়ববু । উরু-থেংনরুবা খুদিংদা মিনুংশি, মরুপ-মপাং, মরমদা লাক্লিবা অতিথিবু নুংশি তরাম্না তৌবীবা অদুদনি মমল নাইদ্রিবা মীয়ামদুগী মগুন । কাউঙমদ্রবা মীয়ামদুনা পীখিবা পুন্সিগী মহাও অদুনি লাইরিকসি পারুবদগী নৌহৌনা ফাওহল্লিবা থম্মোয়সিদা ।

অইবগী থোইদোকপা অমনা থেংনরকখিবা মরুপ, মরুপ নত্তে মচীন মনাও, পীক্লিবা অঙাং মচাদি মনাওদ মনাও, অহল নকখ্রবা ইমুং মনুংগী মরী অমা অসুম্না ফাওহনবা ঙম্বসীনি । খোঙচৎ অদুগী অরোইবদা মখোয়গা কায়নরকপদা শিন্থখিবা পিরাংগী মমল অপাবশিংদা নৌহৌনা অমুক শীন্থহন্দুনা মমল লেপ্পসীনি । থৌনাগা লোয়ননা মহাও অদুবু তক্সী শোলহনবসীনি ঙসি । ওন্থোক্লা কল্লকই সমাজ অদু মীরোল অদু, মহাও অদু । হেন্না ঈখৌ লাংহল্লী জয়কুমারগী '*পূল্লম্বগী মহাও*' না ।

মোংশাঙ্গে
১৯৯৮ ওক্তোবর ২২
নিঙোল চাক্কৌবা

*লাঙ্গোন হবোয়াহমা*

# অইবগী ৱারোল খরদং

চমলবা ঐগী ঈফমদগী মালেমগী অমত্তা ওইবা পূন্না হিংমিন্নবগী চাওরবা ৱাফম অমখক পুখৎচরকপা ঈতিক-ঈপা চাজদে খঙলুরবসু ইনিংবগী হৌরকখিবা নোঙ্গি ঈহৌবুদি থৈদোকপা ঙমজখিদে। শামান লেংমান্নবা মরুপ মপীজা অমা অনিতংসু ফংনবা হুমাং তারবা খোঙথাংদা থিজবনি তান্ন-তান্ননা। পাক্লবা সমুদ্রবুদি ঈরোইগে খল্লুবা ঙম্বা নত্তে পীক্লবা ঈপাক অমখক্তংখক্তদি লাম্ছোক্লবা ঈরোইফম থোকইনা। থৌগৎপীরকপা তোর্বানগী মরুপলোইশিংগী তাম্থাদা চেনগুম-চেনগানরবা মিহুন তৎখিদ্র মিপাই মিপাইনা লাম্ছোক্লবা হোৎনখিবা মাইদি পাক্লব্রা।

অদুবু লমকোয় ৱারীসিবু ইনবা মচাক্তি য়ামলবসু উৎথোকপগী শোল্ল-পাঙ্গলনা পাবীরিবা পুম্বদা করি খম্বীগবা? তশেংনা হায়রবদা মতম অমগী লৌমী-শিন্মী অমসুং শোখরবা মীয়ামগীদমক্তা লেপ্পম্বা সোভিয়েট লৈপাক্তুদা ইং ১৯৮৫গী ফেব্রুৱারিদগী আগষ্ট ফাওবা অমসুং ১৯৮৬ কী জুন জুল্লাইদা খোঙচৎ অনিরক তাসকেন্টতা নহারোলগী কেম্প অমসুং ব্লেকসিগী আর্টেক্তা অঙাংশিংগী কেম্পতা শরুক য়ারুবদগী হল্লক্লবা তুং কুইরক কুইরক্লগা নিংশীং নিংশীং ইথোক্তবা ঙমলকখিদে।

ঐগী খোঙচত্তুগী তুংদা পেরিস্ত্রোইকা গ্লাস্নোষ্ট লাকখি। অদুবু মদুনা পুরকখিবা অওম্বদু ইম্পরিয়েলিষ্টশিংগী লাংদা থুনবা মচাক্তমক ওইখি। পূল্লম্বগী কল্লবা শক্তি, রিপাব্লীক ১৪ তোঙান্না হেক তারুবা চৈরক্তা পূমনমক মাংখ্রে। চফু কাইরগা ক্বাক্লা হরাওই হায়বগুম ঙসিদি মালেমগী শক্তি লৈবা লৈপাকশিংগী শান্নফম ওইররে। অদুঙৈ বাঙ্গলাদেশকী লান্দা ভারতকিদমক পাম্বোম তিংবীরম্বগুম মালেমগী শোখরবা কনাগীদমক পাম্বোম তিংবীনবা লৈরক্তরে মমি শামখ্রে। অদুবু পূল্লম্বগী মগুন অমসুং নিতিতবু শিংথাজবা মীয়াম লাক্ষ লাক্ষনা ওক্তোবর রিভোলুসম্বু নিংশীংনরি। অওম্বা অসি অফবা নত্তে হায়না মালেমসিদা লৈরিবা মীয়াম পূম্বনা নিংদোল পোমনরিবনি। থেংখাং-'সিগী অশোয়বসে লেপ্পা লৈতবা মীয়ামগী ঈহৌশিংনা অনৌবা তরু তরুরবা অওম্বা অমা পুরক্লগনি । মসে ঐগী খোঙচত্তা থেংনরকখিবা পূম্বদগী চেৎনা থাজবা অমখক্তি ফাওই ।

মোস্কো কোনুং, সাইবেরিয়াগী বর্নোল শহর, য়ালতা হিথাংফমনচিংবা কোয়রুবগী পাউদম নিংথিনা মপুং ফাহন্বা ঙমখিদে। তোঙান তোঙান ইরমলবদি খরমখৈ পেঞ্জরমগদবনি। ইনিংবদি য়াম্না অসিনবু কোমশোমোলগী মরমদা হুন্দোক্লম্বা য়াদ্রবা ইতিহাসকী শক্লোন খরমখৈ হাপচল্লবনি। নাৎ কলচর জগোয় ইশৈদা করম্বা থব্বায়গী মিহুলশিং হাপলিবগে হায়বদু শুগাইনা ইজনিংবপূম্বা মতমসিগী খল্লুবনা থনম্বা তাখি। তশেংনা হায়রবদা কনাগুম্বগী মফমদদি পুমনমক কাম্বথাংনি। শেল-থুমগী চান্নজদ্রবা পোৎলুমদগী খরদং হুহ্হল্লুনবা চৎচরুবা লমদমশিংগী ফোতোগ্রাফ কয়া উৎচদবগীদমক খোয়রাং-খোয়শাওনবীরোই।

খোঙচত্তুগী ব্বারীশীংবুলসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবীরকপা ওঝা লাঙ্গোল ইবোয়াইমা, ওঝা শশীকুমার অমসুং নোহাখোলবু অহাম্বমক্তদা থাগৎচনিংই লোয়ননা তেংবাংবীরকপপূম্বা অমদি ইউনিক প্রিন্টস য়াওনা থাগৎতবা ঙমলোই।

অব্বাৎ অশোয় ফগৎনবা তাকপীরকপপূম্বা হরাওনা লৌজগনি। অহাম্বা খোঙদারকপনি খম্বীদুনা থৌগৎপীরক্কনি খঞ্জে।

---

অহানবা তাঙ্কক

# এক্সপরিয়েন্স খর

## লাইশঙশিং উরুবদগী

নুমিত্তু মে থাগী লোইরকপদনি। তুরিসনা চগুংননা সোভিয়েটকী মফম কয়াদা লাক্লবা মতমনি। ইউরোপ্তা কালেন হায়বসি খ্বাইদগী নুঙাইবনি হায়নবগুম তাসকেন্টতসুনি, তৌবতবু করিগুম্বদা য়াম্না শামনবসু য়াওই। ঐখোয়বু মুস্লিম ধর্ম্মগী লাইকোন্নুং (কমপ্লেক্স) শিংদা ফাওদুনা লাক্লগা মুস্লিম ধর্ম্মগী বোর্ডকী শঙ তমনা চঙহল্লমই। তশেংবদি মরুপ জগনাথনা মীৎমক্লা হেক উরগা থাজরগনি হায়রুবদে প্রোগ্রামশি শেমখিবনি।

লাইকোন্নুং অদুদা 'ইন্টুরিষ্ট বস' অচৌ অচৌবা খরসু খামই, ঐখোয় ভারত মচা অহুম্মক তোংলকপা ষ্টাপকার অদুসু পার্কিং অদুদা থারম্লে।

হেক চংলকপদা ভারতকী ফটেপুর শিক্রি, তাজমহল, নত্রগা জমা মসজিদনচিংবদা হেক চঙবগুম ব্রাখলশি ফাওরকই। মরমদি সারিবা অরিবা টব্বারশিংদু হেক উবদা মুস্লিম কাঙবুনা তৌগনবা নমুনানা অনম্বনি। শঙশিংদুদা হক্কুনা ইরিবা অয়াম্বা 'মকা' গী অদুগা অমত্তনি। আরাবিক ময়েক্তনি। টব্বারশিং ফাওনা চঙলকপদা মকামক্কী নুংশিৎ ফাওজিল্লকপগুমই। পাক-চাউরবা ধর্ম্মগী ওইবা হক-খোৎলবা স্কল্লচরশিং উরুরগা লৈবাকসিগী কন্সটিট্যুসন্না ইতিহাসকী মচাকশিংবু অসুম তেক্ত - কায়দনা থম্লোইরে হায়বদু খঙখি অদুগা লৈবাক অসিনা ধর্ম্ম অমবু হেক্তা চৎচবা য়াবগী নিংতম্বা অদুবু খমই গায়বসু। তৌবতবু ধর্ম্মসি লৈপাক্কী রাজনৈতিক হিরমশিংদগী তোঙাল্লি। লোয়ননা মীয়ামগী ব্রাখল্লোনগী থাক্তা বৈজ্ঞানিক ওইরুবা মেটরিয়েলিস মিৎয়েংদা চৎপনা, অপুনবা মেজোরিতি ওইরুবদগী ধর্ম্মগী লম্বীশিংদা খুম্ভাক- লাঙ্গিরুবগী ঋানি। বোর্ডকি মসজিদ অদুদা চঙখিবদা, চহি কয়াদগী লিংখৎপ্লবা-অরিবা কোরান, ধর্ম্মগী লাইরিক কয়াদগী হৌরগা ঙসিগী ২১শুবা শদাব্দী য়ৌরকপদা মুস্লিম কাঙবুনা পাঙথোকপা থবকশিং উৎপা অইবা অমসুং রেকোর্ড কয়াগী লাইব্রেরি অমা উরে।

লোয়ননা ঐখোযবু বোর্ডকী ইনচার্জ আফদুল্লাহিগী কা তমনা পুরক্লমই। মুস্লিম চৎনলোনগী হৌনবী তুংইন্না 'সলাম-মলেকুম', হায়রদুনা ঐখোয়বু ওক্লমই। ঐখোয়বু ঙাইহাক ফম্মিন্নবগা, মসজিদ অদুগী চাউরাকপা ইন্টরদক্সন অমা পীরগা, লাইব্রেরি তমনা পুবক্লমই। অদুগা মানা ব্রাবী কয়া লিরমই।

"যৃগ কযাদগী মফমসিদা লৈবকপা 'অলহা' বু থাজবা কাঙলুপ ঐখোয়না, বৈজ্ঞানিক ওইদবা চৎনলোন যাদে। ঐখোয়গী ধর্ম্মসিমক লৈপাকসিগী লৈঙাক্লোন অমাদ ষ্টেটতগী তোঙানবা ওইদুনসু লৈপাকসিদা হিংলিবা নাগরিক অমা ওইনা কান্নদবা কযা ধর্ম্মগী থবক-থর্নাশিংগী মনুংদা যাওবর্ম্বশিংদ হুন্দোকখি।

"খুদম ওইনা গ্রেট-ওক্তোবব সোসিয়েলিস রিভোলুসন্দা ধর্ম্ম নাৎ, মা-ঐগী হাযবা নাইদনা মাযপুননা যাওখিবা ইচিল-ইনাওশিংগী ঙসিফাওবা চাদা-নাউদা মবী শম্নবা লৈবি। মতম অদুদা হেন্না ফেনাটিক ওইবা, ইম্পবিয়েলিস অমদি জারিস কাঙবুগা শম্নবা মীবোল অদুগী মাযোক্তা ঐখোযনা থেংনখি। ঙসিদি মখোয়দগী লেমহৌখাক লৈহন্দ্রে।

"অনীশুবকপদা লৌউ-শীংউবা, শেমগৎ শাগৎপগী কো-ওপরেটিপ, কলেক্তিব ফার্ম লিংবদ মদুবু চাওখৎনবা হোৎনবদা অদুমক মায়পুননা য়াওরকখি।

"নির্ংশিংবা যাই অনীশুবা লাঞ্জাওদা নাজিগী লাম্মীবু থেংননবা, গ্রেট-পেট্রিওটিক ব্রাবদা মীযামগী মবক্তা মুস্লিমদা থাজবাশিংনা চপ চাবা মথৌগী থবক কয়া পাঙথোকখি। ঐখোযগী মযাই থংবা এসিযাগীতা নত্তনা লৈপাক অপূনবগী মুস্লিমশিংনা শেল থুম খাযগৎখি। ফি-বোল, চিঞ্জাক্লচিংবসু খাযগৎতুনা লান্দা শোক্লবিবশিংদা থাখি।

"তশেংবমক সোসিয়েলিজম শাগৎপদা অচৌবা দাযত্ব অমা লৌদুনা ঙসিগী শাক্তি লৈববা কোস্মিক লৈপাক অমা ওইনা চাওখৎলক্লিবা লৈপাকসিগীদমক মুস্লিমদা থাজবা পুম্নমক্লা লেপ্লক্লি।

"ঙসিগী মাঙদা তাবিবা বিশ্ব-শান্তিগী মতাংদদি ঐখোয়না লৌরিবা থৌদাংগীদমক চাউথোকচবিবনি মদুদি পৃথিবীগী শান্তিগী মীফমশিংদা লৌবিবা থৌদোকশিংনা প্রমান্নি। অদুগা মুস্লিম থাজবা খুদিংগীদি চেন্বা যারবোইদ্রবা থম্মোয়দা চৃম্রবা ব্রাফম কযামকম লৈ। 'ইস্লাম' হাযবা ব্রাহৈসিমক্কী আবাবিক লোনগী আর্থনা "শান্তি" হাযবনি। মবম অদুনা পুম্নমক্লা চপ চাবা থৌদাং লৌদুনা ঙসিগী ইম্পবিয়েলিস ইউ:এস: গী মাযোক্তা থেংনবিবনি। অদুঙৈ ১৪শুবা যৃগকী মমাংদা শান্তি ওইনা

হিংমিন্নবগী মতাংদা মুস্লিম নিয়ম অমখক লৈরমই। 'O mankind ! We created you from a single (pair) of a male and a famale, and made you into nations and tribes, that ye may know each other.....49/13' মসিমক্লসু ঐখোয়গী মখা তাথরক্লিবা জেনরেসন্দা লম্বিসিদা তুংইন্দুনা চৎলি ।

"মোস্কো মসজিদকী ইমামনা 'সরমোন' অমদা পল্লি-'অলহানা মাবু প্রকৃতিগী উবমদবশিং থিজিন্নবা থারকপনি অমসুং মসিবু মশামক্কী কান্নজনবা শীজিন্নৌ হায়বনি । মীওইবা জাতিনা পুন্নমকসিবু অফবগীদমক শীজিন্নরবদি ঐখোয়গী গ্রহশে হেন্না ফজবা অমসুং ৱাত্ত-পাদবা হায়বদু ওইগনি । অদুবু ওন্ন-তৈনরবদি Holy Prescription গী তুংইন্না অলহা মহাক্কী মায়োক্তা তৌবা তাদুনা পৃথিবীদা Holocoust ওইরক্কনি । মসিমক ঐখোয়গী "the law of life, the law of Allah and His creation' ওইবননি । Verse কয়াদা মশিং নাইদনা অলহানা হায়রমলবনি ২১/১০৭ তসু 'We sent thee not, but as a mercy for all creatures'.

"মসি পুন্নমকসি ঐখোয়না প্রোফেট মোহমদ অল-আমিন, মবুংঙো অলহানা থাবকপা মহাক্কী ৱারীদা মদিনাদা থোকখিবা অচৌবা লানফমদা লৌখিবা ফিভম্দুগা চপ মান্নবা খুদম যুগসিগী মীয়াম্না লৌনবা তাক্লমলবনি । অতোপ্পা আয়াট কয়াদসু 'apostle of God a beautiful pattern of conduct' হায়বা নিয়ম অমা ওইনা পীরমলবনি ।"

বিশ্বশান্তিগী মতাংদা মানা হায়রবা তুংদা মানা ঐখোয়গী ৱাহংগী পাউখুম ওইনা কবিগীদমক ধর্ম্মগী মনুংদা কাওবু কাওবু খায়রকপা অদুগা ইরান অমসুং ইরাক্তা ঙসি ফাওবা লানগী লেমহৌখাক লৈরিবসিসু পনখি ।

"পৃথিবীদা শুনি, শিআট, উফা, হালিফট অমদি বাকু হায়দুনা ৫ থোক্লা মুস্লিমসি মখল কয়া নাইনা লৈব্রে । তাসকেন্টনচিংবদা লৈরিবা ঐখোয়সু 'শুনি' গী কাওবুলক্তা চল্লুবদি য়াই । অদুবু মখোয় ইবান ইরাক্কী অমদি অতৈ য়েংথিনবা লৈপাকশিংদা তৌবগুম ধর্ম্মগী কাওলোন্দা হেনজিন্নবা অমবু তাথিবা তৌদে । অদুগা বোর্ডকী মট ওইনা ৱাহংদুগী পাউখুম পীরকপদা ধর্ম্মদা বৈজ্ঞানিক ওইদবশিংদুননি থোকহল্লিবা লোয়ননা ইম্পরিয়েলিসনা মখোয়গী খুৎলাই য়োনফম থিরকপদা খুৎচাবী লৈপাক ওইরুবা অসিনসু লৈপাক অনীদুগী লাল অদু শোক্লহল্লম্বগী মরম অমনি । 'অনজষ্ট-ৱাব' হায়বদুমক্কি মখোয়না জগৎপু অমসুং মশাবু তৃমজনবা শোক্লজবিবা ।"

লাইরিক লাখ অনী গুম্বা থাগী, চহিগী ওইনা ফোঙলিবা সেন্ট্রেল এসিয়া অমসুং কজাক্সটান মুস্লিম বোর্ড অমদি সোভিয়েট অপূনবগী চেফোঙশিং, মসজিদশিংগী ইমামশিং অমসুং রিপব্লিকান ইমামশিংগী চেয়ারমেন্নচিংবগী পাউজেল লোয়ননা 'শান্তি' গা মরী লৈনবা চেফোঙশিংনা কোপি লাক্ষ কয়াসু লাইব্রেরি অদুদা লৈ । লৈপাক কয়াদগী খুদোল তৌরকপা নিংশিং খুদম, অমদি মরৈপাক্না শাজবা খুদোলপোৎ কয়াসু সিস্তেমেটিক ওইনা থম্লি । চাউথোকচনিংঙাই ওইবা অমনা অফাওবা লাইরিক ৬ খক চহি কুমজা ৪ শুবা শদাব্দীদা ইথোক্লম্বা অদু লৈ । হৌজিক্না টুর্কমেনিয়াগী মের্ভেনচিংবা জগা অসুব্রাইদা মখোয়শিংনা ফাওরকখিবনি । শাখিয়া বুখারি, শাখিয়া মুস্লিম, শুনানি আচু দাউট, শুনানি তরমেজি, শুনান অননাশাই, শুনানি ইব মদজা অসিনি । মসী নত্তবা অনৌবা সেনচুরীগী লাইরিক 'কিতাবুল' শেরিজ কয়াসু লৈখ্রে । অরিবা লাইরিক লিশিং ৮ গুন্দা য়াওই ।

৪ল্লক্লগা মাগী কাদা অমুক ফমহন্দুনা 'সোভিয়েট চাই' পীথক্লমই । লোয়ননা 'মুস্লিম অমসুং লৈপাক' হায়বা ব্রাফমশিদা ঐখোয়গা মাগা তাথোক তাশীন তৌনরমই।

মখোয়গী পার্টিনা লম লমদুগী থম্মোয়, চৎনলোন অমসুং ঐতিহাসিক লম্বী খঙনা মদুদা পুক্লিং থিংজিন্দুনা পায়খৎকদবা থৌরাংশিং তৌরমই । মতাংশিদনি লেনিনগী পাউতাক পোলিশি তুংইল্লদুনা লৈবা থবকশিংগীদমক 'The General Laws of Transition to socialism and the specific local traits, the international and the national' সি মনুংদা তৌখি । ইং ১৯১৭ হনগৎনা য়েংলবদা মতমদুগী কাউন্সিল ওফ পিপলস কমিসার্সকী (সোভিয়েট সরকার) অপিল অমা ফোঙখি । 'রুসিয়া অমসুং নোংপোক্কী শূরি-নোমলিবা মুস্লিম পুন্নমক্তা, নখোয় পুন্নমককী থাজবা অমসুং কষ্টম-নাৎপু নজাতি অমসুং কলচরগী ইন্সটিটিউসন পুন্নমকপু নিংতম্লে অমসুং য়ৈখাই থিনগাইবা লৈত্রে' হায়না লাউথোক্লিবসিনি ।

"চিংন থুক্কৎ অমত্তা য়াওদনা নজাতিগী পুন্সিরোল, নিংতম্না শাগৎচরো। মসিদা নশাগী থৌদাং অমসুং হক অদু লৈরবনি । নঙোন্দা ফংলিবা হক রুসিয়াগী প্রজা খুদিংনা ফংবগা অমতনি অদুগী মথক্তা অদুগুম্বা হক অদু রিভোলুসনগী মপান নাইদ্রবা শক্তি অমসুং বোদিনা, সোভিয়েটকী শিন্নীশিং লান্মীশিং অমদি লৌমীশিংগী মীহুৎশিংনা ঙাক শেল্লবনি । কমিউনিষ্ট সরকার অদুগী চৎথরকখিবা প্রোগ্রামশিং অমসুং আইনশিংগী মখা পোন্না 'শারিয়ট আইন' 'কাজি অমসুং বেজ কোর্ট' মুস্লিম স্কুল অমসুং 'মদ্রাশা' কয়া মতম শাংনা ডিস্ট্রিকশিংদা চৎথদুনা লৈখি । মতমদুগী মীয়ামনসু আইদিওলোজিকেল

লৌশিংদা নৌরিবা ওইরম্বনা হেক হেকমক অরিবা চৎনবী কয়াদু মুখৎপা হায়বদুসু ওইথোক্লমদে । অদুবু ইতিহাসনা পুজরকখিবা কাজি অমসুং বেজ কোর্টশিংগী মহুত্তা হেন্না মীয়ামগী য়াইফ নুংঙাইদা চান্নবা সোভিয়েট কোর্টশিং চৎথবনা হেন্না পামনরকখিবা অদুনি । শারিয়ট আইনসু ধর্ম্মগী ওইবা মুস্লিম স্কুল অমসুং মদ্রাশাশিংসু অদুমক তপ্না অনৌবা বৈজ্ঞানিক আইনলোমদা শিন্নিংলকখি। পুন্নমকসি সোসিএলিস রিভোলুসনগী কলচরেল রিভোলুসনগী শরুক অমা ওইনা মতমনা পুজহন্দুনা অদুম ওল্লকখিবনি ।

"করিগুম্বা ঐখোয়না থাইনগী হায়বদি রিভোলুসন মমাঙগী ধর্ম্মগী হেনজিন্না মবা তানা লৈখ্রবা থাজবনা লানবা কয়াদু নিংশিংলুরবদি অঙকপনি । মতমদুগী নুপী পঙথ্রবা 'শন' গা পাংখক ওইহল্লম্বা 'য়াসমাখ' তৌদুনা মীওইবা সংসারশিদগী পুরা তোঙালহল্লম্বা, নুমীৎ মশক ফাওবা উবা ফংজদবা, সমাজদা মাগী খোঙফম অমখক্তং লেপ্পবা মফম লৈরমদবা মব্রা মপুরোইবগী মরোল থোক্তবা মীনাইগা চপ মান্ননা লৈরম্বনি, কৈন্যা মমল, নুপী লোম্বা, নমদুনা লুহোংবা, চহি শুদ্রিবী লুহোংবা অমদি য়ামচাক-নুপীগী মাইখুম হায়বা লিথ্রবা ইকাইনিংঙাই ওইবা চৎনবী নাৎশিংশে মুখৎখ্রে। ঙসিগী সমাজদদি ধর্ম্মগী থারবা ফৎত্রবা কুয়োম কয়াশিংদু লৈহন্দুনা বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদা অনৌবা লম্বী অমদা ধর্ম্মবুসু পুরবনি । কমিউনিষ্ট সমাজদা লৈগদবা মী অমগা মী অমগগী মরক্তা মরুপ, মচিন-মনাও অমদি কমরেড ওইনা চপ চানা খন্নবগী নক্সিন্নরবা মীওইবগী মরী অদুসু মুস্লিমবু থাজবশিংদসু লৈ । ❑

## মসজিদ অমসুং মিনারশিং তেক্ত কায়দনবা

আর্কিওলোজি, জিওলোজি অমদি কলা মখল কয়াগীসু হৌরকফম অমসুং উজবেক জাতিগী মাই থমফম হায়বদো মসজিদ, মিনার, মদ্রাশা কয়াশিনা ওইরি। ঙসিফাওবা ধর্ম্মগী লাইনিংফমখক্তা নত্তনা লৌশিংগী তুংনফম হায়বদো ওইদুনা পৃথিবীগী লমকোয়বশিংগী অঙকপা মফম হায়বদো পীরি । লোয়ননা সরকারগী হিরমশিংগা মরী লৈনবা ডিপার্টমেন্ট কয়াসু হাংদুনা চপ চাবা তেক-কাইদনা থমনবা অমসুং শেমজিন শাজিন্নবগী দায়ত্বশিং লৌরি ।

মিনার, মসজিদ, মোনুমেন্ট অমদি মদ্রাশা শঙশীং মশীং নাইদনা লৈখ্রে । ১১ শুবা শদাব্দি শরুক্তগী 'অনাদুল ফজল মৌশুলিয়ম,' মিনগী 'আবু শাইদ মৌশুলিয়ম,' বোবোচকী, 'কূলয়া উরখেজ,' ১২শুবা শদাব্দিগী মেরুগী, 'সুলটান শনজার মৌশুলিয়ম, 'ফাহিরি মৌশুলিয়ম', 'টয়ুরাবেক ক্ষুনুম', ১৩ শুবা শদাব্দিগী ' শাক্ষ টকাস' ১৮/১৯শুবা শদাব্দি 'কুলুগ টিমুর মিনার,' 'কারাবাল শরাই', 'নদজমিদ্দিন

কুবরা' অমদি 'সুলটান আলি মেমোরিয়েল শঙ', 'বিবি খানুম মদ্রাশা', 'উলুগবেক অমসুং শিরদব্বাব', শমবখানগী মদ্রাশাশিং, 'কালয়ান মসজিদ,' 'মরী- অরপ', বুখারাগী মদ্রাশাশিং, 'তাস খৌলি কোনুং', পাক্ষলেভান মহমদ হিবাগী 'মৌশুলিয়ম', লোয়ননা ২০শুবা শদাব্দিগী 'কালযান মিনার' 'শামানিদ মৌশুলিয়ম' অসিনচিংবনি মরু ওইবসি ।❑

## অতৈ লৈপাকশিংগী মুস্লিমশিংগা থাংনবা মরী

পৃথিবীগী লৈপাক কয়াগা মরী থাংনবগী সতাংদা আফদুল্লা মশামকসু ভারত্তা ইং ১৯৭৮ অমসুং ১৯৮০ দা লাক্লমই হায়না পনবদগী, মখোয়গী বোর্ডনা রেকোর্ড কয়া থম্বদগী খঙবদি চহি অমদা লৈপাক ১/২ দা মুস্লিম দেলিগেসন থায় হায়বসিনি।

আবফকী লৈপাকশিং আফ্রিকাগী লৈপাক, খুদম ওইনা ইজিপ মোজাম্বিক, ইথিওপিয়া, মোরোকো, লোযননা খা অমসুং নোংপোক এসিয়াগী লৈপাকশিংদসু দেলিগেসন কয়া থাখ্রে হায । ঐখোযনা পাকিস্টান ত মসুং ইবানগী মতাংদা লৈনবা মরী হংবদা ধর্ম্মদা তোংলগা লৈপাক্কী বাজনীতিবু চাইখাইবনি, ইস্লামিক লোগী বাংমদসু লৈপাকশিং অসিদা চৎথবি হাযখি । অদুগা ইরান ইবাক লানগী মতাংদদি 'ইস্লামিক সংসার' গী য়ানবশিংবু থুগাইদুনা চৎথরি হায়খি । লোযননা ইরানিয়ান অমসুং পাকিস্টান মুস্লিম কাঙলুপশিংগা মমাংঙৈদা লৈনবম্বা মরীপুগ্বা কক্লুনা ঙসিদি য়াম্না থাপ্লগ্রে হাযখি । সোভিযেট ইউনিযন্দসু মুস্লিম দেলিগেসন ‥যা কোযবকই ।❑

## মকাদা হজ্জ চহি খুদিংগী

মানা আপদুবাশিদ বাখবাম কৌবা ১৯৮৫ গী হজ্জ চাৎলুবা অমগী ৱাফোঙশিং পল্লদুনা সোভিযেটকী মুস্লিমশিংনা চহি খুদিংগী মুস্লিমগী শেংলবা মফম ওইবিবা 'মকা' দা চৎতুনা ৫শুবা ইস্লাম্মিক চৎনলোনগী 'হজ্জ' পাংথোকই। হোলি কোরান্দগী আযাটনা মখাগী অসুম্না লমজিংলদুনা Pilgrimage thereto is a duty men owe to God-those who can afford the journey. .. (3,97)' মথৌ অমা ওইনা তৌই ।

হজ্জ চৎপগী মবম পল্লবদা "মসিদি ঐখোয মুস্লিম পূন্বা লিংজেল মান্ননা পূক্সিন্নবা হোৎনবনি । ইং ১৯৮৫ গী হজ্জ অদুদা সাইবিযান আবফ বিপব্লিক্তা অমদি লুচিংবা অতৈ উন্নদুনা ৱাবী কযা শানবকখি । মকাদসু তোয়না ইস্লামিক লিগকী জেনবেল সেক্রেটবি ডাঃ আঁপদুল্লা নশিপ উনদুনা অন্টবজাতিগী থাক্তা মুস্লিম মবক্তা থোক্লিবা

ব্রাফম ফাওবা নৈনদুনা সমস্যাশিংশিবু লোইশিন্নবগী লম্বী খন্নখি । চহি খুদিং চৎপশিদা তোঙানবা প্রোগ্রেশিপ ওইবা ব্রাফম কয়া পৃথিবীগী ইস্লামিক লিগতা লানখৎলমই ।

"লোয়ননা লাই খোইরন্বা অমদি প্রোফেট মুহাম্মদ অরোইবগী মোংফমদা চৎপা ঝানাটুল বাগ কা সিমিত্রিদা চৎপা উহোউদ-নচিংবা হায়বদি মুস্লিমশিংনা লান শোক্লখিবা প্রোফেটকী মাম্মাগী হকচাং ফুমখিফমনচিংবদা চৎতুনা চপ চাবা হজ্জগী নিয়মশিং ইল্লি ।" ❑

# অতৈ মুস্লিমগী মরমদা খরা

পৃথিবীগী রেড ক্রোস সোসাইটিদা অচৌবা শেনফম পাংখিবদা থারকপা চেশিং ফক্লাংদা য়াল্লিবদুনা উৎলি । অনংবা লৈপাক্লিংদা তেংবাংশিংদু খুদোং হেন্না থীরবা মতমদা পী । খুদম ওইনা বাঙ্গলাদেশ অমসুং ইথিওপিয়াদা তেংবাং কয়া থাখিবগী মুস্লিম কাঙবুনা নুঙাইজবা লৈবদু উৎলি । ভারতকা লৈনবা মরীদি লৈহলচান্দ লাহোরিনা উর্দুদা 'মজপ-ই-ইশাক' (নুংশিবগী ধর্ম্ম) হায়না ইরমই । অদুগা রুশিয়াদা 'বকা-ব্রালিগী অটরগুলাপ' হায়না অন্না দেখ তায়ারনা হুন্দোক্লুনা ফোঙলিবা অদুগী পামনবা মওংদুনসু ভারতকী মুস্লিম চৎনলোনবু পান্না অদু তাক্কনি । ঐনা উবদা, অদুঙৈ মুস্লিম ব্রারীদা য়ুম্ফম ওইবা হিন্দি ফিল্মশিং লাকপদা অদুক্কী মতিক মী চিনখি ।

অলহা লাউবা, নমাজগী নিয়ম অমদি অতৈ কয়ামরুম তমনবা 'মুস্লিম ইদুকেসন সেন্টর' অদোমদা ঐখোয চৎলুই । মানা হায় চহি অমদা স্কুল অসিদগী ত্রেন তৌরবা ওজা ৫০ গী ময়াদা হেক হেক পুথোকই । স্কুল শঙ, হোষ্টেল অমদি লাইব্রেরি মতিক চানা থমই । মসি অনৌবা বৈজ্ঞানিক সিষ্টেমদা মোর্দনাইজ তৌরবনি।

ঐখোযনা উরকপা হায়রুরগদি ইমামশিংনা মসজিদ কয়াসু লুহোংবগী থৌরম ধর্ম্মগী নিয়ম কায়দনা চৎথৈ হায়বসিনি । নিংথিরবা চেরেৎ চেবেৎ লাউরবা মুরৈনরবা কার অমদগী উনগুম ঙৌরবা রেশমগী ফিজোলনা লৈতেংলবী অমগা চোল্লবা ওভরকোৎ মানবা ঙাংলৈনবা লৈবোং হকপা ফিজোল, কোক্তনা লমদুগী উজবেক তুপী উপ্পা মখোয় অনীনা মখুত্তা লৈ চবুল পাযবদুনা মসজিদ তমনা লাকপা উরকই ।

ঐখোযগী ইন-চার্জগা শলাম তৌনরম্লে, বোর্ড ওফিসকী যেৎ ওইরপ্পা চাউরবা কেম্পস অমা লৈরে । মযাযদা পিক্তকপা পাক্লবা নমাজ তৌফম মান্দপকুম শন্দোক্লিবা মতোন্দা খুনুবোনগুম্বা জমা মসজিদকী মওংগুম হক-খোৎলিবা শঙলেন অদু উবে । শংলৈনবা মচুনি কুইববা জাৎনি, ঙাংলৈনবা আবাবিক মযেক্লা অল্লহাগী পাউতাক কযা ইবি । ঐখোযদি গেটখক্তং লানশিল্লগা সিনবি অদু চাউবাক্লা যেংলগা থোক্লকখি ।

মুস্লিম অহল লমল ১০০ গী মথক্তা নমাজ তৌহৌই। অটলান্টিক লান্না লাকপা অমদি আফ্রিকা, ইউরোপকী টুরিষ্ট কয়ানা ভি:দি:ও: ফোতো নমহৌই। করি অমুক হায়গনি মী অমগী কেমেরানা অমুক অতোপ্পা অমগী কেমেরানা অমুক মশীং থিঙমদনা নমই। ইতোমতা খল্লকখি- ইম্পরিয়েলিসকী প্রোপেগান্দাদা থাজদ্রবা কাঙবুদা উৎনবা অদুগা মপুন্সি চুপ্পা রেকোর্ড থমনবা পোৎ হায়বদো অসি ওইরেকো।

## গীর্জা অমসুং শান্তিগী ঈহৌ

মুস্লিমদা থাজবা কাঙবুশিংতা নত্তনা অতৈ ধর্ম্মদা থাজবগুম্না খৃষ্টান চৎপা কাঙবুশিংসু লৈতবা নত্তে। ঐখোয়না মোস্কো য়ৌবা মতমদা 'রেড স্কোয়ার' মক্তদা চাউরবা অরিবা গীর্জা অমা ইচাও চাউনা অতিয়া পক্লবা দলানশিংগা অমতা ওইনা চাংদম্নরদুনা লেপ্তুনা লৈরমই। মথক ইথং থংবা শরুকশিংদু সনা মচুনা পুমলং লংই মদুগীসু মতোন্দা সনা মচুগী ক্রোস অমা য়ুংখৎম্রি। ক্রোস মখাদগী মীৎকী লেন্স অনীনা য়েংবদা পীকখিবগী ব্রানি মনাক নক্লা করিগুম্বা হাকথেংননা উরবদি ফনা চাউরমগনি। অসুম্না মোস্কোগী মফম কয়াদা, ক্রেমলিন পেলেস মনুংদা লৈবতা নত্তনা অতৈ সোভিয়েটকী মফম কয়াদা গীর্জা কয়া তেক্তা কাইদনা নিংথিনা শেম শাদুনা ঙসি ফাওবা লৈরি। তাসকেন্টতসু অদু মঙাই গীর্জাশিং অদুম্মক মরক মরক্তা লৈবা য়াওই।

রুসিয়ান ওরথোদোক্স চার্চকী মীফম ১৯১৭ কী নবেম্বর (অরিবা কেলেন্দর) ৪দা ফমদুনা অনৌবা চাওখৎ মওংদা মাঙদা তারবা থবকশিংতবু পায়খৎনবা ব্রারেপশিং লৌদুনা চঙশিল্লকখি। শোকোলনিক্কি হায়বসি মোস্কোদগী লাপ্তে। মফমশিদা রেজুরেক্সনগী গীর্জা অমা লৈ। ইকুই কুইদ্রিবা ইং ১৯৭৮ দা চাউরবা চহি ২০০ গী তুংদা পাঙথোকপা জুবিলি অমা মফমশিদা পাঙথোকখি। ইং ১৭২১ দগী লাকখিবা পেটরগী রিফোর্ম অদুনি অমুক হন্না চাওখৎলক্লিবা মশাগী লৈপাক্তগীতা নত্তনা পৃথিবীগী মফম কয়াগী মীহুৎশিং খুদম ওইনা ভেতিকান মীহুৎ অমদি এসিয়া অমসুং আফ্রিকাগী মরৈপাক্কী বিশোপ অমসুং পুরিৎশিংনা শরুক য়াখি। গীর্জাগী অচৌবা মকোক কয়াসু শরুক য়াখি। পেট্রিস পীমেন পনবা য়াই।

ওক্তোবর রিভোলুসন্না ওরথোদোক্স গীর্জা কাঙবুশিংবু মওং তানা শেমগৎলকপনি। রুশি জারগী মতমদা মওং তাদ্রবা মুৎলুবগী ফিভমদা লৈরমলবনি। ইং ১৯১৮ গী সোভিয়েট সরকারগী ধর্ম্ম অমসুং ষ্টেট লৈঙাক্কা তোঙানবগী ডিক্রি অদুননি চাউরবা অওনবা অমা পুরকখিবা। সমাজবু চাওখৎনবা, সামাজবাদপু য়াঙনা পুখৎনবা হোৎনবদা অমদি অনীশুবা লাঞ্জাওদা অমত্তা ওইবা লিংজেলদা হিটলরাইট থেংনখিবনা গীর্জাশিং অসিগী ইতিহাসনি।

ঙসিনা সোভিয়েট চংনপথপনা অওনবা পুরক্কুনা ইং ১৯৭৭ কী ওক্তোবর ৭ তগী নিংতমনা থাজবীবা অদুবু ঙাকচবা ঙম্বগী হক পীরকপদগী পাঙথোক্লিংবা ধর্ম্মগী থবকশিং হেন্না নিংতমনা চংথরক্লে। অমুক্কসু খ্বাইদগী নৌনা থেংনরিবা ধর্ম্ম চংচবা কাংলুপকী লরাই হায়বদু লান হায়বসিনি। পৃথিবীগী হেক লৈরিবা গীর্জা কাঙবুশিংনা লিংজেল অমখক ওইনা শেমইবা ইউ:এস: কী থবানমিচাক লাল্লোংশিংবু মুখৎনবা লরাই চঙলি। খুদম ওইনা পৃথিবীগী ধর্ম্মগী মীফম কয়া মপান লমদা হেক তৌবদা শরুক য়ারুবা অমসুং মরৈপাক্তা শীন্দুনা মাইপাক্লা খোঙজংদু চংলি। অদুগা অতোপ্পা কাঙলুপ কাঙলুপ কয়া য়াওবা শান্তিগী রেল্লিশিংদা কেথোলিক, ওরথোদোক্স, প্রোটেষ্টান খাক্তনা য়াওহল্লরি। করি অমুক হায়গনি গীর্জা হায়বসে ধর্ম্মদা থাজবশিংগী মরক্তগী অন্ধবিশ্বাসকী থারবা কুয়োম কয়াদু লৌথোক্লগা অনৌবা সমাজ ওন্নবা সংস্থান অমা ওইরে। মসি ঐগী পীক্লবা এক্সপরিয়েন্স অমনি। চংনলোনশিংগী তোঙান তোঙানবা মহাওশিং তম্বদা লোইররোইদ্রবা ঙাক্লি।❑

## জেল অমসুং পুলিস

মরুপ জগনাথকী তক্লবদগী ঐখোয় জেল য়েংঙুই। মপানগী শক্তম অমসুং অবাংবা দলান্দগী চাউরবা লৌ পরী ২০/৩০ গী কোর অমা জেল ওইনা লৈরিবা অদু উহল্লি। চপ চাবা সমাজ অমনি, মনুংদুদা চাউরবা লৌবুক, অতৈ ফার্ম, ফেক্তরিশিং লৈখ্রে। মনুংদুদা মহৈ মশিং তমফমনচিংবসু অদুমক লৈখ্রে। ফারকপা মীদুগী শাথিবা চাংগী মতুং ইন্না থমদে। মা মানা হৈজবা অমসুং পামজবা থবক নক্তগা লেমনা লৈথোক্তবা মওংদা জেল মনুংদা হিংই। তশেংনা হায়রবদা মাসু হিংলিবা মী অমা ওইবনা অদুমক মাগী মপুক তাঞ্জে। জেল মনুংগীগা মপানগী শেহ্লোক লম্বীগী থবক শুবগী মতমনচিংবা অমত্তা খেৎনবা লৈতে, জেল মনুংদা মরাল লৈরবা কাঙবুশিংগখক লৈমিন্নে হায়বখক্তনি, খেৎনরিবা হায়ববু। কমিউনিজম আইদিওলোজিগী লম্বীগা লোয়ননা করম্বনা অরানবনো মরাল লৈবা হায়বদো করি তৌরুরগা ওইরিবনো হায়বদুদা নিংথিনা ইদুকেসন পী। অসুম্না জ্ঞান তাহন্দুনা অরানবা লম্বীগী খ্বাখলদগী চপ চাবা সোভিয়েটকী চাওখ্বৎপা মী অমা ওইহল্লকই।

করিগুম্বদা ঐখোয়না য়ু ঙাওবদগী পুলিসনা ডাক্তরগী এম্বুলেন্স কৌদুনা পুখিবা উরকই। লোয়ননা কনাগুম্বনা ত্রাফিক নিয়ম থুগাইবগীদমক ড্রাইভরশিংগী লাইসেন্স অমদি মশাগী লমচৎ ইশিনবা চেশিংদা পুলিসনা বার্নিং ইবা য়াওখি। ইন্টরপ্রেটরদা, য়ু ঙাওবদগী পুখ্রিবা কনাগুম্বসু জেলদা থম্লা হংবদা মানা হায় "ও মখোয়বু করিগী জেলদা

থমলুগদগে, মখোয়বু ডাক্তর খানাফাওবা পুরগা চপ চাবা লায়েং পীরবা তুংদা, মাগী মশাগী শক্তাক চেদা ব্রার্নিং অমদি মানা থবক তৌরিবা মফমগী ওফিসারদা রেকোর্ড থাগনি । মাবু ফাবদা, লায়েংবদা চঙবা খরশা অমদি ফাইন খরা মাগী থাগী তলপুগী ককহৌগনি । চহিদা অসিগুম্বা রিপোর্টশিং তোযরক্লবা মানা য়াওরিবা পার্টিগী ইউনিটনা এক্সপ্লেনেসন কোল তৌদুনা খন্নগনি। অমসুং মীশিংবু ফত্তবা লমচৎ চৎলম্বা য়াওবদগী চুমথোকই । মসিনি পুলিসকী থবক ।” মানা অমগা মমৈদা কোৎশল্লকই ।- “বোল পেন রিফিল অমগী মমল কোপেক ৪ থাবিবদু কনাগুম্বা সরকারগী দুকান্দার অমনা কোপেক অমা হেন্না য়োল্লম্লবদি মাবু ফারগা জেলদা থমদুনা দন্দি পীবা ঙমই । লোয়ননা লৈশাবী অমদা কনাগুম্বা অমনা ফজদবা ব্রাহৈনা লক্লরম্লবদি মাবু জেলদা থম্বসু ঙমই ।”

অসিগুম্বা পুলিসকী মথৌ, মী ব্রারক্লবগী শক্তী অসি ঐখোয়গী ভারতকীসু লৈতবদি নত্তে । তৌবতবু থবক ওইনা তৌরকপদা খেৎনবগী ব্রাতনি । ভারতকীনা ইরিবা, সংবিধান্না পীরিবসি ওম্ভোক্লা য়ামই, চৎনদবা থবক ওইনা তৌদবনা পার্সেন্টেজ য়ামই । মখোয়গী চৎনপথাপ্তা (সংবিধান) অমদি অতৈ আইনশিংদা ইখ্রবদি থবক ওইনা হেক্তা চৎনৈ । থেংনরকপা খরদুনা ইশানা হকথেংনরকই । অদুগা হায়রিবা খুদিংসে লোৎশিন্দুনা থমদে হায়বদু উরগা মতমশিখক্তদা খঙলে। তশেংনমক জগনাথনা তক্সিল্লুবদু য়াম্না কান্নৈ । ইম্পরিয়েলিস পৃথিবীগী নত্তবা প্রচার কয়া অদুগী মমি ঐখোয়দা শঙজিন চূশিন্দুনা লৈরিবসে কোক্তনা অদুমক লৈরমগনি।

---

## লৈশিংবু লুনা তৌজবা অমদি শেম্বীবা

মোস্কো এয়ারপোর্টতগী হেক চৎখিদুনা চাউরবা কোমশোমোলগী শঙশিংগী মরক্তা ঐখোয়বু ওক্লম্লিবা রিসিপ রুমদুমক হেক উবদা নিংথিরবা হায়নিংঙাই লৈতনা হক খোৎলবা লিক্লিগী লৈগী গ্লাস অমদা ঙৌরোক ঙৌবা লৈ চবুল অমখক, অশংবা লৈনানা চওমশাবমখৈ থেৎতুনা লৈরম্বদু উখি । ঐনা খনখি লৈ অসি ফজবা লৈ নত্তে, মনমসু নমদে, করিগীনো উনা ফাওবা উন কুইনা থীনা তারকপদগী কেন্নম্রবা মতম ওইবনা তাঙহল্লবা মতমসিদা লৈশিবু অদুক পামজনা তেবলশিদা দেকোরেসন ওইনা থম্লিবা ? নিনি চনবগী নুমিদাংব্রাইরমদা দুকান অমদা দরকার লৈবা পোৎ খরা লৈবা চৎপদা লৈ চবুন ২০ মুকখক য়োলহৌই । মদু লৈগদৌরিবশিংদি কিউদা পরেং শাংনা লেংহৌই ।

নিংথম থা লোয়শিল্লকবা, তাসকেন্টকী গোরকি স্কোয়ারগী বস, ত্রোলি অমদি মেত্রো ষ্টেসন্দা লৈবা দুকানশিং চিনবা হৌরক্লবা তাঞ্জানি। মফমদুদা লৈবা লৈগী দুকান অমা 'গুলাপ' হায়না মিংথোল্লি। উজবেক মরোল্দুগী আর্থসু ঐখোয়না মণিপুরদা খংনরিবগা মান্নে। নোংমা মী ৪০/৫০ গী কিউ অমা লেংদুনা লৈরমই। ঐনা চঙশিল্লগা 'করিগীনো নহালমখৈদি অসুক য়াম্না চিনদবনি' হায়না খনখি। নিংথম থাশিংদা অঙৌবা লৈশিংদগী হেন্না ফংলমদবদু ঈংলবা উনগী থাশিংদু লোইগ্রবা ওইবদগী নুমিৎতুগী অহানবা ওইনা মৈশা খরা ফংলকপা মতমগী লৈ-অঙাংবা মচুদা খরা য়াকশিনবা অমসুং হঙ্গাম মপাল চঙবা খরা খরা খেৎনবা মচুশিংগী লৈনা অহুম অহুমদগী হেন্না লেংদবা, মউ অমদা লৈ অমদগী হেন্না শাত্তবা, লৈ খরা য়ৌরকপা তাবদগী ময়ামদু পরেং লেংনবা ওইরম্লে।

তশেংনা হায়রবদা লৈশিংবু অসুক্কী মতিক চেৎনা নিংথিনা থম্মে, বজারদা চৎলুবা হল্লকপদা নিপা, নুপী, নহা, অঙাং খাক্তনা তেক্তা কাইদনবা হোৎনবগা লোয়ননা লৈ চবুল অমা লৈরগা ময়ুমদা মোমোন তৌনা হন্নখি। প্লাষ্টিক্লা নিংথিনা লৈনা অমত্তংবু কদাইদা শোয়খিগদগে হায়বগী মতাগুম বসনচিংবা তোংলবসু মদুবু চেকশিন্না পুগনি, পুমনমক্লসু মদুবু শোকখিনি মতাগুম হন্দোক্লদুনা তৌনবা ঙাক্লি।

কনাগুম্বা অমগী থৌদোক ৱাথোক্তা খুদোল তৌনবা, অফাওবা পুরোহিত লুচিংলেন কয়াগী মুর্তিদা কৎলুনবা লৈবু অসুক্কী মতিক তাঙনসু লৈনৈ। মতম নত্তবদা লৈহাও অমদি দরকার লৈবা, হৌবদা অমসুং শাৎপদা চঙবা মচাকশিং পীবিরগা, হেন্না ফজনবা মওংদা লৈশিংবু পুথোক্লবা লাক্লে। মরম কয়া হায়বদি অসুক্কী মতিক শেল চঙনা খুৎশুমন চংনা হোৎনদুনা লৈ অমগী গুণ ভেলু অমদি মমল তাঙই। চুমই ভারত্তসু লৈ হায়বসি অসুক্কী মতিক য়াম্না শীজিন্নে, ফজবসু ঐখোয়গী লৈশিংনা চাংচত্তা হেল্লি হায়বা য়াই, খেৎনবা হায়ববু পোৎ অদুগী গুণ, হায়বদি মদুবু পুথোক্লকপদা চঙখিবা খুৎশুমন অদুমক্কী ৱানি। লৈ অমদা হোঙনা ফংলবসু ঐখোয়গী ভারত্তা লৈ জাৎ খুদিংমক প্রকৃতিগী মরোমদোমঙাক হৌজরকপদি নত্তে। লৈ য়াম্না পুথোকপা হায়বসি শেল অমদি খুৎশুমন চঙলবতদা ঙমই। মরম অদুনা ভারতকী লৈ পুথোকপা কাঙলুপনা লৈদগী ফংলিবা মমল অদুনা হস্থবদগী, পুথোকপা কঙলুপনা শেল থুমগী অৱাৎপা মায়োক য়ারিবনি। অদুতসু নত্তনা পুথোক্লিবা কাঙবুবু অমুক্কসু হস্থনা য়েংলি। সোভিয়েটকীগা য়েংনরুরবদি মসে পুরা ওন্না তৈনরে হায়বদু খঙলবনি।

ভারতকী ঐখোয়গী অসিগুম্বা হৈনবিসিনা নোংমা ঐখোয় চোপ্পা নংঙ্গবনি। অদ্ধ্রদগী ঐগী লোয়নবা মরুপ জগনাথকা নোংমা অসুম চংথোক্লুই, মতমদু অচৌ অচৌবা অটরগুলাপ কয়া শাৎনরবা মতমনি । মথোল ৪ ৱাংবা মী লৈফম ময়ায় ওইরপ্পা য়ুম অমগী নাকলদা অটরগুলাপ ৩/৪ শাৎলিবদু উরদনা জগনাথনা পরপ পরপ চৎখ্রগা লৈ অদু হেকউরে। খঙহৌদনা অহুমশুবা মথোলগী গেলেরি অমদগী নুপী অমা থোরক্লগা করিনো খরা হায়রগা ঐঙোন্দা খুক্কুম উৎলকখি । নুপীনা জগনাথতদি করিসু হায়খিদে, তৌববুদি থুনমক মা চঙখ্রে । ঐনা জগনাথতা হায়খি ঐনা ভারত মচাগী মরুপ উজবেক মাল্লুবগা ঐঙোন্দা শাউরমলিবনি । অসুম্না ঐখোয় ভারত মচাদি মী অমগী খুৎশুমন অমসুং পোৎকী গুণবু শিংথানবিদবনা চোপখ্রিবনি।

---

## সিনেমাদা খেৎনবা

ঐখোয় অহুমগী মনুংদা ঐনা সিনেমাদগী এক্সপরিয়েন্স লৌনবা হোৎনবা মীশক অমা ওইরম্বনা খরা তোয়না হোলশিংদা অমদি টি:ভি: দা সিনেমা য়েংই । মরুপ শালক্কিদি ভারতকী অমসুং ইম্পরিয়েলিসকী শেন্দাল লম্বীগী ওইবা সিনেমাগুম খল্লুবনা সিনেমা য়েংবদা অদুক্কী মতিক তুক্কচে । অদুবু মমৈদা টি:ভি: দা লাকপশিং খরা উরুবদগী মাসু খেৎনবদু খঙখ্রবনি । রুসিয়ান মরুপ শর্গীনা নোংমা টি:ভি: রুমদা সিনেমাগী মরমদা ৱারী শারকখি । সিনেমা হায়বসি মীওইবা সমাজবু অফবা হিরমশিংদা পুরক্লবা মহৈ তম্বীবগী অচৌবা খুৎলাই অমা নত্ত্রা ? অদুবু ভারতকী সিনেমাশিংদা মী অমবু ঙাইহাক নুঙাইহনবা নত্তনা মীদুগী ফত্তবা ৱাখলদু চুমথোক্লবা অশেংবা অমা ওইনা উৎপশিবু য়াওব্রা? চুমই সোভিয়েটকী সিনেমাদি ঙাইহাক্কী মীৎকী অমসুং পুক্নীংগী নুংঙাইহনবা, মপানথোংদা কেমেরা অমসুং প্রিন্টিংগী চলাক অদু য়াওদে। মীদুবু পেলহন্নবা চলাক য়াওদে। সিমদি চাউথোক্লা হায়বা তারবদি 'সোভিয়েট সিনেমাদি অশেংবা পুন্সিগী মশক অদু উৎলগা মদুবু করম্না ওন্থোক্লবা অমসুং তমজনফম ওইহন্নবা পুথোকপনি।'

শর্গীনা হায়খিবশিংসি কদাইফাওবা চুমহ হায়বদু য়েংলকপা ফিল্ম খরদগী খঙবা ঙম্না য়েংশি। 'ইনভিন্সিবল' ফিল্ম অসি রিভোলুসন মতুংদা রেড আর্মী অমনা লৌখিবা অচৌবা থবকশিং অদু উৎপা ৱারীনি । আর্মীগী কমান্ডেন্ট অমা ওইরিবা শাশা, মাগী অচৌবা দায়ত্ব অমা পুদুনা মতোমতা উজবেক্কী চীংগী লমদম অমদা লৈবা মুস্লিম কাউন্টর কাংবুনা হেক হেক এতেক তৌবিবা খুলশিংদা মাবু থারকই । খুল কয়া অসিদা

য়ামনা চংনবা মার্সিয়েল আর্ট অমা লৈ । মসিংদি 'সমভো' কৌই । জুদো অমসুং মুক্কাগুমই। শাশ্লাসু সিগুম্বা আর্ট অসিদা খরম্মখে ত্রেন তৌরম্বা মীশক অমনি । মশক লোজ্জুনা ইহান হান্বমক্তদা মহাক সমভো তমলকখি। বানা হৈরক্লবা মতমদা কাউন্টরশিংনা মাবু এটেক তৌবা হৌরকখি, তমনা তমনা মীয়ামদুবু ৱারী শান্নৌবা ওরগেনাইজেসন তৌহৌবা কয়াদুনা কাউন্টরশিংবু কিরবসু মাবু শৌগংখি । মাইসু পাকখি। অসুম্না এডভাঞ্চারিজম খরা য়াওজরবসু মদু রিয়েলিটি ওইবনা পুক্লিংদা করম্বা কোজগীদমক্তা মতোমতনা মথায় পাম্মুদনা নোম্মুরিবনো হায়দুনা তুজুংবা অমা পীদুনা মীপুমগী অওনবা অদু সিনেমা অসিদা উৎনবা হোৎনৈ ।

সিনেমা কয়া য়েংলকই, অয়াম্বদা শেমজিন শাজিনবা হেন্না নুংশি-নুংওন অমদি মীওইবগী হকচাং কয়াৎপু শান্নপোৎকুম উহনবা অশোমদগী য়ামনমক থাপ্পা লৈ।

অনিশুবা পৃথিবী লাঞ্জাওদা ফেসিস জরমন্নু লোইশিনবগী অচৌবা মায় পাকখিবগী ৪০শুবা কুমওনগা ইরোইননা টি:ভি: প্রোগ্রাম অয়াম্বা অচৌবা মরৈপাক নিংতম্বগী লালদা যুম্ফম ওইবা ফিল্ম, ঐনা লৈরিঙৈদা উৎলকই । সোভিয়েট নাগরিক মিলিয়ন অনীগী মপুন্সী কখোকখ্রিবা অমুগুম্বা লান অদুদা লৈপাক অদুগী মীয়ামনা পাঙথোকখিবা থবক অদুগী অশেংবা ইতিহাস অদু উৎতুনা নৌনা হৌরক্লিবা মীরোলদা লৈপাকনীংবগী অরেপ্পা পুকচেল শীনবা হোৎনৈ । ফেসিসপু মপুংদা মায়থিবা পীখিবসি East Berlin Front তা তম্মিল্লকখিবা সোভিয়েট মতোমতগী ওইবা লানমীশিংননি । West Berlin দদি ইউ:এস:এ:, বৃটেন, ফ্রান্সনচিংবা ওইখিবনি। লান লোয়রক্লগা ইউ:এস:এ: না দরকাব ইরে লৈতবদা জপানদা এতোম বোম থাদখিববু হেন্না লুম্না লৌনবা হোৎনখিবা ইতিহাসকার কয়াগী পুক্লিং হোংদোক্লবা অশেংবা দোকুমেন্টবিশিংগা লোয়ননা উৎপনি ।

ঙসিগী পৃথিবীগী ওল্লক্লিবা নোংচুপকী লৈপাকশিংদা মপুং ফানা শিথবক্লবা আর্ট ওইরবা সিনেমা, ভি:দি:ও: অমদি সেক্সতা যুম্ফম ওইবকপা মীওইববু শান্নপোৎকুম ওলহল্লিবা খাইদগী মীয়ামনা পামনদ্রবা তুক্কচনরবা পোৎশক অমা ওইরক্লবা তাঞ্জা অসিদা সোভিয়েটকী সিনেমাদি সমাজ চাওখৎ শেমগৎপদা অচৌবা বিজ্ঞানগী খুদোল অমা ওইনা অদুমক হেন্না চাওখৎপা মওংদা শিজিন্নবী । অদুগা মপাল লমগী ফিল্ম খুদিংবু থাম্মা উহন্দুনা থমখিবমকসু নত্তে । খনগৎলবা অফবা ফিলম কয়া লৈপাক অতৈদগী লৌই । ঐমকসু মপাল লমগী অনিখক য়েংলকই । দব তৌরবঙাক্লি । খুদম ওইনা ইউ:এস: ফিল্ম 'স্পার্টাক' মীনাই লালহৌগী অহানবা অরিবা ৱারীনি।

রোমান এম্পায়ারনা মপাঙ্গল চাউরিঙৈদা মীবু শাগুম ওৎলকপা শূরি-নোমলিবা মীনাই ময়ামদগী তোমখিল ওইরকপা মশা মউ ফরকপা স্পারটেকসকী লুচিং মখাদা মীনাই ময়ামনা ওরগেনাইজ ওইবা রোমান এম্পায়ারবু শীংনখিবা অদু উৎলি । হেন্না থৌনা ফবা উহনবা মখলদুগী নত্তবা মীয়ামগী অশেংবা ওৎপিরবশিংগী কোজদু ফিল্মদুবু য়েংলিবা মীয়ামদা পীবা ওইবদগী সোভিয়েট প্রজানসু ফিল্মসিবু য়াম্না ইকাই খুম্নে । অতোপ্পা লৈপাক্কুম মখোয়গী লম্বী লমখাংদা ফিল্মগী অচৌ অচৌবা পোষ্টর থেৎতুনা এডভরটাইজ তৌদে । মীয়াম তিনফমশিংদা অমদি খবর কাগজশিংদা ফিলমগী মিং, মফম মতমদং খঙনবা উৎলি । হেন্না মরু ওইবা লৈপাক্কী পাংথোক্কদবা থৌদাংশিং মীয়াম মশানা পাংথোক্কবা চাউনা পোষ্টরদা উৎপগী অমদি অনৌবা পৃথিবীগী লৈপাক্কী পাউ কয়াবু হাপ্পগী মহুত্তা ফিল্মগী পাউনা হেন্না পোষ্টর অমদি খবরগী স্পেস লৌনবা তৌদে ।

সিনেমা য়েংগদবা পুম্বা কিউদা জ্ঞান তানা টিকেট লৌনে । করিগুম্বদসু কলাবজার লৈতে । ফিল্মবু হেন্না ব্রাকোই শূদুনা শাংহনবা তৌদে লোয়ননা ফিল্মগী তংখাইদা ইন্টরমিসন থমনবসু তৌদে । সোভিয়েটকী ফিল্ম তাইবঙদি শেন্দান লম্বীগী নত্তে, ফিল্ম অমা পুথোকপদা চঙখিবা মীশিংগী খুৎশুমন অদুগী তঙাইফদবা অমদি পোৎচাকশিংগী মমল অদুমক টিকেট মমল ওইনা লৌবগী ব্রাতনি । মখোয়সিনা মী হেন্না চিংশিন্নবা য়েংনিংহন্নবা অদুগী মোটিপতা পুথোক্লকপা নত্তে । য়াঙনা চঙশিল্লিবা শূরি-নোমলিবা মীয়ামগী নুঙাই য়াইফবা পুরক্কুনা মী অমগী মশাগী দরকার লৈবা অদুখক্তংবু মীওইবগী অপাম্বা ওইরকপা সমাজ অদোমদা য়ৌশিনহন্নবখক্তনি ।

---

## কিউ পরেংশিংগী জ্ঞান

ঐখোয় শ্বাইদা ভারত্তা হিরম অমদা অহান-অকোনগী চৎনবী, পরেং লেপ্পুনা জ্ঞান তাননা থবক অমা পাঙথোকমিন্নবা হায়বসি যাম্না ব্রাৎলি । দিল্লিগুম্বা ভারতকী মফম খর খরদা মসি তৌনরবসু, অয়াম্বা মফমদা তৌনদবা চৎনদবসু য়াওরি । অদুবু সোভিয়েটকিদি হিরম অসিদা অসুক্কী মতিক থাক ব্রাংখিবনা ঐখোয়না তমজবদা শাথিনা শোখহৌরগনি ।

খ্বাইদগী চাউবা কিউদি খ্বাইগী লুচিংলেন ওইরিবা ভি:আই: লেনিনগী হকচাং লৈরিবা মোশোলিয়ম তমনা লেংলিবা ক্রেমলিনগী অকোয়বদা হপ্তা অমগী মনুংদা অহুমলকখক্তং মতম পীবা লেনিন, মহাক্কী হকচাংদা ইকাই খুম্নবা উৎলিবা অদুনি । মহাক্কী লৈপাক্কী মীয়াম অমসুং পৃথিবীগী মীয়ামনা লেংলিবা কিউ অদু কিলেমিটর ৩

গুম্বা অমুক্তদা ওইবা য়াই । অদুবু লেপ্তুনা অয়ুক নুংথিলগী মতম মখে অদুম চংথদুনা লৈবনা অসুক্কী মতিক শাংই । মহান নেতা মহাক্কী মফমদা ইকাই খুমনবা উৎনবা মীয়াম অদুনা অসুক্কী মতিক অমগা অমগা জ্ঞান তাননা থবক অদু চংথে ।

ঐহাক্না অয়াম্বা মতমদা হোষ্টেলদগী মপান থোকপদা মফম কয়াদা খুদম ওইনা দুকান অচৌবশিংদা, দুকান মচা টিকেট অমদি আইস ক্রিমনচিংবা য়োনফমগুম্বদা, সিনেমা হোলদা, বস, ট্রাম, ট্রোলি, মেট্রো, ট্রেন তোংফমশিংদা কিউ হেক হেক উই, ঐখোয়সু হেক হেক য়াওই । কিউনা থোকহনবা অমখক লৈ, মী অয়াম্বা ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্লিঙৈদা লাইরিক অমা হাংদোক্লুনা পাবা, খবরনচিংবা পাবা নত্ত্রগা কনাগুম্বনা খুৎকী মসল কন্নবা শান্ননবা খুৎলাই মচা অমা পায়রগা প্রাক্তিস তোয়না তৌবা উই ।

নোংমা ঐখোয় তাসকেন্টকী অৱাংথংবদা লৈবা কোমশোমোল পার্কতা চৎলুই । ঐখোয়না চৎপা মতমদু মী কয়া হায়বদি নহাবোলনা নমনা তিনবা তাঞ্জানি । আইসক্রিম য়োনবা দুকান মচা অমগী অকোয়বদা অনকপা অদুৱাইদসু মী ফনা য়ামনা তিল্লমই । অহানবদা কিউ লেংলমদে অদুবু লৈগদবা ঐখোয় ১০ মুক হেক শুরকপদগীদি মখোয়গী মীশিংদু মথং মথং হেকতা লেংথোকখি, ঐসু মখোয়না তৌরিবা অদুগুম্না লেংশিনখি, কনাগুম্বনা খরা মাঙ ওইবা য়াই কনাগুম্বনা খরা কোম্বহৌবা য়াই, অঙাং খঙদে নিপা/নুপী খঙদে শাউনবা কৈদৌবা অমত্ত হেক তৌনবা উদে ।

অসুম্না মখোয়গী মীয়ামদা অসুক জ্ঞান তামনবশিদা ঐনা খনখি মখোয়গীদি থোইদোক্না 'কিউ শিজিন্নবীয়ু' কাসু থাবা উদে, অদুগা করমনা, ঐখোয়গী ভারত্তনা 'শিজিন্নবীয়ু' 'কিউ থুগাইরগনা পুলিসনা ফাইন তৌগনি, হা অদু তৌগনি অদা তৌগনি' হায়দুনা য়ামনা শেল চঙনা ইরবসু অমত্তা চৎনদে অমত্তা ইনবীদে । মখোয়গীনা করিগী হায়রিবশিদগী ওন্ন-তৈনরিবা ? ঐনা পাইওনিয়র্স অঙাং অমখক্তা, ঐখোয়গা পুন্না ৱাহং পাউখুম তৌনবদা, হংখি- 'করিগীদমক নখোয়বু সর্কস য়েংবা মীগী মাঙ থাদুনা চৎত্রিবনো ?' মানা যাম্না ঙক্না, 'ঐগী গ্রুপকীসু সিট মশীং শরুক লৈবিবননি।' অসুম্না মখোয় খুদিংনা মাগী দবকার লৈবা অমসুং পামলিবদু শোযদনা ফংগনি খল্লুবনা থোইদোক্না লাংতক্লবা তৌদে । থোইদোক্না অকনবা আইন শিজিন্নদনবা নিয়ম কয়া তাকপিদুনা মীয়ামগী জ্ঞান লাকহল্লুবা নত্তে । সমাজগী বেকগ্রাউন অদুনা পুরকপনি । মখোয়গী লম্বী চৎপগী নিয়ম অদুক হাক্না মীয়ামদা তাকপী তম্বীরুবগী ৱা লৈতে, সিনেমা হোল মনুংদা চুরুপ শিজিন্নদনবা ইবা তৌদে অদুবু মখোয়গীনা মীয়ামনা খঙনা অদুম ইনবা ঐখোয়গীনা ফনা কন্না তাক্লবসু থুগাইগদৌবগী অঙকপনি । সমাজগী বেকগ্রাউন অদুবু অৱাংবা থাক্তা শেমগৎতুনা অহোবা অমত্তা লৈহন্দ্রবা কৈদৌঙৈদসু মীয়ামগী জ্ঞান্দা ভাব তানবগী অৱাৎপা অমা লৈরিবসি লৈরম্লোই হায়বসি মখোযগীদু উরুরগা ফাওরকই ।

---

# নুপীশিংগী পুন্সিদা অওনবা (চনু নূরখোনগী ইতিহাস)

সমাজ অমদা নুপীশিংনা লৌরিবা থৌদাংশিমক্কা সমাজদু চাওখৎপগা য়ন্না নক্কবা মরী লৈনৈ। নুপীগী ফিভম খণ্ডনা সমাজদুগী হৌখিবদগী তুংদা থোক্লক্কদবনচিংবা নৈনবা হায়বসি ওইথোক্তে। মসি খোঙচৎ অসিগী এক্সপরিয়েন্স অমনি।

তশেংনা হায়রবদা মাগী মাগী লৈবাক অদুগী শেল থুমগী খুৎচাওখৎ অদুগী মখা পোন্না নুপীগী চাওখৎপগী চাংসু খেৎনৈ। অদুগা নুপীনা মখোয়গী সমস্যা খুদোং থিবা কয়া কোক্লবা ওষ্ণোক্লবা হোৎনদুনা খুন্নাইদুগী অওনবা পুরকপদা অচৌবা দায়ত্ব লৌই হায়বসিমদি শেংলে। মরমসিমক্কা ওইবা তাই ইং ১৯৭৫ দগী ১৯৮৫ ফাওবসিবু 'নুপীশিংগী অন্টরজাতিগী চহি তরা' মান্নবা, চাওখৎপা অমসুং শান্তি হায়দুনা ইকাই খুম্নরিবা ৱারেপ অসিনা মীয়াম শীন্না নিপা-নুপী মান্ননা শকখণ্ডবগী খোঙজংদু উৎলে অমসুং নুপীনা সমাজদা লৌবা থৌদাং অদু শেংনা তাক্লে।

তাসকেন্ট ঐতিহাসিক মিউজিয়ম, ফ্রেন্সিপ মিউজিয়ম, কলচর এন্দ আর্ট মিউজিয়ম অমদি ইকোনোমিক এগচিপমেন্ট মিউজিয়মনচিংবা খুদিংমক্তা চৎলুবদা নুপীশিংনা লৌবা থৌদাংশিং ময়েক শেংনা উৎলি লোয়ননা উজবেক চনু নুরখোনগী ৱারী অমদি রেকোর্ড কয়াসু উৎলি। সোভিয়েট শেমগৎনবা হোৎনরকপদা বৈজ্ঞানিক লমদমশিগী নুপীশিংনা লৌখিবা থৌদাং সমাজগী য়েক্লবা কয়াবু থেংনবগী ইতিহাসতু মতাংসিদা নৈনজনিংই।

থাইনগী হায়বদি সোসিয়েলিস রিভোলুসনগী মমাংদা লৈরম্বা নুপীশিংগী ফিভম হায়নিংঙাই লৈতনা ৱারমই। মখোয়গী হক অসুক্কী মতিক থম্বীরমদে। নোংমদা থবক শূবগী চাং পুং ১১ দগী ১২ চাংচৎতা ওইরমই, অদুবু শাথিনা শাংনা লৌমীশিংগী মরক্তদি পুং ১৬ ফাওবা শূহনবা য়াওই, অমুকসু মখোয়বু নুপানা ফংবা খুৎশূমন্দগী তংখাই হম্বে।

নুপীগী চাবোকপগীদমক করিগুম্বা কন্সিনবা আইন অমত্তা লৈতে। কিনিংঙাই ওইথ্রবা থৌদৌ কয়া খুদম ওইনা, নাউপুরিবী নুপী হাৎপগী চৎনবী ফাওবা লৈরমই। রাজনীতিগী হক ভোত পীবা য়াবগী খুদোংচাবা পীরমদে, শাথিরবা হম্বা থাক্কী নুপীবু হম্বনা য়েংলম্বা অসি মীনাই ওইহনবনি হায়গনি। মসি তমথিরবা জার নিংথৌ অমসুং মাগী খোঙলোয় বুইরোক্রেসিগী চৎনলোন্দগীনি।

ভারত্তা ঙসি ফাওবা চৎনরিবা অঙাং লুহোংবগী চৎনবীগুম জারগী মতমদা নুপীমচা চহি ১০-১২ শুরবীবু লুহোংবা অমসুং ইনাক কৈরাক খুনবা নিপা অমনা নুপী

৩/৪ ফাওবা লোম্বা চংনরমই। তশেংনা হায়রবদা মতমদুদা নুপী মঁহে মশিং হৈবী চাদা ১৬.৬ খক্তং রিভোলুসন হেক মমাংদ ওইরমই, নিপাদি চাদ ৪০.৩ ওইরমই।

নুপীবু মীনাই নাইথাংগুম শাংনা ওৎলকপসি কোকহন্দবা য়াদে হায়বগী ঈহৌদি ব্লাদিমির লেনিন অমসুং মাগী পার্টি বোলসেবিক (হৌজিক্কা সোভিয়েট কমিউনিষ্ট পার্টি ওইরবা) কী লমজিং মখাদা চঙখিবা সোসিয়েলিস রিভোলুসন্না পায়খৎখি।

মতমদুগী রুসকী নুপীশিংনসু পার্টিগী লমজিং মখাদা রিভোলুসন্দা অচৌবা দায়ত্ব লৌখিবগা লোয়ননা সোসিএলিস সোভিয়েট শেমলক্লবা তুংদা নেম্না লৈহৌরিবা নুপীগী থাক অদুবু পুখৎলক্লবা সমাজগী পোত্থোক পুথোকপদা মীয়ামগী রাজনীতি অমসুং হিরম কয়ামরুম্ব চাউখৎনবা হোৎনখি। পর্টিনা পিবা 'তাক্ম' কয়া নুপীশিংনা মাইপুননা পাঙথোকখি। মতাং অসিদা ঐখোয়না ময়াই ওইবা এসিয়াগী লমদম, কজাক্সতান, ত্রান্সককেসিয়ান লমদমশিং খুদম ওইনা শমরখান, তাসকেন্টকী অকোয়বা লমদমশিংদদি অতে লমদমদগী, নুপীগী থাক অসি অসুক্কী মতিক শোখহৌরী। মসি জাতি কয়া য়ানশিন্নবা কাঙবু অমনা কেপিটেলিসকী থাক্তা চাওখৎপ্রবা, অমনা য়াম্না হয়্বা প্রিমিটিপ থাক্তা অদুগা অমনা ফিউদেলগী থাক্তা লৈবনা ওইরমই। শোখরিবা অসিগী খুদোং চাবা লৌদুনা ইমপরিয়েলিজমনা রিএক্সনরি ওইবা ধর্ম্মগী মীওইশিংগা লৌতুনদুনা কাউন্টর রিভোলুসনরিগী অকনবা য়েখাইবা পীরকখি।

মতাং অসিদনি ঐখোয়না চনু নূরখোনগী ব্বারী হেক্তা নিংশিংলক্কীবা ইং ১৯২০-২১ দা সোভিয়েট নোংপোক্লমদমগী ঝেনোটদেলস (পার্টিগী থাক য়ৌরক্লবা লুচিংবা কমিটি) না বাকু, তাসকেন্ট অমসুং টিব্লিসিদা নুপী মেম্বর ২৫,০০০ (মুস্লিম নুপী ১৬,০০০) শাগৎতুনা ইতিহাসতা লৈহৌরবা মথায় ফাওবা কখোকখিবা থবকশিং পায়খৎখি। কাউন্টর রিভোলুসনরিশিংনা যৌনা ফবী কখোক্লবী নুপীশিংবু ইকাইবা পীবা, ফু চৈবা অদুগা হাৎপা ফাওবা য়াওখি। মসিসু থেংননবা অমদি নুপীশিংবু গুক্লবা পার্টিনসু লমদম লমদমগী মীয়ামগী মিলিসিয়া শেমগৎখি।

চনু নূরখোন- ইং ১৯২৭ তা উজবেকিস্তানগী মারগীলান সহরদগী পংলাপ লাপ্তনা খুজং অমদা পোকপীনি। মশুং মমান্নবী কয়া কয়া, মুস্লিম নুপী অহলশিংগা লোয়ননা ঝেনোটদেলসকী লমজিং মখাদা মশা মশানা উপলিবা পরদা, (উজবেক মরোন্দা পরঞ্জা কৌই) লৌথোকচরগা মখোয় মশেলনা পুন্না মৈনুংদা লংশিন্দুনা মৈ থাদোকপগী অচৌবা ঈহৌ অমা চৎথরক্লমই। ঈহৌদুবু 'হুরজুম যৌদাং' হায়না খঙনদুনা ঙসি ফাওবা মিংচৎ লৈনা মুস্লিম চংপা কাংলুপ্পা মঙাল ফংখিবা ইতিহাস অমা ওইনা লৈহৌরি। অসিগুম্বা চাউরবা ঈহৌ লৈপাকশিন্না চৎথখিবা অসিদা নুপী ২০,০০০

শরুক য়াখি । লিশিং ১০ গী মথক্তা শোকপনবা থোকখি । হায়বদি নুপীশিংদুবু অওং অনৈ পীখি । চৈরক অসিদা ময়ামলক্তগী তোমথিন ওইরিবী চনু নূরখোন চহি ১৬ খক্তা ঙাইজরিবী নুজা অসিনা মতমদুগী কল্লবা সমাজগী চৈনা অদুগী মায়োক্তা থেংনবদা শরুক য়াখি । পোকমিন্নবা মবুংশিংগী য়ৈখাই থিনগাইবগী অকিবা তুজুংবা কয়া তুংওইনবমলগা ঈহৌ অদুদা শরুক য়ারদুনা মহাক্কী মকোক্তা কৃপ্লিবা সংসারবু উহনবা ঙমহন্দ্রিবা পরদা অদুবু হুক্তোক্তুনা মৈনুংদা লংশিনখি । অদুবু লাইবক থিবদি মহাক্কা মযুমদা হনখ্রগা খ্বাইদগী শাথিবা মাগী মবুংনা মাবু হায়বা ইন্দবী, লমকেৎ লমহাইবী, ধর্ম্মগী য়েক্লবী, অলহাগী মায়োক্তা থবক তৌবীনি হায়দুনা থাঙনা কক্তুনা হাৎখি ।

তমথিববা মাগী মবুংগী মখুৎতা চনু নূবখোনগী পুন্সি লোমখি । মাগী মবুং কনাসু ওইবমদ্রে ধর্ম্মদা হেন্না থাজবা কাউন্টর কাঙলুপকী তুংইনবা বাসমাসি কাঙলুপকী মীশক অমা ওইরমলে । ঙসিদি চনু অসিগী মিংনা ঙাল্লদুনা অমম্বা অন্ধবিশ্বাসকী ইরোম্নুংদা লুপ্পুরবা কয়াদা উদবা লম্বী তাক্লরি । ইং ১৯৬৮ দা মহাক্কী মথৌনা মরিংজেল লৈপাক্কীদমক অমসুং অওনবা সমাজগীদমক লেপ্পম্নগীদমক মাগী মুর্ত্তি অমা মারগীলান সহরদা শাদুনা ঙসিগী অনৌবা সোসিয়েলিষ্ট সোসাইটিদা হিংলিবা নুপী মীরোলনা ইকাই খুম্নবা উৎনবা শঙ্গাখ্রে । ঙসিগী মান্নবা খুন্নাই অসিনা অসুম চাওখৎলক্তুনা মীওইবা সমাজনা অসুক্কী মতিক কুইনা শাংথনা হিংলিবা মখৈ থৌনা ফবীসিগী মিংচৎনা মুত্তনা লৈহৌরগনি ।

ঙসিগী অনৌবা সোভিয়েটকী নুপীশিংগী পুন্সিরোলদা অওনবগী থাক অসুক্কী মতিক ৱাংখৎখ্রে । করি অমুক হায়গনি 'অনৌবা সমাজগী নুপী মখল' অমা নৌহৌনা শেমগৎতুনা ইউ:এস: এস:আর: দা নুপীনা সমাজদা লৌবা থৌদাং অসিগী ৱাহংদা অবোইবা সোলুসনগী পান্দম অমা পুরকখ্রে হায়বা য়ারে ।

মীনা মীবু ওৎ-নৈবগী চৎনলোন মুখৎখিবগা লোয়ননা নিপাগা নুপীগা চপ মান্নবা থাক শাগৎখ্রবা তুংশিদদি সোসিএলিজমদা, নুপীশিংবু মপূং ফানা নুংঙাইবা অৱাৎপা লৈতবা অমসুং ইনাক খুনবা পুন্সিরোল অমা লৈররে । সমাজগী কান্নবা থবক কয়া পাঙথোক্তুনা মমা অমা ওইনা অমসুং য়ুম্বুরেম্বী অমা ওইনা চপ চাবা হক ফংবগা লোযননা নিপাগা চপ মান্নবা খোঙফমদা লেপমিন্নদুনা অৱাংবা থাক অদোমদা চাওখৎলক্লি ।

হৈ-শিংবী থৌনা ফবী নুপী কয়া ঙসিগী সমাজবাদ লৈপাক্সিদা পোক্লরদুনা পৃথিবীদা মিংচৎ উরোং খিন্দুনা অহানবা, অহাঙবা শুন্দ্রঙদা পাইবী নুপী কোস্মোনোট ভেলেন্টিনা টেরেসকোভানা হৌরক্লিবা নুপী মীয়ামদা পারা অমা তম্বীররে ।

ইং ১৯৮৪ দা সোভ্য়িয়েট পার্লিয়ামেন্টতা নুপী মেম্বর ৪৯২ না অমসুং পার্টি মেম্বর চাদা ২৪ না শরুক য়াদুনা লৈপাক্কী রাজনীতিগী হিরম কয়াদা বৈজ্ঞানিক সামাজবাদ চৎনলোন্দা নুপীশিংগী অচৌবা দায়ত্ব অদু লৌরি ।

মহৌশাদগীসু থৌনা ফরকপী সোভিয়েট নুপীশিংগী ঙসিগী ফিভমগী মতাংদা হায়রুরবসু ত্রাম, ত্রোলি, ত্রেক্তবনচিংবা থৌবগী দায়ত্ব মখোয়না লৌরি ।

অদুগা নুপীনা ঙসি অসুক্কী মতিক নিপাগা থাক মান্নরকপা লোয়ননা নুপীগী হকপু অসুক সমাজনা ইকাইখুমনে । মদুসু অমুক্তং পাউদমনিংই । ঙসি সোভিয়েটতা নিপানা নুপীবু খাইনবগী চাংদগী নুপীনা নিপা খাইনবগী চাংনা হেল্লিবা অসিদা ঐখোয়না ডাক্তর জিনোস্কিদা ৱাহং অমা হংখি । 'করিগুম্বা মতমদা নিপা নুপীগী লৈনরিবা ঙসিগী মরী অমসুং চৎনলোন অসিদগী ওন্থোক্লকপা থোক্লক্লোইদ্রা ? অদুগা নুপীনা খাইনবগী চাং অসুম হেল্লকপা থোক্লকলবদি ফত্তবরোমদা চৎখিবা ওইরোইদ্রা' হায়না । ডাক্তরনা খুমখি, "ফত্তবসিদি মীয়াম্না খংনরক্তুনা মীয়াম্না পার্টিগী ডিসিপ্লিন অমগী খুৎথাংদা লায়না চুমথোক্লককপা ঙমগনি । খুদম ওইনা ঙসি ঐখোয়গী লৈপাক্তা য়ু থকপা চাদা ৮০ গী চাংদা হন্থহনখ্রে । অদুবু মতাং অসিদা হায়জনিংবা অমখক লৈ মদুদি ওল্লক্লিবা চৎনলোন অসি অনৌবা চপ চাবা ফেনোমেনন অমা ওইরক্লবনি, রিভোলুসনগী মমাংদা ওইরম্বা তমথিনা নুপীবু নিপাগী মীনাইগুমনা ওৎ নৈরম্বগী থাক অদুদগী চহি ৭০ সিগী মনুংদা পুরা ওনখিদুনা চপ চাবা অওনবা অমা ওইরক্লিবশিদা থোইনদুম হরাওবা ঐখোয়গী মীয়ামনা পোক্লরিবনি । অদুবু করিগুম্বদসু নিপা নুপীগী নুঙগী লৈনরিবা মরী অমসুং কাংলোন অসিদি কৈদৌঙেদসু হোংলক্লোই মসিদি মীওইবনা হেক অশিংবা জাতি অমা ওইনা লৈরকপদগী ওইবক্লবা মুৎলরোইদবা কাঙলোন অমনি ।" ডাক্তরদুগী পাউখুমদুদা ঐখোয় পেনখি হায়বা তাই ।

তশেংনা হায়ববদা নুপী অমনা মাগা খরমখৈগী নুংঙাইনদবগী নত্তগা চান্নদবা কয়া লৈবদগী নিপা অমবু খাইনবা অমসুং মানা নিপাদুবু খাইনখ্রবসু ভাবতকীগুম নুপীদুনা অৱাবা সমাজগী মীনোকফম ওইরুনিঙাই লৈতনা হিংজনবা চপ চাবা কান্নবা লম্বী লৈবসিনি ঐখোয়না শীংথাগদবা ।

লম্বী লমখাংদা হনুববী নুপী চহি ৬০/৭০ শুরবী কয়ানা মখুত্তা পোৎ কয়া পাযরদুনা মায়থোং মকা লাম্না গম গম চৎলিবা । ঐখোয়গী হোস্টেলগী গেট অমসুং কেম্পসকী লম্বীদা উন্না থানা তাশিল্লিবদু কোখোকপগী থবক কয়া তৌরিবী অহল ওইরবী আলেকজেন্দ্রদা নোংমা ঐনা হংখি- "ইমাখোয়গুম্বীনা অসুক ঈংলবশিদা থবক শূরিবসিবু কবিগীনো ?" মানা খুমলকখি, "ঐদি থবক শূদ্রবদি হৈনদদুনা নহালনা শিরমলনি ।

শেলগীদি ঐ পেন্সিলনসু ওক্রবনি । অদুবু নখোয় ইচা ইশু ময়ামগীসু খরদং কান্নবা, ইশাগীসু শাজেল ওইনবগীদমক শৃরিবনে।" খঙহৌদনা ঐগী মীত্তা পি শিন্নরমই । ঐ ইশাগী পোক্লকম কাংমোংদা লৈহৌবী ইবোকপু নিংশিংলুবদগীনি। মতমদুদা ঐনা খল্লকখি মীওইবা সমাজদি মখম অমগীগা অমগীগা খেংনদবনি খেংনহল্লিবদি লৈঙাক্লোন্না মান্নহন্দবদুখক্তনি ।

---

## মীরৈপাক্কী নহারোলশিংগা উনরকপদগী

লৈপাক কয়াগী শক খঙনদবা, উনবদা হেন্না নুংশিনবা, মান্নবা পম্বুং অমগীদমক মাগী মাগী লৈপাক্তা থেংনরিবা ওইবনা মতম খরখক্কী ওইবা পৃথিবীগী প্লেটফোর্মসিদ, হংনিংবা বাহংনা লিশিং কয়া, শানিংবা বারী চা কয়া, লোল ফাওনদবগী খুদোংথিবা অদুবু থম্মোয়নুংগী ফাওনখিবা কয়াদুনি কাউবা য়াদনা লৈহৌরগদবা ।

১) কাবুলগী ভিউ কার্ড, খুদোলপোৎ - অমা পীরকখিবদু লৌখৎলগা য়েংশি । মুহমদনা পীরকপনি । মমা মপা, মচিন মনাও, মাগী ইমুংগী মীওই ৫ মহাক লৈত্রিঙৈদা পুল্লপ্না কাউন্টর কাওবুনা হাৎপ্রবনি । ঐখোয়না মঙোন্দা মরিমতা কনা কনা লৈরিবগে হংলকপদা মানা খুমখি, "সামাজবাদকীদমক লানফমদা লাহুেংনরিবা পুম্নমক মাগী ইমুংগী মী ওাক্লি," ঐখোয়দা মুন্না য়েংলগা "নখোয়সু ঐগী ইয়াম্বা নত্রো ?" হায়রকখি । মতাংদুদা পুক্লিংদা থৃক লাউবা পোকখি, ইশাদা চেল্লীবা ঈগী খোঙজেল য়াওশিল্লকপগুম তৌখি । পাউখুম পীখি- "মান্নি নহাক্কী নয়াম্বামকুম্বনি" হায়না । অদুবু ঐখোয়না করিদি তৌবা ঙমই । আফগানিস্টান্দা লৈরিবা নহা ওইরিবা মীয়ামগুম ঐখোয়না সামাজবাদ পুরক্লবগীদমক করি অম্বাবা মায়োক্লরিবগে হায়বদু খন্দুনা লৈখি । চা থকমিন্নরবা তুংদা কায়নবগী তাঞ্জা লাক্লবদা মানা কাবুলগী কার্ড অদু অমমম পুথোক্লগা মখোয়না লৈবিবা কেমপ অদু তাকখি । পীক্তকপা ভূরেল অমনা সহরসি ফাওদুনা চংখি। দলান মখোল ৩/৪ দগী হেন্না বাংনা শাদে । য়ান্না হক খোৎভুনা শাবা অরিবা য়ুম কৈ কয়াসু লৈ অদুবু অনৌবা দলান কয়াগা লোয়নবনা অনীমক্কী তাইনবদু উৎলি । অশেংনমক হায়রবদা থায়নগী চংনবী কয়াবু হন্দোকপা তৌদনা অনৌবা চাওখৎপগা অমত্তা ওইবা মীৎয়েদা থমলি ।

মখোয়গী লৈপাক্তা কাউন্টর রিভোলুসনারি কাঙলুপকী শক্তিনা করিগুম্বদা য়ান্না মপাঙ্গল কল্লি । পাকিস্টান অমসুং চাইনানা ইউ:এস: কী থৌশিল মখাদা চংথরিবা য়েখাই খিনগাই কয়া থোক্লিবা অদু মানা নীখি । করিগুম্বদা কাবুলগী ময়াই চবুকমক্তদা

[redacted]

বোম পোকখাইবা মীওই কয়া হাৎপা সামাজবাদ লৈপাক্কী কাঙলুপশিংগী মতেংনা শাগৎপদা ঙাইরিবা রেল লম্বী থুগাইবনচিংবা তৌই। কাউন্টরশিংদগী ফাগৎলকপা খুৎলাইশিং অঙকপগী মশক্তি ইমপরিয়েলিষ্ট আমেরিকাগী খুৎলাই শাবা শেঙ্গাও পায়বশিংনা মখোয়গী লৈপাকখক্তদগী ফংলমগদবা শেনফম য়ামগ্রবনি।

মখোয়গী গ্রুপকী মকোক অদুনসু বেজ অমা ঐগী থবাক্তা থেৎপিরদুনা ব্বারী কয়ামরুম লীরকখি। "বেজসিদা য়াওরিবা ফিরালগী শক্তমসিমক্তা লৈপাক ঙাকমিন্নরিবা পার্টি অনীমক্কী নুংশিনবা অমদি থস্মোয় শেংনা মরৈপাক নীংবা লোয়ননা বৈজ্ঞানিক সামাজবাদ অমা পুরক্লবা হোৎনবদা তাখিবা ঈখেংগী শক্তম লৌরিবা অঙাংবা থব্বানমিচাকপু ব্বাংনা থমলিবনি।" অদুগা পাইওনিয়র্স লুচিংবা ওইনা লাক্লিবা শকিলা, লৈশাবী অদুনা শেৎলিবা ফিজোল উরুরগা; মশাদা কোমজবা, তুফক তুফাই চন্দনা তমনিংবা মহৈ মশিং কয়া, নিপাগুম থৌনা ফনা স্পোর্টনচিংবদা শরুক য়াবা ওন্বা কয়া লৈরমগনি হায়বদু লায়না খঙবা ঙমই। তশেংনা হায়রবদা মানা হায় মহাক কিন্দর গার্টেন্ট স্কুল অমগী ওঝানি। হৌজিক হৌজিক মহৈ তন্বা লোইদ্রিবী অমসুনি। মহৈ-মশিং তন্বা ফংহৌদ্রবা মী কাঙলুপ্তা তন্নিবা মহৈদু শন্দোক্লবা থবক তৌবা অসিনা মরু ওইরি।

ঐনা মণিপুরগী তাংখুল লৈশাবী অমা য়াওবা কার্ড অমা পীরদুনা মঙোন্দা হংখি- 'নখোযগী লৈপাক্তা নুপী কয়ামুক য়াম্না কোকখুমফি শবদা থাদোক্লিবগে? মানা খুমখি, "চাউরাক্লা চাদা ৩০ দি সহরশিংদা অদুগা চাদা ৫০ না খুঙ্গংশিংদা।" মখা তানা মানা মখোয়গী লৈপাক্তা নুপী চাদা ৬০ দি ইবা পাবা হৈরে। ইং ১৯৭০ দা ২০ মুকখক্তং ইবা পাবা ঙমলম্বনি। অওনবা অসি মীয়াম অদুগী হোৎনজবা অমসুং সোভিয়েটকী মতেংদগী ওইখিবনি।

**২) শ্বাপোগী এন্দ্রিউ, এ:এন:সি: গী বোনি**- মখোযবু অমমমতা ওইনা নিংশিংলকই, মখোয়না পীরকপা সিম্বোল য়েকপা চেগী ষ্টিক্করদু উরুরগা অসুম অসুম ময়েক লাবা হেল্লকই।

খা আফ্রিকাগী নুমিৎ পালন তৌবদা মখোয়না ইশৈ অমা পুন্না জগোয খরগা যাওবগা শকখি। ইংগ্রেজি লোলদনি। ইশৈদুদা অঙৌবা কাংবু বোথা সরকাবনা তৌরিবা 'জাৎ কৃচ্ছু খাইবা নীতি এপার্থাইটকী চৎনবী মুখৎনবা নিপা নুপী অঙাং খাক্তনা থেংননবা, খুৎলাই পাইখৎতুনা তমথিরবা কাংবুশিংবু নমথেক্লবা পল্লি। ইশৈগা ঈরোইননা মখুৎতা খুৎলাই পাইবগুম নিপা নুপীশিং অদুনা হকচাং অমসুং খোং খুৎগী লেং ওৎপা জগোযদুনা ঐখোয় খুদিংমক্তসু মদুগী তাষ্থাদা তাওথহল্লি।

ঐখোয় খুদিংমক হেক হেক অন্তরজাতিগী হিরম কয়া অমদি ভারতকী বুর্জোয়া নীতিরোমদা ঙসিগী সরকারনা নক্সিল্লকপসিদা মীয়ামদা অৱাবা পীবনচিংবগী মরমদা নৈনে। থেংলবা নুমিদাং পুং ১১ হেক তাবদা বি:বি:সি: পাউ তামিন্নে অমদি মদুগী মরমদা খন্নমিন্নে। শেমদোক শাদোক্লবা পাউ কয়া করিগুম্বদা শন্দোক্লকপা তারক্লগা ঐখোয় পুন্না হেক হেক নোকমিন্নে। বোনিনা হায়খি, বৃটেন্নি খ্বাইদগী পৃথিবীদা হৈ-শিংলবা বুর্জোয়া মকোক ওইরিবা থবক শুবা শিন্মী কয়াবু ওৎনবা উপাই থিরকপদা ঙসিদি মখোয়না শিন্মী খরবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎপা মখোয় অমগা অমগা চাংয়েংনহনবা, শিন্মী খুদিংদা ঐখোয়সু নোংমদি মাগুম ইনাক খুনবা শিন্মী অমা ওইরকখিগনি হায়বগী আশাদা নমথদুনা থম্বা, অয়ৌবী অনৌবা যৃগকী বুর্জোয়াগী অনৌবা মাইখুম উপ্তুনা মোইথেম তৌবা কয়াগী মরমদা পন্নখি। মানা মখোয়গী লৈপাক্তা ঙসিগী বুর্জোয়াশিংনা মাইখুম কয়া মথং মথং উপতুনা অশেংবা পৃথিবীনা খংনরবা অমুবা জাতিগী অৱাবা কয়াগী মায়োক্তা থেংনরিবা অমুবা মীশক অমবুসু বি:বি:সি: অমদি লন্দন্দা ফোংবা চেফোং কয়াদা শেল লৌরগা শেরান্ননা পাউ কয়া ফোংহল্লি। অশেংনা হায়রবদা মশামক্কী ওইবা কোজদা থেংনফম থোক্লবসু কাওথোকহনবা ঙমবা, হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা - 'নুঙাইনা হিংবা, ঐখক পেনবা' হায়বসিদা তাউথহল্লি। অদুবু মানা পনখিবদা কাউরোইদবা অমদি অদুগুম্বা মীশকশিংদু সোভিয়েট লৈপাক্লম্বা লনাইগী ঐগী হৌজিকখক্তগী হায়বসিদা য়ুম্ফম ওইদবা চৎনলোন লৈবা, মীয়ামগী তুংগী হায়বশিদগী মখোয় অদুগী খোংদাফম পীদে হায়বসিনি।

৩) ফিলিপাইনগী দিশা-ঐখোয়গা শক-চু, শওং-শাদা মান্নবা লৈশাবী অমনি। ঐখোয় ভারত মচাশিংগা থৌদোক অমখক্তগী খংনা চান্নবা হৌরকখি। নুমিৎতুগী নুমিদাং পুং ১০ তারে, ঐ করিগুম্বা খরা যাম্না সেরিয়স ওইনা পারি। ঐখোয়গী কা ভরক্তুগী ওইবা অচৌবা মচু শংলবা টি:ভি: অমা ময়ামগী ওইনা খিল্লিবদুদগী খোঞ্জেল হৌনা থোক্লকপনা ঐগী নৈনবদুদা অকাইবা পীরমই। কুইনা অসুম থারকপদুদা ঐনা শাওন্মা ভোলুমদু চৎলক্লা কনাদসু হায়রমদনা লৈথরমই। দিশানা মতাংদুদা হায়খি -"মসি ইন্টরনেসনেলনি, পুন্সিগী উনররোইদবা ময়াম মতম খরগী ওইনা উনবনি, উনমিন্নবগী নুমিৎ খরসিদা পুজা অয়াম্বা অনৌবা লৌশিং কয়া তানমিন্নবা পুন্না ফম্মিন্নবনি।" মখোয় ময়াম খরখিৎ শাওনিংবা জাৎনি অদুবু ঐগী ইস্টেসন অদুদা তেথরগা তপথনরবা তুংদা ৱারীশিংদু শামিন্নখিবনি। ভারত্তা হল্লক্লবা নুমিৎসিখক্তদা মানা হায়খিবদু নিংশিংলক্লে। চিরবা মতম অদুদা পাদুনা লৈখিবদুনা মীরেপাকী ইয়ান্নবা কয়াগা ৱারী শামিন্নরকপগী অৱাংপা লৈরকখিবদু পাম্মুরকই।

নুমিৎতুদগীদি ৱারী কয়া শানদুনা ফিলিপাইনদা আমেরিকাগী অচৌবা কারবারৱালাশিংনা শাল্লরিবা লৈপাক্তুগী লৈঙাকপা লুচিংবশিংবু কারবারৱালাশিংগী পোথি মখাদা পুখিদুনা মীয়ামনা পেন্দবা অৱাবা মায়োক্লরিবা লৈপাক্তুগী মশাগী ওইবা পোখোক অমত্তা লৈজদবা, অচৌবা ফেক্তরি কয়াগী মপুনা মপানগী মীশক ওইরকপা মসি পুমনমক্কীবু কোকহল্লবা হোৎনবা হায়বসি মহাক্কী ৱাশক্লি হায়বসি মানা তমলকখি।

৪) **পেরুদগী ষ্টেকান**- মোস্কোগী কোমশোমোল কেম্পসতা লৈপাক খুদিংগী দেলিগেটশিং হল্লরমদাই নুমিদাং অমদা নুঙাইবা ফোংদোকমিল্লদুনা জগোয় শামিল্লবদা থেংনখিবনি। ইউরোপকী জগোয়দু শামিল্লর্রিঙে মরক্তা ঐখোয়নি শক তাক্লখি। ঐনা নহানমখৈ উনবা পাম্বা মীশক অমা হেক থোক্লুই। মহাকসু অদু মঙাই ঐহেক উনবদা হরাওবনা হায়নিঙাই লৈখিদে। ঙাইহাক পোখাদুনা বুফেট অমদা চংদুনা ঐখোয়নি চা অমমম লৌমিন্নে।

ঐনা চি গুইভেরাগী ৱারী হংলুই, মানা হায় লেটিন আমেরিকাগী নহারোলশিংবু মিকপ থোকহল্লম্বনি, ঙসিসু মাবু মফমদুগী রিভোলুসনারি খুদিংনা ইকাইখুম্নদুনা লাৎনবা মীশক অমা ওইনা থমলি। ঐখোয়নি অয়ুক্তা অমুক উনদুনা কায়নরমদাইগী খুদোল ওইনা মখোয়গী লৈপাক্কী অমসুং ঐখোয়গী লৈপাক্কী শেল অচোয়বশিং পীনরমই। অরোইবা ওইনা ঐখোয় চেৎনা কোন্নমিল্লরমই অমসুং ঐখোয়নি ৱাশকমিল্লখি মদুদি "শূরি নোমলিবশিংগী মায়োক্তা লৈবশিংগীদমক ঐখোয়না হিংলিবমখৈ থেংনমিল্লসিকো" হায়রদুনা অমসুং কানখি।

৫) **কিউবাগী মিষ্টর রাউল**- আর্টেক্তা উনবদা মরুপ মপাং ওইবগী নুংশিনবা ফোংদোকমিল্লখিবা নিংশিংই। মানা পীরকখিবা সোভিয়েটকা মকপ মপাং ওইবগী মিংদা পুথোকপা বেজদু উরুরগা নোংচুপ হেমিসফিয়াবদা অহানবা কমিউনিষ্ট লৈপাক ওইরবা কিউবাগী ৱারী অমমমতা ওইনা ৱাখলদা ফাওরকই। মানা পীরকখিবা 'জোশি মার্টি' থাবা কাস্ট্রোঅমসুং চি গুইভেবাগী মকোক্কী মুর্ত্তি য়েকপা বেজ অদুনসু থৌনা ফবা মরন্নাইগী ৱাখলপুম্বা থাদোক্লুনা রিভোলুসন তৌখিবা কিউবাগী নহারোলশিংবু নিংশিংলকখি।

লোইননা নোংমা তাসকেন্টতা শ্রীমতি মশুবানা পাউদমখিবা কাস্ট্রোনা ইং ১৯৫১ গী রিভোলুসন মায় পাকপগী মীয়াম মিলিয়ন অমগী মমাংদা ৱা ঙাংবদা সোসিয়েলিজম, সোভিয়েট অমসুং কমিউনিজমগী ৱাফম পনখিদে অদুবু মানা-মীনা মীবু ওৎপগী প্রথা লৌথোকপা নেসনেলাইজেসন তৌবনা অমসুং ইউ:এস:

ইম্পরিয়েলিজমগী হুইবোই সবকাব তাম্থোকপা হায়সিদদি প্রজাসিংনা হরাওনা ইনখিবা কয়াগী মবম অদুসুনি। মথক্কী ৰাহৈ অহুমদুবু কিনবম্বা মসিগী মরু ওইবা মরমদি অতৈ পৃথিবীগী লৈপাক কযাদা তৌবিবা ষ্টেবিওগুম্লবা মবৈ লোঙবা প্রোপেগান্দানা মীয়াম্বু হুমদুনা পুবম্বদগীনি। অদুবু ঙসিদি প্রজাশিংনা খঙলে, কমিউনিষ্টখক্তনা মপূং ওইবা অওনবা অমা কিউবাগী প্রজাশিংগী ৰাখল অমসুং পু বোলদা পুরকখিবনি হায়বা অদু। মসিগী খেৎনবদু ঙসিদি পৃথিবীদ পাক সন্নফাওবা খঙ বক্নে।

ইং ১৯৬৭ তা ফোঙখিবা বিভোলুসনাবি আর্নেষ্টো চি গুইভেব্যনা পল্লম্বা ৰাফমদু মীত্তা শঙশঙনা উবকই। "সোভিযেট ইউনিয়নু সামাজবাদবু পৃথিবীদা নাউশুম ওইখিবা।" ৰাখলসিমক ফাওখিবা অহানবা মিকুপ অদুনা ঐখোয়দা অদুগুম্বা মিকুপ লিশিং কযা থোক্লা কাউদনা লৈহৌবগদবা। অসুম্না মার্ক্সিজম লেনিনিজমগীদমক থাজনা ইন্দুনা চৎপা, অন্টবজাতিয নিতিগী থৌদাং কাইদনা অমসুং কমিউনিজমগী লম্বীশিং অদুগীদমক্তা মখোযগী মবী অদুমক্লা মিষ্টব বাউলগা ঐগসু উনবা ফংহনবনি হায়বদু ঙসিতা জ্ঞান তাবকই।

নোংমা 'ফ্রেন্সিপ মিউজিযম' দা ষ্টদিজ চৎলুবদা উবকখিবা কাষ্ট্রোগী 'অঙাং অমা পম্বা মূর্তি' অদুনসু লৈপাক অনিসিগী নুংশিনবা অমসুং বিভোলুসন্দা মতেং পাংনবা মকপ মপাং ওইবা অমসুং অন্টবজাতিগী মথৌদাং পাংথোকই হাযবদু খল্লকখি। মিষ্টর মিবজাযেভসকী মখোং অমসুং মখুৎ ওইথংবা অদু চিংবা মশাগী নাম্মা শোযবা মওং অদু মূর্ত্তি অদুদা নিংথিনা মমি তাহল্লি, তশেংবদি মূর্ত্তি অদু কাষ্ট্রোদা খুদোল তৌখিবা মূর্ত্তি অদুগা মান্ননা শাবনি। ঙসিনা অসুক্কী মতিক নক্সিন্নবা, মতম অমদা কিউবাগী মীযামনা সোভিযেট ৰাহৈ পনবদা অসুক্কী মতিক তুক্কচহল্লম্বদুগদি শাথিনা খেৎনবে, অওনবা অসে কযাদা থুনা পুবক্লিবা।



অনিশুবা তাঙ্কক

# "পূল্লিবৈ সোভিয়েটকী কূম্মৈশিং"

## ব্রাহৌদোক

নুঙাইবা, ফি-রোল হোংবা, হরাও তয়ান্না অমদি কূম্মৈ তৌবা হায়বসিবু করিনো ? খোংচৎ অসিদগী কমিউনিষ্ট লৈপাক অসিনা তম্বীরক্লিবদি হকচাং তেখৎনবা, মশাগী চপ চাবা হিংজনবা, শূরু-নোমলুরগা পোত্থাবা, পোত্থারবা মতুংদা হেন্না শূনিংবা পোক্লক্লবা তৌবনি । কূম্মৈ ফিহোং হায়বসিসু করি ওইরিবগে ? থবক শূদনা লেমনা চাবা য়ানবা অনৌবা কূম্মৈ শেমবা, ঙাইহাক্তং শূদনা লৈথোক্লফম ওইনবা, অন্ধবিশ্বাসকী কুয়োম কয়া কুপশিল্লগা অরান খুবম ফংনবনি হায়বগী নামাদা মশিং নাইদ্রবা কূম্মৈ কযা চনাং খনাংনমখৈ পাংথোক্লিবা অসিবু হকচাং তেকখৎনবরা ? ঙাইহাক হরাও তযামথোক্লবগা হেন্না শূনিং চানিংনবরা ?

ঐখোয়গীগুম সোভিয়েটকী লৈপাক্তা কনাগুম্বা ধর্ম্ম শন্দোক্লম্বা অমগী মিংদসু হেক্তা অচৌবা পালন কূম্মৈ তৌদে, কনাগুম্বা শক্তি লৈখিবা পাঙ্গনবা অমগী মিংদসু হবাও কূম্মৈ পাংথোক্তে, মখোয়গী হায়ববু য়াম্না অর্থ লৈবা শূরি নোমলিবা অমদি মীযাম পুমনমক্কি ওইবা নুমিৎপু পালন- কূম্মৈ তৌদুনা অনৌবা হৌরক্লিবা মীয়ামদা অনৌবা চাওখৎপগী লৌশিং পিনবা কান্নবা মখল অমখক পাংথোকই ।

খুদম ওইনা হায়রবদা 'মে দে', 'ভিক্তোরি ওভর ফেসিস পালন', 'ওক্তোবর রিভোলুসন্নচিংবা' পালনশিং তৌদুনা ঙসিগী অনৌবা বাজনীতি য়াওন্দা অনৌবা অওনবা অমা পুরক্লবা পাংথোকই । লেনিনগী মপোক নুমিৎকা চান্ননা 'শুবোদনিক' পুন্না লেমনা মীয়ামগীদমক থবক শুমিন্নবা অসি পাংথোকই । মসিমখৈসিনি মখোয়গী অঙাংশিংনা, পাখং লৈশাবীশিংনা মীয়াই চল্লবা চল্লবী শূরি'বশিংনা অমদি অহল লমন পুম্নমক্না নুঙাইনা ঐখোযগী যাওশঙগুম ঐখোয়গী ইদ অমসুং খৃষ্টমাসকুম শকক য়ানরিবা ।

## ‘মে দে’

অন্টবজাতিগী ওইবা থৌবমনি, অদুবু ঐখোযনা খংজবকপা হায়কববদি সোভিযেটকিদী চপ চাবা কূম্মৈ অমনি। কবিনা মাগী লৈপাক্লা অশেংবা শূবি নোল্লিবশিংগী ওইকবনা শূবি নোল্লিবশিংগী নুঙাইববা নুমিৎ, লোযননা নুমিৎ অসিগী ইতিহাসকি লমায কযাবুসু অদুম্মক নিংশিংলকপা হাযবসে মশান। তাববনি। অদুঙৈ থাপগ্রবা অৱাং থংবা অমেবিকান মহাদেশতা থোকখিবা থৌদোক অদুনা ঙসিগী পৃথিবীগী, শূবি নোল্লিবা পুন্নমক্কী ওইববা।

নহালমখৈ ঐখোযনা লৈবিবা হোষ্টেলগী : 'যোক্লবদা লৈবা মেগাজিন(দুকান) অদুগী মতোন্দা থল্লিবা ইলেক্ট্রিক বলপকী উতোংশিং, মচু কয়াগা লোযননা মে দেগীদমক শেম শাবা ওইবমই। সহবদা কবিগুম্না কাচিল কোযা খুদিংদা অচৌ অচৌবা পোষ্টব, যাষ্ট্রবা সিম্বোলশিং, অযেকপা সাইন্দ বোর্ডশিং, অনৌবা লৈ চবোং, লশিং মপোপ চবোং মানবা ইলেক্ট্রিক্কী বলপশিং পবেং পবেং উবা যংখি। লম্বী, পার্ক, ফেক্টিং, শান্নফম অমদি লৈঙাক সাসনগী ইন্টবপ্রাইজ কো-ওপবেটিপশিংগী শঙলেনশিংদা অনৌ অনৌবা মচুশিং তৈবা যেকপা অমদি অতৈ লৈতেং কযা তৌবে। নোংমা প্রোফেসাব অমগী ফ্লেট অমদা চৎলুবদগীসু খঙই, কাগী ফক্লাংশিংদা লৈতেংগী চেশিংদু অনৌবা অমা শিলহৌবে। দুকান অমদি লম্বী থোং চিনবা হৌবক্লে। দুকানগী মমাং অমদি নাকলদা লৈবা লম অহাংবা পার্ক মচা অচৌবা খুদিংদা দুকান্দগী পোৎ হোন্দোক্লুনা ‘ওপন শেল’ তৌবা উখি। কবিনো হায়বদু এপ্রিল ২৭ খক্তদা মে দেগী ওইবেকো হায়বদু খঙবা ঙমখি। নুমিৎ অদুদা ঐখোয ফোবেন্নবশিংগী মবক্তসু টোপিক ওইনা পুথোক্লুনা নৈনবা হৌবে। ৱাহং পাওখুম কযা ঐখোয তৌনৈ। ট্রেড ইউনিযনগী লুচিংবশিংগী ঙসিগী শিন্মীশিংগী পুন্সিবোলগী মতাংদা নৈনৈ।

চীকাগোগী মথৌনা লৈববা শিন্মীশিং ইম্পবিযেলিস সবকাবদুগী মাযোক্তা থেংনবকপদা মথ্বাযনা পোষ্ট্বা ওইখিবা ইং ১৮৮৯ দদু নিংশিংহল্লি। অথৌবশিং অদুনা থেংনবম্বনা ঙসিদি পৃথিবীগী শিন্মী খুদিংনা পুং ৮ দগী হেন্না নমদুনা থবক শূহল্লম্বগী চৎনবী অৱাবদু মাযোক্লদ্রে। শিন্মীশিংগী হক কযাগী লবাই মথং মথং লাক্লবসু চপ চাবা অশেংবা হক ফংলবা, শিন্মী শূবি-নোল্লিবশিংনা লুচিংদুনা লৈঙাকচবা লৈপাক হাযবদুদি ইহান হান্বা ওইনা সোভিযেট নত্তনা লৈবমদে। মবম অদুনা পৃথিবীদা ইহান হান্না শিন্মীশিংগীদমক অচৌবা কূম্মৈ পাংথোকখিবদি সোভিযেট লৈপাক ওইবক্লবা কান্দখক ওইখি। অহানবা অমসুং অনিশুবা লাঞ্জাওদা পৃথিবীগী শিন্মীশিংনা ইম্পবিযেলিস,

ফেসিস নীতি চৎপা লৈপাকশিংগী মায়োক্তা থেংনখি।'হেন্দস ওফ সোভিয়েট' হায়বা খোল্লাউগী মখাদা অমত্তা ঙাইবম্বা সমাজবাদ লৈপাকপু কলহৌনবা পৃথিবীগী শিল্পীশিংনা অঙম্বা তেংবাং কযা তৌখি । অসুম্না য়েখাইবা কয়াদগী ঙাকথোকমিন্নবক্লবা প্রোলেটারিয়েটকী লৈপাক, ঙসিদি অৱাৎ অপা লৈতনা, অৱাংবা থাক্কী পুন্সিরোল যৌরবে । মেকানাইজ যুগ অসিদদি পাদম ওনবা ঙমদবা চাওখৎপগী থাক অদোমদা চংশিল্লকপনা, অচৌবা মখলগী শিল্পী ওইরবে । শিল্পীগী নুঙাই য়াইফবা হায়বদু অতোপ্পা শেঙ্গাও পাইবা লৈপাকশিংগীগদি চাং তমনবা শুকয়ামক য়াদ্রে ।

খংহৌদে হয়েংদি 'শিল্পীগী নুমিৎ', 'মে-দে' নি । ঙসিগুম্বদুদা ঐখোয়গী করদেড শালক্কি দা পাউ লাক্লমই, 'কবিগুম্বা ফোরেন দেলিগেটশিংনা শিল্পী অহল ওইরবা কনাগুম্বদা খুদোলপোৎ পীনিংলবদি ঙসি থৌরাং তৌবিয়ু' হায়না । ঐখোয় খন্নে, য়ামদ্রবসু ভারতকি বেজ অমমমগা, মখোয় অদুৱাইদগী লৈ অমমমদা ওইরবসু পীগে অসুম্না । ঐখোয়গী ফ্রেণ্ডগী কুমথরক্লে, তশেংবনি লৈ য়োনফমদু কিউদা লেংদুনা লৈরমই। ফনা শাংই, কমরেড জগনাথনবু হায়, 'লৈ অসি ফংহৌরোইদৌবা মাল্লি ।' অদুবু ঙাইবা হায়বদুনি ঐখোয়না শিল্পীবু তশেংনা নুংশি হায়বদু লৈ চবুল অমা লৈবা ফংলবদি, শোয়দনা চাংয়েংগী ফল ওইরগনি । ফংখি নুংশি চাংয়েংসু মায় পাকখি । অদুবু কিউদা কয়া কুইনা লেপখি । ঐখোয়গী তুংদসু নহারোল কয়া অমা কিউদা লেপ্তুনা লৈহৌই । নুমিৎ অদুদা লৈগী 'গুন অসি অমুক্কসু হেনগৎহনখি।

মে-নুমিৎ ওইরবে । নোংপোক থংবা মাইগৈদা নুমিৎনা তবং তরং হন্দোক্লকপগা লোয়ননা নুংশিববা কাংশিগী মখোল কয়া তারে । পুন্নমক পুমলাং লাংনৈ। ঐখোযগী থোংনাওদগী ফেক্তবিলোমদা ঙম্বা ঙম্বা শিল্পীশিংনা পরপ পবপ নংহৌবরোই মতাগুম্না মখুৎতা খুদোলপোৎ অমা নক্তগা অনি পুনদুনা কেনা কেনা চৎনবদু উখি । মহৌশাদগী ঙনখৎনা ঐখোয মযামগী ইকফমসু হাংলমই, ঙম্বানা হাংলবনিনা মী লৈবল্লোইদ্রফাও খল্লুবনি অদুবু কিউদা লৈবমই । অসুম্না ঐখোয় পুম্বা লোযশিন্নরবা তুংদা অযুক্কী পুং ৭.৪৫ হেক তাবদা 'খুদোল-থৌবম' গীদমক মখাথংবা ফ্লোবদা কুমলে, ঐখোযগী বিলদিংদুগী মখাদা পুন্নমক তিল্লন্লে । ঐসু ঐগী খুদোলপোৎ অদু 'কমরেড বাতিব' দা পীকবে । মহাক্লা ঐগী খুদোল অদুবু লৌবগা নুংশিনা ঐবু চুপ্লিবমই । মহাক কনাসু নত্তে তাসকেন্টকী লশিং হেক্লবা মেছিন শাবা ফেক্তবিদা থবক তৌরম্বা শিল্পীগী লুচিংবা অমা ওইবম্বা অনিশুবা পৃথিবীগী লঙ্গাওদসু শকক যাকববা অহল অমনি । হৌজিক্লা ঐখোযগী কেম্প অসিদা মবক মবক্তা শিল্পীগী তোপীকশিংদা ৱা ঙাংবা মীশক

অমনি। ভারতকী ঙসিগী শিল্পীশিংগী মতাংদা, মানা অসুক্কী মতিক শুগাইনা হায়রকখিবা নুমিৎ অদুদগী মাবু নুংশিখি। শেংলবা শিল্পীগী নুমীৎ অদুদা শিল্পী অমা ওইনা নুংশিজবা অমসুং পামজবা ঐ ইসানসু ফোংদোক্লবগী মৌকা অদু ফংখি।

মিনিট ১৫মুক হৌখ্রে থৌরম অদু লোইরকপদা কেম্পকী ডাইরেক্তরনা ঈ ঙাংলবা তুংদাঐখোয় পুম্বা ফোটোনচিংবা লৌনরে। অমসুং চাবা থকপা থৌরম অমা নুমিৎসিগা মরি লৈননা শিল্লিবা অদুগীদমক কিউ লেংলমই। চানবগীদমক থৌরাংলিবদু 'প্লাও' ওইরমই। মহৌশা থেংনখিবা 'উজবেক পিলাও' অদু নিংশিংলকই। খজাই হরাওহল্লবা প্লাওগী মনম অদু ফাওবকই। ঐনা খনখি- নিংথিনা শেম শারবা হাউরবা প্লাও অসে মে দে নুমিৎ ওইবদগী থোং থাক্তুনা পুথোক্লক্লিবনিকো, অসুম্না।

চাবা লোযনরে বস ময়াম অমা মবি মরি লাকপা হৌরে, ঐখোয়না তোংগদবা নম্বরদুদা ইন্টবপ্রেটর অমগা লোয়ননা চৎলে। পুং ৮.৩০দগী 'মে-দে রেল্লি' হৌরগনি, ঐখোয় ফোবেন দেলিগেটশৈখেদু 'চিলড্রেন্স পার্ক' মনাক্তা পূল্লে, মথং মথং টিম সকাট শেমদুনা চৎনরী, সহরগী ব্লোক অমগী, ফেক্তরি শিল্পী কাংলুপকী, বিলদিং অমগী নক্তগা স্কুল মহৈশঙ, কেম্পরনচিংবা তোঙান তোঙান্না নিংথি নিংথিবা প্লেকার্ড ফিরাল অমদি অতৈ সিম্বোলশিংগী ওইবা মচাকশিং পুদুনা চৎপা হৌনরে। খুদম ওইনা স্কুলগী পাইওনিয়র্স কাংবু অমা চৎলি, য়াম্না নিংথিজৈ পাইওনিয়র্স ফিজোল, মকোক্তা তুপিগুম্না ফেষ্টিবেল সিম্বোলগী মচু কয়ানা লৈনাগুম্না শেমদুনা উপ্পুনা চৎপসু য়াওরি। মখুৎ অদুসু হাংনা থমনদে, চৈ মচা অমমমদা মতোন্দা মচু মঙাগী লৈতেং য়াওরবা খুনু অমমম থেৎলদুনা পুনরি। মচু কয়াগী পাইখৎপী বোলশিং পুনরি। পুম্নমক আর্থ লৈনা - "শান্তিগা" মরি লৈননা পাংথোকপা খুজিল থৌরাং ঙাক্লি।

বেল্লিদুগী য়াম্মল্লবা মীয়ামদুনা পাক্লবা সরকশিংদু পীক থন্না চৎলি, অয়েংবা মী ইয়াম য়ামদে। অসুম সরক্কী নাকলদা মাইক্তা থাদোক্লিবা অন্টরজাতি ইশৈগী শুর অমদি মরক মবক্তা মে দেগী শ্লোগান কয়া লাউরক্লিবশিংগী তাম্বাদা চীক্লা চাইনা ঙমদ্রবা মীয়াম অদুনা তপ্না তপ্না লেনিন স্কোয়ার তমনা চৎলি। কয়ামুক য়াম্বা মীয়ামনো হায়বদু উবা ঙমদে, অদুবু পাক্লবা স্কোয়ার অদু য়ৌরক্লবা তাঞ্জাদুখক্তদা খঙবা ঙমখি, মী মিলিয়ন খরদি শোয়দনা ওইগনি। তাসকেন্ট রেদিওদা অমদি মথং নুমিৎকী চেফোংদা ফোংলকখিবদগী খংখি মী মিলিয়ন অনিনি। ঐনা খনখি, 'মি মিলিয়ন মরিখক লৈবা তাসকেন্ট সহবদা মী মিলিয়ন অনি তশেংনমক তংখাই অমদি রেল্লি অদুদা শরুক য়ারিবসিবু করিগীনো' অসুম্না। মসিদি করিগীসু ওইরমদ্রে, চহি অমগী মনুংদা খ্বাইদগী মমল য়াম্নবা ছুটি নুমিৎ ওইবগীনি।

স্কোয়ারদু য়ৌরকপদদি নাক য়েৎলোমদা অয়েংবা মী লিশিং কয়া অমসুং লাক্লিবা রেল্লিগী মীয়াম পুনখিদুনা ঐগী মীওদি মদো "মীগী শমুদ্র" হায়বদু ওইরবোই নিংখি । অদুঙৈ ভারত নিংতম্বগী চৎখিবা রেল্লি অমদি হৌজিক মতমগী 'রিপাব্লিক ডে' পালন্দা চৎপা মীয়ামগুমই । লেনিনগী মুর্ত্তি গী মখারোম থংবদা উজবেকিস্থানগী লৈঙাকপা অমদি পার্টিগী লুচিংবা পুরিবশিং মখুৎ হাইর-হাইরদুনা রেল্লিকারিশিংবু ওক্লি । চৎখিবা পুন্নমক্তা শ্লোগান কয়া হল্লকপদা অমুক ওক্তুনা খুমই । 'কমরেড লেনিন-হুরলে, রাবোচি পার্টি-হুরলে, আদিন মেয়া হুরলে' অসুমনা। শ্লোগানশিং অদুনা তশেংনমক শিন্মীশিংগী শক্তি অমা পৃথিবীদা পুরক্কনি হায়বা থাজখি । ওহ্থোক্তা পুক্লিং তুংজুংলবা, হরাওবা নুঙাইবগী ঙমখৈ লৈত্রবা পুন্সিদা খ্বাইদগী নুঙাইবশিংগী মরক্তা থৌদোক অদু অমা ওইখি । রেল্লি অদু লোইরদুনা ঐখোয়, ঐখোয়গী বস থাফম পার্ক অদুদা য়ৌবক্নে । লোকেল মীয়ামগীদি অতোপ্পা মাইকৈশিংদা চৎনখি । নুমিৎ অদুদা অকক্লবা গাডি অমদি ট্রামশিং চেল্লি । তঙাইফদবা সারবিসকীদমক ট্রান্সপোর্টকী শিন্মী খরসু অহেনবা এলাৱেন্স পীদুনা গাডি অমসুং ট্রামশিং অদু চেলহনখি ।

নুমিদাংদা নোংথক্কী অচৌবা মৈকাপ্পী অতিয়া ঙালহনবা বোম কয়া থাগৎনৈ। মাগী মাগী ইন্টরপাইজশিংদা জগোয় ঈশৈ অমদি নুঙাইরবা কৃম্মৈ কয়া তৌনৈ । সহর অশে পুমনিল নিল্লি । সহরগী কাচিল অমতদসু নুঙাইবা ফোংদোক্লদবা য়াওদে । খ্বাইদগী চাউবা সহরগী নুমিদাং কৃম্মৈদি লেনিন স্কোয়াবদা পাংথোকই । মী লিশিং লাক কয়া পুন্না জগোয় মফম অদুদা মিউজিক অমত্তগী শুরবা পংথোকই । শক খংনবা খংনদবা নাইদ্রে, নুমিৎ অদুগী ময়াইনা হরাও হরাওনা নুংশিননা খুৎশমন্না জগোয়শিংদু পাংথোক্লিবনি । অপুনবা ঈশৈ জগোয় অদু ঙাইহাক অমুক লেপ্লগা রিপাব্লিক অদুগী ফাওববা শৈশকপা অমদি ফিলম ষ্টাবশিংবু ঈশৈ শকহল্লি অমসুং ৱা ঙাংহল্লি । মচু কয়াগী ইলেক্ট্রিক মৈঙান মরক্তুদা মখল কয়াগী থৌরম কয়াদুগী পুক্লিং হুনিংঙাই ওইখি ।

টি:ভি: গী পাউশিংদি, নুমিৎ অদুগীদমক অয়াম্বা প্রোগ্রামশিং ককথৎলগা শন্দোকখি । সহরদুগীদমক্তা নত্তনা লৈপাক্কী কোনুং মোস্কো অমদি অতৈ সহরশিং লোয়ননা পৃথিবী লৈপাকশিংগী মে কৃম্মৈ প্রোগ্রামশিংদা চিত্থদনা উৎনবা লাক্লে । অদুগা সিমদি খঙখি মে কৃম্মৈ অসিদা সোভিয়েট প্রজা অঙাং পুংকক চাওরবদগী অহল ওইরবা পুন্নমক শরুক য়াখি । টি:ভি: থৌবমশিংদা সোভিয়েট নোংপোক চিদাইদগী নোংচুপ চিদাইফাওবা লৈবা সহবশিংদা পাংথোকপা থৌরম কয়া উৎপদগী লাইনা খঙবা ঙমখি ।

নোং ঙাল্লবা তুংদখক ঐ খঙখি 'সোভিয়েটকী লৈপাক্তা খ্বাইদগী শাংলবা ছুটি সি মে-দে ওইরবোরেকো' হায়না। তশেংবনি সোভিয়েট ওইহল্লম্বা অমসুং শিল্পী অমসুং পৃথিবীগী শূরি নোম্লিবা মীয়ামগী য়াইফবা পুরক্লবা হোৎনবদা মপুক্তি লোমখ্রবা, মী মরক্তগী অথোইবা মহাপুরুস লেনিন শিবা হাক্তক্তফাওবা লৈপাক অদুদা মিনিট অনিখক ছুটি ওইখি। ঙসিফাওবা ত্রেদিসন অসি চৎনদুনা প্রসিদেন্ট চরনেনকো লৈতবা হাক্তক্তসু মিনিট অনিখক্তং ছুটি ওইখি। অদুবু ব'বিগীদমক শিল্পীশিংগীদমক নুমিৎ নিনি ছুটি ওইহল্লুরিবা ? মসে সোভিয়েট সরকাব অম'া শিল্পীশিংবু কয়ামুক ইকাইখুম্নবগে হায়বদু উৎপখক্লি।

## 'ভিক্তোরি ওভর ফেসিস দে'

নোংমা চুপ্পা ঐখোয় নুমিৎ অসিগী মতা'' খন্নখি। কনাগুম্বনা ভারত্তা হায় 'অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদি ইউ:এস:এ: লৈবম'বদি লোইরমলোয়।' অদুবু ব্রাফম অসি লাঞ্জাওগী মবমদা মমুৎ তানা খংদ্রিঙৈগী ব'নি, ঙসিদি পৃথিবীদা খংনরক্লে। মবৈপাক নিংবা সোভিয়েটকী শিল্পী অমসুং মীযাম লৈবমদ্রবদি ফেসিস জরমম্বু মাইথিবা পীদুনা অনিশুবা লাঞ্জাও অদু লোইবমলোয। মসিগী চপ চারবা থৌদোক অদুবু শঙশঙনা উৎপা অমসুং হৌবক্লিবা মীবোলশিদা ইদুকেসন পীবগা লোয়নবা ব্রাখল্লোনগী পালন কৃম্মেনি। হন্দক্তী হেন্না কুইরক্লবগী মগুন হেনগৎলকপা ৪০শুবা কুমওন তারদুনা চাওনা পাক শন্না পাংথোক্লি।

কেলেন্দব কয়াদা, লম্বীগী নাক য়েত্তা অমদি পোষ্টর সাইন্দবোর্ড কয়াদা '৪০শুবা ১৯৪১ দগী ১৯৪৫' হাযনা অচৌবা মযেক্রা ইরিবশিংগী আর্থ, পালন নুমিৎ মে ৯ বার্লিন লানফমদা জবমনবু পুবা মাইথিবা পীখিবা, সোভিয়েটকী অঙাংবা ফিরালনা বার্লিন কোনুংদা হাইগৎখিবা নুমিৎসি লাক্লবখক্তদা নিংশিংলকখি। ইতিহাসকী নুংশিরবা শ্লোগান 'ইমালৈপাক্লা কৌরী' হায়বা মমা অমগী শক্তম য়েকপা পোষ্টর অদু নৌহৌনা মফম কয়াদা উবে।

অদুগা মতম অমদা ইউরোপকী মফম খুদিংদা বোম থাদগদৌরে হায়বগী শাইরেন খোংবা কযা তাবদগী থুক্লৎখিবা অদো ঙসিদি লৈত্রে। লান্দাশিনখ্রবা মীয়ামগী মোংফমদা কংশিনখ্রবা ঈগী মপৈ কযাগী মথক্তা পিরাং শিন্থনা লৈ-শু কৎপখক্তখক মঙাইরে। লোযনন্না ঙসিদি অদুগুম্বা কন্সেন্ট্রেসন কেম্পকী পাক্লবা লমহাংশিংদুদা, মহৌশাদি মুরবা মৈখূ কারম্বনি অদুবু অমুক হন্না কাদ্রে, পাক্লবা মিউজিয়ম অমসুং পার্ক ওন্থোকখ্রে, তশেংবমক নাজিগী মীহাৎশঙশিংদু ইতিহাসকী লমায়গুম শেমগৎখ্রে। কুমওনসি লাকপদা সোভিয়েটকী ভিক্তোরি হেরো কয়ানা ইথোক্লকপশিং নিংশিংদবা

ঙমদে, "ঐনা ব্রাশক্কুনা হায়রি মদুদি শান্তি অমসুং পুন্সি হায়বসে খাইদোক্লবা য়াদ্রবা অদুগা করিগুম্বা পোৎচাক অমসুং অত্মানফাওবা ওনবা ঙমদে। কখোকপা অমসুং অচুম্বগী ওইবা লালগীদমক্তদি থেংনফম থোক্লবনি।" সোভিয়েটকী মী মিলিয়ন ২০না সামাজবাদ মমালৈপাক্কীদমক তমথিরবা ফেসিস জরমন লোইশিন্নবগীদমক অমদি পৃথিবীগী অন্টরজাতিগী মথৌ পাংথোক্কুনা লৈপাক ১১বু ফেসিসনা লোইচম্বদগী মনিং তমহন্দুনা অমদি অতোপ্পা লৈবাক কয়া অমসু নিংতম অন্দলোন শাগৎনবগী শক্তি পীনবা লোয়ননা হেরো মিংথোল ফংখ্রবা কমরেড কয়ানা মথ্বায় থাখি। অসিগুম্বা খ্বাইদগী মরু ওইরবা ঐতিহাসিক থৌদোকসিবু নিংশিংদুনা হৌরক্লিবা মীরোন অসিনা মশামক্তা চুশিন্দুনা লান পামদবগী চপ চাবা শক্তি অদু চেন্নবা চাওরবা পালন তৌরিবনি। নুমিৎ অসিসু ঐখোইগী কেম্পতা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অদুগী মতাংদা খন্ন নৈনবতা নৎতনা চহিগী ওইবা কৃম্মে অনি অহুমগী মনুংদা পালনসিমসু অমা ওইরিবনি হায়বদু পাংথোক্লকপা নুমিৎতুদতা খংলকই। চাউরবা রেল্লি অমা মে দে নুমিৎতা তৌবগুম মে ৯ সিদসু তৌখি। তাসকেন্টকী লেনিন স্কোয়ারদা তৌবগুম অতৈ বিপাল্লিক কয়াদসু তৌই। টি:ভি: দগী মোস্কোদনা খ্বাইদগী চাউরবা দোমোন্সত্রেসন তৌখি হাবদুমসু উখি।

অদুঙৈ লাঞ্জাও অদুদা শিজিন্নখিবগী শক্তম উৎপগা লোয়ননা ঙসিগী অনৌবা লৈপাক্কী চাওখৎলক্লিবা লাম্মীগী শক্তি উৎলি। অমরোমদা সামাজবাদ মমা লৈবাক অমদি সামাজবাদ পামজবশিংবু কন্নবা অমদি পৃথিবীদা সামাজবাদ শাগৎনবগীদমক্লি হায়দুনা অনৌবা লানগী খুৎলাই কয়ামরুমসু রেল্লিশিংদুদা উৎখি। শান্তিগীদমক মতিক চাবা শক্তি লৈতবা য়াদে। খুদম হায়ববু হিটলরনা কমিউনিজম্বু অহানবা শৌগৎলকপদা লোইশিন্নবা হায়খিবদুদগী সোভিয়েটকী শক্তি ফুদোক্কুনা থেংনহৌবদগী ঙসিগী শক্তম অসি ওইরিবনি। সোভিয়েটকী মতিক চারবা লাম্মী অমসুং খুৎশু খুৎলাই অদুমক্তনা সামাজবাদ লৈপাক কনখি লোয়ননা লৈপাক কয়াগী শিন্মীশিংদা সামাজবাদ লৈঙাক চুপ্পি শিন্নখি। অয়ুক অমসুং নুংথিলগী অদুগুম্বা থৌরমশিংদু লোইশিল্লবা তুংদা নুমিদাংগী চাউরবা থৌরমশিং মথং মথং লেনিন স্কোয়ারদা তৌখি।

ঐখোয় অহুমসু চৎলুই। মখল কয়াগী জগোয়, নোংচুপ অমসুং নোংপোক লমদমগী য়ান্নরবা হৌরবা মিউজিকশিং স্পিকবশিংদা থারদুনা পুন্না পুন্না জগোয়শিংদু শামিন্নৈ। ঐখোয় অয়েংবা কাংবু ওইরম্বনি অদুবু কজাখ লৈশাবী খরনা ঐখোয়বু চিংশিল্লমই। মখোয় ইংগ্রেজি লোন খরা খরা খঙই। মতেক মতেক লোল্লদুনা ঐখোয়বু নমদুনা জগোয় অদুদা য়াওহন্নবা, মখোয়গী নুঙাইরবা নুমিৎ অদুবু ঐখোয়না তুংওইনরম্বা য়ারোই মতাগুম তক্সিল্লকখি। ইকাইতক তৌরম্বদু, অন্টবজাতিগী নুংশিনবা ব্রাখল

লামশিল্লুবগা তঙাইফদনা জগোয অদুদা যাওবগে খনখি । ঐখোয পবেং শানা খুংকা-খুংকা শমজিল্লুবে । জগোয অদু যান্নববা মওংনি । ইচম চম্না শাবসু যাওই। থাবল চোংবগুম কোযনা খুং শমনবগা হাই হাইদুনা চেন্দুনা শান্নমিন্নবা মওংগীনি খব কোযনা চেন্না শামিন্নববা তুংদা ঐখোযগী মবক্তগী অমবু চিংশিনখ্রে । উজবেক্কী চৎনবীগুমলবনি, ইকাইবা ফনবা তক্সিননগী বাওনি । [illegible] ক পাখংনি । চৎনবী ওইনববনিনা মহাক মযাইদুদা [illegible] পু হাক্তক্তগী খব হৈনববী ফোক দা [illegible] শাগৎলক [illegible] । ঐদি [illegible] গী [illegible] ম কযাদা মাল্লুই । মখুৎ অনিমক খনগৎল খুংশ শিংনা [illegible] ৎতুনা, হকচাংগী শাথেক কযাগা [illegible] যনা খাংগী [illegible] যনি । হন্দক্তী কনাসু ইনশিল্লুবা নাইদ্রে ঐ[illegible]নি পবেংদগী লৈশাবী [illegible] গোয অদু পাখং লৈশাবী অনিদুগী ওইখ্রে । খন্না [illegible]গোযদা থোইবীনা যা[illegible] তশেংবমক ঐখোযগী মনিপুবগী খন্নাথোইবী [illegible]গোযগা ওম্বোক্না মা[illegible] খল্লুবে

মথংগীদা জগনাথপুস মখোয থোকখ্রবা দা চিংশিনখ্রে । মাসু অম্ভ্রগী মানা হৈজবা খবা শাখ্রে । ঐনা খল্লি -মথংদদি বাজন [illegible]সুং ঐগী মতাং লাকপসু যাই । জগনাথতু খবা কুইনা শাবমলবদি ফগদবনি অদুবু [illegible] হাথুনা মহাক থোক্লক্লে । অপুনবা মিউজিক অদুবু অথুবা ওইবম্বদগী লেপখ্রে, ঐনা [illegible]খি-বাজন অমসুং ঐগী লাইবক ফবে লোযখ্রমাল্লে, অদুবু মিউজিক অদুদি নিপা নুপী [illegible]নিমক শামিন্নবা জগোযগী শুবদা শন্দোবক্লে । কজাখ লৈশাবী ৪/৫ গী গ্রুপ অমা [illegible]কপা জাৎনি, ঙসাইগী লৈশাবী মবেপ খবা ব্রাংবীদুনা ঐগী ইনাক্তা চংলক্লগা খুং [illegible]বদুনা শামিন্ননবা হৌবমই । হৈদি হৈতে কমদৌনি ? অদুবু ঐখোযগা শক [illegible] মা[illegible]ববি , মশম মনা যেংলুববসু সোভিযেট মচা ওইববসু মুনা বাই বাই তানা খাক্লিবী[illegible] [illegible]ক্কী পামজবা অদুদা ঐসু শকক যাবমই । জগোয শামিন্নবিবদি ওম্বোক্না যামখ্রবা জাৎনি, কনা অমত্তসু জগোযদুদা যাওদবা, লেমনা লৈথোক্লবা যাওখিদে । বাজনস ঐনা লাপ্পা উই, লৈশাবী অমগা মবানিখক্তা সামিন্নবি । বোম্বে মচা ওইববসু ঐখোযগী সমাজগী থবক তৌবশিংদি ইউবোপীযান জগোযবু হন্থনা খনবদগী নোংমতা তস্মুদবনা হৈতে । অদুবু নুঙাইববা নুমিৎ অদুগী হবাও তযাম্বা, নুংশিনবা ফোংদোক্লবগী পুংজাদুদা ঐখোযনা নাথৈদুনা লৈথোকপগী তাঞ্জা ফংখিদে । ঐনা ঙক অসি কাংখৎতুনা যেংখিবদা মীগী শমুদ্রা অমগুম উখি । মিউজিক অতপ্পদা ওনখিবদুদগী নিপা-নুপী লম্বা লম্বা ওল্লকখিবা জাৎনি । খঙনবা খঙদবা, শকমান্নবা শকমান্নদবা, ফজবা অথীবা মী ঙাক্লী অমনা অমদা হেন্নদবা ঙাক্লি, মখল কযাগী জাতি কযাগী অপুনবা উৎতুনা শাবিবা জগোযনি ।



ঐনা য়ান্নরবা লোন্দা লৈশাবীদুগী মিং হৌখি । মানা কুইনা লৈরগা জগোয় শানা শানা মোমোন নোক্না 'মিয়া জবুদ ইরিনা' হায়না ফোংদোক্লকখি । মিনিট খরা শামিন্নরবা তুংদা মিউজিক লেপখ্রে । ঐখোয় অনি খুৎ শোকমিন্নরগা 'স্পাসিবা, স্পাসিবা বোলশোয়' হায়মিন্নরদুনা, পুন্না খুবাক খুমিন্নরদুনা, হরাওনা নোকমিন্ননা জগোয় অদু লোইশিল্লমই । অরোয়বা মিউজিক অমা ইন্টরনেসনেল টিউন্দা খোংলকই, মদুগা লোয়ননা অতিয়া পুম্বা পুমঙান ঙান্না থবানমিচাক্না মান্নরবা বোম অমসুং মৈকাপ্পীশিং কাপ্লক্লমই । মচু কয়াগীনি, ইরোয় লোয়বদা বোম অমখক্তগী মখল কয়াগী থবানমিচাক চবুন অমা থারক্লগা লোয়শিল্লমই । মীগী শমুদ্রদা শরুক য়ারম্বা 'পুম্বা খুবাক চপ চপ মান্ননা খুমিন্নরদুনা অতিয়াদা য়েংখৎমিন্নখি । 'অসুক হরাও তয়াম্বা অসিবু কদাইদা লৈরমগদগে' হায়না ইতোমতা শোঙখিবদু নিংশীংলি ।

হল্লক্লে লম্বীদা মেত্রোদু চিন্বনা হায়নিঙাই লৈরমদ্রে । অদুবু জ্ঞান তাননা অদুমক চৎমিন্নখি । ঐনা খনখি অসুক য়াম্না তোংলবসু মেত্রো অসে মাগী য়াংবগী চাংদি হল্লুদে, করম্বা মেকানিজমনো হায়না ।

নুমিদাংদা সহরদু মচু কয়ানা লৈতেংলদুনা ইলেক্ট্রিক্লদি পুমঙান ঙাল্লি । ঐখোয়গী লৈফমদা ফোরেন মরুপশিংগীদমক থৌরাং তৌবা 'পবেদি' ('মাইপাকপা') হায়বা ফিল্ম অমা কাপখি । ফিল্মদুদা অদুঙৈ অনিশুবা লাঞ্জাওদা জরমনবু মাইথিবা পীরবা তুংদা 'পোসদাম মীফম' পাংথোকখিবা উহল্লি । লান অমসুং শান্তিগী ব্রাখল্লোন্দা আলেকজেন্দর চেকোক্ষকিনা উপন্যাস ওইনা ইবদুদগী ফিল্মদা মিংথোলদুমক্তা ওহোরকপনি । ষ্টেলিন অমসুং সোভিয়েটকী মীহুৎশিংনা মীফম অদু য়াওবা চৎপদা লান্দা তমথিনা মাং তাক্লবা ফুরা দলান কয়া, নোংমৈ বোম তোপ্না থুগায়রগা মৈ চাক্লবা, লৌখৎনিঙাই অমত্তা লৈত্রবা কয়াদু উহল্লি ।

'পবেদি' গী চপ চাবা নুঙগী ব্রাখলদি লাল লোয়রবা মতুংগী চহি ৩ অদুদা শান্তিগী কেম্পেন চংবা অদুনি । অদুবু মীফম অদুদা ইউ:এস:এ: গী মীহুৎ মতমদুগী প্রসিদেন্টনা তমথিরবা এতোম বোম চাং য়েংনিংবা অমসুং সোভিয়েটপু কিহল্লকপা অদুনি । মীফম অদুগী তুংদা ইং ১৯৪৫ গী আগষ্ট ৬ অমসুং ৯ দা হিরোশিমা অমসুং নাগাশাখিদা এতোম বোম থাদখি । থাদফম থোক্লবা বোম অদু থাদখিবনা মী লাক্ষ কয়াগী মপুন্সি মাংহনখিবদুনা তাকলিবদি পোসদাম মীফম অদুগী আর্থ লৈহন্দবসি ইউ:এস:এ: নি হায়বদু তাক্লি । তশেংনা হায়রবদা মতমদুদা সোভিয়েট ফ্রন্টতা চপ চানা জপানগী লান শোক্লরিবনি, মপুং ফাদনা লান শোক্লদবা ইউ:এস: প্রসিদেন্ট হেনরি ক্রমেন অমদি মতমদুগী ইম্পরিলিসশিংগা লৌতুনদুনা লানঙম্বগী মনাবু নাথেখিবা য়ানবা অনিখক্তা ঙাইখিবা বোম জপানগী সহর অনিদা থাদখিবনি ।

ফিল্ম অদুদা লান মতমদগী খবরগী মী ওইরবা সোভিয়েটকী মীখাইল ভোরোনোভ অমসুং আমেরিকাগী চার্লেস ব্রাইট অনিগী রোল উহল্লি । তশেংনা হায়রবদা অনিগী পাউ খোম্নদা নোংপোক জরমনগী এরিয়াদা হায়বদি ইউ:এস:, বৃটেন অমসুং ফ্রান্সনা লোয়চনবা মফমদা ফেসিস ফ্রেক অমদি সিম্বোলশিং অদুম্মক শিজিন্নবা, ফেসিস জরমনবু মাইথিবা পীখিবগী আর্থ অমত্তা লৈপাক্লিংগী মকোকশিংনা শিনখিবা লৈতে হায়বদু উহল্লি । লোয়ননা ফেসিসপু মোংফমদগী অমুক হৌগৎহন্নবা শেম শারিব্রা হায়বদু পাউমী অনিগী পাউখুমনি । লোয়ননা অতোপ্পা পাউমী লৈশাবী পাখংশিংগী মরক্তা পৃথিবীদা শান্তি পুবক্কদৌরে হায়বগী অশাদা অদুক্কী মতিক হরাওবা চপ চানা নুংশিনবগী শক্তমশিং অদু উহল্লি ।

নুমিৎ অদুগী পালন্দু ফিল্ম অদু উৎপগা লোয়ননা খমখি । ঐগী থম্মোয়দা ফাওহৌরিবদি তমথিরবা ফেসিস নাজিবু মাইথিবা পীবদা কমিউনিষ্ট পার্টিগী চাউরবা মগুন্তনা ওইংোকহনখিবনি হায়বদু ফাওবকই । পার্টিগী থৌপুবা মখল কয়াগী অথোইবা মীশকশিংনা মানা মানা ওম্বা অরোইবী থাদুনা হোৎনবদগীনি । মখোয়গী লৌমী, শিন্মী, নুপী অমসুং নহারোলগী মথৌনা মবিংজেল, নুপী অমসুং নহারোলগী মথৌনা মরিংজেন অমুক পল্লুনিংঙাই লৈত্রে, পৃথিবী পুম্নমক্কা অসুম অসুম ইতিহাসনা পাক শন্না শন্দোক্লকুনা অদুম্মক অনৌবা মীরোলদা ঔরাইহল্লববনি ।

মতাং অসিদা মখোইগী অথোইবা কবিশিংগী কলমদগী থোক্লকখিবা হম্বা নাইদনা শোক্লখিবদা পাঙ্গল অমসুং থব্রায় হাপখিবা ঈশৈ অদু নৌহৌনা নিংশিংহল্লি ।

*Arise arise, great land,*
*For mortal strife arise*
*Against fascist forces stand,*
*Against the darkness we despise.*
*Let noble anger seize you*
*And surge up like a wave,*
*The war you wage is holy,*
*All peoples shall it save."*



ফোটোগী লামায ১



তাসকেন্টতা ° অইবা অমসুং এসিয়া আফ্রিকাগী নহাবোল মীহুৎশিং ।



সাইবেরিয়াদা ববনোলগী কোমশোমোল মেম্ববশিংনা ° অইবা অমসুং
ভাবত বাঙ্গলাদেসকী মীহুৎশিং ।

ফোটোগী লামায ২



ব্রেকসি মপানগী যং পাইওনিযর্স আর্টেক কেম্পতা ° অইবা অমসুং লৈপাক কযাগী ওফিসিযেলশিং ।



° অইবা অমসুং য়ং পাইওনিযর্স ।

অহুমশুবা তাঙ্কক

# তাসকেন্ট

## “ইশাদা ইশাগী য়ুম”

তাসকেন্ট অনৌবা ফুরা দলাঙনা লৈতেংলবা, ইতিহাসলোমদগী য়েংলুরবদি নৌজরিবা, চাওখৎলক্লিবা সহর অমনি । চাউরবা, মরৈপাক্কি সহরশিংতা নওনা পৃথিবীগী সহরশিংসু লমজেল তান্নবরোমদা কন্না চংশিল্লিবনি । নোংমা ইতিহাস মিউজিয়মদা চৎলুবদা, ইন্টরপ্রেটরদুনা চাউথোক্না হায়রকখি,“তেল্লবা চহি ৫০/৬০ অসিদা তাসকেন্ট খংচোং চোংখৎতুনা পৃথিবীগী অচৌবা সহর অমগুম লেপ্পববনি । অদুগা চহি দিকেট খরসিগী মনুংদা তাসকেন্ট সোভিয়েটকী অনিশুবা খ্বাইদগী চাউবা সহর ওইরবগদবনি ।” মীওইবনা তশেংনা লিংজেল মান্নরবা অচুম্বা নীতি অমগী মখাদা বৈজ্ঞানিক ওইনা থবক কযা পাইখৎলবা, পৃথিবী অশে তশেংনমক থুনা চাওখৎকনি, যৈখাই থিনগাইবা হায়বদু তুমনা মাংখিগনি ।

ঐখোয় ভারত মচা চংমিন্নবা অহুমগী মনুংদা ঐনা তাসকেন্ট অমুক্কসু হেন্না নুংশিজে, ইশাদা ইশাগী য়ুমগুম খনখি । মবমদি ঐনা পামজবা অমসুং ইশাগী পোক্লফম খুঙ্গংগী অহলশিংনা কন্না নোমজবনা হৈনজবগুম অমদি শক চুদা য়েংলুববসু ঐখোয়গা ওম্ব্রোক্না মান্নখ্রবা, অদুননি । নোংমা ঐনা লৈবম্বা য়ুম দলাম্দুগী মমাংদা লৈরিঙৈদা অহল অমা লাক্লগা উজবেক মবোন্দা ব্রাবী শাবা হৌরক্লমই । ‘মানা তৌরিবসে ওম্ব্রোক্না শোয়রেদকো’ হায়বদু খংলবসু ঐনা মাগী মশক অদু উরুরগা ওম্ব্রোক্না নুংশিরমই। করিদি তৌরুনি, মতাংদুদা ঐনা খল্লকখি করিগুম্বা উজবেক মরোলশি খংলমলবদিকো! তশেংবনি মা ঐগী য়াম্না নক্লবা মরি মতা অমা মাল্লি । তৌবতবু মাগী তুপী (উজবেকী) অদুখক্তুনি খেৎনরিবা । খংহৌদনা ঐনা ‘ঐ! য়া কোমশোমোলেস, ইন্দিসকী !’ অদুগা খুৎ অমসুং কোক হাইরগা ‘য়া নিজনায়ু উজবেগ’ মতৎ মতৎ হায়রমই ।

অশেংবনি মীওইবগী থম্মোয়দা য়াওরকপা ঈথিল চপ মান্নে, থম্মোয়দি অমত্তনি, লোল খেৎনরবসু । মাসু ঐনা লৈরমলিবা মফমদুনে, মানা থেংনখিবা লৌশিং হায়বদি ভারতকী মরমদা পাবদা, মোঙ্গোলোইট কাংলুপ কয়া অবাং নোংপোক চিদাইদা তাই হায়বদু নিংশিংলক্লমাল্লে, অদুদগী মোমোন মোমোন নোক্লক্লে, ঐনসু মাগী মীনোক, অমসুং মাবু নুংশিরুবদুনে, কন্না নোকখি, মাসু কন্না নোক্লক্তুনা ঐখোয়নি খুৎ শোক্লরগা নোকমিন্নখি । ঐনা মাবু খুৎ-শা ঈঙ্গিংনা ইন্টরপ্রেটর অমগী মনাকফাওবা পুশিল্লগা বারী শারমই । তশেংনা হায়রবদা মহাক শমরখান্দ শহরদগীনি, মীনৌ ওইরমই । গোর্কী মেত্রো ষ্টেসন কদাইদনো হংবা ওইরমলে । মদোমদা থোইনা কোইথরুদ্রে, মহাক অমসুং ঐখোয় শোফাশিংদা ফমথরে, মানা হায় ঐগী শক অসি করিগীনো মখোয়গা মান্নরুরিবা হংই । ঐনসু ঐগী ফাওখিবদু মঙোন্দা ফোংদোকখি । মানা হায়খি তশেংনমক ঐখোয় য়াম্না নক্লরমগনি । অদুগা অরোয়বদা মানা হায়রমই- 'নখোয়নবু চপ চানা অন্টরজাতিগী কমিউনিষ্ট খোঙচৎতা কাইদনা চৎলবদি ঐখোয়না ফংলিবা নুঙাই য়াইবী মরাং কায়বা হায়বদু শোয়দনা ফংগনি । মাগা লোয়ননা ঐ ফোটো ফাওবা নম্মিন্ননিংখি । অদুবু য়াম্না তৌজনিংবা মাল্লগনি হায়দুনা তোকখি । মানা অরোয়বদা হায়রম্বা 'নুঙাইবা' হায়বদু তশেংনমক মখোয়গী চহি ৭০/৮০ খক্তগী মমাংগী মীরোলগা য়েংনরুরবদি ওন্থোক্লা খেৎনখ্রবনি । মসিমদি ঐখোয়না থোইদোক্লা খঙনরবনি ।

মখোয়গী সামাজিক বিজ্ঞানিকশিংনা হায় - 'Forget the unrelieved misery of central Asian life under the double, colonial and feudal yoke' য়াম্না ঙক্লা থোকখ্রবা অকনবা মখোয়গী রিভোলুসনারি স্পিরিটখক্তনা লমদম অসে পৃথিবীগী মনুংদা ইহান হান্না কেপিটৈলিজমবু থাদোক্লম্লগা (কাল্লগা) সোসিয়েলিজম শাগৎলকপনি, মসিবু ঙসিফাওবা 'মাইপাকপগী লুহুপ' হায়না শিংথানরি । মী মরক্তগী অথোইবা লেনিনগী পার্টি ওইরিবা সি:পি: গী মাইপাকখ্রবা ওক্তোবর রিভোলুসন ঙসিগী অসুক খুমাং চাওশিন্না চাওখৎপসি পুরকখিবনি । বেরিস নিকোলায়েভনা থুনা চাওখৎলকপগী মতাংদা প্রমান অমা পী । চহি ডিকেট তরুক খক্তা ঙাইরি । মদু চহি শাংনা চাওখৎলকপা মফমসিগী সভ্যতাগদি চাংদম্নরুবা য়ারোই । তাসকেন্টতগী ইরাপ লাপ্তুনা শমরখান্দা শুরুং অমা এক্সকেভেসন্না পুথোক্লে । মদুনা চহি মিলিনিয়া চাম্মগী মমাং অদুবাইদা লমদমসিদা মী লৈরম্বদু তাকই । শমরখান্দমক ফাওবা চহি লিশিং অমা মখায়রোম লিরে। হোংলক্লিবা ওল্লক্লিবা,

চাওখৎলক্লিবা থবক থৌরমশিংদি সোভিয়েট সরকার লাক্লবা মতমদখক্তদনি। কুনশুবা শদাব্দীখক্তনি (১৮৬৮) রুশিয়ান জারগী কোলোনি ওইরকপা মতম অদুদা ফংলম্বা পোখোক পুম্বা প্রিমিটিপ নোমুনাগী লৌউদগী ফংবা ওইরমই । লৌমী ৭০০ কী মনুংদা অমখক্তংকা য়োৎকি লাঙ্গোল শিজিন্নবা ঙমলমই। মীশিংদো শাথিনা নংবা, মহৈ মশিং, লাইরিক্কা অমত্তা হৈরমদে অদুবু চাদ অনিকাদি ইবা পাবা হৈরমই । ইং ১৯০৬ তা রুসিয়ান ইদুকেসন জরনেল অমনা মফমশে ইং ২১৮৬ কাদকা লাইরিক লাইশু পুরা হৈবা ঙম্বা য়াই হায়না ইরমই । নুপীবু কয়ামুক হন্থনা লৌনরম্বগে হায়বদু অঙাং নুপী অমা পোক্লবদি 'য়ুম শাবদা হাপ্লবা নুং অমদুম পোক্লমলবদি ফরমগনি' হায়নরমই ।

মসিগুম্বা শাথিরবা ফিভমশিংদো কোকখিদুনা ঙসিদি পৃথিবীগী লৈপাক ৭৬ তা তাসকেন্টকি রিপাব্লিক ওইরিবা উজবেকিস্টান্না পোখোক কয়া এক্সপোর্ট তৌরে । লৌমী অমা নোংমা ঐনা মাগী কারদা শজীক হাপকৎহৌবা উরকই । অব্রাংবা থাক্তা লৌমীনা হিংনরে । অদুগা কনাগুম্বা অমত্তসু লাইরিক হৈতবা লৈতে, ইদুকেটেড ওইব ঙাক ওইররে, নুপীগী হিরমদা হায়রবসু নিপাগা চপ মান্নরে, রিপাব্লিকসিদা চাদা নুপী ৩৬ লৈঙাক শাসন পুরদুনা নুপী পোকপদা শাথিবা লাইবক ওইরম্বদু ঙসিদি নুপীবু অব্রাংবা থাক্তা লৈররে ।

## "চাউথোকচরিবা অনিশুবা সহর"

নোংমা 'লেনিন স্কোয়ার' অমদি স্টেদিয়মনচিংবা মফম খরদা এগ্রো ডাক্তরেট মণিপুরী মচা এলঃ জয়কুমারগা লোয়ননা চৎমিন্নখি । মথোল কুনমুক ব্রাংবা উজবেকিস্টান সোভিয়েট লৈঙাকপশিংগী অচৌবা লোয়শঙ, মেট্রো ষ্টেসনগী ওই হেক থংবদা চাউথোকচরিবা অনিশুবা সহরদুদা লৈবা টাব্বার অসিনি । কার থাফম লৈ । অদুবু কা হেন্না পাক্তে, য়ুমদুদা লৈরমগদবা মীগী হায়নরুরবদি । মণিপুরগী সেক্রেটরিয়েট মথোল অহুম খক্তনি, কেম্পসসু য়াম্না চাওবা নত্তে অদুবু জিপ কার ওহোক্লা য়ামখ্রে । ঐখোয়না চৎখৈ চৎলগা ওফিস কুমনরকপদা হল্লকপদগী খঙখি । অচৌ অশাং অয়াম্বা, তঙাইফদবা খবখক নত্তনা মেট্রো, ট্রোলি অমদি মীয়াম পুন্না তোংমিন্নবা য়াবদা হুনখিবদু উই ।

লেনিনগী চাউরবা মিটর তরামাথোইমুক ব্রাংবা মুর্ত্তি অদুদা মৈরম পাংনা মাইওল্লদুনা খুৎ য়েৎতু খরদং থাংকৎলদুনা মমাংঙৈ ওক্তোবর রিভোলুসন লোয়বদা

ফিন্দলেন্দগী পেট্রোগ্রেট য়ৌরকপগা ব্রা ঙাংখিবদু নৌহৌনা হেক উবমক্তদা নিংশিংহল্লি। স্কোয়ারসি শাথিনা চাওই, মুর্ত্তিদুগী মাংমক্তদা মিটর ২০ মুক পাকপা সেলুটিং বেজ অমা কিলোমিটর অমমুক শাংনা চৎলি। মমাং ওইবপ্লা, নিংথিনা শেম শারবা লৈকোল অমসুং মুরৈনবা শিৎ নাল্লবা নুং শিংনা লৈতেংলবা ইকোয় কোয়না খাজিনবা অমগী ময়ায়দা খমনাইদ্রবা মৈ (ইমোরটেল ফ্রেম) না হঙ্গামপাল মচুদা চাক্লি। লৈপাক্কীদমক্তা, মথ্বায় কখোক্তুনা লৈখিদ্রবা থৌনা ফবশিংগী থৱাখনা খন্বা নাইদনা নিংশিংহল্লদুনা লৈপাক অদুগী মীযাম অমসুং পৃথিবীগী যাত্রিক কযাবু ইকাইখুম্নহল্লি অমসুং লৈ-শু কৎহল্লি। ব্রারী কয়া ৪০শুবা ফেসিস জরমনবু মাইথিবা পীবগী পালন নুমিৎতা অহল ওইরবী চহি ৬০ মুক শুরবী ইমাগুম্বী অমনা মশামক্লা য়াওরুবদা থেংনরকপা অমদি মমাংমক্তদা মথ্বায় কৎখিবা শহিডশিংগী ব্রাবী লিরদুনা মমিৎতগী পিরাং শিম্নুনা পাউদমখিবদু নিংশিংলকখি। খংহৌদনা শহিডশিংগী মিং মথং মথং নোট তৌরিঙৈমক্তদা পাইওনিয়র্স মরি চপ মান্নরবা লুমলবা খোংথাংদা "গপ গপ" চংশিল্লক্লম ই, অমসুং মখোয়গী মরোন্দা ইকাইখুম্নবা উৎনবা লাউরমই অমসুং চপ মান্ননা গার্ড ওফ ওনর পীরমই। মখোয়গী থৌরম অদু পুং অমমুক শাংলমই। মসিগী মতাংদা মিষ্টর শর্গীনা হায়খিবা পাইওনিয়রশিংনা পুংশিং খরা অকক্লনা থল্লগা ইউনিটশিংনা থৌরম অমগী মখাদা গার্ড ওফ ওনর পী হাযবদু চপ চানা উখি।

মনিং ওইরপ্লা চৎলগা 'লৈঙাকপশিংগা মরি লৈনবা, মিউজিয়ম অমসুং লাইব্রেরি লোয়ননা কলচরেল হোলনচিংবা মথং মথং লৈপ্রি। লংনা মুশুক মুনা শেমলবা শেলুটিং বেজ মথক অদুদা অসুম চৎখিবমক্তদা বিলদিং ব্লোক অমগী মপা হেক য়ৌবদা, নুংঙৌদা হক্তুনা লৈবিবা ময়েকশিংদু পাবদা খরমখৈদি খঙবা ঙমই। অদুঙৈ ভাবতকী লাল বহাদুব শাষ্ট্রিগা পকিস্থান অমসুং সোভিয়েটকী লুচিংবশিংগা ইং ১৯৬৬ তা শহি তৌনখিবা মফমদুমক ওইরম্লে। মদুহেক উবদা ভারতকা পাকিস্থানগা থেংনখিবা তমথিববা লানফমশিং লোয়ননা 'পেট্রোল টেঙ্ক' মথং মথং থম্মোয়দা মিহুল দং দং চোংবমখৈ ফাওরকখি। মখোয়না খ্বাইদগী মরু ওইরবা মফমসিদা "শান্তিগী" মচাকশিংবু য়োক্তুনা থম্বোবে হায়বশে তাংদাংবা খুদম অমগা অমুক ঐগী এক্সপরিয়েন্সতা হাপকৎখি।

লেনিনগী মুর্ত্তিদুগী তুংওইনরপ্লা নিংথিনা শেম শারবা হৈকোল লৈকোল লম্বী, লৈপূং, লৈ-শু, উ-ব্রা কয়া শাংনা নাক য়েৎতা শন্দোক্তুনা লৈখ্রে। মিটর ৬০/৭০ মুক চৎলবা তুংদা নোংপোকলোমদগী নোংচুপ পাংলপ্লা চেম্বা তুরেল অমা

লৈরম্লে । তোরবানশিংদু মতেক মতেক অষ্টর তৌই । নিংখাইবা অমদি উশা ব্রাশা অকংবনচিংবা থোইদোক্লা উদে । ঈশিংদু য়াম্লমক লূবমক্তি নত্তে অদুবু অমোৎপা ঈশিং নত্তে । লাম্থোক্লবা তুংদা নোংচুপ লোমদা অষ্টর তৌরবা লম্বী অমগী তুংইন্না চৎথরমই । নুংশাগী মঙান চপ চানা ফাওজিল্লক্তে । চাউর চাউরবা উজাওশিং কুংলপ্না হৌই । ঙাইহাক চৎলবা তুংদা চহি ৬০/৭০ গী অহল কয়া খোল্রাও মচা অমমম মোজাফুরিৎ অমমম লিৎলগা লমজেল চেল্লি । তুরেলদুমক্তদা খোই চোপ্পা, ঈরোইবনচিংবা উই । খরগা মনিংলোমদা চৎলবদি শান্নফম পাক চাওনা লৈরমলে । লাউন টেনিস, বেডমিন্টল, বোল্লিবোলনচিংবা গ্রাউন য়োৎকি জালিনা খাগৎ খাগৎতুনা লৈবা উরে । অয়াম্বনা চহি খরা অহল ওইবঙাক্তা ওইনা তৌই শান্নরিবদু, অতৈদি খঙদে, ঐ ইশামক বেদমিন্টল অদু ওহ্থোক্লা শান্ননিংঙুরে । অসুম্না খরা চৎলবা তুংদা কফফি অমা লৈরমই মদুদা চংলগা ঐখোয়সু আইস ক্রিম অমমম থক্লগা হল্লকখি । (স্কোয়ারগী ব্রারীসি থৌদোকশিংগী ইবদা পল্লকখিগনি )।

তাসকেন্ট সহরগী ব্রারীদি চেপ্টরশিমক্লা অদুমক লিরশনু, মতাংশিদা তশেংনমক ঐনা পন্নিংলিবদি নিংথিনা শেমগৎ শাগৎলিবা পুম্নমক্লা সোভিয়েট ইউনিয়ন হায়বা অপুনবা শক্তি অসি লৈরম্বনা ওইরম্লে হায়বশিনি । তাসকেন্টনা লৈপাক্লিগী অনিশুবা খ্বাইদগী চাউবা সহর ওইরক্কদবগী মরমসু মহৌশাদগী কা হেন্না শক্তি লৈবা লৈবাক অমা সোভিয়েটনা ওইরম্বশিমক্লনি । অচৌ অশাং ওইরবসু দরকার ওইবা অদুখক্তং লৌবা, মী অমগী তৌফম থোকপা মথৌ মশানা খঙনা চপ চাবা ডিসিপ্লিন চৎনবগী সমাজ চাওখৎপা মচাওখৎ অসিমক অব্রাৎপা লৈহন্দ্রিবা সোভিয়েট শক্তিগী লম্বীদুনা ওইরম্লে । সি:পি:এস:ইউ: না মাগী কঙ্গ্রেসতা পনখিবা "ঐখোয়না অনৌবা সমাজ অমা শেম্লে, সমাজ অদুমক্তী হান্না অমুক্তা লৈরমদ্রিবনি, সমাজ অসিদি য়ৈখাই থিনগাইবদগী য়াম্না লাপথ্রবা, চাং নাইনা চাওখৎলকপা শেল থুমগী ফিভম, সমাজগী লৈনবা মরিদা অব্রাংবা তমজনিংঙাই ওইবা অমসুং চপ চাবা নিং-তম্বা অশেংবা অদুমক্লি ।" অদুগা সমাজশিমক্লা বৈজ্ঞানিক ওইবা মেতরিয়েলিস মীৎয়েংগী পৃথিবীবু য়েংশিল্লিবনি । পুম্নমকসি কমিউনিষ্ট মীৎয়েংদুদগীনি । ঙসিদি চহি ৭০ শুরে সোভিয়েট অসিমক্কী সরুক ওইরিবা উজবেকিষ্টানগী মনুংদা লৈবা সহর, মাগী কোনুং ওইনা ঙানজরিবা তাসকেন্টকী মীয়ামদা শাথিবা অওনবা অমা লৈররে । লোয়ননা মাগী মীয়ামনা শেঙাও পায়বা লৈবাক অমা হেক্তা লৌরগা পোখোক্তা অমদি সমস্যা লৈতবদা চাংদমনরসি হায়দুনা চাউথোকচরে ।

---

# “তাসকেন্ট সহরদা”

নোংমা নুংথিল অমা ষ্টাপ কার অমদা ঐখোয়বু ইন্টরপ্রেটর অমগা ঐখোয় লুনাচার্সকী শোশিদা হাইদোক্লকই। সহরসি খরদং মমুৎ তানা খংনবা কোমশোমোলনা শীনবা থৌরমনি। তশেংবনি লৌশিং তান্নবা খোঙচৎ অমনি ইদুকেসনেল ভিজিট হায়বদুনি। অদুগা চৎলুগদৌবিবা খোঙচৎশিনা অশেংবা সহর (সিটি) নি হায়বদু তাক্লদৌবিবনি।

খংহৌদনা টেপকি মাইক্রোফোন অদুগুম্না অমদা ‘দ্রাসবিটে তাব্বারিচি!’ হায়বদুনা হৌবকখি। ‘তাসকেন্ট’ বু উজবেকিষ্টানগী কোনুং লাউথোকপা নুমিৎকা, ‘টুরকিষ্টান’ হায়রম্বা, পূল্লম্বদগী ‘উজবেকিষ্টান রিপাব্লিক’ লাউথোকপা ইং ১৯২৪ গী ওক্তোবর ২৮ তাবিক্লা মান্নে। অবিবা মোনুমেন্ট, নিংথিরবা কয়া শমরখান্দা লৈশ্রবসু তাসকেন্টনা মীশিং খ্বাইদগী হেন্না তাবা সহব ওইবে। মীশিং মিলিয়ন অনি হেল্লে। মসি রিপাব্লিক ৯ থোকপগী অমনি। লোয়ননা সোভিয়েটকী মীশিং য়াম্বা সহরশিংগী মনুংদা ৪শুবা থাক্তা লৈ।

শোশিগী পনখৈ লোইশিল্লকপদা,অকোয়বা লম্বীগী ময়াইদা ব্রাংলবা মুর্ত্তি ১ লৈ-শু অমদি নিংথিরবা উশিং হৌরিবা কয়াদু উরক্লে। ফাওরবা মহাকবি এ: পুস্কিনগী মুর্ত্তিনি। মফমদুগী লম্বীশিংদু পুস্কিন স্ট্রিট হায়না থোল্লি। ঙাইহাক্তং মহাকবি অদুগী মরমদা নিংশিংলুই। নুংশি-নুংওন্দা ঙাওজবা লোয়ননা লৈবাক্কী অওনবা অমা পুরক্লবদা অচৌবা দায়ত্ব লৌখিবা মথং মথং ইন্টবপ্রেটরনসু লিথরকখি। পাক চাউরবা ‘রিভোলুসন স্কোয়াব’ য়ৌশিল্লক্লে। ভারতকী ‘ইন্দিয়া গেট’ কী ‘প্রসিদেন্ট হাউস’ তমনা চৎলিবা অদুগুমই। ইং ১৯১৭/১৮ দা থোকখিবা রিভোলুসনগী ইতিহাসপু কাউহন্দনবা থল্লিবা মফমনি। চাউরবা সরক অমনা ময়ায়মক্তদা ফাওনা চৎলি অদুগা অকোয়বা সবক্লা অমুকসু কিলোমিটর মসুংমুক শাংনা কোয়রি অদুগা চুথেক কাজুম লেমহৌবশিংদুদা নিংথিরবা নেমতকপা উপাম্বীশিং অমদি লৈ-শু নিংথিনা হৌরি। চুথেক মরিগী মনুংদা অমদি মেত্রোগী লম্বী চংফমসু ওই, অদুগা মখা লৈনুংদা অমুকসু ফাওনবা অদুগা অকোয়বা লম্বী মখা ফাওবা চৎখ্রগা শরুক মরিমক্কী নাকলশিংদা অমুক ফাওগৎপা য়াই। হায়রিবা স্কোয়ার অসি লেনিন মশামক্লা হাংদোক্লম্বনি।

খরা হেক লানশিনখ্রবা তুংদা ব্রাংলবা অতিয়া পকপা তব্বার অমা লৈবা উরে। থোঙনাও মনাক্তা চংদ্রবদি মতোল উবা ফংদে। হঙ্গামপাল মচুনা লৈতেংবা

চুথেক নাইবা ব্লোকশিংনা ফজরবা আর্কিটেকী ডেকোরেসন তৌরবা মথোল ২১ বাংবা 'হোটেল উজবেকিষ্টান্না' ওইরমই । মসিদা অমুক্তদা মী ১,০০০ গী মথক্তা লৈবা চল্লি । চাউরবা সরকারগী ইন্টপ্রাইজ অমগী মখাদা চলাইবা হোটেল অসি ইং ১৯৭৪ দা হাংদোকখিবনি। অদুঙৈ ভারতকী ফিল্ম ষ্টার কয়া লাকপদা মফম অসিদা লৈখি । নোংমসু ঐখোয় লৈরিঙৈদা অন্ধ্রগী লম কোয়বা কলচরগী কাংলুপ অমা লাকই হায়দুনা জগনাথকা উনরুই । অহুমশুবা ফ্লোরদা মখোয় লৈরমই । ব্লোক মরি থোক্লা অমুক টাবারসি খায়দোকই । ব্লোক অমমমগী লিপ অনি অনি লৈ । অহুমশুবা ফ্লোরসিনা মশাগী লৈমাইনি, মদুগী মখাদসু অহুমশুবা ফ্লোর অসিনা মশাগী লৈমাইনি, মদুগী মখাদসু ফ্লোরশিং অমুক লৈখ্রি । ঈরুজফম নাল্লবা পুখ্রি অমসুং কাফফিনচিংবতা নত্তনা মাগী কেম্পসশিং লৈ । মসিদি কনাগুম্বা লমকোয়বশিংনা অমুক্তা হেন্না খঙনবা থিরুশনু । তশেংবনি সহরশিগী ঙসিগী য়ুম কৈ শানবগী চহি খুদিংগী ওইনা কমিসন তৌরিবসি স্কোয়ার মিটর মিলিয়ন ৬/৬ ওইরবনি ।

হোটেলদা কুইনা উঙলুরে ইন্টরপ্রেটরনা মাংদা উরিবা লুনা নাল্লা জার মতমগী য়ুম অমা অচৌবা দলানশিংগা চাংদম্নরিবদু উংলকই । পীকই অদুবু নিংথিনা প্রিজার্ভ তৌদুনা অনৌবা লৈ-শু, উ-ব্রানচিংবা থাদুনা অমুক্তা হেন্না ফজহল্লিবা কয়াদু থারদুনা লাউথোক্লকই । 'মসি মিউজিয়ম ওইরবনি ' । মতম অমদা জারগী ফমনাইবা গোবরনর অমা মফমসিদা হেক হেক লৈরে । য়েংলোম্নদা অমুক ঐখোয় চংলগা খুৎহৈবা আর্কিটেকশিংনা নিংথিনা হক্তুনা শারবা চুথেক নাইবা, পাক্লা শাবা য়ুম অমা উরে, হোজংদুমক্তদা রুশিয়ান ময়েক্লা উজবেক মরোন্দা 'ভি:আই:লেনিন মিউজিয়ম' হায়না ইরি । নোংমদা মী চা কয়া কয়ানা মসিদা লাকই, ফ্লোর ৪ নি ময়াইমক্তদা লেনিনগী মুর্ত্তি, নৃংঙৌনা শাবা অমা থমই অমসুং নোংমতা কাংদনা পাইওনিয়র্শীংনা সলামি পীবগী থৌরম পাংথোকই ।

মথং মথং মনিং পাংনা চৎপ্রগা 'পাব্লিশিং হাউস, এডমিনিষ্ট্রেসন সেন্টর' নচিংবা ব্রাংলবা দলানশিং লৈশ্রে । দলানশিংদু হেক লোয়রকপগী অদুব্রাইদা লৈরিবদু কোমশোমোল উজবেকিষ্টানগী সেন্ট্রেল কমিটি, হেড ওফিস ওইরম্লে । দলানদু নেমই- গ্লাস ঙাক্তনা খাবা য়ুম অদু মথোল ৮ ব্রাংই ।

অব্রাং অমসুং মমাং পাংনা অমুক থৌগৎখিদুনা কারদুনা ঐখোয়বু অমুক চাউরবা শুপ্রিম সোভিয়েট ওফ উজবেকিষ্টানগী লেজিসলেটিপ বিলদিং উহল্লে । মানা হায়রকখি, মনুংদা সিট ৪৪৮ লৈ । বিলদিং অসি খরদং লিরবগুম উই অদুবু নিংথিনা

হক্কবা গুাক্তনি । অসুম্না ঐখোয় অমুক অব্বাং পাংম্লগা খা-নোংচুপ ওইরম্না লেনিনিস স্কোয়ার তমখ্রে । মতাংশিদা মানা হায়রকখি লাক্লিবা মফমসি জরমম্নু মাইথিবা পীবগী পালন অমসুং ওক্তোবর রিভোলুসনগুম্না অচৌবা পালনশিং পাংথোকফমনি । মফমদুদা অদুগুম্না নুমিৎশিংদা চিক্লা চাইনা গুমদবমখৈগী মীয়াম পুনবা ডেমোন্সত্রেসন চৎলি ।

মথংদা অব্বাংথংবদা কেনেল অমা লাক্লি । মদুদা মানা হায়রকখি- 'ঐখোয় উজবেক্কি কিরাল ময়াইদা চিংলিবা শংবান্নবা মচু অদুমক্কী, ঐখোয়গী থব্বায় ওইরিবা, সহরশিগী পুক্লি ওইরিবা ঈশিংগী শরুক অমনি ।' লাম্থোকখিবদা উরে, রিপাব্লিক্কী কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেন্ট্রেল কাউন্সিলগী য়ুম অমা । য়ুমদুগী মাংমক্তদা পার্টিগী অহানবা প্রসিদেন্ট কমরেড উসমানখানগী মুর্ত্তি লৈরে । লাম্না অমুক উরে, বৈজ্ঞানিক মোনুমেন্ট অমা ইহান হান্না আতিয়াদা পাইখিবা য়ুরি গেগেরিনমক্কি মুর্ত্তি অমা অতিয়া তমনা পাইখৎপগুম উরি । নিংথিনা শেম শারবা লৈকোল অমসুং মদুগী য়েংথংবদা লৈখ্রে । উরী ব্বারী অমদি মচু কয়াগী লৈ-শুনা লৈতেংবা লৈপূং অমা ব্বাংলবা মতোল তুম্বী উপাল কয়াগী মরক্তা লৈরি । লৈকোলদুদা ফমফম কয়া নহা ওইরিবা অমদি চহি লিরবা খাক্তনা নুংশা খরা শাগৎলবা মতমদুদা নুংঙাইবা ব্বারী কয়া শারদুনা পোত্থারি ।

মফমদুদগী হেক লাম্থোকখিবদা 'তাসকেন্ট স্কোয়ার' লৈবা উরে । পাকম্লবা দিল্লিগী খ্বাইদগী চাউবা স্কোয়ার অমগুমই । থা মচেৎ শাবা, চাউরবা সরক অমনা ফাওদুনা চৎম্লগা পোম্থোকপা শরুক্তগী অমুক সরক মঙা খাইদোক্তুনা চৎখ্রে । থা মচেৎ শাবা সরক্তুগী ময়ায়দা নিংথিরবা মোনুমেন্ট অমা শাদুনা থমলি । মোনুমেন্ট অদু কনাগীসু নত্তে । অহল অমগা অঙাং ১৪ গগী অপুনবা মুর্ত্তিনি । অদুঙৈ ইং ১৯৪৭ তা উজবেক মিলিটরি লিদর অমনা সোভিয়েটকী নোংচুপ থংবদগী মমা-মপা লৈত্রবা, ২শুবা লাঞ্জাওদা ময়েপাক কন্নবগী থেংনবদা শিম্রবশিংগী মচা অঙাং ১৪ খকপু পুবিরকলগা মপা শক্তুনা য়োকখিবগী নিংশিং খুভমনি । জাতি মান্নদবা অমসুং অপোকপা নৎখিদ্রবসু অদুক্কী মতিক লূনা তৌখিবা, ঙসিদি অঙাংশিং অদুনা অচৌবা লৈপাক্কী মশক নাইবা মী অমমম ওইরক্লে, চহি অনিরোমগী মমাংদা অহল অদু শিখিবতা ঙাইরি । মা লৈরিঙৈদদি মানা য়োকখিবা নহাশিংদু চহি খুদিংগী মাবু উনবা য়েংশিনবা লাক্লমই । অসুম্না নুংশিরবা ব্বারী কয়া লৈখ্রে । অশেংবনি উজবেক সরকারনা মরুপ মপাং ওইবগী লম্বীদা অঙাং ৫০০০ রোম য়োকখি । ঙসি ফাওবা তোঙান তোঙানবা নেসনেলিটি জাৎ কয়া অমসু চান্ন-চিন্ননা নুংশিননা তাসকেন্ট মচা ওইম্রবনি। অব্বাং পাংনা য়েংথোকখিবদা 'ফ্রেন্সিপ হাউস" (মরুপ মপাং ওইবগী য়ুম) হায়না লেংদ্রবা রেকোর্ডকা লোয়ননা লৈরি ।

চীংখৈ পাংনা অসুম থৌগৎখিদুনা চাং মান্নবা য়ুমশিংগী তুং ইন্না চংলি। করিগুম্বা অরিবা য়ুম খরা লৌথোকপতা ঙাইবসু য়াওরি। মনাক্তা য়াংলবা ক্রেং অহুম/মরি খিল্লি, ব্লোক কয়াসু তাদুনা লৈরি, তৌববুদি মফমদুদা হৌজিক হৌজিক অকনবা শেমগৎপগী থবক চংলি। মনিং ওইরগ্না অমুক চৎখিবদা অয়াংবা বিলদিং অমা লৈরে। মদু "গুম" হায়বা মেগাজিন, ভারত্তা ইংগ্রেজি লোন্দা শুপর মার্কেৎ হায়বদুগুম্বনি। মিটর ৫০ মুক পাকপা ফুট-পাট অদুদা পোৎ লৈরুবা অমসুং লৈগদবশিং হঙ্গৎ হন্দা ককচেং চৎপগুম চংনরি। মথোল মরি-মঙা য়াংবা বিলদিংনি অমুক্তদা মী লিশিং অনিরোম্না পোৎ লৈবা য়াই, অরু অনালগী পোৎ মখল খুদিংগী ফংই। মোস্কোগী "গুম" দা পীহৌবা মমলগা চপসু মান্নে। তৌবতবু এসিয়ান ষ্টাইলগী ফিরোল য়োনবদি সিদনা মহেল্লি। গুম লাহোক্লগা অয়াং পাংনা কিলোমিটর অমগুম্বা চৎলগা 'মোস্কো হোটেল' টাবার লৈবা উরে। মতোন্দা গ্লোবকী মওং মানবা, আর্কিটেক্কী খুৎহৈবা উৎলি। টাবারশিদা অমুক্তদা টুরিস লিশিংগী ময়াদা লৈবা চল্লি। মখল খুদিংগী অনৌবা খুদোং চাবশিং হোটেলশিদা ফংই।

ঐখোয় সহরশি য়েংনা য়েংনা ষ্টদিজ তৌনা তৌনা কিলোমিটর চা খরা থৌরক্লে। উরকপা য়ুম কৈ, ফুরা দলান অমদি লম্বী থোংশিংদগী আইদিয়া অমা ফাওরক্লিবদি অদুঙৈ পাউলট হবিবুলায়েভনা হায়খিবা "মমাঙঙৈগী উজবেক মজাতিগী লৈজবা অমসুং অনৌবগা পূল্লবা আর্কিটেক্কী খুৎহৈদু সহরশিমক্তা উৎলে" হায়বদু চপ চানা শেংলে।

য়েংখিবদা চপ চাবা য়াফমশি গ্রুপ তৌরবা 'উকিদা মদ্রাশা' খাইনগী মোনুমেন্ট অমা মোস্কো হোটেলগা মায়োক্লনা লৈরে। ১৪শুবা শদাব্দীদা শারম্বনি। মুস্লিম সভ্যতাগী মমি তাই। নিংথিনা ঙাক শেন্দুনা থল্লি। অমুক্তসু ৯শুবা সদাব্দীদা লৈরম্বা বৈজ্ঞানিক অমগী মুর্টি অমা উরে। ইন্টরপ্রেটরনা 'বিকমিয়া' গীনি হায়রকখি। তশেংনমক মানা মীওইবগী হকচাংগী মরমদা অনৌবা কান্নবা ইনভেন্সন কয়া তৌখি। মরু ওইনা মহাক উজবেক্লক্তগী চাউথোকচরিবা অরিবা য়ুগকি বৈজ্ঞানিক অমনি। অসুম্না মমাং পাংনা অমুক চৎলগা 'বিন্টর স্পোর্ট পেলেস' অমদি 'লেনিন ইউনিভরসিটি' লেনিন মশামক্তা হাংদোক্লম্বশিং অদু উরে। ইউনিভরসিটি অসিগী কেম্পস পাক চাওই। সবজেক্ট মখল শুনা লৈরবা, মীরৈপাক ১০০ দগী ছাত্রশিংসু মহৈ মশিং তম্লিবা মফমনি। তোপতোপ্না অমা হায়ববু মফমশিদা 'ফিলোলোজিকেল দিপার্টমেন্ট ওফ ইষ্টর্ন লেঙ্গোইজ' লৈবশিনি। খুদম ওইনা হিন্দিনচিংবসু সাহিত্যগী

ইউনিভরসিটি দিগ্রি লৌফম ওইরবনি । স্পোর্ট পেলেস অদুদসু চপ চাবা স্পোর্টকী ইন্সটিট্যুসন অমা লৈ, মদুগী চপ চাবা মচাকশিং লৈ । অমরোমদা মদু ইউনিভরসিটি অমনি ।

মথংদা ঐখোয় কেম্পস অনিমক লাম্হোক্নুনা 'আর্টকেক মোনুমেন্ট' তমনা লাক্লে । গাডিদু মফমদুদা খামদুনা কুপথনা যেংনবা ঐখোয় থৌরাং তৌরে । 'নিপা অমগা নুপী অমগা অঙাং অমা পমলদুনা যৃহাব হৃবা অদুবু তেক কাইবা, শি-নাবা য়াওদবা ঙাকশেন্দুনা লৈখিবা' অদুগী শক্তমদুনি উৎলিবদু । চুথেক নাইবা নূং অমদা মযি চৎপা অমসুং পুংশিং অমদি শক (ইং ১৯৬৭ এপ্রিল) ইরি । নিংথিনা শেম শাববা,মফমদুদগী অরাং ওইরপ্না 'ফ্রেন্সিপ মিউজিয়ম' থৌদোক্লুগা মরি লৈনবা বিলদিং অমা লৈরিবদুসু উবে । মোনুমেন্ট অদুবু ঐখোয় অয়াম্বনা ফোটো লৌনরকই ।

হল্লকপগী লম্বীদা-'পিপলস মিউজিয়ম' যামনা আর্কিটেক নোমুনাদা শাবা য়ুমজাওদু উরকই । লোয়ননা উদ্যোক্কী লমদমদা -লশিংগী টেক্সটাইল ফেক্তরি, লশিং হেক্রুবা হারবেসটর শাফম, ত্রেক্তর মখলশিং শাফম ফেক্তরীশিং লৈহৌই । ঈশিং শাহম্নবগী অচৌবা টাব্বারশিং লৈহৌবা মফমশিং লাম্হোক্নুনসু লাকই ।

লম্বীদা তাসকেন্ট রেলবে অমুক থেংনবে । লূনা নান্না মী পংচিন চিন্দনা লৈরিবা ষ্টেসনদুগী হেক মনাক্তা 'কমিসার ১৪গী মোনুমেন্ট' লৈরিবদু থেংনরে । পংচাউ চাউদবা মোনুমেন্টনি অদুবু য়াম্না আর্থ চেনবা, খ্বাইদগী ঐতিহাসিক ওইবা দিসেম্বর ১৯১৯ দা থোকখিবা মরু ওইবা থৌদোক্কি মফম অমনি । লমদমদুগী কমিসার ১৪ বু শাথিনা হাৎখিবা থৌদোকপু নিংশিংবা মোনুমেন্টনি । রিভোলুসনরি ১৪ অদুনা মথায় কৎথোকখিবদুগীদমক মৈবি অমনা ঙসিফাওবা চাকহন্দুনা থম্লি । মোনুমেন্ট অদুনা থৌনা ফনা, হনবা নাইদনা চংখিব লিংজেলগী শক্তম অদুবু উৎলি। অদুগা মোনুমেন্টশি মফমশিদা শারুবগী মরমদি রেলবে ৱার্করশিংগী লমজিং মখাদা চৎথরকপা থৌদোক্কী মনুংদা থোকখিবা ওইবদগীনি ।

মথং মথং ঐখোয়না তোংলকপা কার অদুনা মতম মাংহনদনা অকনবা স্পিত্তা থৌদুনা অমুক্কসু খুৎশেমগী পাৎ, কোমশোমোল পার্ক, টি:ভি: ষ্টেসন্নচিংবগী মনাক্কী লম্বীদা চৎখি । চৎনা চৎনা ইন্টরপ্রেটরনা লাউরকখি- মিউজিয়ম, মেলা মফমশিং, সিনেমা হোলশিং, দ্রমা অমসুং জগোয় হোলশিংগী মশিংসু থারকখি । লোয়ননা পোৎচাক খর খরদা স্পিসিয়েলাইজ তৌরবা মেগাজিন ডিপার্টমেন্টেল ষ্টোর অমদি সুপর মার্কেটশিং কয়া লৈবগী মতাংদসু পল্লকখি । অদুগা মরু ওইবা

ভিক্তোরি ষ্টেচু, মোর্নিং মাদর মেমোরিয়েল কমপ্লেক্স, কোমশোমোলনা লান্দা শরুক য়াবগী খুভম, ফ্রেন্সিপ মোনুমেন্ট, কার্ল মার্ক্স মোনুমেন্ট, ফ্রুঞ্জে খুভম, গোর্কি পার্কচিংবা পুম্নমকশিংদু তপ্না তপ্না খংলক্কনি হায়রদুনা ঐখোয়বু লৈফম কেম্পস তান্না থিল্লক্লগা কায়নখি। ❑

## "মপূক লান্নবা ষ্টেপ্পী"

'তাসকেন্টসু লমলেম ওইরম্বদগী চাওখৎলকপনি'-হিমালয়দগী অসুম চীংশাংশিং শন্দোকখিদুনা উজবেকিস্টানগী মনুংমক্তদা ফাওদুনা টিয়ান শান অমসুং টুরকিস্টান চীংশাংনা য়ৌগ্রিবা মফমদুদগীনা অবাং নোংচুপ্তা লৈবা কাজিলকুম মারুভুমি ফাওবা অমদি নোংপোক্তনা শিরদারিয়া টুরেলফাওবা অসিবু 'মপূক লান্নবা ষ্টেপ্পী' হায়না ইতিহাসনা, রুশি লমকোয়বশিংনা কৌরমই। তশেংনমক তান চানা কৌরমগ্রবনি। মতম অতেনবা জাৎকি মনা মশিং খরা খরদং হৌবা ওম্বা শাথিবা লৈতান লৈঙোয়গী মারুভুমিনি। মমাংগী যুগতা রুসিয়ান ইঞ্জীনিয়ার মিষ্টর উলাইনোভ কৌবা অমনা মফমসিদা কোয়রকপদগী মানা ইথোক্লমই। 'মারুভুমিগী পোখাফম অমদা লমকোয়বা অমনা লৈরিঙৈদা অনৌবা নিপা অমা থুংলরবদি ঈশিং পীযু হায়না হংলগদ্রা হায়দুনা নুঙনাংনরমই। মে থাগী সেন্টিগ্রেট দিগ্রি ৪০গী নুমিৎকি য়াকখৎলকপা শারবা মৈশাদুগী তাঞ্জামক্তদা মীৎ শোকহল্লবা, অদুগা নুমিদাংদসু অদুমঙাই মি, খারম্বী ঙাক্তগী মরক্তুদা লৈমাইদা হিপ্লা হায়বসি মপূক লান্নবা ষ্টেপ্পীগী চপ চাবা ফিভম খঙবা ওম্নগনি।' ফংলমখিদ্রবা মফমদুদা মতম লৈবা খিবিক্তা মীওইবনা খুন্দা লৈতানবা হোৎনদুনা অদুম লাকই। অদুবু নিংথৌ জারগী মতমদা ঈশিংখোংগী থবক খরা চংশিনবা হৌরবসু মপুং ফাখিদে। খ্বাইদগী মওং তানা তৌবা হৌখিবদি রিভোলুসন মাইপাক্লবা মতুং মে ১৭ ইং ১৯১৮ দা লেনিন্না শেনফম মিলিয়ন ৫০ কাইখিবদুনা চপ চাবা ষ্টেপ্পীগী মপুক থলহন্নবা থবক ওইখি। মপুক লান্নবা লমহাংশিংসিবু চাওখৎহনবা মনিং থুংহনবা হায়বসে রিভোলুসনরিশিংগী চপ চাবা মথৌ অমা ওইরমই। তশেংনমক য়ান্নবা শেনফম থাদে হায়দুনসু পাংথোক্লিবা থবক্কা য়েংনরবদি থবক্কি শরুক্লা হেল্লি। তাসকেন্টকি মিউজিয়ম অয়াম্বদা মীয়াম অমদি রিভোলুসনরীশিংনা সহরশি ফাওদুনা চেল্লক্লিবা 'শারকিশো কেনেল' তৌবদা অসুক্কী মতিক থবায় য়াওনা য়ুমথোংশিংনা থবক তৌমিন্নখিবগী রেকোর্ড কয়া লৈহৌই। মী ১০,০০০,০০ না কেনেলশি তৌবদা মশাগী খুশুমন নিংথিনা লৌদনা মথ্বায়

চংনা শুখি। থাশিংলোমদা চংগদবা কেনেল তৌবগী থবক অদু নুমিৎ মশিংলোমদখক্তং চংদুনা ইতিহাসতা মীংচৎ লৈহৌই । (মখাদা থেংনরক্কদবা তাসকেন্টকী চাওখৎপনা মপুক লান্নবা ষ্টেপ্পীবু করম্না কোকহনখিবগে হায়বদু অমুক্তসু উৎচরক্কনি )।

ঙসিগী ফিভম অসিনা মাইপাক্লবা থবকশিং অদু পুন্নমক্তা উরগা শিংথানদবা য়াওররোই । বৃটিশ কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেক্রেটবি শ্রীমতি পাউলিন রোবিনসনা ইং ১৯৭৭ তা কোযবকপদগী, মপুক লান্নবা ষ্টেপ্পী অমুক হন্না করিগীদমক মবুক লামহন্দ্রিবনো হায়বদু ইথোকখি । তঙাইফদ্রবা ঈশিং পীবগী যৌরাংগী মখাদা লমদমদুগী লৈপাক লৈহাওদা থুম য়াওবগী চাং হেনগৎহন্দুনা পৃথিবীদা অফবা মখলগী চাথোক লৈবা লমদম শেমখ্রে । মরু মরাং মখল ৩ খক্তং থাবদা পক্লবা অদুবু ঈশিংদি য়াম্না চুপশিনগনবনিনা তোপ তোপ্পা থৌবাং কয়া লাংই । নিংথিনা শেমগৎ শাগৎলবা ফার্মশিং, বজাব, যুম, কৈ, মীয়াম তিনফম, স্কুল, কলেজ, লায়েংশঙ, লম্বী থোং পুন্নমক উরুবগা অমদি মফম অদুগী মীয়ামদু উরুরগা মাসু খল্লকখি মপূক লান্নবা ষ্টেপ্পীদা চাবীনবা মীয়াম জিব কয়ামরুম ঙসিদি লৈররে, পুন্নমক্তু মপূক পেন্না পীজনবা বৈজ্ঞানিক খুৎশেমগী মতেংনা মতিক চানা লৈররে । খুৎশেমনা অসুক চাওখৎপা অসি ওইরকখ্রিবনি। অনিশুবা লাঞ্জাওগী খুদোং থিখ্রবা মতমদা ফাওবা মীয়ামগী থবকশিং লেপ্পা লৈখিদে। ইং ১৯৫৬ তা পার্টিগী (সি:পি:এস:ইউ:) সেন্ট্রেল কমিটিনা শিজিন্নদ্রিবা লমদম (ভরজিন শোইল) দা ঈশিং খোং পীবা অমসুং লমদমদু চাওখৎহন্নবগী তোপ তোপ্পা ধ্বারেপ অমা লৌখি। তশেংনা হায়রবদা ওবগেনাইজেসনেল লম্বীদা ইঞ্জিনিয়ারিং অমসুং মখল কয়াগী ঈশিং পীদুনা লমদমদু চাওখৎহন্নবগী থবক পাইখৎপা হায়বদুনি । ঈশিংবু অসুক্কী মতিক মাংহন্দনা লিক্লা ইকোনোমিক ওইনা শিজিন্নবা ড্রেনেজ নেটবাক্কা লোয়ননা অতৈ সহর লম্বী থোং শেমগৎপা অমসুং চাওখৎহনবা হায়বসিনি । শুপচিন্না মরি থাংননা চাওখৎহল্লিবা নোমুনাশিনা লৌউ-শিংউবগী পোথোক য়াম্না পুথোকপা হায়বসে মশানা তারবনি ।

মদুগী তুং চহি ২০ লৈরবা তাঞ্জাদুদদি শেল থুমগী চাওখৎলক্লিবা থাক অদুনা 'শিজিন্নদবা লমদম' গী মীয়ামদা টেক্নোলোজিগী পম্বুং অদু পীররে । মতাং অসিদা ঐখোয়না তাসকেন্টতগী ইরাপ লাপখিদ্রবা মরমদম রিপাব্লিক অমা ওইনা লৈখ্রবা 'খিরগিজ' নিংশিংবা য়াই । মখোয়সু ষ্টেপ্পীশিগী মনুং চন্না তাইনবা লমদমগী জাতি অমনি । ঐখোয়গী গুৱাহাতি নচিংবা ইউনিভরসিতিশিংগী সেলেবসতা 'নোমেদিক ট্রাইপ' হায়দুনা হৌজিক ফাওবদা তমনরিবা জাতিদুনি । চহি খরসিতদনি

মখোয়না কা অমা হেন্না চাওখৎপ্রিবা । অদুবু পৃথিবীগী লৈপাক কয়াদদি অদুমক খংহন্দনা অঙাংশিংদা তমনহল্লি। খিরগিজ, উজবেক, কজাক অমদি অতৈ লমদমদুগী জাতি খুদিং ঙসিদি পৃথিবীগী টেক্নোলোজি যুগকী পম্বুংদা লৈরবনি । সোভিয়েটকী কোসমোনোট, ওলেম্পিক শান্নরোই, একাদমিসিয়ান অমদি শুপ্রিম সোভিয়েটতা মীওই চা কয়ানা লমদমসিদগী খুজিং ওইদুনা য়াওরুরবনি ।

অতোপ্পা অনৌবা লম চাওখৎহনখিবা কেনেল অমদি কিলোমিটর ১২৬ শাংবা 'য়ুজনি গোলোনোষ্টোপ কেনেল' নি । মসিনা হেক্তর ৩০০,০০০ দা সেকেন খুদিংগী ঈশিং কিউবিক মিটর ৩০০/৩০০ পিদুনা ষ্টেপ্পীবু ইলেক্ট্রিক শক্তী অমদি লম্বী থোংগা লোয়ননা শেমগৎখ্রবনি । ইং ১৯৬০ দা কেনেলগী অহানবা শরুক লোইবদুনা শেমগৎপ্রবনি । ইং ১৯৬০ দা কেনেলগী অহানবা শরুক লোইরদুনা লৌউ শিংউগী থবকসু হৌরকখি । লশিংনা খ্বাইগী মরু ওইবা পোথোকনি । কেনেল তৌবা, লৌউ শিংউবা অমদি  ইলেক্ট্রিক পুথোকপগী থবক্লচিংবসি অকক্লবা মতমদা লোইশিল্লি । থবক শূবা খুদিংদা টিমগী খুশু হিদান্নবা শূবা, চহি লেঙ্গা মান্নবমখৈ পূন্না পূন্না শূবনচিংবা তৌখি । শেনফম মিলিয়ন রুবল ৩০ খক্তং ইং ১৯৫৮ দা কাইথোকখিবদুনা শরুক মঙা হেনগৎনা মিলিয়ন রুবল ১৫৮ গী থবক শূদোকখি । চহিশিদগী মখা তারকপা চহি ২০ লোমদা মিলিয়ন রুবল ১,৯৬৫ রোম শিজিন্নদুনা, ঈশিংখোংগা লোয়ননা লম্বী কিলোমিটর ১,৮২৪, ইলেক্ট্রিক তরা কিলোমিটর ৩,০৮৫, গ্যাস পাইপ কিলোমিটর ২৬০, অনৌবা সহর ৫০ গী মথক্তা শেমগৎ শাগৎলি । কিন্দরগারটেন ৩০,০০০ লিংখৎখি ।

থবকশিং অসিগী মনুংদা মথায় য়াওনা চৎথখিবা থৌরাংদি লশিং থাবনি । মথং মথং চাওখৎলক্লুনা মেকানাইজেসনগী থাক্তা লাক্লুনা হেক্তর খবখক্তংদগী পোথোক পুথোক্লম্বদুনা ইং ১৯৭৫ দা ফার্ম ৪০ দা হায়বদি হেক্তর ২৮৫,০০০ দা লশিং থাখি । হান্না ইং ১৯৬১ দা তোন ১৪,০০০ খক্তং ওইরম্বনা ইং ১৯৭৫ দা তোন ৩০৮,২০০ ওইরকখি । তশেংবদি 'অঙৌবা সনা' হায়বদু উজবেক্লা মালেমসিদা চাউথোক্লা পুথোক্লিবনি । ঙসিদি চহিদা মিলিয়ন মিলিয়নগী তোনশিং পুথোক্লবনি । সেপ্তেম্বর ওক্তোবরদা লশিংগী ফার্মশিংগী মতাইদা অঙৌবা চিংশাং কয়াগুম লশিংনা পৈখৎতুনা শেমই । অহিং নুংথিল খাক্তনা মেছিন কয়ানা থবক শূই । হৌখিবা ১৯৮৫ গী ওক্তোবরদা উজবেক পার্টিনা লশিংগী পোথোক চা খরা হম্বদা অচৌবা সমস্যা অমা ওইনা খন্নদুনা মথং চহিশিংদা কুপখৎনবা অমসুং হেনগৎনবা পোথোক্কী

কয়াং পুথোকখি । মদুমক মাইপাক্লা পাংথোক্লুনা পৃথিবীদা লেমজনফম ওইবা পোখোক পুথোকখ্রে । মরম অদুনা কংলবা লৈকংলা ওইরম্বদু ঙসিদি অশঙবা মহৈ মরোংগী পুক্কে ওন্থোকখ্রে হায়বদা হায়মনবা থোক্ত্রে ।

## "চারবাক লমদম কোয়রুবা"

ঈশিং খোং, ইলেক্ট্রিক শক্তি অমদি লো... শিংউগী থবক্তা লোয়ননা হরাও নুঙাইনা অমদি ৱাখল নৌথোক্লা হকচাং ফনা ...নবা থৌরাংশিংসু শেমগৎলি । থৌরাং অদুগী অমখক লৌখৎলবদা 'চারবাক অমদি চিরচিক লমকোয়ফম' কোয়রুবনা তাক্লগনি ।

নুমিৎ অদু মেগী ১২ নোংমাইজিং নুমিৎ নে । অতিয়া য়াম্না শেংনা লৈচিল নোংফাই ফাওবা থাংদবা মতমনি । ঐখোয পুন্নমক তোপ তোপ্না থৌরাং তৌরবা বস অমদা ঐখোয় পুন্বা কোমশোমোল থৌরাংবা কাংবুদুগা লোয়ননা শান্নপোৎ, খোং থাক্লবা কোল্লিক্তগীনা চানা থক্লবা ফাওবা হাপ্লগা চৎলমই । নুমিৎতুগী দাইরিগী চেনা ফাক্লৎলুবদা শৈরেং মচা অমা ইরম্বা থেংনৈ ।

"অয়ুক্কী মেঙল নুংশিৎলক্তা
তনৌরবা শাংলবা নাপী ঈপাক্তা
কারি গাড়িনা তপ্লা তপ্লা,
শনবীশিংগী হরাওর মাইথোং
পীরনি শঙ্গোম তত্তনা,
মতাগুম শান্নবি চীংথক্তা,
অঙকপনি খংহৌদে প্রকৃতি
পাক্লবা উনগী লোইরোয়বা
শান্নফম ওইরম্বনি চীংমাইশে ।"

তশেংবনি ঐখোয়না চৎলিবা, চিমগান লমকোয়ফমগী লম্বীদু চীংথক্তা কাখৎলক্লিবনি । টিয়ানশান পামীরনচিংবগী চীংথক্লি । হিমালয় চীংশাংগসু মথং মথং শমনগ্রবনি । অদুবু মফমশিদি অদুক হাক্লা ৱাংবা মফম নত্তে । তাসকেন্টতগী কিলোমিটর ৯০ খক্তং লাপ্লা অদুগা মিটর ৫০০/৬০০ খক্তং ৱাংবা মফমনি । 'চারবাক' খুৎশেমগী পাৎ অদু য়ৌগদবা কিলোমিটর ১০ মুক ৱাৎলিবনি । চিমগান

কোমশোমোল অমসুং পাইওনিয়র্সকি কালেনগী কেম্পীং মফমনি । হোস্টেল, মেস-হোল, ক্লাসরুম, মনুং অমসুং মপালগী শান্নফম নিংথিনা শেমলবা মফমনি । হেক কুমথবগা ঐখোয় খুদিং মাগী মাগী কেমেরা লৌথোক্তুনা মশিং থিঙমদবা শ্নেপ লৌনে।

ব্রেক ফাষ্ট লৌরবা তুংদা ঐখোয়, মশান্না মচা মচা কয়া শান্নবতা নত্তনা কেম্পস অদু য়েংই লোয়ননা ভিন্নরগী মতাং য়ৌরক্লে । ‘প্লাও’ (পিলাও) হৌরি, ঐদি থাজদবনি মৈ মতাদুদা ওইথোক্কনি হায়বা । অদুবু ‘থৌরাং লোইরে’ হায়দুনা রেফ্রি পীরকই । পীক্তকপা টেবলশিংদুগী মনাক্তা থারিবা উপূমশিংনা শেম্বা চৌক্রিশিংদা মথং মথং পরেং শানা ফমদুনা ঐখোয় চানরে । ষারী কয়া শানা শানা ‘লমগী চাক হাউরে হাউরে’ হায়দুনা চানৈ । হেন্না চাননবা ইন্টরপ্রেটরশিংনা হাপকদবগী লাক্লে । পূক পেথোকপর্মখে চাখি হায়বা য়াই তশেংনমক য়ান্না পেন্না ।

ওইহাক পুংখাইমুক পোথারবগী তুংদা ফুটবোল অমসুং বোল্লিগী টিমনচিংবা খংহৌদনা লাউথোক্লকখি । ঐ ‘আবিশেনা’ টিমদা শান্নবা তারে, উগান্দা অমদি ইথিওপীয়াদি য়াওই হায়ববু করমতৌগদৌরিবনো খঙখিদে । লুরিবদি প্লাও ময়েং তাদ্রি । রেফ্রি খোঙকই, ঐবু অহানবদা ওইথংবগী আউট শান্নদুনা ঐনা পীখিবা বোল অমনা স্পার্টাক টিমগী মায়োক্তা গোল চনখি । ঐবু অমুক ষ্টোপর পুনবা হায়রকপদা, পুক্তী য়ারক্লে কমদৌগদৌরিবনো খনবগা চপ চান্নে গোল্লিসু শোল্লম্বগা ঐনা শোমদা তুরিঙেদা চলখি । অমুক্কসু ঐ মথক্তা শান্নরে, বোল ফংবা ষারে স্পার্টাক টিমদা নামিবিয়াগী এন্দ্রিউনা নিংথিনা শান্নখংলক্তুনা গোল অমগসু চনখি । ঐখোয় অমা পোরে অদুবু বোল শান্নবদু লোয়শিনখ্রে । অসুন্না অঁতে কমরেড কয়ানা নাকল কয়াদা মশান্না কয়া শান্নরুরগা হুন্নরক্তুনা ঐখোয় চারবাক তমনা অমুক খোঙশানখি ।

চারবাক্কী লম্বীদা নিংথিনা শেমলবা পিক্তকপা দলান কয়া লৈহৌই । নিংথম থাগী ওইনসু য়ুমশিংসি শিজিন্নরিবনি । তশেংবনি য়ান্না নুঙাইরবা স্কেটিং লমজেলশিং অমদি স্কাই রাইদিংনচিংবা মখল কয়াগী নুংশিং অমসুং উনগী মশান্নশিং পাংথোক্লিবা মফমনি । ঐনা মার্চতা মেত্রোদা স্কেটিং কাংবু কয়া থেংনখিবদুগী শান্নফম অমা ওইরম্লে । মীনা, মরু ওইনা লমকোয়বশিংনা ‘শাগ্রবা মফমশিংবু স্কাইজ, হেংগ্লাইদিং কদাইদগীনোদা’ হায়দুনা হংনরিবনি । চিঙগানগী অসিগুম্বা গর্জ অসিদা নিংথমথাদা ককেসস চীংগী স্কাইজ মফমদগীসু হেন্না উন থানা তাবা য়াওই । অদুগা মফমসি আর্টেক্লচিংবা ব্রেক শি, ক্রিমিয়াদগীসু হেন্না নুংশা ফংলিবনি । ঐখোয়গী কাশ্মিরগী

গুলমার্গা মান্ননা অমুক শা অমুক উন তাদুনা লমকোয়বশিংগী নুঙাইবা মফমনি । মঙ মঙলুবদা 'আজ্জু' ফিলমনচিংবা নিংশীংখি । ফিলমদুদা য়াওখিবা ফজরবা সিন্নরি হকচাং থাক্লবা মফম ওইবা কয়াসি শেমগৎপদা নত্তনা নাকল কয়াদসু নৌহৌনা অমুক শেমগৎলিবা সরকারগী থৌরাংদা মিটর ২০০০ ৱাংবা চীংদোন ফাওবা লমকোয়বা মীয়ামগী হকচাং তেখৎফমগীদমক ইলেক্ট্রিক্কী ট্রেনশিং চেনখৎহনথ্রবনি । তশেংনমক ঐখোয়গী বস অদুসু 'হেন্ড ভিকল' ট্রেনশিংগুম চপ মান্নে ।

মথংদা খরগা অমুক কাখৎলগা অৱাং নোংপোক্লোমদা চৎখিবদা লাপ্পা লৈচিল নোংফাই মরক্তা হোরাইজন ফাওবা তামনা পাক্লবা চীংথক্কি ঈপাক 'চারবাক' উখি। পৌবানিক যুগকি বৈজ্ঞানিক চারবাক্কী মিং লৌদুনা শেমখিবা পাৎনি । খা পাংনা যেংখিবদা 'হেং গ্লাইদিং' উচেক মশাগুম্বদা য়াম্বুরগা চীংথক্তগী পাইথবা শান্নরিবদু উরে । উমাইবী ময়াম পাইদুনা শান্নবদু মঙাই, মখল কয়াগী মচুশিংনা লৈতেংবা গ্লাইদিংশিংনা মাইকৈ কয়া লৈদুনা মিনট কয়া পাইরুরগা পাইফমদা হল্লকপা অমসুং পাৎয়া য়ৌনা মখাদা পাইথখিবা, মশা মশাগী হৈ শিংবগী চাংদুগী তুং ইল্লি । স্পোর্ট অমসু ওইরিবা হকচাং ফগৎনবা মশান্নদু য়েংবদা পুক্লিং হুনা নিংথিঁজে ।

বস অদুনা ঐখোয়বু অদুম পুথখিদুনা কিলোমিটর মরি মঙা লাপনা থৌথপ্রে। পাৎয়াইদা নুংজাও কয়া মতোল থিনগৎলিবা ফজবশিংগী মনুংদা অমনি । কনাগুম্বা কবিশিংদি ফনা নিংথিজনা ইথোকপা য়ারবনি । মহৌশা ছাত্র ওইরিঙে নাইনিতালগী পাৎপান্দা কোয়না চৎলকপদু নিংশিংহনখি । অদুবু খেৎনবা অমদি পাৎতোন য়ৌশিনখিবদা খঙবা ঙমলকখি । চাউরবা অহৈবা পন মখাদা খাংঙম ঙমথখিবদা ইলেক্ট্রিক্কী তরাগী য়ুম্বী অমদি পাৱার হাউস কয়া মশিং লাকঙমদনা লৈরি । চাউরবা পাইপ পরেংশিং উপ্রে । 'চারবাক' তশেংনমক হিরম কয়াথোক্লা শিজিন্নে হায়বদু শঙশঙনা উরুবদা খঙবা ঙম্লে। কিলোমিটর ১০ মুক অমুক্তা চৎথরক্লবা মতুংদদি চাউরবা ইন্দষ্ট্রিয়েল কমপ্লেক্স অমা থেংনরে । ' চিরচিক' হায়বা অচৌবা হায়দ্রো পাৱার, কেমিকেল অমদি অতৈ ইন্দষ্ট্রিজ কয়াগী সেন্টর অদু ওইরম্লে ।

ইরিগেসন-ঈশিং খোঙগী লম্বী অমদি লমকোয়ফম 'কলচরেল পেলেস' হায়না খংনবা মফমদু ওইরম্লে । থাংজ অমসুং নোংমাইজিং ছুটি ওইদুনা ইন্দষ্ট্রি শিম্বী অমদি মফমদুগী মীয়ামলক্তগী মখল কয়াগী অহৈ অহৈবা পুথোক্লদুনা কলচরেল থৌরম কয়ানা নুংঙাইবা পীনরিবা মফমনি । মসিনা লম কোয়বা কয়াগী পুক্লিং নুংঙাইহবতা নত্তনা, শিম্বী মীয়াম্বু পুক্লিং থৌগৎতুনা থবক পাংথোকহনবদা ৱাদনা

লোইশিনহল্লি । অসুম্না নুংঙাইরবা খোঙচৎ অদু ঐগী কা হেক য়ৌরবা তাঙ্গা, নুমিদাং পুং ৬ তাবখক্তদা লোয়শিনখি ।

## ঈশিং অমসুং ইলেক্ট্রিক

চারবাক অমসুং তাখিয়াটাস কমপ্লেক্স, কারশিনচিংবা প্রোজেক্ট লোয়ননা শেরাবাদ, অমু-বুখারা, অন্দিজান, টুয়ামুয়ুন, তালিমারজান, পাসকামার, নামাঙ্গান, অমুজান, মোস্কোবা, কারাকুল, বুখারা, আচিকুল, তেকেতোগুল অমসুং নুরেক্কচিংবা প্রোজেক্টশিং মথং মথং ইং ১৯৬৬ কী মেদ ফমখিবা সেন্ট্রেল কমিটিগী থৌরাংগী মখাদা চংশিল্লকুনা মাইপাক্লা পাংথোক্লি । অচৌবা ঈশিং পৈখৎতুনা থমফম ১৩ লৈরে । ঈশিং থাফম কেনেল শমজিনখিবদা কিলোমিটর লিশিং ১৫৮ অদুগা খাইদোকখিবদা লৌখোং লিশিং ৭৫ শুরে । গুহানচিংবগী ঈশিং রিজার্প তৌফম ৬সু লৈস্রবনি । মসিবু ভরটিকেল ওইনা ঈশিং পুখৎপগী থৌরাংগী মনুং চল্লি । মীয়াম চংদুনা মথায় চংনা শৃখিবা অনৌবা টেক্নোলোজি য়াওরবা ঈশিংখোং পীবগী মশিং পুন্না (আরটিসিয়ান বেলনচিংবা য়াওনা) ৯০০ নি মসিদা হায়ড্রো ইলেক্ট্রিক সেন্টর লিশিং ৯৩ সু পুন্শিল্লবনি । অঙকপা থৌরাং ঙাক্তনি হায়বা য়াই । পীকশ্রবা স্কোয়ার কিলোমিটর লাখ ৪.৫ খক্তং চাউবা উজবেকিষ্টান্না অসুক য়াম্বা লৌউ শিংউবদা য়ুম্ফম ওইবা ঈশিংখোং অমসুং ইলেক্ট্রিক পীবগী থবক পাংথোকপসি পৃথিবীদা শিংথানিঙাইনি । শেঙ্গাও পায়বা লৈপাক অমত্তনা অসিগুম্বা মাইপাকপা থৌরাংশিং অমুক্তসু পাংথোকখিদ্রি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই ।

অদুগা ঈশিংগী পোখোক য়েংলুরবসু ভারতকুম্বগা চাংদম্নরুরবদি য়াম্না হৈছে। মরম অসিনা ঈশিংবু অদুকী মতিক লিক্লা মওং চুম্না শিজিন্নৈ । মখোয়গী কলেক্তিভ অমসুং ষ্টেট ফার্মরশিংনা ঙসি ফাওবা ইতিহাসতগী ঙাংনরক্রবা ৱাফম কাউদনা "ঈশিংনা লৌমীগী হকচাংদা চেল্লিবা ঈখেংনি," হায়না নিংশীংনরি, থবক ওইনসু পাংথোক্লি । তশেংবনি করিগুম্বদা ঈশিং খরদং লিক্লরকপা তাঙ্গাদা মদুবু ঙাকথোক্লবা-ঈশিং মাংহন্দবা, ওতোমেসন অমসুং টেলেমেকানিক্লচিংবা পাক শন্না শীজিন্নৈ ।

হাইড্রো ইঞ্জিনিয়ারিং ইন্সটলেসনশিংবু খাইদগী অনৌবা টেক্নেলোজি অমসুং ইন্দষ্ট্রি য়াওশিম্বগী মেথোট মওংদা চৎথে । মরম অদুনা ঈশিংবু অমুক্তসু মথং মথং ওইনা ইকোনোমি ওইনা শিজিন্নবা য়াহল্লি ।

ঙসিগী ওইনা চাওখৎলক্লিবা সহরশিং অমসুং পৃথিবীদা শীঙনবা রিপাব্লিকী কোনুং ওইরিবা তাসকেন্ট লৈরকপনা অমুক্কসু হেন্না ঈশিংগী পোখোক্না কোন্নহনবদা ৱারকই। মরম অসিদগী হৌখিবা সি:পি:এস:ইউ: গী ২৫ শুবা কংগ্রেস অদুনা অথুবা দায়ত্ব অমগী মখাদা থি-হুন্বা অমসুং থৌরাংলুপ অমগা লোয়ননা সোভিয়েট অৱাংগী অমসুং সাইবেরিয়াগী তুরেলশিংগী ঈশিংবু মাইংগে অশোমদা চেলহল্লকুবা ৱারেপ লৌখি। মাইপাক্কগনি হায়বা ফল অদুগী মখাদা ঙসিদী থবক ওইনা চংশিনখ্রে।

মখোয়গী কলেক্তিভ অমসুং ষ্টেট ফার্মশিং পুম্বা ইলেক্ট্রিক পিগ্রবনি। ঐখোয়না কলেক্তিভ ফার্ম তাসকেন্ট মনাক্কী অমদা চৎলুবদা সিনেমা হোল, মিলশিং, ঈশিং চিংখৎনবা খুৎলাইশিং, চিঞ্জাক শেমফম, থোং থাকফম, শান্না খোৎনফম অমদি পার্কশিংদা ইলেক্ট্রিক্কা পুন্নমক চলাইরবনি। ঐখোয়না চৎলুবদা ফার্ম অদুগী মতাইদা লৈবা বুফেট অমদা ঐনা চৎলুই। পোৎ মচা কলমগী রিফিল, এনভেলপনচিংবা মচা মচাঙাক্লী লৈরুবদু। মদুগী শেল পাবদা ইলেক্ট্রিক মেছিন অমদা সেকেন্দ খরা খক্তং চংনা পিজিম্নে। অদুনদি ইমুংগী মৈ থানবা, টেলিভিজন লোয়ননা ৱাইরম শেংবদগী হৌনা পুমনমক্তা ইলেক্ট্রিক্কী ইলেক্ট্রিকঙাক্তা ঙাইরবনি হায়বদু ভাক্কে। অসুম্না পুন্নপা শিজিন্নবসি পাবদা কিলোৱাট বিলিয়ন ৩.৫ ওইরে। অদুগা ঈশিংখোংগীদা শিজিন্নবা মেছিনশিংগী অচঙবা চহিগী ইলেক্ট্রিক্কা কিলোৱাট বিলিয়ন ৪.৪ য়ৌরে।

---

## মিউজিয়মশিংগী মহাও

সোভিয়েট লৈপাক্তা অসুক্কী মতিক ইতিহাসপু অমসুং চাওখৎপবু মীৎনা উনা ৱারী লিনবা অমসুং মীপুম খুদিংমকপু ইদুকেসন পীনবা মিউজিয়মস্বু নিংথিজনা শেম শাদুনা থমই। তাসকেন্টকী ৱারী মিউজিয়ম অমখক য়েংবনফাওবা ফনা য়াম্না লিরগদবনি অদুবু স্পেসিয়েলাইজেসন তৌদুনা থমলিবশিংদু তোঙান তোঙানবা লম্বী ওইবনা হেন্না পাক শন্না লৌশিং খরমখে ঐগী লিথোকপসিদগী এক্সপরিয়েন্স ওইবীবা য়াই। মদুগী মহাওদুনি ঐনা পীনিংলিবসু।

### ক) "জুলিয়া ফুচিক মিউজিয়ম"

অহানবা মিউজিয়ম য়েংবা হৌবদা, রিভোলুসনরি 'জুলিয়া ফুচিক্কীদা" ঐখোয়বু পুই। তমথিরবা ফেসিস নীতিগী মায়োক্তা থেংনরুবগীদমক হাংখিবা জেক

কমিউনিষ্ট অমগীদমক মিউজিয়ম করিগীদমক লিংখৎলুরিবা হায়বদু হংনিংলম্না য়াই। লেমহৌখাক হায়বদি জারগী কোলোনিয়েল লৈঙাক সাশনগী চৎনলোন লৈরিঙেদা মহাক মফমশিদা কয়ারক কোয়রকখি অমসুং মতম কয়া লৈরমই। মিউজিয়ম সারিবা মফমশিদা মহাক্না তোয়না লাকপদা পোখাফম ওইরমই। ইং ১৯৬৬ কী য়ুহার হাবদা য়ুম অদুমক তেকখিবদগী অনৌবা অমা মফমশিমক্তদা শাগৎতুনা মানা শিজিন্নরম্না মেটেরিয়েলশিংদু প্রিজার্ভ তৌরিবনি। নুঙাইবা অমনা মিউজিয়ম শেন্নরিবা চহি লিরবী নুপী অদু উজবেক জাতিগী চাউথোকচরিবী ইহান হানবা 'এয়ার দিভর গোল মেদালিস' শ্রীমতি তমারা ওইরমই। কয়াদা চান্নরা লৈরম্লিবা মাগী ব্বারীদুখক্লসু তাসকেন্টকী ব্বারী অমা অদুম ওইবা য়ারবনি।

ইহান হানবা চংখিবমক্তদা চাউরবা বোর্ড অমদা জুলিয়াগী ফোতোগা লোয়ননা মানা হায়রম্না কোটেসন খরা ইরি। "অথোইবা লেনিনগী থৌরাংদি উজবেকিষ্টান্দা লৈরিবা ফিউদেলগী চৎনলোন অমদি জারিজমগা মতম লৈবা খুদিংদা য়ানশিন্নদুনা চৎলিবা কেপিটেলিস মখোয়শীংশিবু মুখৎপা হায়বশিনি।" ইন্টরপ্রেটরদুনা ব্বাফমশিং অসি ফ্রান্স, পোলেন্দ, ইরান্দগী মফমদুদা লাকপা জরনেলিসশিংদা তত্তনা হায়খিবনি হায়না তাকখি।

পীক্তকপা নহা ওইবগী ফোটো অমা মনুং হেক চংখিবদা উরে। ইং ১৯৩০ গী মানা চহি ২০ শুরকপা তাঞ্জাগীনি। মহাক য়াম্না ইন্টলিজেন্ট লৈবা নহা অমা ওইখি। চহিদুমক্তদা মানা 'সামাজবাদ শেমগৎলকপদা মরু ওইবা অমসুং কেপিটেলিজমদগী সোসিয়েলিজমদা ওল্লকপা' হায়বসিদা লাইরিক অমা ফোংখি। তাংনা ফংলবা কোপিশিংদুগী মরক্তগী অমখক গ্লাস উপুদুদা নুংশিনা লৈরি। মশাগী চহি হঙ্গৎনা য়েংবদা চহি ১২ তা ঙাইরিঙেদা মশাগী হৈশিংবা ফোংদোক্লুনা মেগাজিনশিংদা আর্টিকল কয়া ইরম্বগী চেনা ১/২ সু লৈরি। মাগী অঙাং ওইর্রিঙেগী ইথোকপদা মরৈপাকপু রোমানশিংনা চহি ৫০০ রোম লোই চল্লম্না, অমসুং মতমদুদা জরমনগী মখাদা ঔষ্টর হঙ্গেরিয়ান ফেসিস নীতি লৈরম্বগী খুদোংথিবা মমি তারমই।

মা ইং ১৯১৯ দা ফাওবা মরৈপাক্কী সহর প্রাগতা অচৌবা ছাত্রশিংগী রেল্লি অমদা শরুক য়ারমই। চাওখৎলক্লবা মতমদা মাগী মরৈকাই অমদি সহরদুগী নহারোল অমসুং অঙাংলোন কয়াবু ওরগেনাইজ তৌদুনা জরমনি নীতিবু অঙাং ওইরিঙেদগী থেংনবা হৌরকখি। চহি নৌরিবা নহারোলগী ইহৌ অদুগী মমিংসু য়াম্মী অঙাং ওইরিঙেগী মমিং য়াঙ্গুসকী শরুক খর লৌরগা 'গুসিস মুভমেন্ট' হায়না খংনরকখি।

ঈহৌদুগীদমক মাবু অহানবা ওইনা জেলদা থম্বা হৌরকখি । ইং ১৯২৯ দা রিপাব্লিকান সোসিয়েলিস পার্টি লিংখৎপা হৌরক্লে । শিল্পীশিংগী ঈহৌ মরক্তা নহা ওইনা মাবুসু বাতান্নবা য়াওহল্লক্লে ।

তাঞ্জাদুদগী হৌনা তশেংনা মহাক্কী লুচিংলেন লেনিন্দা হেন্না পুক্নিং চংলকপা অমসুং লেনিনগী থিওরি-বাখল্লোন কয়াবু নৈনবা হৌরকপদু উৎলি । মরু ওইনা নৈনরম্বা লেনিনগী লাইরিক্কী 'ষ্টেট অমসুং রিভোলুসন' নি ।

মথৎ কাদা মানা কমিউনিষ্ট ওইরকপগী রে'কোর্ডশিং লৈরে । মদুগা লোয়ননা শিল্পী লুচিংবা কযাগা লোয়ননা ঈহৌ কয়াগী মতাংদা বাতান্নরমই অমসুং ওরগেনাইজেসনগী থবক কয়া তৌরমই । চহি অহুমগী তুং ইং ১৯৩৩ দা মহাক আর্মী চংলমই । অদুবু ইকুই কুইদনা মাগী থবক মতৌদুদগী খংওক্তুনা সরকারনা মাবু দিসমিস তৌরমই ।

অনিশুবা খোঙচৎ ওইনা ইউ:এস:এস:আর: দা ইং ১৯৩৫ দা হায়বদি মফমদুমক্তদা কোয়রক্লমই । মতমদুদা মানা পামির চীংজাও মতোন্দা কারুবগী ফোটোশিং উৎলি । মতমদুদা মাগা খিরগিজ অমসুং তাজিক জাতিশিংগা উনদুনা মফমদুগী চাওখৎলমদবা নোরমেদিক্তগী চাউখৎলক্তুনা পুমনৌ নৌনা সোসিয়েলিস পুন্সিরোল অমা শাগৎলিবদু থিজিন হুমজিনখি । নুংঙাইবা অমনা মানা 'পরঞ্জা ঈহৌ' গী মরমদসু ইথোক্লম্বা অদুগী রেকোর্ড লৈরম্বা অদুনি । ঈহৌদুগী মায় পাক্লকপা তাঞ্জাদা মানা ঈহৌগী লুচিংবী কযাগা উনবা ফংখি । ফোটোশিংদা মানা পরঞ্জা ঈহৌগী লুচিংবীশিংগা নম্মিন্নবা উবা ফংই ।

উজবেক জাতিশিংনা রিভোলুসন মমাংদা শিজিন্নরম্বা লৌউ শিংউবগী প্রিমিটিভ খুৎলাইশিংবু থাদুনা মানা ইথোক্লমই । অদুগা অঙকপা থৌদোক অমগী মরমদা মানা মফমদুগী মুস্লিম চংনবীগী অন্ধবিশ্বাসনা মী অমনা মখুৎ অনি চংদুনা লশিং হেকপা য়াদবগী মরি নৈনবা থৌদোক অমসু উৎলমই । নৈশাবী অমগী ফোটোশিং মাগী রোকোর্ডতা লৈরমই । লৈশাবী অদু ইং ১৯৩২ দা 'লেনিন মনা' ফংখিবীদুনি। লৈশাবীদুনা তমথিরবা চংনবী অমবু মাইথিবা পীদুনা নৌনা হৌরক্লিবা নিঙোল ওইবীশিংদা পরা অমা তম্বীরমই ।

চহিদুমক্তদা মরৈপাক্তা 'ফেসিস' কী মায়োক্তা মীয়াম হৌরক্লম্মী । ঈহৌ অদু কমিউনিষ্ট অমসুং শিল্পীশিংনা লুচিংলমই । মাসু লুচিংবা কয়াগী মরক্তা অমা ওইখি। তাঞ্জাদুমক্তদনি হিটলরনা মীহাৎ মীপুন হৌরকপা, তমথিনা মীয়াম্বু ওৎপা

হৌরকপা লোয়ননা ফায় ফারগা নাজি কেম্পতা নমশিনবা হৌরকপা, কিনিংঙাই ওইরবা থৌদোক কয়াগী ফোটো কয়া ফক্লাংশিংদা অমদি উপুশিংদা ময়েক লানা লানা উংলি । মীয়ামগী অদুগুম্বা ঈহৌ চংথরকপদা মীহাৎ মীপুন হান্না মায়োক্নরে । মা অমসুং মাগী পার্টিনা সোভিয়েটকী তেংবাং ইং ১৯৩৬ তা নিবা হৌখি ।

জেকোসলোভাকিয়াগী ইতিহাসকা লোয়ননা মিউজিয়ম অসিনা ঐবুসু অনিশুবা পৃথিবী লাঙ্গাওরোমদা অমুক পুদুনা চংখি । কা অসিদা নাজিগী তমথিবা বোম থাদদুনা লান্দাবগী মওংদা অচৌবা ফোটোশিংনা শেংনা উংলি । লাল্লক্তা ইং ১৯৪১ দা হান্নগী কমিউনিষ্ট সেক্সন অদুদগী হেন্না শক্তি লৈবা কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ জেকোসলোভাকিয়া লৈপাক অসিদা জুলিয়া ফুচিক য়াওনা লিংখৎখি ।

লাঙ্গাও অদুনসু মথং মথং তল্লিনখিদুনা নোংপোক ইউরোপকি সোভিয়েট সিমনা লাল্লিক্লে । লাল্লক অসিদা ফুচিক মাগী পার্টিগী থৌদাং খঙনা অকনবা থবক কয়া চংথখি । মদুমক্তা ইং ১৯৪২ দা মাবু নাজি লাম্মীনা ফাজিন্দুনা 'কন্সেন্ট্রেসন কেম্প' তা লংশিনখি ।

কেম্পতা লৈবগী থম্মোয় কায়নিঙাই ওইরবা কা অদু লাল্লিক্লে । তমথিরবা চৈফু, শা-ঙাগুম ওৎ নৈখিবা মফমশিংগী মরক্তা ফুচিকপুসু নুমিৎ ৪১১ থমদুনা মাবু ১৬১ লক হন্না হন্না তমথিনা ইলেক্ট্রিক শোক অমসুং মখল কয়াগী ফু চৈবগী মখলনা ইন্ট্রোগ্রেসন তৌখি । খাঙ কনবা অমসুং শক্তি লৈবা ফুচিক কৈদৌঙেদসু মাগী কমরেডশিংগী মাঙনবা শিনখিদে । মঙোন্দগী ক্লু অমতা তমথিরবা নাজিশিংদা ফংহনখিদে । লোয়ননা জেলগী চৈফু মরক্তা ঙাইহাক শংবদা ইবা তোক্তে । লোন্না লোন্না জেল মনুংদা ইরম্বা চিঠিশিংগী 'কোপি' মিউজিয়মদুদা চেক্সিন্না থমলি । অওৎ অনৈ মরক্তুদগী ফু চৈবনা শোক্লবা মখুৎনা ইরক্নম্বা চিঠিশিংদু কৈদৌঙেদসু খরদং ফাওবা লান্দে । অদুগা তমথিবশিংগী মরক অদুদা মানা বন্দিশিংবু ওরগেনাইজ তৌদুনা ইং ১৯৪৩ দা 'কমিউনিষ্ট ইন্টরনেসনেল' ঈশৈ শকখি ।

মাগী চংথরকপা পুন্সিগী খোংথাং খুদিং নাজি লাম্মী লুচিংবশিংনা খঙলকপগা লোয়ননা অরোয়বদা মৈঙান অঙাংবা অমা থাল্লদুনা মাবু হাংখিবা খুৎলাইদুগী নোমুনা অমা লৈরে । ফেসিসকি তমথিবসে, অসি ওইরেকো হায়বদু খুৎলাইদুমক উবদগীসু খঙবা ঙমই । "ঈ তৈরবা হোরায় অমনা ঙক্কী মপাদা তপ্না তপ্না চক্রাগুম উংলকপনি । উংলকপা তাঙ্গাদুদা লেপহল্লগা বাহং কয়া অমুক হংই, অদুবু জুলিয়া ফুচিক কৈদৌঙেদসু বাখল চোইবা কমিউনিষ্ট অমা ওইখিদে । শিবা ফাওবা মাগী

পার্টিগী প্রিন্সিপল ওাক্লা অদুমক হোরায়গী চকানা কক্নুনা শিখি ।" ঐখোয় তপ্না তপ্না জুলিয়াগী থ্রাখলদা লূমলবা কোক পুদুনা মিউজিয়মদুদগী থোক্লকখি । শ্রীমতি তমারানা মোমোন মোমোন অদোমগী সহি অমসুং ফাওরকপা থ্রাখল খরা খরা বয় অদুদা ইবীরমউ হায়রকখি । লোইননা ঐখোয়না বসতা কাখৎলবা তুংদা মানা 'ওসিদি নখোয় নশাগী মাংদা তারিবা তাক্নশিং অদু পাংথোকপা হায়বসি ঐখোয়গী থৌনা ফরবা ফুচিক্লা পামজরম্বদু মাই পাকহনবনা ওইগনি ।' ❑

## খ) 'হেল্ড ইদুকেসন মিউজিয়মদগী'

নিংথিনা হক খোৎলবা অনৌবা অমসুং অরিবা আর্ট কয়ানা পুল্লবা য়ুমজাও অমনি । হৌরকখিবদি ইং ১৯২৩ দগীনি ।

ইহান হানবমক্তদা অচৌবা ফক্লাং থনবা 'হাইজিন চার্ট' অমা লৈরে । পাক শন্না মথং মথং মীওইবগী হকলোনগী দরকাব লৈবা অমদি ফত্তবা ওইরগনা করি ওইরকপা হায়বদু চার্ট অদুনা দাইএগ্রামগা লোয়ননা উৎলি । মচু কয়া অমদি ফোটোগ্রাপ কয়াসু মরক মরক্তা থেৎলি । মরু ওইনা ঈশিংগী মরমদা মদুদগী থোক্লকপা য়াবা লৈনা মখল কয়া অমসু মদুবু ঙাকথোক্লবগী নোমুনাশিং ওহ্থোক্লা ময়েক লানা, লোনদু খণ্ডদ্রবসু মিৎনা উবদা হেক্তা জ্ঞান তানবা মওংদা থমই । অমসুং ইং ১৯৩৬ তা ঈশিংদগী লৈনা শন্দোক্লক্তনবা থৌরাংশিং পাংথোকপা লোইখিবদুসু উৎলি ।

মথংদা অচৌবা মাইপাকপা অমগী চহি পালন পাংথোকখিবদু লৈরে ।"ইং ১৯৫০- মেলারিয়া লৈনা পুম্মুৎ মুথৎখিবা" হায়না উরি ।

কা অহানবদা চংবা হৌরে । "হেল্ড" কী ইতিহাসকা মরি লৈনবা কানি । খৃষ্ট পোক্লবা মতুং ইং ৯৮০ দনি অল অবিশেনা কৌবা মতমদুগী অফাওবা ফিজিসিয়ান অসিনা মশাগী চহি ১৬ খক্তা ঙাইরিঙৈদা লায়েংলোনগী মরমদা লাইরিক ফোংবা হৌরকখি । চাউরবা মাগী মুর্তি অমা খিন্দুনা লৈরী । কোয়েৎ অমা য়েৎলি । মতমদুগী ফিজোল, আরব লৈপাকশিংদা চৎনরম্বা ফিজোল শেৎ চাই । মরেপ থ্রাংই, মমাই শাংই, মনাতোন তুমই, মুন্না য়েংলবদি থ্রাখল য়াম্না খনবা অরুম্বা মায়থোং চেন্নী । অরাবিক মরোল্দা লৈবা মতমদুগী লাইরিক লাইশু য়াম্না নৈনরমই । মশানা বিজ্ঞানগী মরমদা তত্তনা নৈনরমই । লোয়ননা থিজিন হুমজিনবা অমদি নৈনবদগী ফংলকপা জ্ঞানশিংদু অরাবিক মরোল্দা ইথোক্লমই ।

নুংঙাইবা মাগী থ্রারী অমা লৈ, তশেংনমকসু মদুনা অরিবা সভ্যতাদা করম্বা ফিভমদা লৈরম্বগে অমসুং বিজ্ঞানিকশিংনা মদুবু করম্না চাওখৎলক্লবা থ্রানা

হোৎনখিবগে হায়বদু উৎলি । মীওইবগী শরু, শদোং, শিংলি অমদি ইন্দ্রি খুদিংমকপু মতমদুদা মওং তানা খওনবগী উপাই লৈরমদে । ধর্ম্মগী অকনবা চৈয়াক লৈবনা শিরবা তুংদা মীওইবগী এনাতোমিশীংবু য়েংবা য়াবগী খুদোং অদুসু কনানসু তৌনরমদে।

অদুবু মানা নোংমা অথেংবা অহিংদা সিমিত্রি অমদা মতোমতা লোন্না চংলমই অমসুং মাগী লৈজবা খুৎলাইশিংগী মতেংনা শিবা কুইন্দ্রিবা মী অমগী হকচাং লেন্নমই। অমসুং মীগী এনাতোমি পুম্বা কুপ্না য়েংখি । মশামক হয়াওবনা হায়নিংঙাই লৈখিদ্রে। মীওইবনা নহাল মখে ভাগ্না শাদুনা মওত্রওদা লৈরম্বদু, মীওইবগী নুঙগী ইন্দ্রি অপুম্বা অদু খ্বাইদগী ইহান হান্না মীওইবা সমাজদা খওহন্দুনা অনৌবা চাউরবা বিজ্ঞানগী পোৎচং অমা হাপচিল্লগনি হায়বসু মঙোন্দগী খওহল্লকখি । ব্রারী অসিমক মথংগী য়েকপা অরিবা লাই অমনা উৎলি । য়েক্রুম্বা আর্টিস মশামক্তা য়াম্না পামজনা থৌদোক অদু য়েকপা ওইবনা ঐখোয়দা লাইনা খওহল্লি । অমম্বা মরক্তা "সিমিত্রি" গী সিনরি, লোয়ননা য়াম্না হাথু হাথুনা য়ামখিদ্রবা থাং অমদি মচাক খরখক্তনা হকচাং অদুবু লেল্লীবা, মনাক্তা চেবাংশিংদা মশানা দাইএগ্রামগা লোয়ননা ইসিলহৌবা ওহোক্লা মানগ্রে ।

অসিগুম্বা থৌদোক কয়া অনৌবা বৈজ্ঞানিক্কী মাইপাকপা কয়া মদুনা ধর্ম্ম অমসুং হান্নগী চৎনরম্বা থাজবা অন্ধবিশ্বাসকী মায়োক্তা লৈরুবনা, মুস্লিম ধর্ম্মগী পুরোহিদ অমসুং নিংথৌ পুন্না ব্রা তান্নদুনা মাবু কোর্টা কৌখৎলগা কৈশুম শঙদা থমলবা তুংনা ইকুই কুইদনা হাৎখি ।

অদুবু মানা ইরম্বা কয়ানা চারোল শুরোন অমদি ওসি ফাওবা মীওইবা সমাজগী কান্নফম ওইদুনা  লৈহৌরে । মাগী ছাত্রশিং পল্লবদা, অল বেরোনি অমসুং মাশে খোনি (অক্কদা ফাওরবা) বৈজ্ঞানিক অসিনচিংবনি । মাশে খোনিনা শিরবা তুংদা "একাদমি ওক মামুল" লিংদুনা মাগী পোখোকশিংদু নৈনবা হৌরকখি ।

ইং ১৮৬৫ দা আরব লোন্দা মুস্ফম ওইদুনা মহে তম্বা খরা খরা হৌখি । মখোয়দুদি ইনাক খুনবা, নিংথৌ অমদি ফম্নাইবা ইমুংগী মীশিংগীখক্তং ওইরমই । অদুবু মদুখক্তং ওইরবসু লায়েংলোনগী মরমদা লোল অদুদা ইরম্বগী খদোংচাবদি ফংখি ।

খুদম ওইনা লৈ অমসুং মনা-মশিংদগী হিদাক শেমনবা লাইরিক কয়া লৈমরই! রেকোর্ডশিংদু উরি । মথংগী কাদা চংবদগী অনৌবা খুগকী মরমদা হৌরে । হিদাক লাংথক, লায়েংবা অমদি বৈজ্ঞানিক লায়েংদি রিভোলুসনগী মমাংদা অদুকী

মতিক চাওখৎলমদে । ১৯১৭ কী রিভোলুসনগী তুংদা মহে মশিং তম্বা অমদি মীপুমগী অওনবা অমা লাক্লবা তুংদা হিরমসিদা চাওখৎপদু উৎলি । জারগী মতমদা মী লাক্ক অমরোমগী মনুংদা অমখক্তনা ডাক্তর ওইরম্বনি ।

অদুবু 'সিভিল ৱার' (খুলাই পায়বা মুসলিম বাসমাসি লালহৌদগী মীয়ামনা অৱাবা পুমকোক কোক্লবা তুং ইং ১৯২৪/২৫ দগীদি অনা লায়েংবা অমসুং হকচাংগী মরমদা মওং চুম্না থবক চখবা হৌরে । অদুবু চপ চানা চাওখৎখিবদি ইং ১৯৩০ দনি । লোয়ননা ২শুবা পৃথিবী লাঞ্জাও ইং ১৯৪১ দগী হৌদুনা অচৌবা লায়েংশঙ অমা উজবেকিস্তান্দা ওইহল্লে । লাল অদুনা রিপাব্লিকসিদা চপ চনা লানসিল্লক্তবনা, লালগী অশোক অপন থমফম অমদি হিদাক লাংথক পীনবা মফমসিদা অচৌবা থৌরাং অমা তৌখিবনা অমুক্তসু তাসকেন্ট নাগরিকশিংগী কান্নবা অমা ওইখি । লালদা মফমসিগী ডাক্তর কয়া শরুক য়ানবসু থাখি । হল্লকখিদ্রবা কয়া য়াওখি । শাথিনা শোক পনবা নংঙকখিবা অমসুং মথৌনা লৈনা অচৌবা লায়েং কয়া লাল্লক্তা পাংথোকখিবা ডাক্তর কে:সি: জাইরোভপু মিউজিয়মশিনা ইকায়খুম্নবা ওইনা মাগী চাওরবা থবকশিংগী রেকোর্ডশিং উৎলি । নাজিগী তমথিবা লালক্তা লায়েংবগী ফোটো কয়াসু লৈরি ।

অরোইবদা লৈরিবা কা অসিদা, তশেংনা 'হেল্ড সেন্টর' অমগী নমুনা অদু তাসকেন্টতগী কিলোমিটর ১০ মুক চৎলগা লৈবা লায়েংশঙ অমগী অশাবা নমুনা সিন্নরিগা কোম্ননা উৎলি । হৱা নুংশিৎকী, সেনিটেসনগী অমদি হেক উবদা পুক্লিং হনিংঙাই ওইবা মফমনি ।

মরকসিদা নোংমা ঐ ইশামক্তা সেন্টর অদুদা চৎলুবদগী ফংলকপা এক্সপরিয়েন্স অমা লৈবদুসু হাপচিন্নীংই । অনাবা অমা সেন্টরদুগী গেট অদুদা উনরমই। মানা জেলগুম খল্লুদুনা লৈনিংঙুদ্রবনী হায়রকখি। অদুবু সেন্টরদুগী কেম্পস মনুং চংখ্রগদি চাউরবা ইথৎ অমগুম লৈরম্বদু লিরকখি। "হিদাক চাদ্রবসু, সহর মনুংদা লৈবদগীদি সিদা লৈবনা হকচাং অদুম মতোমদা ফগৎকদবা ওইখি।" ঐদি চংনিংবনি মাগী ৱাদু তাবদা অদুবু ঐগী হকচাং চপ চানা চেক তৌদ্রিবা ওইবনা ঐবু চংহন্বগী খুদোং চাবদু ফংখিদে । মপানগী মী উনফম কাদুগী ফক্লাংদা দাক্তা কয়া থেংলি । পীকখ্রবা রিপাব্লিক অসিদা অচৌবা হোস্পিটাল ৮৫ লৈরে । অদুগা 'হেল্ড সব সেন্টর' মখোয়না 'ফারমেটোলোজিকেল সেন্টর' কৌই । মদুগী মশিং ১৯৫ লৈব্রে । অমসুং নুপীনা ডাক্তরগী মশিংদা হেল্লি । পুম্নমক্তি দাক্তাশিংদুদা ময়েক লানা উৎলি।❑

# গ) আর্টস মিউজিয়ম'

চুথেক নাইবা মথোল মরিগী য়ুমজাও অমনি । অয়েকপা লাইদগী হৌনা অশাবা মুর্ত্তি অমদি উদা হকপা, ফিদা লোম্বনচিংবা মখল শুনা যুগ যুগকী ওইনা সিসটেমেটিক ওইনা থমই । অহানবা ফ্লোরগী ময়াই চবুক্তা গ্রিক আর্টকী পৃথিবীবু কোকথোং নাদুনা পুবা মুর্ত্তি অমা লৈরি ।

অহানবা ফ্লোরদা ইতিহাসকী তাইনবা ফোংদোকপা লাইশিং লৈ । ফিউদেলিজম অমসুং চাওখৎতবা ময়াই থংবা এসিয়াগী ফিভমশিং উৎপণ্ডাক্লি । পৃমিটিপ ওইবা খুৎলাইশিং, চাউরবা অরিবা য়ুমশিং, চেক্লা শাবা টব্বারশিংদা হক্লিবা অরাবিক ময়েকশিং পনবা য়াই । মচু মখল কয়াগী লাইশিংনা তাক্লিবদি থোইদোক্লা ভারতকী খুজারাহোগুমনমক তৌরমদ্রবসু ঙসিফাওবা মুত্তনা লৈবিবা ১৪শুবা শদাব্দীগী আর্টশিংদু উৎলি । মোস্কোগী 'পুস্কিন ফাইন আর্টস মিউজিয়ম অমসুং লেনিনগ্রেটকী 'হরমিটেজ' দা উৎপগুম কুইরবা যুগ অদুগী কাওগুদ্রবা এক্সপরিয়েন্সশিং অদু উৎলি । তশেংনা হায়বদা তাসকেন্ট নত্ত্রগা উজবেকী ওইবা মীয়ামগী শক্তমশিং, সমাজ অদুগী ফিভমশিং নিংথিনা তাকই ।

মিংচৎ লৈরবা অয়েকপা লাইশিংদা অমুক হন্না আর্থ হল্লুনিঙাই লৈতে, 'আর্ট মশামক্তা য়েংলিবা মীদুগা চান্নবা লোল য়াওজরবনি' হায়বা ব্রাফমসি নিংশিংলকখি।

১৯শুবা শদাব্দীগী লাইশিং উরকপদা অনৌবা পৃথিবীগী আর্ট কয়াগী পুল্লকপা শক্তম উৎলি । খুদম ওইনা জরমন অমসুং ভারতকী খুৎয়েকশিং মুস্লিম ধর্ম্মগী লাইয়েকপদা উরে । শমরখান সহরদগী ফংবা লাইশিং মরু ওইনা নোমুনাশিংদু উবা ফংই । ইং ১৮৬৬ দগীনা ১৯১৩ ফাওবগী লাইশিংদনি হায়রিবা খুৎয়েকশিং অদু উরিবা । মুস্লিম মদ্রাশাশিংদগী আর্টসকী লম্বী খরা খরা তাকপগী ব্রারীশিং ইন্টরপ্রেটরনা হায়খি ।

২শুবা ফ্লোরদা রিভোলুসন মতুংগী লাইশিং লৈরমই । 'মোদর্ন আর্ট'কী মমি তাবা লাই ইং ১৯২০ দা য়েক্লম্বদগী খঙবা ঙমই । গ্রাফিক আর্ট অমসুং আরকিটেকচরেল মোনুমেন্ট কয়াসু থোরক্লে । মখোয়গীসি লমদমদুগী 'ইকোনোমিকেল কেরেক্তর' গী গুন চেল্লি । য়েক্লবা পোৎচাক্তগী হৌনা য়েকথোক্লকপা কয়াদুসু মফমদুগী প্রকৃতিদা য়ুম্ফম ওইবা ব্রাখলদগী থোক্লকপনা অয়াম্বনি । অদুবু কমরসিয়েল শুকওই ওইদ্রে । কেটেগোরি অদু কলানা কলাগীদমক্তা হায়বদু তশেং তশেংই । ইতালিগী

আলেকজেন্দ্রা অমসুং রুশিয়ান নিকোলায়েভ লাইয়েকপদা মমিং লৈবা অনিগী ইমিটেসন তৌবা লাইশিং ইং ১৯২৫ দা য়েকপশিং লৈবা উই । অদু ওইদুনসু লাইশিংদুদা ক্রিএতিভ ওইবা থোইদোকপা মখোয়গী তেঙ্গোল্লা বাখল অমদি তোঙানবা ইমাজিনেসনগী খুদম উবা ফংই ।

নাকল অমরোমদা অরিবা যুগকি ধর্ম্মদা হেজেমোনি ওইবা উৎতুনা 'কোরান চিনফা পুবা' গী শক্তম য়েকপা উই । মীওইবনা চাওখৎনবা হোৎনরকপদা খুদোংথিবা থেংনবা, মদুনা পুক্লিদা মায়োক্লরিবা নাকল অনিগী কন্ত্রাদিক্সন অদু খুৎয়েক অদুদা উহল্লি । তশেংবনি মারগরিতা খুজনেটশোভা আর্টকি ক্রিতিকশিংনা হায়রিবা 'Art which is essentially humanistic in content' হায়বদুদি চপ চানা য়াওই ।

ইং ১৯২৪ নুপীশিংগী ইতিহাসতা খাইদগী মাইপাকপা অমা ওইখিবা লরাইদুগী ফিভম কয়া সাইবেরিয়াদগী লাকখিবী কোরবো-ইনা য়েকপা লাইশিং লৈরমই । 'পরদাগীদমক' হায়বা লাই অদুদা 'বাসমাসি' কাংবুনা নুপী অমবু নিপা ময়াম চংদুনা নুংনা থারিবদুগী শক্তম অমা লৈ । মচু অনিনা মপুং ওইবা অঙৌবা অমসুং অমুবগী চাংদমনবা লোয়ননা সমাজগী খেৎনবা মুস্লিম ধর্ম্মনা নুপীগী মাইথুম পরদা থাদোকপা য়াদবা বাসমাসি অমসুং মদুগীদমক থেংনরিবা নুপীশিংগী শক্তম অনিগী খেৎনবদু উৎলি । অমুবা মচুনা 'বার্বারস' অমসুং অঙৌবনা 'সীবিলাইজেসন' বু মহৎ শিল্লিবনি । মাগী লাইশিং অদুতা নৎতনা অতোপ্পা আর্টিসশিংগীসু য়াওরি । থিম অদুদা 'ইম্পারসনেলিজম পেন্টিং অমদি আরকিটেকচরেল' ওইনা উৎতুনা তুংগী নুপী কাংলুপকী 'ইমান্সিপেসন' গী লম্বীদা চংবদু ফোংদোক্তুনা য়েকই। লোয়ননা অনৌবা সমাজগী ইমাজিনেটিপ আর্ট অমসুং প্রদক্তিপ কিউবিজমনচিংবা নোমুনা য়েকপা উরমই ।

'কলেক্তিব ফার্ম' য়েকপদা 'ত্রেদিসন্নেল অমসুং মোদর্ন আর্ট পুল্লগা উবা ফংলে । অমরোমদা মদুনা ফার্মরশিংগী থবায় য়াওবগী মওং উৎপদা নত্তনা ওইলদা য়াম্না লূনা য়েকই ।

মতাংসিদা ভারতকী নুপী অমা য়েকপদা উজবেক আর্ট অসিনা পৃথিবীগী মাইগৈ ৩ গী আর্টকী নোমুনা চংনা উৎলি ।

বি: জলালোভকী লাইশিংদা থাইনগী লমদমদুগী চংনরকপা আর্টকী নুঙগী ওইবা বাফম উৎপা, খুদম ওইনা থাইনগী অবাংবা মোনুমেন্টকী মুর্ত্তীশিং, খুনুথোন

শাবা য়ুমজাওশিং য়ানশিন্ননা অনৌবা ওল্লক্লিবা পৃথিবীগী ইহৌ "শান্তি অমসুং লাল" হায়বনচিংবশি উবা ফংলে । মাগী লাইশিংনা কলাকারগী শক্তি ফোংদোক্নুনা হাপ্লিবা গুন অদুনা ঐখোয়দা চপ চানা শৈরেং পাবগুম নুঙাইহল্লি । মানা য়েকপা 'তাসকেন্ট মেত্রো' দা চপ চাবা 'পেলেস ওফ ফ্রেন্সিপ' কী ফিলোশোফি অদু বিজ্ঞান্নিক আইদিয়াগী আর্ট অদু ঐখোয়দা উহল্লি ।

মোনুমেন্টেল পেন্টিংশিং অনিশুবা লাঙ্গাওদা য়ুম্ফম ওইরগা য়েকই । মদুদা লাম্মীশিংগী থৌনাফবা অমদি লালগী তমথিবা কয়া অদুসু উহল্লি । লাল্লক্তা শিখিবা লাম্মী অমসু ওইখিবা উজবেক লাইয়েকপা কাসানবানা য়েক্লম্বশিংসু লৈ ।

৩শুবা ফ্লোরগী অহানবা কাদা ইমাজিনেটিপ রিএলিটি আর্টশিং লৈ । ওক্তোবর রিভোলুসনগী মমাং ইং ১৯০৫ দা রিভোলুসনারি ইমুং অমগী ফিভম উৎপা লাইনি । 'ওইলদা' উল্লক্তা মপা অমসুং মমানা লোই থারকপদগী শিরবদা মচানুপাদুগী তুংগী পাংথোক্কদবা, মকোকথক্তা নল্লিবা থবকশিং অদু মাগী মীয়েংদুদা লাইয়েকপনা উহল্লি । অরিবা বৈজ্ঞানিক বেরোনি য়েকপদা প্রকৃতি অমসুং লেন্দস্কেপ অনিগী খেৎনবা অদুগা হেন্না ৰাংবা বেরোনিগী মশা অমসুং ৰাংনা লৈরিবা অতিয়া থবানমিচাকশিংদু নিংথিরবা চান্নবা মচুশিংনা য়েক্লি । খুৎয়েক্তুদা 'হোরাইজেন্তেল' অমসুং 'ভরতিকেল' গী কম্পোজিসন অদুনসু মথক্কী আইদিয়াদু তাকই ।

অদুগা ইং ১৯৪৩ দা য়েকখিবা - 'অরোইবা চিঠি' কৌবা ট্রেজিক ওইবা ৰাখল উৎপা লাইদুনা ঐখোয়দা মুৎলরোইদ্রবা লালগী তমথিবা অদু পী । অরোইবা ফ্লোরদা ইং ১৯৭০ দগী ১৯৮০ ফাওবগী 'ওরিয়েন্টেল আর্ট' শিংদা য়ুম্ফম ওইবা লাইশিং লৈরে।

সোভিয়েট আর্টিস নিকোলাই য়োইরিসকা স্কল্লচরিস ইগোর ভাশিলিভ অমদি মাইনিউট পেন্টর রোমাদিন্নচিংবগী ভারতকী আর্টতা য়ুম্ফম ওইবা লাইশিংদুগা অমতা ওইনা চৎলি । আর্টকী ফেনোমেনন্দা তোপ তোঞ্জা, ইন্দো-টিবেটান থিম ওইবা, মপুং ফাবা মচু কয়াগী লৈতেংগা লোয়ননা ভারতকী স্পীরিচুয়েলিটিগী গুন চেনবা লাইশিং অদুমক হম্বা লৈতে । অদুবু মিখাইল রোমাদিনগী এক্সপ্লোররগী গুন য়াওবা 'মিৎ', অদুনা কেমেরাগী লেন্সকুমনা কুপশ্রবা শীংলি ফাওবা উৎপা লাইশিংগুম্বগী খুৎয়েক্কী উজবেক আর্টিসশিংদা খরা তাংলি ।

অমুক্কসু ঐখোয়না নৌনা খংচাও চাওখৎলক্লিবা 'স্পোর্ট থিম' ওইবা লাইশিংগী মতাংদসু মফমসিদা তাংই । সোভিয়েটকি স্পোর্টস লাইব্রেরপা, এ: দৈনেকা অমসুং ভি: ঝৈলিন্দকিগী স্পোর্টতা উংলিবা মীওইবগী হকচাং কয়াংকী নিংথিবশিংগী খুদম খরা বাংলি অদুবু আইদিয়াশিং অসিদি অতৈ থিমগী লাইশিংদা উবা ফংই ।

উজবেক ফোক্ক আর্টিস অবদুলহক চিঙ্গিজ অখমাবোভ, ভাকতিয়ার, কাবাখান, মালিক নবিয়েভ, উরাল, রুস্তি অমদি মেদেত কাগরোভনচিংবনা সেনচুরি তংখাইসিদা অচৌবা উজবেক্কী আর্টতা ডিসকোভরি অমা শেমগৎলকখি ।

ঙসিগী অনৌবা মখল কয়াগী আর্ট হান্নদগী চাওখৎলক্লবা হেন্দোক খোয়দোকপা ক্রাফ্স, উদা হকপা, লৈপাক্লা শাবা কারপেটতা ময়েক মখল কয়া খোকপা অমদি ফেক্তরিদগী থাদোক্লকপা, মরু ওইনা শরুশিংদগী কান্নবা অরু-অনালগী পোৎ-চৈ, সোভেনিয়ার অমদি লিক কোল কয়া ক্রিএতিপ আর্ট ওইনা পুখোক্লকপা অসিনি । আর্টশিংসু মওং তানা উংলি হায়বসিনা অরোয়বা কমেন্ট অমসুং এক্সপরিয়েন্স ওইরগনি ।□

## খ) "মিলীটরি মিউজিয়ম"

শক্তি, ঙাকখোক্লবা পোৎচাক হায়বসি য়াওদ্রবদা লৈপাক অমা চাওখৎপা ঙমলকখিদে । মীওইবনা চাওখৎলকপগী ইতিহাসতা শক্তি চাংয়েংনবা তত্তনা খোকপ্রবা ৱাফম অমনি, অদুগা সিভীলাইজেসন উংলিবা পোৎচাকশিংদুনা করিগুম্বদা বারবারিজমলোমদা শিজীন্নরক্লবা অতোপ্পা সিভিলাইজেসন অমবু অমুক ঙাকখোক্লবা চংদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচাক্লী হায়বদু মিলিটরি মিউজিয়মদা লৈরিবশিং অদুনা তাকচৈ । তশেংবদি ঙসিদী এটোম অমসুং নিউক্লিয়ার শক্তিবু শান্তিগীদমক্তা ওইনা শিজীন্নরক্লবনি। মসি হায় হায়দুনসু শক্তিশিংগী খুৎথাংলা অচৌবা লানগী মচাক শাবা কম্পানিশিংগী খুৎলাইশিং য়োনশিনলকপদগী ঙসিসু তত্তনা পৃথিবীগী মফম অমদা নত্রগা অমদা লাল কয়া শোক্লহল্লি । অদুদি সোভিয়েটকি খুদম ওইনা তাসকেন্টকী মিলিটরি মিউজিয়মগী অরোয়বা ৱাফোংদুদি করিনো ? শূরি নোমলিবা মীয়ামগী অচৌবা অচুম্বা লরাইগীদমক অমদি সামাজবাদ কাংলুপ্ল নিংথিনা ঙাক শেনবা হায়বসিনা ভুংগী অন্টরজাতিগী চাওখৎলক্লিবা সামাজবাদকী লম্বী অদুবু ভেক্তা কাইদনা থম্বগী "মথৌ" অমনি হাইবদু ওইগনি ।

কেম্পস অদু চাউই ঐনা লৈবা হোষ্টেলদুদগী পংলাপ লাম্নদ্রে খা-নোংপোক পাংবদা ট্রেন তোংলগা চংপদা ইনক নকলম্লে । নিংথিনা শেমলবা শম্বল্লেগুম্বা পাম্বী মচাশিং, গেট অমসুং গেটতগী মিউজিয়ম তম্না চংগ্রিবা লম্বীদা লৈ-মখল কয়ানা লৈতেংই । ময়াই ওইরূপ চাউবা "মিলিটরিশিংগীদমক কথোক্লবা মোনুমেন্ট" অমনা অতিয়া তম্না লৈপ্রে । য়েংলোম থংবদা উশিং নিংথিনা থারবা অদোমদা অরিবা টেঙ্কতগী হৌনা অনৌবা মিশাইল ফিট তৌরবা লানগী খুৎলাইশিং থিন্দুনা থমলি ।

মরক অদুদা অঙাং কয়াসু য়েংলি। অশিকপা অঙাং খরদি তেঙ্ক মনুংদা চংদুনা শাম্লবসু য়াওরি । কা মনুংদা চংবা হৌরে । উজবেকিষ্টানগী মিলিটরি বিং শেমগৎলকপা ইং ১৯২৪ দগী ওসি ফাওবগী ইতিহাস লৈপ্রে । রেড আর্মিগী মিলিটরি ফিজোলদা এম:ডি: ফ্রুনজেগী চাউরবা ফোটো অমা লৈরে । মহাক রিভোলুসনগী মতমদা ইম্পরিয়েলিস বৃটিস শৌগৎপা White Guard অমসুং সিভিল বার মতমদা ইম্পরিয়েলিস বৃটিসনা শৌগৎপা বাসমাসিংশিংগা থেংনবদা লুচিংথিবা থৌনা ফবা, শক্তি লৈবা রেড আর্মি মকোক অমনি । মাগী মমিং লৌদুনা ওসি 'ফ্রুঞ্জেগী কোনুং' হায়না মিংথোল্লে ।

রেড আর্মি বোলশেবিক ১৪ বু তাসকেন্টতা White Guard শিংনা হাংথিবগী রেকোর্ট নিংথিনা থমই । রেড আর্মিশিংগী মরক্তা মিলিটরি ডাক্তরশিংগী মথৌনা উংথিবগী রেকোর্ট অমসুং খুৎশু-খুৎলাইশিং উংলি ।

কা অমদা ২শুবা লাঞ্জাওগী মিলিটরি ইতিহাস উংপা হৌরে । ইং ১৯৪১ দা 'গ্রেট পেত্রিওটিক বার' লালগী ফোটো, বারিয়ারশিংগী ফোটো অমদি লান্দা শিজিন্নথিবা মেখচিংবা খুৎশু খুৎলাইশিংগী রেকোর্ড কয়া লৈরে । পেনফিলোভকী গ্রুপ হায়দুনা ২শুবা লাঞ্জাওদা মফমসিদগী শরুক য়ারুবগী ফোটোশিং উংলি । 'সোভিয়েট সামাজবাদ লৈপাক' অসিবু কন্ননবা জাতি ভেদ খাইদনা অন্টরজাতিয় ইউনিতি উৎতুনা অকনবা দায়ত্ব উজবেক জাতিনা লৌথিবগী রেকোর্ডশিং লৈ ।

ইং ১৯৪৫ দা লেনিনগ্রেটকী নিংথমথাগী লানফমদা মফমসিগী উজবেক 'হেরো' শিং শরুক য়াথি ।

নিকোলাই গাইকালায়েভ, জেট থৌবা কমান্দো অসিনা মশাগী প্লেন অদু মৈ চাক্রুবদা য়েক্রবগী কেম্পতা তাশিল্লগা মথায় থাথি । 'সোভিয়েট হেরো উপাধি' শিরবা ভুংদা পীথিবগী ফোটো লৈরি । মথৌনা মরিংজেল অদু য়েকথোক্তুনা লৈরিবা

পেন্টিংশিং অদুনা তাকই । মতাং অসিদা 'রিএল মেন' হায়বা অনিশুবা লাণ্ডাওগী হেরো অমগী মরমদা পুথোকখিবা ফিল্ম অদু নিংশিংলকই । জেট থৌবা কমান্দো অমা ওইনা মাগী ফাইটরদু কাইদুনা শুক্লবা উমং অমগী উন মরক্তা তাশিল্লবা তুংদা মখোং নাম্মা থিনা শোক্লবসু হোস্পিটাল অমদা য়ৌরকখি । মখোং নাম্মদু ককপ্লবা তুংদসু 'অশেংবা মী অমা' গী শক্তি ফুদোক্কুনা জেট থৌবা অমা অমুক ওইরকখিবা অদুমক্কি।

তাসকেন্ট এয়ারক্রাপ্ট ইন্দষ্ট্রিগী মনুংদা মিলিটরি প্লেনশিং শাখি । মরৈপাক কন্নবা অমসুং ওসিগী সামাজবাদ লৈবাক ওইরিবা নাজিশিংনা লোই চল্লম্বশিংবু নিংতম্বা পীনবা বোম তোপ নোংমৈ মচাক কয়া লাল মতমদা শাখিবগী ইতিহাস উৎলি । ওসিগী চাওখৎলবা মতমগী অনৌবা খুৎলাই কয়া উৎলি । এন্টি এয়ারক্রাপ্ট, ইঞ্জিন অনি পানবা মিসাইল য়াওরবা হেলিকোপ্টর টোন ৬ লুম্বা, পুংদা কিলোমিটর ৩০০ য়াংবা, মী ৬০ তোংবা য়াবনচিংবা মথং মথং উৎলি ।

উজবেক নাগরিক লাক্ষ ১.২ মগুন লৈরবা মরৈপাক্কী 'লানগী মনা' শিং ফংখি । অদুগা সোভিয়েটকী চাউরবা মনা 'সোভিয়েট হেরো' মিংথোলদা থৌনা ফবা ২৪০ দা পীখি ।

লাল মতমদা অচৌবা ইউরোপিয়ান লমদমদা লৈবা ইন্দষ্ট্রি সেন্টর ১০০ রোম উজবেক এরিয়াদা হোংজিল্লকখি । অঙাং লিশিং কয়া মফমসিদা পুরকখি অমসুং উজবেক ইমুংদা য়োকপিখিবগী দায়ত্বশিং উৎলি ।

লোয়ননা লালদা চান থক্লবা, ফি-রোল তোন কয়া লাম্নীশিংদা উজবেক মীয়ামনা পাংখি । নৌনা লিবরেট তৌরবা লমদমদা লৌউ শিংউ তৌনবা ট্রেক্তর, হারবেষ্টর অমদি লৌউশিংউগী মেছীনগী মচাকশিং মতেং পাংখি । মসিগীদমক চাউথোকচবা অমসুং অন্তরজাতিগী 'দিউটি' পাংথোকচবগীদমক রেকোর্ডশিং অসি প্রিজার্ভ তৌরিবনি, হায়না ইন্টরপ্রেটর শ্রীমতি মসতুরানা হায়খি ।□

## ও) লেনিন মিউজিয়ম

নুমিৎতু এপ্রিলগী তাং ৪ নি । থা অসিমক লুচিংলেন লেনিনগা য়াম্না মরি লৈনবা তাঞ্জানি । মাগী 'এপ্রিল থেসিস' ইহান হানবমক্তদা থাসি য়ৌরকপদা নিংশীংলিবনি । ইং ১৯১৯ গী এপ্রিল ১৯ দগী ওসিফাওবদা কাইদনা চংথরকপা লৈপাক্কী থৌরম ওইরবা 'শুবোটনিক' হৌদোকখিবা নুমিৎ ওইরিবা অমসুং মহাকমক্কী

মপোক নুমীৎ তাং ২২ অসিমকসুনি । মাগী মিউজিয়ম য়েংঙুনবা কুইরবনি ঐখোয়না হায়রক্লিবা অদুবু ঙসিদি ফাওরক্লে ঐখোয় পুন্নমক ওহোক্লা নুঙাইখি । পুন্সিদা মসিনা অহানবা মাগী অশেংবা রেকোর্ডশিং য়েংগদবা নুমিৎ ওইবনা অমুক্কসু হেন্না পুক্নিংসি লাংতক্লখি ।

কার অদুনা ঐখোয়বু গেটমক্তদা থারম্লে । তশেংবদি মিউজিয়মদুনা লৈরিবদু লেনিন স্কোয়ারগসু লাপ্নম্লে । য়ুম অদু হেক উবদা, মতম খুদিংমক্কী ওইনা হায়বদি যুগ কয়া তেক কাইবা তৌদনা লৈরগদবা মাল্লি ।

চুথেক নাই, মখোংদা চেংতক তৌরগা মথক্তা পাকথোকপা অদুগা নিংথিনা হক খোংলবা আরকিটেক্কী খুৎহৈবদু উৎপা য়ুমনি । অহানবা ফ্লোরনা মিউজিয়মনি । মপান্দগী হেক উবদা য়াম্না চম্বা মাল্লুবনি অদুবু মনুংদা হেক চংবা হৌবদগী কমপ্লেক্স ওই খংলকখি ।

অহানবা ফ্লোরগী ময়াইমক্তদা মহাক্কী লেপ্লিবা মুর্তি অমা লৈ । মুর্তিসিগী তুংগী ফক্লাংদা উজবেক জাতি, নুপী নিপা অঙাং খাক্তনা কমিউনিষ্ট সমাজগীদমক চৎলসি হায়বদু লুচিংবা অদুনা মখুৎ থিল্লদুনা লেনিন্না চৎখিবা লম্বী তাক্লীবগুম অয়েকপা অমা উৎলি ।

মুর্তিসি নুমিৎ খুদিংগী পাইওনিয়র গ্রুপশিংনা লৈশু কৎপা অমসুং গার্ড ওফ ওনর পীরিবা মফম অদুনি । মুর্তিগী মখোংদা লৈ-শু মখল কয়া কৎলম্বশিং হান্না লৈরমই । ঐখোয়সু ওনর অমত্তং মীরৈপাক অমদি মরমদমগী মী কয়াগী মরক্তা চংদুনা পীরমলগা মিউজিয়মগী য়েন হোলদা চংলে ।

লেনিন্না অঙাং ওইরিঙৈগী অমদি ইমুং মনুংগী ফোটোশিং লৈরে । য়ং পাইওনিয়রশিংনা হৌজিক মতমদা নুংশিনা বেজদ হাপ্পরিবা 'অঙাং ওইরিঙৈগী' ফোটো লৈরে । মতমদুগী ঐতিহাসিক ওইবা শক্তম অমসুং বেকগ্রাউন্দ উৎলি-জারগী তমথিরবা মীওৎ মীনৈ উৎলি । শিল্পীশিংনা কয়া ব্রানা লেনবা, লৌমীশিংনা শাগী চানিংঙাই ফাওবা লৈতনা লৌশাল পীবা অদুগা নাকল অমরোমদা জারগী ইমুং, ফমনাইবশিং, অমদি শেঙ্গাও-পাইবশিংনা কয়াগী মতিক লোয় পেন্না নুংঙাইনা লৈবনচিংবদু উৎলি । "উলয়ানোভ" অঙাং পীশক ওইরিঙৈদগী জরমন লোন তম্বা হৌরকই । ছাত্র ওইরিঙৈদা ইং শোক ১৮৮৭ তা চহি ১৭ শুবদা মহৈদা মকোক থোংবগীদমক 'সনাগী মেদল' ফংখিবা উৎলি । লাইরিক লাইশু তম্বদা মকোক থোংবা অমসুং সমাজগী থবক তৌবা হৌরুবগীদমক, মাবু লোই থাখি । পুন্সিগী শক্তমশিংসিনা মাগী ছাত্রগী মতম মশক তাকপদু উৎলি।

মার্সিস কাংলুপ শাগংপা হৌরকপদা ক্রুপস্কায়া ইং শোক ১৮৯৪ দা থেংনবা হৌরে। সমাজশেবিকা তশেংবী ওইরকপগা লোয়ননা মখোয় অনি নক্কবা হেন্নকখি অমসুং লুহোংসু লুহোংখি। থৌদোক অদু ইং ১৮৯৭ তা নোংচুপ সাইবেরিয়াগী শুশানকিদা থোকখিবনি হায়বদু উৎলি।

'ইস্করা' কোঙবা হৌরকখিবদু ইউরোপ্তগীনি। করম্না খবরদুবু রুসকি মফমশিংদা রিভোলুসনারিশীংদা য়ৌহনখিবা হায়বদু উরে। য়াম্না চেক্নিন্না খবরশিংদু পুরকপা 'তুপী' গী মনুংদা হাপ্পা অমসুং মখল কয়াগী পোথি শিজীন্নদুনা পুশিল্লকখি। লোয়ননা জারগী লাম্নীনা ফাদুনা ফাঁসি তৌখিবা কমরেড কয়াগী য়ায়ী উৎলি।

ইং ১৯০৩ দা বোলশেবিক্কী এক্তিভিটীজ্ কনখৎলক্পা অমসুং অনিশুবা কন্গ্রেস ফম্বা, লোয়ননা হেন্না কনখৎপা মীয়ামগী ঈহৌ লাক্রে। অচৌ অচৌবা মীয়াম লৈপাক শিনবা ঈহৌ কয়া মথং মথং চৎথরকপগী রেকোর্ডশিং উরে। অনৌবা চেফোং 'প্রাভদা' নচিংবা পুথোক্লকপগী ফোটো কোপী কয়া উবা ফংলকই।

লেনিন্না ইরম্বা লাইরিক কয়ামরুম উবা ফংই। ইনবা হোৎনবদা কয়ামুক য়াথিবা, নে-তানা হিংবা পুক্নিদা ইবা নৎখিদে অরাবা তাঞ্জা কয়াদা ইখিবা ওাক্রি হায়বদু উবা ফংই। তশেংবসু প্রাক্তিকেল ওইনা থেংনরবা পুলিরোলদগী পুথোক্লকপা পোখোক্লী হায়বদু মচাকশিং অদু উরুবদা খংবা ওমই।

'রিভোলুসন মাই পাকপা' গী মতাংগী উৎপা রেকোর্ডশিংনা, লেনিন্না ফিনলেনদগী হল্লক্লগা পেত্রোগ্রেটতা য়া ওাংখিবা য়াফমশিংগী রেকোর্ড অমদি মরু ওইবা থৌদোক অদুগী ফোটোশিং লৈবা উরকখি।

তাসকেন্ট অমসুং উজবেকিষ্টানগী ঐতিহাসিক বেকগ্রাউন খঙনা মানা সিনবীরম্বা থৌরাংশিং লৈহৌই। মহৈ মশিং তম্বগী হিরমদা, অহানবা খ্বাইদগী চাউবা মহাক্কী পোখোক ওইজরিবা মখুৎমক্লা শঙ্গাজরম্বা 'তাসকেন্ট ইউনিভরসিটি' গী য়ুমফমগী ফোটো উরকই। মাগী 'নেসনেল কোইসন' হায়বা লাইরিক্কী কোটেসনশিংগা লোয়ননা উৎলি। পল্লবদা "To the old world, the world of national opprassion, national bickering, and national isolation,......... the world of the unity of the working people of all nations........." ইং ১৯০৫ গী মীয়ামগী ঈহৌদা শমরখান, তাসকেন্ট, অন্দিজান, কোকান, ফারগানাগী শিল্পী অমসুং লৌমী লুচিংবশিংগা লেনিনগা শম্নখিবগী রেকোর্ডশিং উৎলি। বাসমাসি য়েক্লবশিংদগী নাহোকপা ওমলভুনা উজবেক জাতিনসু

অনৌবা সামাজবাদকী লম্বীদা চংলকপদা লেনিন্না - খোরাজম পিপলস সোভিয়েট রিপাব্লিকতা 'ওরদর ওফ লেবর' মনা পীখি। মহাক্না চিঠি ওইনসু ইরম্মী।- 'ঐখোয়গী নুংশিরবা অমসুং চান্নরবা ওজাশিংদা,মনা অসিবু অশেংনা যূগ কয়া মীনাই নাইথাংদগী নোংপোক্কী লমদমগী মীয়ামনা মাই পাকপগী নোমখিবা থবক্কী সিম্বোলনি খন্না লৌবিয়ু।' মফমশিংগী তোপতোপ্পসি খংনা লেনিনগী ইনত্রক্সন মখাদা নবেম্বর ১৯১৭ তা 'কাউন্সিল ওফ পিপলস কমিসারনা আপিল অমা থারকখি, মদুদি "নোংপোক্কী মুস্লিম ইচিল ইনাওশিংগী থাজরকপা অমসুং চংনবী কয়া, জাতিগী কলচরদা লৈরকপা পুন্না নিংতম্না অমসুং য়ৈখাইবা য়াওদনা লৈগনি লোয়নননা চিংনবা লৈতনা জাতিগী পুশিরোল শেমগৎকদবনি অমসুং সোভিয়েট জাতি অমা ওইনা ফংগদবা হক পুন্না তেঙ্গা কাইদনা নিংতম্না ফংলগদবনি" অসুন্না।

কায়খোক্লম্বা শেনফম অমসুং জাতিসিগী 'ইমপোর্টেন্স' খঙনা মানা হায়রম্বা কয়া উবা ফংই। 'সোসিয়েলিজম বাই-পাশিং কেপিটেলিজম' গী থিওরিটিকেল ওইবা লম্বী অদুমক লেনিনগী ভিউ উংপা রেকোর্ডশিংদা লৈহ্রেই। মসি পাংখোকপা হায়বশি অতোপ্পগী অচৌবা শেহ্নং চংবনা ইং ১৯১৮ গী মে থাদা "On the allocation of 50 million Rubles for irrigation in Turkistan" (Uzbekistan, Turkistan দগী খাইদোকখিবা Republic অমনি)। মসি লেনিন্না সহি তৌখিবা মফমসিগী মীয়ামগী তোপ তোপ্পা শেনফম ওইরমই। মাগী 'এগ্রেরিয়ান অমসুং ইলেক্ট্রিকফিকেসন' গী মতাংদসু লমদম অসিদা চাওখৎলমদবা হিরমশিংগা লোয়নননা মানা হায়রম্বশিং উংলি।

ভারতকী রিভোলুসনরি অমনা লেনিনদা খুদোল পীরকপা চৌক্রি অমা লৈরম্বা উবদা অদুগুগী খুমাং চাওসিন্নম্বা ভারতকী কমিউনিষ্ট কাংবুদুবু নুংশিনা নুংশিংলকই। ভি:সি:আর: গী স্ক্রিন অমদা লেনিন্না মোস্কোগী রেড স্কোয়ারদা ৱা ঙাংখিবদু মপুং ফাবাংতনা উংলি। খোঞ্জেলদি রুশিয়ান্দনি। অরেংবা মাগী শক্তম অদু উবদা ঐখোয়গী ইরক্তা ঙসিফাওবা লৈরিবগুম নিংশিংহল্লি। পুক্লিংদা হরাওবনা মথুম মরাং হৌবা, থম্মোয় মিহুলগী চাং হেনগৎপা, তাঞ্জাদুদা খোকখি।

ঐখোয় মিউজিয়ম অদু য়েংবা লোইশিন্দুনা হল্লকে। অরোইবা ফ্লোরদগী খোকখিবদা অৱাং থংবা মরিশুবা গেট ওইরমই। মতম খরদং ওইরবসু লেনিনগা লৈমিন্নরগা খোক্লকপগুম ইতোমত্র খনখি- 'ঙসিসু মা হিংলি, চাউরবা, অসুম হেনগৎলক্লিবা কমিউনিজম সমাজ ওইরক্লিবা পুন্না মামক্লি হায়না লৌবা য়াই' অসুন্না।

## চ) কোমশোমোল উজবেকিস্তান মিউজিয়ম

কোমশোমোল নত্রগা য়ং কমিউনিস লিগ, উজবেকিস্তানগী তোঙানবা মিউজিয়মসু থমই । নহাশিংনা সামাজবাদ শেমগৎলকপদা অচৌবা দায়ত্ব লৌবগী রেকোর্ডশিং থমই । সহরগী ময়োলমক্তদনি । কোমশোমোল তাসকেন্ট ডিষ্ট্রিক্ট কমিটিগী বিলদিংদগী পাংলাপ লাপ্তে। মথোল অহুমগী পংবাং বাংদবা য়ুমজাও অমনি । মিউজিয়মগা লাইব্রেরিগসু মথং মথং শমনহল্লি"। লোয়ননা য়ুম অদু ইংগ্রেজি মায়েক 'ও' শেপ্ত শারগা ময়াইদা পুন্ত্রি মচা অমা থমই পুন্ত্রিদুদা নহারোলগী রিপ্রজেন্ট তৌবা মুর্তি অনি থমই । থরো মচু মখল অনিসু পুন্ত্রিদুদা শাৎলি ।

ইং ১৯১৮ দা টুরকিস্তানগা পুল্লিভেদা লমদমসিংগী কোমশোমোলনা লৌরস্বা থৌদাংশিং উৎপা অহানবা হোলমক্তদা উরে । কোমশোমোল মেম্বর কম: তামরা-বারী লিরিবী মশক মতৌ ফজবী লৈশাবীনি । অদুকী মতিক মা হৈ শিংই । বাফম অমত্তা লৎপা তৌদনা মানা মথং মথং লিথখি । রেকোর্ডশিংদুগা লোয়ননা তাক্লবা চৈ অমা পাইরদুনা ঐখোয়দা অদুকী পুক্লিং চংহল্লি । অহানবা মিং হায়বদা ভারত মচানি খঙদুনা- 'ভারত্তা য়াম্না চৎনিংদুনা লৈরিবনি ' হায়রকখি । মরক মরক্তা হিন্দি লোন্দা ফোটোশিংগী এক্সপ্লেনেসন তৌরকপকাসু য়াওরকই । করিগুম্বদা মানা থুনা লিখিবনা ইশিলহৌবদা নংহৌদবা য়াওই । ঐনা খল্লকখি 'ঐখোয়গী য়ুথ ফেদরেসনগীসু মাগুম্বী কেদর কয়া য়াওরবদিকো' হায়না ।

কোমশোমোল উজবেকিস্তানগী খোঙ্গুল লিবা তারবদি কোমশোমোল টুরকিস্তানসু (পুল্লস্বা রিপাব্লিক) পন্দবা য়াদে । পুল্লিভেদা ইং ১৯১৮ দা শেমখি । রিভোলুসন মায় পাক্লবসু 'সিভিল বার" মফমদুদা থোক্লকপদা মায়োক য়াখি । থৌনাফনা কোমশোমোলনা থৌদাং লৌখিবগী ফোটো অমদি রেকোর্ডশিং উৎলি ।

নিংশিংবা য়াবা অমনা খুৎনা শেমজবা, উনা শাবা নোংমৈ অমা গ্লাসকী উপু অমদা থমলি । মানা লিখি- কয়াদা বানা, দরকার ওইবনা হুকমনবদগী শেমখিবা । তশেংবনি মচাক বাৎলবসু চংনবা য়ানা য়াম্না হৈ-শিংনা শাখিবদু পল্লকই ।

মখোয়গী কক্সেসশিং পাংথোকপগী রেকোর্ড উরে । লোয়ননা উজবেক নহারোলশিংনা রুসি অপুনবগী ৩শুবা নাহুরোলগী কক্সেসতা নহা ৫৮ না শরুক য়ারুবগী ফোটো উরে । অচৌবা ফুট ৩X২ গী ফোটো অমা লৈরিবদু ' অহানবা পুন্সিনবা কক্সেস' হায়বদি ইং ১৯২০ দা সংস্থান কয়া থোক্লা লৈরম্বদগী অমদা ওইনা

লাকখিবদুগী মরু ওইথ্রবা রেকোর্ড অদু লৈরে। বুখারা, খিবা, তাসকেন্টনচিংবদগী মেম্বর ৪না অন্টরজাতিগী কংগ্রেসতা শরুক য়াকবগী রেকোর্ডশিং উরে। সিভিল ৱারদা কাউন্টর রিভোলুসনরিশিংবু থেংনবা, রেড অর্মিগী মনুংদা কোমশোমোল মেম্বর কয়া য়াওশিন্দুনা পার্টিগী থৌদাং অমসুং মদুবু চপ চাবা মায়োক্লবগী ৱারীশিং মানা রেকোর্ডশিং উৎলগা লিখি। মখোয়গী অচৌবা লুচিংবা ফ্রুঞ্জে, হাজিবানা ইং ১৯২০-২১ দা থেংনখিবা মখোয়গী অচৌ অচৌবা ফোটোশিং রেড আর্মিগী ফিজোলদা লৈরে।

ইং ১৯২৪ দা লেনিন্না লৈখিদবগী অচৌবা রেল্লি অমা কোমশোমোলনা তাসকেন্টতা পাংথোকখি। চীক্লা চাইনা ওমদবা মীয়াম তিনখি।

ইং ১৯২৫ গী এপ্রিলদা উজবেকিস্তান কোমশোমোল লিংখৎখিবগী রেকোর্ডশিং মথং মথং তাক্লি। কোমশোমোল লুচিংবা কমরেড নবীবনা পার্টিগী থৌদাং লৌখিবা অমসুং মানা রেড আর্মিদা পাংথোক্লম্বা থবকশিং উরে। হ্বাইট গার্ডশিংগী স্ত্রোং হোল লৈবা মফমদা মহাকপু থারবদা মানা করম্না লাকশিনখিবা হায়বদু তামারানা লিখি। তমথিথ্রবা মফমদুদা মানা পার্টিগী অকনবা থৌদাং অদু পুদুনা চপ চাবা মথৌ পাংথোকখিবা অমসুং সোভিয়েটকী অচৌবা ইকাইখুম্নরবা মানা পীখিবা উৎলি।

মথংদা মফমদুদা পাইওনিয়র ঈহৌ লাকপা উৎলে। ইং ১৯২১ দনি মে ১৯ দা অচৌবা খোঙথাং অদু হৌরকখি। লেনিন্না হায়রম্বা নুপী য়াওদনা কমিউনিষ্ট শাগৎপা য়ারোই, হায়বদুগী মখাদা কোমশোমোলনা 'পরদা ঈহৌ' দা মাইপুনখি। নুপীবু হম্বনা লৈবদগী অৱাংবা থাক্তা পুখৎলকপদা কোমশোমোল নহা, পাখং-লৈশাবী কয়ানা খ্বাইদগী লমজিংবা ওইখিবগী শিংথাবদা হায়নিংঙাই লৈত্রবা ফোটো অমদি রেকোর্ড কয়ামরুম লৈরে।

অসুম্না 'উজবেকিস্তান্না' অচৌবা মরৈপাক্কী মানা 'ওরদর ওফ রেড বেনর' ইং ১৯২৮ দা ফংখিবা কোমশোমোলগী অচৌবা দায়ত্বদগীনি।

মথংদা ঐখোয়না 'ওরদর ওফ লেবর' গী মনা ইং ১৯৩১ দা উজবেকিস্তান্না ফংখিবগী মরমসু লমহাং কয়া লৌ-শিং উফম ওইহল্লকুনা কান্নবা লম্নদম ওইহনখিবা, পূন্না থবক শূমিন্নবা 'কলেক্তিপ ফার্ম শেমগৎপা', লশিং থারকপদগী অমদি অতৈ থবক কয়ানা কোমশোমোল ইউনিটনা করমনা ফরগানা কেনেল তৌবদা করি

পাংথোকখিবা 'হাশর চংনবী' হায়বদি অকক্লবা মতমদা শূবা খুংশূনা থবক লোইশিনবগী রেকোর্ডশিং উরে ।

মথংগী হোল অমদা চংলক্লে, চাউরবা 'মমালৈপাক কন্নগী পোষ্টর' হায়না খংনবদু লৈরে । পোষ্টরদুদা য়েক্লিবদুমক সিম্বোল অমনি । ঐমক্লসু থবক কয়াদা লাইরিক,সিনেমা অমদি রেকোর্ডশিংদা উখ্রে । রুশিয়ান নুপী অমগী চিং লেমলবা শক্তমনি, শেমগৎলক্লিবা মমা লৈপাক, য়েক্লবশিংবু হুনবা নাইদনা মাইথিবা পীরুরো মতাগুম মখুৎনা মাইগে তাক্লি ।

ইং ১৯৪১গী জুন ২২বু ময়েক লানা ইখি । মথং মথং লৈখিবা রেকোর্ডশিংদা কোমশামোলনা লান্দা লৌখিবা মথায় থাখিবা পূন্নগী ফোটো কয়া অমদি অয়েকপা কয়া লোয়ননা ষ্টেলিনগী ফোটো উরি ।

কোমশোমোলক্তগী নুপী, উজবেক নিঙোল কয়ানা লান্দা থৌনা ফনা শরুক য়াখিবগী রেকোর্ডশিং উরে । মোস্কো য়ৌরমদাইগী লুরবা খোংফমদসু মখোয় খরনা 'মথায়দগী মমা লৈপাক্কী কোনুং মোস্কোনা লুই ' হায়বগা লোয়ননা লান্দা শরুক য়াখিবা উৎলি ।

কোমশোমোল উজবেক্কী মেম্বর পেনপিলোভ, ২৮ শুবা মিলিটরি কাংলুপ্তা য়াওখিবা ইতিহাসতা 'মোস্কো কনবা ক্রুপ' হায়না শিংথানরিবা কাংলুপ্পুগী লুচিংবা মহাক্কী ফোটো উরে । ছাত্র ওইরিবা কোমশোমোল মেম্বর কয়াসু লান্দা শরুক য়াখিবা, মখোয়না স্কুল থাদোক্লমদাইদা নম্বা ফোটোশিং থেৎলি । অদুগুম্বা লাম্মী অদুনা লান মাইপাক্লবদা মহৈ অমুক হন্না তমথদুনা ঙসিনা 'পেদাগোজিকেল স্কুলগী হেড মাষ্টর' ওইরবা এ: কামানিন মিং পনবা য়াই । লালদুদা এয়ারমেন অমা ওইখিবা, মহাক্কী থৌনা ফবা থবক অদু ফোটোশিংনা ময়েক লানা উৎলে । মতম অদু মহাক চহি ১৪ খক্তা ঙাইখ্রবনি অদুবু চহি নৌরিবা নহা অমা ওইনা নাজি লাম্মীশিংবু থেংনখিবগীদমক 'হেরো' মীংথোল ফংখি ।

নাকল অমদা লালফম মনুংদা শরুক য়াদ্রবসু কোমশোমোল মেম্বর মরুওইনা নুপীশিংনা লালগী খুৎলাই কয়া তাসকেন্টতা শাখি । ফোটোশিংনা ফেক্তরিশিংদা মথায় চংনা লান্দা অদুক্কী মতিক থুনা খুঙ খুলাইশিংদু য়ৌহনখিগদবনি খন্না শাখিবদু উই । উজবেক নিঙোল পেরা ক্রুপরশিংগুম লালফমদা শরুক য়াদ্রবসু শিন্নী নুপীশিং চপ মান্নবা শক্তি ফুদোক্লুনা নোংমদা মখোয়সু পুংশিং হেন্না খুৎলাইশিংদু শাখি ।

হায়রিবসি থি-রোল শাবা ফেক্তরিদসু অদুমগাই পুং ১২ দগী ১৫ ফাওবা শৃথি । চোকথবা লৈতনা শৃথিবা থবক অদুনা হিরম অনিদা কান্নহনখি । অমনা পোৎশিংদু লাম্নীশিংদা থুনা ফংহনবা অমনা মীরৈপাক্তা য়োল্লগা অহেনবা শেল ফংবনা লৈপাক্কী লাল মনুংগী আই হেনগৎহনবনি ।

পোলেন্দ, জেকোসলোভাকিয়া অমদি অতৈ লৈপাক কয়াবু জরমন্দগী নিংতম্বা ফংহন্নবা লালথেংদা কোমশোমোল মেম্বর কয়াগী পুন্সি কখোকখিবা উরে । মরম অদুনা মফম কয়াদা কোমশোমোলগী তোঙানবা মোনুমেন্ট কয়া শাদুনা লৈরি ।

ইং ১৯৫৬ তা উজবেক্কা অমুক্কা, 'ভরজিল-লেন্দ শিজিন্নবা' গীদমক 'ওরদর ওফ লেবর' মনা ফংখিবদু কোমশোমোলগী চাউথোকচনিংঙাই ওইখি । অদুগা ইং ১৯৬৮ দা 'ওরদর ওফ ওক্তোবর রিভোলুসন' মনা অদুসু কোমশোমোলগী শরুক য়াজবা ওক্তোবর রিভোলুসনগী পান্দম্ন মাই পাক্কা পাংথোকপগীখক্তি হায়বদু কমরেড তামারানা লিখি ।

বাম রেল লম্বী শেম্বা, লম্বীদা মী তাবা অমদি খুদোং চাবা য়েংদুনা বজার, সহর, রিক্রিএসন মফমশিং অমদি খুঙং কয়া লিংখৎপদা কোমশোমোল উজবেক্কী অচৌবা দায়ত্ব লৌখি । দিষ্ট্রিক্ট কমিটিশিংগী টিম কয়ামরুম সাদুনা থবক শৃথিবগী রেকোর্ড মথং মথং লৈরিবদু উই ।

মীয়ামগী অসিগুম্বা থবক, মশাগী লৈপাক্কী তৌবতা নত্তনা মপান লৈপাক পৃথিবীগী "শান্তিগী লরাই" গীদমক্তসু থবক কয়া তৌখি । অমসুং কোমশোমোলনা চহিদা 'পিছ ফন্দ' রুবল লিশিং লিশিং খোমজিল্লি । পৃথিবী নহারোলগী শান্তিগী মীফম অমদি শান্তিগী মরি লৈনবা থবক কয়াদা ফন্দ কয়া পাংই ।

অদুগা 'আফগানিষ্টানবু' চাওখৎপা অয়েংপা লৈতবা লৈপাক অমা ওইনবা হোৎনবদা মরু ওইনা সোভিয়েট উজবেক্কী থৌদাং য়ান্না চাউই । মদুগী মনুংদা কোমশোমোলগী দায়ত্বনা মরুনি হায়বদু রেকোর্ডশিংদুনা শাক্তি পীরি ।

মনা ফংলবী খরদংবু পৃথিবীগী নহারোলগী নুঙাইরবা ফেষ্টিবেলদা শরুক য়ানবা খনখি । মিউজিয়মসিনা চপচাবা সোভিয়েটকী এক্সপরিয়েন্স পীখি ।☐

## ছ) শেল থুমগী হিরমদা চাওখৎপশিংগী মেলা

চাউগ্রবা একব কয়ামরুমনা কোনবা কেম্পাস অমনি অদুবু মোস্কোগীদগীদি

পীকই মচাকসু হট্ট । দলান মথোল ৬ নি । ইং ১৯৬৪ দা মসি শজাখি । ওসিগী মীরোলনা অচৌবা মিউজিয়ম ওইনা চাওখৎপগী পোখোকশিং অসুম অসুম হাপ্পুনা শেমগৎপা অদু লেপ্পুনা চংশিল্লি ।

ইহান হানবমক্তদা মরৈপাক্কী মীয়াম মশিং পল্লবদা মিলিয়ন তরুক্কা অনিশুবা লান্দা নাজিনা হাংখিবা নিংশিংহনবা শিম্বোল উরে । লান্দা থৌনা ফনা শোক্লবদা উজবেক জাতিনা শরুক য়াখিবা লোয়নননা মাগী মীয়ায়া শেল থুমগী হিরমদা চাওখৎহল্লক্তুনা লৈপাক্কী মরিশুবা পোজিসন্দা পুখৎলকখি । লশিংগী পোখোক চাদা ৬০ রিপাব্লিকশিনা পুথোক্লি । লোয়নননা মালেম পুম্বগী রেশম পোখোক্তা সোভিয়েটনা অহুমশুবা পোজিসন য়ৌরুরিবা উজবেক লৈজবদগীনি হায়বদু উৎলি । লশিং হেক্লবা ওসিদি এয়ার কন্দিসন তৌরবা ক্রেক্তর 'মলটি কম্বাইন হারবেষ্টর' পুথোক্তুনা অব্বাংবা থাক্কী পোখোক পুথোক্লে ।

অতৈ পোখোক কয়াদসু অদুমগুাই ফৌ অমদি মনা মশিং অতৈনচিংবদসু অয়াম্বা পোখোক পুথোকই । খনিগী পোখোক্তসু হত্ববা নত্তে । নিকেল, সনা, কোয়লা, মারবলনচিংবা মমিং পনবা য়াই । গ্যাসকী পোখোকসু অসুম অসুম পুথোকপা হেনগৎলকই । হাইড্রো পব্বারদসু ষ্টেসন ৪০গী মথক্তা লৈবসু উৎলে । অনৌবা মখলগী কেমিকেল ফাইববসু মিলিযন টোন কয়া পুথোক্লে । তশেংনা হেক হায়রবদা 'তাস-কেন্ট' হায়বগী আর্থদি 'নুংঙৌগী-সহর' হায়বনি । নিংথিরবা মমল য়াম্লবা নুংতনা নান্না শেমগ্রবা সহরনি হায়বদু মিংসিমক্লা তাক্লি ।

অচৌবা ফেক্তরি চা কয়াদগী জাতিশিগী শিল্পী লাক্ষ কয়ানা শৃদুনা পুথোক্লকপা পোখোকপু মশক খণ্ডবদগী অচৌবা লৈপাক্কী মনা কয়া ফংখি ।

মহৈ মশিংদা আইনগী চৎনবিদগী হোংলক্লবা হোৎনবদা অব্বাবা মায়োক্লখিবা রিভোলুসন, সিভিল ব্বারনচিংবা মতমদা চাওখৎনবা হোৎনরকখিবা ব্বারীশিং ময়েক শেংনা উৎলে । স্কুল চা কয়াদা অব্বাংবা থাক্কী মহৈ তম্ফম কয়াসু লিংখৎতুনা 'লিকুইদেসন ওফ ইলিটরেসি' হায়বা ব্বাশক অদু মাই পাকপ্রে । ওসিদি ভোকেসনেল অমসুং টেক্নিকেল স্কুল চা কয়াসু লিংদুনা ছাত্র-ছাত্রি করোরগী মথক্তা পুথোকপ্রে ।

করি অমুক হায়গনি মীরৈপাক ২০০ গী ছাত্র-ছাত্রিশীং মফমসিদা অব্বাংবা থাক্কী মহৈ মশিং তম্বগী লম্বীদা চংহনবফাওবা ওল্লে ।

বৈজ্ঞানিক ২০০ গী মথক্তা, ডাক্তর ১১৩৯ (ইং ১৯৮৪) এগ্রিকলচরিস,

মাইনিং বৈজ্ঞানিক অমদি অতৈ বিজ্ঞানগী হিরমদা অৱাংবা থাক্কী মহৈ হৈরবা স্কোলার ২৫০ গী মথক্তা লৈরে। পুম্নমকসি য়েংনা য়েংনা হোল অদু তুংওইনরম্লে।

মথংগী হোল অমদা শেমগৎ শাগৎপগী নোমুনা কয়া উৎলিবদুদা -'শোলর ইনরজি' পুথোক্লবা নুমিৎকী মৈশা চুপশিল্লগা ইলেক্ট্রিক শক্তিদা ওন্থোকপগী অচৌবা থবক অদু উরে।

ইন্টরপ্রেটরনা হায়-চহিদা নুমিৎ ২৫০ দি নুমিৎকী মৈশা ফংই। মসিগী মতমসিদা নুমিৎকী মৈশা লৌশিল্লগা মীয়ামগী কান্নবা থৌরাং তৌই। লমদম খরদি মারুভূমিনা কন্দুনা থমলিবদুবু কান্নবা হিরমদা শিজিন্নবা থবক হৌগ্রে।

হোল অমদা 'অচৌবা সনা' হায়বদু করিনো তাক্লি। দাইএগ্রাম কয়ানা - 'লশিংগী মপোপ অমনা লুপ্পা গ্রাম ৪.৮ নি' হায়বদু উৎলি। হেক্তর মিলিয়ন অনিদা উজবেকিস্তান্দা লশিং থাই। মদুগী মনুংদা চাদা ১৬ শক্তা ফৌসু থাবা য়াওই। লৈহাওগী হায়রুরবসু অমুবা পৃথিবী 'কাবা-কুল' হায়বদুনি।

কা অমদা 'অতরগুলাপ' অমদি অতৈ লৈ মখলশিংবু হিদাক লাংথকতা শিজিন্নবদগী ফংবা পোথোক অদু উৎলি। লৈ মখলশিংদু উবদা ঐখোয়গী মণিপুরদা ফংবশিংগা মান্নবসু য়াওই। ঐনা খনখি 'ঐখোয়গীনা মফম চানা শিজিন্নদবখক্তনিকো' অসুন্না।

সহর অচৌবা ১৫০ লৈরে। সহরশিং অসিদা মখল কয়াগী মীয়ামনা মখল কয়াগী পোথোক, হকথেংননা কান্নবা অমসুং নাকোয়ননা কান্নবশিং পুথোক্লি।

খবর কাগজ পুথোকফম ২৮৬ লৈরে। মেগাজিন্দা ৮৬ লৈরবনি। অৱাংবা থাক্কী কোপি খুৎনম, ফোটো-কম্পিউটর সিষ্টেম শিজিন্নরে। হিরমশিদা টেলিভিজনগী নেট ৱার্ক হায়রুরগসু মিটর ৪২০ না স্কোয়ার কিলোমিটর ৭৫ দা শন্দোক্লে।

শান্না খোৎনবদা মীওই মিলিয়ন ৬ কী মথক্তা ট্রেনিং পীগ্রে। ওলেম্পিক চেম্পিয়ন ওইরুরবা শ্রীইরস্কিন অমদি অতৈ অনৌবা কয়া নিংশিংবা য়াই।

৭শুবা মেট্রো লাইন ওইনা সোভিয়েটকী মনুংদা উজবেকিস্তান্দা ইং ১৯৭৬ তথক লিংখৎপ্রবসু মেট্রো দবাশিং পুথোক্তুনা মালেমগী লৈশাক খরদা এয়রপোর্ট তৌই। রেলৱেগীদি হায়রুন্দুনা কান্নদে পৃথিবীদা লূনা নান্না শাবা ৩গী মনুংদা অমা ওইরে।

হোল অমদা ফিজেৎ লৈতেংগী মরমদা মরাং কায়না উৎপ্রে । লশিং ফংবা লমদম ওইরবসু লশিংগী অশেংবা ফি ফংদে । মদুগী মরম ফজনবা হিদাম্নবদগী রেসমগা য়াম্নিন্নবা অরংবা লংগী ফি-ঙাক ওইখিবদগীনি । তাসকেন্ট কৈথেলশিংদা 'শিক' কুম্নঙাক্কী ফিখক্তা ঙাইরে । মতাংশিদা রুশিয়ান লোল তম্বীবা ওবা অমথক্কা ভারতকী লশিংগী ফুরিৎ পান্নগী য়ারীদু নিংশিংই । চুমথাং মচুগী ফি, 'শালুয়ার' ফিজোলদা নুপীশিংনা শেৎনবা অদুগী মরমদা ইন্টরপ্রেটরনা থাইনগী য়ারী অমা তমই । মতমদুগী ফি শাবীশিংনা করম্না মচুনা খ্বাইদগী ফজগদগে হায়দুনা ফমনাইবশিংগী লৈকোলদা কোয়না চৎতুনা য়েংবদা ঈশিংদা নুমীৎকি মঙালনা য়ৈবদা অয়ুক্কী লৈচিল মরক্তা নিংথিরবা চুমথাং খনবা উবা অদুমক ফিগী মচু ওইহল্লগে খন্দুনা পুথোকখিবনি । অদুবু মচুশিং অসি মাগী মাগী মফমগী মতুং ইনগনি - হায়বদি প্রকৃতিগী মানা মশিং অমদি সিনরিদা য়ুমফম ওইবনি । তাসকেন্টকিনা অতিয়া মচু, শমরখানগীনা অঙাংবা মচু অদুগা ফরগনাগীনা অশংবা মচুশিংদা চুমথাংগী নোমুনাদা ফিশিং অদু সানরকখি ।

ইন্টরপ্রেটরনা ফিশিং অমদি কারপেটশিং মথং মথং উৎলদুনা ঐখোয়দা নুপীশিংনা হৈরম্না অমদি লৈশাবী অমনা লুহোংলমদাইগী মগুন লেম্লসি মানা মানা শাবা ফি অমদি কারপেটনা ওইরম্না অদু পনখি । 'হ্ন্টলাস' হায়নবসিমক ফিদুগী কৌনবা মিংথোলনি । নুপী অমবু হায়ন-শিংনবগী য়া লোইশিনবনচিংবদসু হ্ন্টলাসকি মতুং ইন্না লেপ্লে ।

মানা মমৈদা পল্লকখি-'ঙসিদি লৈশাবী অমনা অঙাইফদবা চৎনবী হ্ন্টলাসকি সাম্রবসু, মমুম পানবগী অয়াবদি লৈত্রে ।'

অরোইবদা প্লাষ্টিক ইন্দষ্ট্রি, হৈ মহিগী ফেক্তরি অমদি মিউজিকেল ইনস্ত্রুমেন্ট ফেক্তরিশিংগী পোথোকশিং উৎলে । লোয়ননা চিনি অমদি চাগী ইন্টরপ্রাইজশিংগী পোথোকশিংনা কিউবা অমসুং ভারতকা চাংদম্নবা ঙম্লে হায়বদু চাউথোক্না ইন্টরপ্রেটরনা ঙাংলকখি ।□

## জ) ইথিজমগী মিউজিয়ম

অপিকপা অরিবা মিউজিয়মনি । কা ৪খক্তনি । মীওইবগী লমচৎ শাজৎ, মোরেল, ধর্ম্মগা মরি লৈনবা অমসুং ভারত্তা নাষ্টিক হায়নবা, মদুগী অমদি অন্ধবিশ্বাসকি মরমদা উৎলি । লোয়ননা সিনেমা হোল মচা অমগসু লৈ ।

অয়েকপা অমদি অশাবা, লোয়ননা কোটো খরনা মীওইবগী হৌনলোনচংকী ময়মদা কত্তবশিংবু ওহোক্লবা হোৎনরকপা কনাগুম্বশিংবু হায়নগী চৎনলোয়া পুনখিদুনা হোৎনরক্লিবদুবু তমখিবা য়েক্লবনি খনখিদুনা হাৎপা-ভুয়া, পাং তিংবনচিংবদু উবা ফংই। অয়াম্বা অরিবা যুগকী ৱারীশিংগী মওংদু উৎপনি।

তশেংনা হায়রবদা অন্ধবিশ্বাস হায়বসি ধর্ম্মগী শ্লোগশিংদা ফুমদুনা য়াওই। মরম অদুনা অন্ধবিশ্বাসকী মায়োক্তা ওহোক্লবা হোৎনরকপা কনাগুম্ববু তমখিবা মওংদা হাৎলি।

'পাং তিংলিবা মুর্ত্তি' অদু বৈজ্ঞানিক অমনি। পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিক কয়ামরুম কৈশুমশঙদা শিখিবা অমদি তমখিনা হাৎখিবা মখোয়গী ৱারীনা শাখিনি। পিকচর অমা উরে-৮ শুবা সদাব্দীগী ৱানি, ৱায়াজান্দগী করাইকুটনোভ কৌবা নিপা অমনা বোন ফায়র মৈখুবু শাউনগী বেলুন অমদা চংহল্লগা পাইখৎহনখি। শউনগী বেলুন অদুদা থৌরী পুল্লগা মা মশাসু য়াম্লিল্লগা মিনিট খরা উতোনমুক ৱাংনা পাইখি। মতমদুগী কল্লবা ধর্ম্মগী লুচিংবশিংগা কন্নাইবশিংগা লৌতুনদুনা মহাকপু হিংনা ফুমজিল্লগা হাৎখিবনচিংবসু উৎলি।

কাশিংদুগী স্তদিজ তৌরম্বদগী ঐঙোন্দা ফাওখিবদি থাইনগী অন্ধবিশ্বাসকী ওইবা চৎনবীনা অসুক্কী মতিক মীওইববু শোখনা লৈহল্লমই অমসুং মীওইবা সমাজনা চাওখৎকদবদগী থিন্নহল্লম্মী হায়বদু খংলমই।

অরোইবদা ঐখোয়বু হোল অদুদা পুদুনা ফিলম মচা অমা য়েংহল্লমই। থাইনগী চৎনবী হায়বদি ইনক নক্কা রিভোলুসন মমাং অমসুং লোইরক্লবা তুংদা ফাওবা মতম খরা ফাওবদা চৎনরম্বা সিষ্টেম অমা উৎপনি। হনুরবী অমনা হিদাক লাংথক খরগী মতেংনা মী খরবু অনাবদগী লায়েংদুনা ফত্বগী নোমুনাদু উৎপনি। তশেংবদি মীশিংদুদা মানা উৎলিবদি অতোপ্পা নোমুনা কয়ানি। মন্ত্রগুপ্ত কয়া শোখা, মদু তৌনা তৌনা মখুৎ মশানা অনাবদুগী মমিৎ মমাইদা ঈশিংনচিংবা খিকপা, লং তীংবা, উনা শিংনাশিংনা কম্বনচিংবা তৌই। ফিজিসিয়ানশিংনা শেম্বা হিদাকশিংসু অনাবদুদা পীজে। তশেংবদি মানা মদু চম্না খলহল্লি। মীদুদা হেপ্লোতাইজ তৌবগী মওং খরসু য়াওবগুম তৌই। মসিনা মীয়ামদা সেরাম্ননা থাজহনবা লাইদা ডাইশিন্দুনা হেপ্লোতিজমু লাইনা ফত্বল্লকপগুম উৎহল্লি।

ঐখোয়গী মনিপুরদা গুসি গুসিমক ২১ শুবা শদাগী অসিদা লাম্না থাজবশি কোকপা গুমদনা লৈবা, সোভিয়েটতনা ২০ শুবা শদাগী হৌরকপদা লৈরম্বা, মনুগী অশোয়বা অদু মিউজিয়মশিনা অরেংবা খুদিংমক্তা উৎলি । ❑

## ঝ) নেচরেল মিউজিয়ম

পীক্তকপা মিউজিয়ম ওইরবসু কান্নরবা মচাক্তি পীক থম্না য়াওই । প্রকৃতিনা করমনা ওইরকপা হায়বসি চহি কয়াগী মমাংদগী লৈরক্লবা অরিবা মিউজিয়মগী ফল্লাংশিংদা থেৎলিবা লাই, ফোটোগ্রাপফ অমদি অশাবা মুর্ত্তি হায়বদি আর্কিওলোজিসশিংনা পুথোক্লকপশিং ময়েক লানা উৎলি ।

প্রকৃতিক মিউজিয়মসি ইং ১৯৭৬ অ ১০০ শুবা মপোক পালন পাংখোক্লি। অসিগুম্বা কুইরবা চহি মতাংসিদা বিজ্ঞানদা য়ুমফম ওইবা মিউজিয়ম অমা অন্ধবিশ্বাসনা হারবা এসিয়াগী ময়াই চবুকশিদা লিংখৎলম্বশিমক য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি । অশেংনমক মিউজিয়মশিনা বৈজ্ঞানিক বাখল্লোনগী অওনবা অমা লমদমশিদা পুরক্তুনা বৈজ্ঞানিক মিউনিজমগী য়ুম্ফম থোনবদা অচৌবা থৌদাং লৌই হায়বদা হায়মল্লরোয় ।

পৃথিবী করমনা ওইরকপনো হায়বদো সোলর সিসটেমগী থোয়মেসনগী দাইএগ্রামশিং অসিনা উৎলে। যুগ, তাংকক কয়া থোক্লা থাইদোক্তুনা পৃথিবীনা গুসিগী পৃথিবীসিগী শক্তমসি ওইরকপশিংদু উৎলি । বৈজ্ঞানিক কয়াগী খেৎনবা মতশিং অমসুং অরোইবগী চপ চাবা গ্রুপ পিরবা দাইএগ্রাম লৈরে ।

মৈবুল অমদগী মপুক তপ্লবা মীওইবগী লৈকম ওইরকপা কাওবা তোঙানবা দাইএগ্রামশিংদা, পোটোপ্লাজমদগী নাপীশিংবী, অচৌবা জিব পানবা মথং মথং ওইরকপা চহি মিলিয়ন তাংককশিং ময়েক লানা উৎলে । খুদম ওইনা 'কারবোনিক ইয়া' দা চাউরবা মিটর ৩০ মুক্কী দাইএমেটর ওইবা উপিং হৌরম্বগী আরকিওলোজিকেল ফেক্ট লৈরে । মতমদুগী উজাওদুনা তুপ্লবা তুংদা ফিজিকেল অমসুং কেমিকেলগী অওনবা অনৌবা রোক অমগী ফিভমদা ওন্নরকবা অদুবু কারবোন চৈথীংনা থংহন্দুনা চহী মিলিয়ন কয়াগী মমাংদা হৌরম্বা উজাওনি হায়রবদু খঙলে ।

মথংগী কাদা 'মেশোজোইক ইয়া' গী লৈরে । চাউরবা উপিং শামু, ডেপ্রোইকস (নুমিৎ য়ুংবী মওং মানবা অচৌবা শামুমুক চাউবা) শিংগী যুগনি । কারবোন চৈথীংনা

পৃথিবীগী মফম কয়াদা লৈরম্বা রেপ্তাইলশিংগী শরুনচিংবা থেংনরে । অদুগুম্বা আইবশিংদু কা অসিগী ফম্লাংশিংদা অমদি টেবলশিং প্রমানগী মচাক্লা পীক থন্না লৈরে। নাকল অমরোমদা শামু মচা মানবা কোটো অমা লৈরে । হৈরিবশিংদুদগী ইন্টরপ্রেটরনা লিরকখি, শামু মচাশি 'দিমা' কৌরে । ইং ১৯৭৭ কী জুন ২৩ দা ওখোটস কোলিমা চীং নাপোমদগী ফংখিবা, কুইনা চঙী লিশিং ৪৪ গী মমাংদগী, উনচীং নিংখাইবদা কুমজিনখিদুনা ঙসিফাওবা শাওং ইকাই কাইদনা লৈরম্বা 'মামোট' মচানি । থা ৭ নত্রগা ৮ দংতা ঙাইরিঙেদা শিরমলবা মামোট মচাশি অসুক কুইনা কুমদুনা লৈরম্বসি অঙকপা অমনি । অদুবু মসি হেক ফংবদা বৈজ্ঞানিক প্রোফেসার কয়ানা -'লেনিনগ্রেট জুলোজিকেল ইনস্টিটিউসনদা' প্রমান তৌদুনা পুথোকখ্রবনি । মসিগুম্বা মুৎথ্রবা মামোট জিব অসি হৌজিক্কী শামুদগী হেন্না চাউই, মতু শাংই, মন্নাসু মহক মহকই অদুগা শামুদগীসু চাংদমনবদা য়াম্না শাংই । মখোয়শি সাইবেরিয়াগী কুইনা কুমজিন্দুনা লৈরবা উন মখাদগীসু য়াম্না ফংগ্রে।

দারউইন, হেগেল অমসুং নিউটনচিংবগী দিসকোভরিশীংবু শিংথারদুনা মখোয়গী অশাবা মুর্তিশিং মথং মথং লৈরে ।

মথংগী কাদা - "মী ওইরকপা, ইভোলুসন ওফ মেন" গী মতাংদা লৈরে । নিন্দরথেল কাংলুপ্পা মৈনচিংবা শিজিন্নরকপা, নুংগী থৃগকী মী কাংলুপ কয়ানা শিজিন্নরম্বা নুংগী খুৎলাই হায়নিংঙাই লৈতনা শন্দোকুনা উৎলি । আরকিওলোজিসশিংনা নৌনা ফংবা মতমদুগী মীগী শরুশিং লৈরে । মীশিংগী ফিজিকেল স্ত্রকচরদা খেৎনবা উৎতুনা শরুশিংদু থমই । নেচরেল ইনভাইরোনমেন্টনা ফিজিকেল স্ত্রকচরশিংদু ঙসিগী মীগী মওংশিদা ওন্নকপনি ।

২শুবা 'অনৌবা মী' গী মরমদা উহল্লে । নুংবু তেনগী মতোন্দা হাপ্পগা অহেম্বা শক্তি লৈবা ওইহল্লকপা, ইমুং মনুং ওইনবশিং তোঙান তোঙান্না লৈবা হৈরকপা, মহৈ মশিং আর্ট কয়া পুথোক্লক্লে । চানা থক্লবগী হিরমদসু ফৌনচিংবা থাবা, শা ঙাশিংবু মৈ চংলগা চাবা হৈরক্লে ।

অসুম্না প্রকৃতিক মিউজিয়ম অমা ওইনা মীনা মী কয়ম্না ওইরকপগে হায়রবদু উৎলবা তুংদা উজবেক লমদমদা ফংবা প্রকৃতিগী পোথোক্কী মরমদা উহল্লরি । অমুদারীয়া অমসুং শিরদারীয়া ভুরেল অনিগী মরক্কী লমদমশিং লৈহাও লৈবা অমসুং খনিগী পোথোকসু মরাং কায় । থাউ, মারবল, কোয়লানচিংবা ফংই । ঙসিসী মীয়ামনা

শিজিন্নরি । পোৎ চৈদগী খংই-খুৎশেমগী লং কয়া, কোয়লা অমদি থাওগী খনিদগী খওহল্লি, মপান নাইব্রবা পোলিথিনগী পোৎচাকশিংসু খনিদগী পীরক্লুনা শিজিন্নরি । নিংথিরবা য়ুম কৈ কয়াদা মারবল অমদি লৈতেংগী পোৎ, সনা, লুপা, দাইমন হাল্লা অসি মকমসিগী প্রকৃতিনা পীবদগীনি হায়বদু উৎলি ।

তাসকেন্ট অমদি মাগী উজবেক মূহার হাগনবা লমদম সিসমিক জোন অমা ওইনা প্রকৃতিনা পীরবসু, প্রকৃতিনা পীবা পোৎচাকশিংবু বৈজ্ঞানিক ওইনা শিজিন্নদুনা ওসিদি মূহার হাবদগীসু কনজনবা উপাই লায়না লৈরে ।

'শা'শিংবু উৎপা কাদুনসু প্রকৃতিগী নৈনবা মরিশিংদু তাকই । খুদম ওইনা মারুভুমিদা মৈসাশি সেন্টিগ্রেট দিগ্রী ৬০ ফাওবা য়ৌই । মতমদুদা জিব অমদি নাপীশিংবীশিংনা করয়া হিংবা, লৈখা মনুংদা জিবশিংনা চংখিবা, পাম্বীশিংনা খরদং ইংবা অমদি মারুদ্যান থিদুনা হৌরবা হায়বসি প্রকৃতিগী লম্বী ওাক্লি ।

মারুভুমিবু ঈশিং লৈতবা, অকংবা হুবা পানিগী লমদম ওইরম্বদগী ওসিনা খুৎশেমগী হোৎনজবনা কেনেল কয়াদা লাপ্লবা মফমদগী ঈশিং পুরক্লুনা, প্রকৃতিগী নিংথিরবা তনৌ তনৌবা ঈশিং পাম্বী থরো থম্বালনচিংবা কাওবা শাৎহল্লরে । সারবা মৈশালক্তা মরুভুমিগী লৈহাওথক্তা চান্নরবা হিদাক-লাংথক শেমনবা লৈ অমদি মনা মশিং কয়া থাদুনা মীওইবগী কান্নরবা মচাক ওইহল্লরিবদু উৎলি ।

চিরচিক লমদমদা হায়বদি উজবেক্কী করিগুম্বা মফমদসু প্রকৃতি মচাক, শা-কৈ-জিব মরাং কায়না লৈ । মাগী লমদমগী চাউথোকচনিংগাই ওইরিবা জিবশিংবু নিংথিনা মাংখিদনবা মওং কয়াগী থৌরাং পাইখৎলদুনা থমলি । য়াম্না তাংনা ফংবা শা-উচেকশিংসু চীংগী লৈকুৎ লৈরাই মরক্লুদ মনিং তম্না লৈরি । পুমনমক্কি মিউজিয়মশিনসু প্রযেংবা খুদিংদা তাক্লুনা লিরি ।

## এ) সোসিয়েল বেসিসকি মিউজিয়ম

তোতোপ্না নোমুনা অমগী মিউজিয়ম মচা অমনি । ইংলেণ্ডগী কমরেড অমনা শেমগৎচবনি । তশেংবমক মহাক তাংজদুনা লৈররবা কথোক্লবা- কমিউনিস অমনি । অদুবু মানা হায়, মাগী মরু ওইবা থবক্তি পৃথিবীগী সমাজদা য়ুম্ফম ওইদুনা অমগা অমগা নক্লিনবগী লম্বীদা য়াওরকপা পোৎশকশিংবু থমজিন্না রেকোর্ড তৌরনি । সমাজবু ওন্নবা হোৎনরিবা অমগী পুন্সিদা থোকখিবা, মীরৈপাক্তা চৎপদা এন্টরেল

কার্ট অমত্তং ওইরবসু মদুবু মাংহন্দনা থন্বা মতম কুইরক্রবা কান্দা য়াম্নমক মরু ওইরকপনচিংবশিনি । 'অন্দরগ্রাউন্দা লাম্লেংনরিবা কমিউনিষ্ট কয়াগী চে' শেল চংনা নম্বদি নত্রবসু মগুন্দি য়ামগ্রবা মদুবু রেকোর্ড তৌবা হায়বসিনি ।

অহানবমক্তদা মাগা ঐখোয় চৎলিবা পুম্নগা ইন্টরদিউস তৌনরবা তুংদা মানা মিউজিয়মদা থমলিবশিংগী মরমদা হায়রকখি ।১) প্রোগ্রেশিপ ওইবা মীশিংনা পুথোকচবা দোকুমেন্টশিংদু থম্বনি । ২) কেপিটেলিজম সমাজদদি ওৎপিরবা কংলুপ্না ফোগুজবা পুথোকচবা পোৎচাক অমখক্তংবু মওং চুম্না লৌদে । Betray তৌবিদুনা মমল য়াম্নবা পোৎ কয়াদুবু মাগুহল্লি । মদুবু কন্নবা মিউজিয়মসি হৌদোকপনি। ৩) তশেংবা মিউজিয়মসিগী পান্দম হায়ববু অদুগুম্বা মমল য়াম্নবা পোৎশিংগী গুন খগুবা, লিদর অমসুং শূরি নোম্লিবা পার্টিগী সংস্থানশিংবু তেক কাইহন্দনা থম্বা অমদি নহারোলগী শক্তিবু চাওখৎহনবা হায়বসিনি ।

'অহানবা কা'-লৈপাক ১০৬ কী রেকোর্ডশিং থম্লে হায়বদু উৎলি । পৃথিবীগী নহারোল ঈহৌদা ফেষ্টিবেল পাংথোক্তৌরিবা অমদি পাংথোকখ্রবশিংগীদমক্তা শেমখিবা পোৎশক অমসুং ফোংখিবা চেশিং উৎলে । লৈবাক ৬৮ দগী পোৎশক ৬০০ মদুদগী খনগৎলবশিংদু তোপ্না তোপ্না উৎলি । অদুগুম্বা মরক্তগী নিংশিংলবদা 'ফেসিসনা' ওৎপিরিবা লৈপাক খা-আফ্রিকা, নামিবিয়া, গুইতমালানচিংবগী দোকুমেন্টশিংদু লায়না উৎলে ।

'অনিশুবা কাদা' ফুরিৎ, টিকেট, বার্তন, টুপী অমদি মখল কয়াগী ফিশিং উরে । পোৎচাকশিং অদুদা লমদমদুগী সংস্থান অমসুং নহা কাংলুপ কয়ানা মীয়ামদা করিগুম্বা প্রোগ্রাম অমা উৎপগে হায়বদু লাইনা তাকই । খুদম ওইনা লেটিন আমেরিকা লৈপাকশিংবু ইউ:এস:এ: গা মরুপ্নি হায়রবসু আরজেন্টিনাগীদমক ফোক্লেন ইথৎকী লান্দা ইউ:এস: না বৃটেনগী মায়োক্তা করিসু তৌখিদে হায়বদু উৎলদুনা কার্টুন য়েকপা ফুরিৎ অদু আরজেন্টিনাগী নহারোল সংস্থান অমনা থারকখিবনি ।

'মথৎগী কাদা'-লন্দনগী কার্ল মার্ক্সকী মোংফমদুগী মতাংদা ফোটোশিং উৎলি। বৃটিস সরকারনা থগুইনা তৌগ্রবসু বারকর্স ওরগেনাইজেসনশিংনা তেক্তা কাইদনা থমলিবদু উৎলি । অদুগা মফমদুদগী শেংলবা মহাপুরুস কার্ল মার্ক্সকী মোংফমগী লৈপাক খন্না পুরক্নুনা ইউ:এস:এস:আর: অমসুং মহাক্কী পোক্লফম জরমন্দসু নিংশিং মূর্তি অমদি খুবমশিং শাবগী দোকুমেন্টশিং উৎলি ।

*'মরিশুবা কাদা'- গ্রিস অমসুং পারটুগালগী নহারোল সংস্থাগ্না 'অঙাংবা অতরগুলাম্ভু' মখোয়গী সিম্বোল ওইনা শিজিন্নবদুগী রেকোর্ড উরে।*

*ইউ:এস:এ: গী কমিউনিসশিংনা থারকপা রেকোর্ডশিংদুনা মখোয়গী দেমোক্রেসিদু শেল্লাও পায়বখক্তগীনি হায়বদু উহল্লি।* অমেরিকান কমিউনিষ্টশিংনা প্রসিদেন্ট ইলেক্সনগীদমক কেন্দিদেচর ফংনবা তান্নবদা লৈখিবা অথিংবশিং অদু মখোয়দগী থারকপা খবর অমসুং ফোটোশিংদুনা উৎলি।

কমিউনিষ্ট পার্টি ওফ সাউথ আফ্রিকাগী ৬০শুবা মপোক কুমওন, ইং ১৯৮১ দা থোকখ্রে হায়বদু ইং ১৯৮৫ দখক্তং খংনরকই। দোকুমেন্টসু মতমদুদা ফংই। অন্দরগ্রাউন্দা পার্টিসিনা কুচ্চু খায়বা রেসিসকী মায়োক্তা মীয়াম্বু লুচিংদুনা থেংনরি হায়বদু রেকোর্ডশিংসিনা লাইনা তাকই। 'স্বোপো' দা ইং ১৯৭৭ কী জুন ১৮ দা অঙাং ২৫০ বু রেসিজমনা হাংখিবদুগী নুংশিরবা পুক্লিং তুজুংলবা ফোটো অমদি দাতাশিং লৈরে।

'অরোইবা কাদা' অনিশুবা লাল্লাওদা থোকখিবা নাজিগী মীহাৎ অমসুং মতমদুদা লোন্না থমহৌবা রেকোর্ডশিং অমদি নৌনা ফংলকপা পাউশিং য়াওবা কলেক্সনশিং লৈরে। খুদম ওইনা খংবিখিদ্রবা কনা কনাগুম্বনা তমখিরবা নাজিগী মায়োক্তা থেংনখিবগী রেকোর্ডশিংনি, মরু ওইনা মফমসিদা রেকোর্ড তৌরিবা অদু জেলদা লৈরিবা কনাগুম্বা তমথিরম্বা নাজি লুচিংবা অমনা তল্লা তল্লা হায়দোক্লকপদগী খংনরকখিবা হিট্লরগী অরোনবা কয়াদুনি।

মিউজিয়মশিনা পীকচরবসু পৃথিবীদা শুরি নোপ্লিবা কাংলুপ্পা প্রোগ্রেসকীদমক লেপ্তুনা থেংনরি হায়বদু উৎলি। ❑

## ট) ঐতিহাসিক মিউজিয়ম

চাউরবা মিউজিয়মনি। হোল ৩৬ না শাই। থাইনগী মীনা নুঙনা খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরিঙে মতমদগী হৌরদুনা ঙসি ফাওবগী উজবেকিস্তান্দা Achieved তৌরবশিং অদুনি উৎলিবসি।

ইং ১৮৭৬ তগী ফাওরকখিবা 'ঐবেক্নী' মুর্তি অমা অহানবমক্তদা খিল্লি। মতম অদুদা শিজিন্নরম্বা নোংমৈ অমদি তোপসু খিন্দুনা থল্লি। অহানবা হোললোমদা চংবা হৌরে।

উজবেকিস্তানগী মফম কয়াদগী মৎবা অরিবা নুংগী যুগতা শিজিন্নরম্বা, নুংনা শাবা, মতমদুগী পুৎলাইশিং উরে। লোইননা টীংগা ভাইনবা নৈহাও নৈবা লমদমশিংদা মনা মশিং থাবা হৌরকপা অনৌবা নুংগী যুগকী মী কাংলুপ উংলদুনা মথা হেক শমথরকপা, নৈত্তক সাশন লাকপগী থুদমশিং উংপা হৌরকই।

মীনাই লোয়রবগী যুগ অদুমক মফমসিগী সমরখান্দচিংবা খা-নোংচুপ মাইংগে অশোয়মদা পাররশিন্না, মিদল ইষ্টকী নৈপাক অমসুং খা-নোংপোক ইউরোপকী নৈবাকশিংদগী শন্দোক্লকখি। হায়রিবা কুমজা অসিনা অহনবা সেঞ্চুরি কাওবা চংথখি। সি হায় হায়দুনসু মথা অমুকসু মদুগী চংনলোন্দিনা ১৫শুবা শদাব্দী ফাওবা অদুম্মক নৈখিদবদি নত্তে।

আরবকী নৈপাকশিংনা লান্দারকপা অমসুং হায়রগী গ্রিক অমসুং রোমানগী চংনলোন্দা শুমনা নৈরম্বদু পুরা ওন্না ভৈনবা লক্লমই। হায়রগী ধর্ম্মগী পুরা ওন্নদুনা মুস্লিমলোমদা ওনখি। ৬শুবা শদাব্দী অদুবাইদা অসুম্না ওনখিবনা রিভোলুসন মমাংকাওবা অদুম্মক কুত্তুনা নৈখি। অদুবু কলচরগী চাওখৎপদি মীওইবনা খুন্দা নৈতারিবনিনা অদুম্মক মাংই হায়রবা য়াই। খা-নোংপোক ইউরোপকী চংনলোন কলচরগী মমিগা পুনখিবনা নোংচুপকী চাওখৎপসু য়াওবা নত্তে।

মরক্তা চেঙ্গিজখান্না লান্দারক্তুনা মফমশি নৌশিনবদা য়াওখি। থোয়দোকপা ধর্ম্মদা অমদি কলচরগী হকচিন্নবা চংনলোন্দা অওনবা নৈতে। মরমদি মাগী লান্দাবা অমসুং লোয়চনবগী মতম অদু চহি খরদংগী ওইরম্বনি। অদুবু মোঙ্গোলোইড্ট কুরুপকী পাক শন্না খুন্দা নৈতবদি মরক অদুবাইদগী পাকথোক চাওথোক্লকখি হায়রবা তাই।

১৩ শুবা শদাব্দীদগীদি নৈপাক অমত্তদসু নে-তনা নৈবা তৌদে। লোয়ননা ১৬ শুবা অদুবাইদদি নিংথৌ পাখা লমদম মচা কয়া থোক্লে নৈরে। কোকান, বুখারা অমদি শমরখানগী খুদম পনবা য়াই। মখোয় মশেল অমগা অমগা লান্দানবা অয়াম্বা মতমদা লমশিংগীদমক মুন্নবা লাল তত্তনা থোকই। অসুম্না সেঞ্চুরি ৩ লান্না লাকপনা লমদম অসি-চাইনা, মাঞ্চুরিয়া অমদি ইরান ইরাক্তা লোয়ননা গ্রিক অমসুং রোমগী মরক্তা নৈবা ললোন ইত্তিকী থোংলম্বী ওইনা নৈরকখি। অশেংনমক করিগীদমক মফমশিবু লম্বী ওইরকরিবা মুগা মরাং কাইনা থোকপা অমসুং চীংগী তাইনবা লমদমশিংদা হৈ-য়া মরাং কাইনা পুথোকপা অদুনা অকৎপা মহৈ মরোং, কিনখিনচিংবা হেৎনা মৎকী 'মুগা-লম্বী' হায়না কৌনরম্মীবনি।

অসুম্না আরাবিয়ান অমসুং গ্রিক্কচিংবগী কলচরদগী অচৌ অচৌবা মোনুমেন্ট কয়া কুমজাশিং অসিদা সাগৎলমই । ওসি ফাওবা পৃথিবীগী অঙকপশিংগী মরক্তা য়াওবা য়ারবা টাবার কয়া ওক্কবা মচুশিং অমদি আরকিটেকচরশিং লেংদনা লৈরি । যুগ অদুনি লমদমশিনা অকনবা খুৎহৈবা কয়া পোকচখিবা । আলি শামায়েভনা আরাবিক লোন্দা ইরম্বদগী ওসি ফাওবগী লমদমদুগী কবিলক্তা ওাহোইরিবা । বিজ্ঞান অমসুং ফিলোশোফিদা অৱাংবা ৱাখল থনম্বা কয়াসু পোকখিদবা নত্তে । 'বাদির' নচিংবা মমিং অসিসু পনবা যাই ।

ময়ামদুগী মরক্তা থৌনা ফবা লান্দা হৈ-শিংবা অমসুং অইবা অমা ওইনা মিংচং লৈরম্বা, ভারতবর্ষদা মৌগোল এম্পায়ার অমা শাগৎলম্বা 'বাবর' (ইং ১৪৮৩-১৫৩০) নি । শমরখান্দা মাবু কবি অমা ওইনা শিংথানৈ । ওসিফাওবা মনা ইরম্বা সাহিত্যগী মচক কয়া অদু উজবেকিষ্টান্না মাগী পুক্কে কয়াদা থমলি । অদুবু বাবরদি ঐখোয় ভারতবর্ষগীদি অচৌবা সম্রাট নিংথৌরেল অমনি । লান্দা থৌনা ফবা অমনি । নৌনা ১৯শুবা শদাব্দীখক্তদা রুশি-জারগী লম পনখৈদা ময়াইথংবা এসিয়াগী লমদম অসি জয় তৌশিনখ্রে । মচা মচা কয়া থোক্ল লৈরম্বা লমদম অসি রুসিয়ান এম্পায়ারদা পুনখি । লোয়ননা মতমদুগী রুসি সমাজদা নংখিবা সমস্যা পুম্বা মথং মথং ফাওজিল্লকখি ।

২০ শুবা শদাব্দী হৌরকপদদি অনৌবা বিজ্ঞানগী অওনবা কয়া লাক্লে । রেল লম্বী তাসকেন্ট ফাওবা য়ৌশল্লক্লে । লোয়ননা ওৎপিরবা লৌমী অমসুং মীনাইশুম্না লৈরিবা মপুক থন্না চাবা ফংদ্রবা মী কাংলুপ কয়াদা অনৌবা ৱাখল্লোন অমনা অওনবা সমাজ পুরকপা য়াই হায়বদু মহৈ মশিং তম্বশিংগী মরক্তা অমসুং মীয়াম মরক্তা শন্দোক্লক্লে।

ইং ১৯০৫ দগী হৌরদুনা লমদমশিগী ইতিহাসনা সোসিএলিস রিভোলুসনগী লম্বীদা চংবা হৌরকখি । ইং ১৯১৭ কী ওক্তোবর রিভোলুসন্দা অমদি সিভিল ৱারগী মায়োক্তা শূরি নোম্লিবা কাংলুপ্না থেংনদুনা চপ চাবা সোসিএলিস সমাজ অদু ওসিদি লৈররে ।

অচৌবা কা ময়াম অমসুং হোলশিংদু য়েংবদা অরোম্ব অখম লৈখিদে । ইবা য়াবা মাগী ইতিহাসতি ওম্ফোক্লা য়ামই অদুবু অতৈ মিউজিয়ম য়েংবা অমদি অতৈ চেপ্তুর কয়াদা য়াওপ্রবনা অমুক হন্না ইথোক্লে ।❑

## ঠ) পিপলস ফ্রেন্দশিপ মিউজিয়ম

ইং ১৯৬৬ কী অকনবা যুহার হাবদুগী মোনুমেন্ট অদুগী হেক মনাক্তা যুহার হাবদুমক্তা অয়াম্বা ওইহনখিবা তাসকেন্ট সহরগী অমসুং অতোপ্পা সোভিয়েট সহর মীয়ামগী নুংশিনবা মরুপ মপাং ওইবগী নিংশিং খুদম ওইরবা 'পিপলস ফ্রেন্দশিপ মিউজিয়ম' লৈরে।

অসিগুম্বা মিউজিয়ন মখলসি পৃথিবীদা ওশুবা ওইরিবনি। নুংশিনা শাগ্রবা শঙলেন অসি ইং ১৯৭৬ তা শঙ্গাখিবনি। শারিবা মফমসিমক যুহার হাফমগী ইপিসেন্টর অদুমক্তি। আর্কিটেক অমসুং ইঞ্জিনিয়ারশিংনা যুহার হাবদগী করিগুম্বা অতেক অকাই অমতা য়াওহনদনবা মওংদা শাখ্রবা মিউজিয়ম শঙলেন্নি।

শঙলেনসিগী মওংদি উজবেক জাতিগী পারি পুরিগী চংনরক্লবা ঙসিফাওবা শিজীন্নরিবা অকোয়বা তুপিগী মওং মালহন্নি। লোয়ননা শঙলেনসিগী আর্টশিংদা উজবেকী আর্টনা লৈতেংই অমসুং মাগী পোখোক কয়াবু লৈরোং ওইনা হক্কুনা উংলি। মপান্দগী লাপুক্তা য়েংবদা নিংথিজবা অদুতা নত্তনা মনুংদা চংলগসু হোলশিংদু কমপ্লেক্স ওইবা, ময়াইদা চাউরবা অকোয়বা হোল অমা লৈ, হোলগী মথক্তা মতম কয়া চংনা হক্কুনা শারবা অমগা অমগা শমনরবা লৈরোংনা পুমথন থম্না লৈ। ববিশোভ কৌবা আর্টিস অসিনা মতোমতনা নুমিৎ খরতদা নিংথিরবা স্কল্পচর অসি শাখিবনি। অসিগুম্বা স্কলপচর অমদি নিংথিরবা আর্কিটেকচরেল শঙলেনশিবু সোভিয়েটতথক শিংথানবতা নত্তনা পৃথিবীগী টুরিষ্ট কোয়রকপা আর্কিটেক কয়ানা শিংথানৈ।

ইতিহাসকী শরুক কয়া উংলদুনা তাসকেন্ট অমদি মাগী উজবেক মীয়ামনা করম্না অতোপ্পা জাতি কয়াগী মরুপ মপাং ওইনা হিরম কয়াদা পুন্না শরুক য়ামিন্নখিবগে হায়বদু লিরকখি। লোনিনিস বাখল্লোন্দা লাকপদগী হৌরদুনা ইং ১৯১৯দা রিভোলুসনারিশিং হাৎখিবা মখোয়গী মোনুমেন্টনা ঙসি কাওবা বারী লিরিবা, সিভিল বারদা রেড গার্ডশিংনা জয় তৌবনচিংবদা অতোপ্পা জাতি, রুশি, বৈলোরুসনচিংবনা তেংবাং তৌখিবা মথং মথং লেংবা য়াগ্রবা ফোটো কয়ানা অমদি চে-চাং রেকোর্ট কয়ানা উংলি।

ইং ১৯৬৬ কী যুহার হাবদগী পুরা তেক কায়রবা তাসকেন্ট, সহরবু পুমনৌ নৌবা সহর অমা শেমগৎলকপদা সোভিয়েটকী অতোপ্পা মফম কয়াদগী ইঞ্জিনিয়ার

মুন কৈ খাবা, লম্বী থোং প্রেক্ত কয়া,কয়া লাক্লখি । মখোয়গা লোয়ননা অকনবা মতম খরতা মুক্ত হবগী মমাংদা লৈরম্বশী পুখওন ওনহনখি । উজবেক মজাতিকতলি অসুক য়াম্না শেমগৎ শাগৎপা হয়রবু ওইখোকখিদে । মরম অসুনা 'গ্রেশিপ মরুপ মপাং ওইরবতনা' পুন্নমক্তু ওইখোকখিবনি হায়রবু উৎলি ।

নিংশিংবা য়াই, তাসকেন্ট নিঙোন শহজাদাগা মিল শহরগী ইঞ্জিনিয়ার শর্মিলা মুজেংখিবা অনুমক অচেৎপা মরুপ মপাং ওইবগী লেংব্রবা খুদম ওইখি । মখোয় অনিগী মুজেংবগী ফোটোসু উৎলি । সিত নত্তনা শেমগৎ শাগৎপা কয়াদা, লৌউ শিংউবা, অনৌবা উদ্যোগ কয়া শিংথংপদা অতোপ্পা জাতিশিংগী তেংবাং কয়াদগী ওইখোকখিবশিং উৎলি । নোংহৌনা শিংদুনা শেম শাখ্রিবা উয়াল নমদমদগী মুখায়া কাওবা পুন্নখিবা গ্যাস পাইপ লাইন্দা, অতোপ্পা সহরশিংদগী এপ্রপাটশিংনা নমদম অমদা লোয়ননা থবক ওইরে ।

ইং ১৯৭৭ তা হাংদোকখিবা অহানবা তাসকেন্ট মেট্রো লোয়ননা অনিশুবা মেট্রো লম্বী ওইহল্লবা য়োৎনখদসু মরুপ মপাং ওইবগী শক্তম অদু_ময়েক শেংনা উৎলি । মশাগী মরেপাক্কী নাগরিকশিংগা মরুপ মপাং ওইবতা নত্তনা অতে পৃথিবীগী লৈপাক কয়াদসু মরুপ্নবা মরুপ ওইবগী লম্বী কয়া থমই । মরিশিংদুদি পৃথিবীগী ওইবা মীওম, কিন্তু কেটিতেলশিং পাংথোক্লিবসিনা লারবা খুদম অদু উৎলি ।

---

## লুনাচার্সকী শোচ্চি

ভ্লাদিমির লেনিনগী মতমদা সোভিয়েট অহানবা শেঙ্গা মতমদা মরু ওইবা মিনিষ্টর অমা ওইরম্বা লুনাচার্সকীগী মিংদা থোনখিবনি । শোচ্চিগী আর্থ পাক চাউরবা লম্বী য়ায়রবনি । মরু ওইবা সরকারগী য়ুমজাওশিং নাক য়েংতা লৈ । অতৈ রিপাব্লিকশিংদা চৎখিবা রেল লম্বী অমনা মথক লাম্না চৎখি । ফাওরবা সোভিয়েটকী অনৌবা মুমকী রিভোলুসনরি কবি পুস্কিনগী পার্ক ফাওনা লোংপোক অমনা সহরগী মরাই চমুকগী লাকখিবনা সোভিয়েটকী গ্রেট ওক্তোবর রিভোলুসন্দা শরুক য়ারকখিবা অমসুং মাগী ইথোক্লকপা কয়ানা মীয়ামদা রিভোলুসনরি বাখল পীবা ওয়থিবা 'মাক্সিম গোরকি থিয়েটার' অমনা লাকই ।

শোচ্চি অসিবু নিংশিংনুবনা হেক্তন মিত্র শংশতনা উরাকইবদি কোমদোমোল কেন্দ্রাল অসুনি । মখোন মরি য়াংবা কিলনিং অসুনা লৈপাক অসুগী রিপাব্লিক কয়াদগী

---

নহারোল কয়ানা নুঙাইনা, অতেনবা অমসুং অশাংবা মতমগী কেম্প কয়া পাংথোক্লি। তাসকেন্টকী নহারোলশিংগী ইতিহাস, য়াম্না ময়েক শেংনা মিউজিয়ম অমসুং কোজেগ্রাফ কয়ানা কা কয়াদা উংলি।

পৃথিবীগী লৈপাক কয়াদগী নহারোলগী সংস্থান কয়ামরুম্বু কোমশোমোলনা ব্যার্তা তৌদুনা মখোয়গা হেক হেক উনৈ। মখোয়গী কেম্পস অদুদা মীরৈপাক্কী দেলিগেটশিংবুসু তরামনা ওক্নুনা অন্টবজাতিগী বাবী বাতাই কয়া নৈনমিন্নদুনা অমদি মাগী মাগী লৈপাক্কী সমস্যা লোয়নননা পৃথিবীদা শান্তি পুরক্নবগী বাখল্লোন কয়া তান্না তিঁক্রে। ঐনা মতম খর লৈরিঙৈদা কেম্পস অদুদগী ফংলকপা কয়া কাউদনা লৈহৌরনি। লুদা ঐখোয়গী ইন্টরপ্রেটরশিংগী মনুংদা অমনি। চহি ২৪/২৫ শুরবী মৌ অমনি। নোংমা মফমদুদা থুংলবা কুইম্রিঙৈদনি ক্রাসনোদার এগ্রি মহৈশঙদা তমলিবা শম্বরজিৎকীদমক জীন খোঙ্গ্রাও অমা থাখিগদবনি। মাগা লোয়নননা ঐ পোষ্ট ওফিস্তা লাকখি। নুমিত্তু তশেংনমক ঐ য়াম্না ইকাযখি। অদুবু ঐদি স্মগলর অমদি নৎখিদে। মখোয়গী লৈপাক্তুসু জীনগুম্বা শেংনিংবগী ঈহৌ অমা লৈ। অদুবু ফিদু শেন্দোংগীদমক ঐনা পুরকখিবা নত্তে। ঙসাই লুদা যাওদনা লাক্লুবদা পোষ্ট ওফিসার অদুনা 'হন্নবা' হায়রকখিবদু ঐগী পোৎ অদু হান্না পেকেট তৌশিল্লম্বদুনা ওইরম্লে হায়বদু মানা অরুকপদগী খঙখি। অদুগা কনাসু পোৎ অমা থাগে হায়রবদি মাংজৌননা য়োমশিল্লগা পুরক্লদে, ওফিসনা অদুম অরুম্বা ওল্লবা তুংদা থাখিবা ঙাক্তনি।

লুদাগা নোংমসু ঐখোয় ফোবেন ডেলিগেট পৃম্ববু পুদুনা অনকপা ত্রেক্তর পার্ট শাফম ফেক্তরি অমদা বার্ত্তন ফংবদগী চংলুই। পুম্নমকপু তরাম্না ওক্লবা তুংদা মামী মাগী লৈপাক্কী জগোয় শানবা নত্রগা ঈশৈ শক্লবা কৌশিল্লকখি। ইহান হানবা ওইনা 'ভারত-ইন্দিস্কী'বু মখোয়না য়াম্না নুংশিজবনি। ঐনা খনখি, কমদৌনি ঐখোয় অহুম ভারত মচানি অদুবু মখোয়নিদি ঈশৈসু অমতা শক্তে। ঐ, ছাত্র ওইরিঙৈদা ফিল্মগী ঈশৈ খবা খরা ঙংখি। কনাগুম্বনা য়াম্না থাগৎনবসু য়াওখি। লোয়নননা ভারতকী নাৎ অমসুং ফিল্ম মক ওইনা উজবেকশিংনা খোইদোক্লা পামজবা ওইকবনা ধর্মেন্দ্রমাম্লে খন্দুনা শকপা তাখি। য়াম্না থাগৎনখি। তশেংনমক ঐবু নুমিৎতুগী এনাউন্সর ওইখিবী কোমশোমোল লিদব মবিনানা জগোয় সামিন্ননবা মখুৎ তিংথোক্লগা ঐবু প্লেটফোর্মদা পুশিনখি। অতম্না মিউজিক্কী শুবদা মিনিট ১০মুক ঐখোয়নি খাইগী মম্বাইদা জগোয় সামিন্নখি। ফেক্তরিদা পুং ৮/৮ নুমিৎ খুদিংগী থবক শরুবগা অসুম্না

করিগুম্বদা পৃথিবীগী মীতোপ কয়াগা জগোয় সামিন্নবশিনা মখোয়দা হকচাং তেকখৎনিঙাই ওইবা লন্নী অমা পীরমগদ্রা ? নাকল অমদা ঐ অমসুং ঐখোয় ফোরেনরশিংদনা করি কাওহল্লিবা ? ঐখোয়বু অসুক শেল চংনা পিজ পীথক তৌবীদুনা ঐখোয়বু খজিত্তং নুঙাইখিরোইদবা য়াওহন্দনা তরায়া ওক্লিবশিনা ঐখোয়দগী মখোয়না কান্নবা করিনো? মখোয় মপুংদা শূরি নোম্লিবা মী অমখক ওইরুবনা 'পৃথিবীগী শূরি নোম্লিবা মীয়াম পুল্লো' হায়বা অন্টরজাতিগী শ্লোগান অদুগীদমক পাংথোক্লিবা থৌদাং নত্তবরা ? পৃথিবী মীয়াম পুল্লুবা ওমনবা মদুগী ঈহৌ শাগৎলুনবা, মখোয়না জাতি অমগা অমগা অমত্তা ওইনা হিংবা পামই হায়বদু উৎনবা 'থম্মোয়নুংগী অশেংবা নুংশিবদু' উৎথোকপখক্লি হায়না ঐনা লৌই ।

শোচ্চিসিগী ময়ায়চল্লকপদা লৈরিবা অচৌবা মেগাজিন (কঞ্জুমর দুকান), চানা থক্লবা মখল শুনা য়াওবা অমা লৈ । দুকান হায়বদা লান্দুম লানগনি মদুদি এরিয়াদুগী চান থক্লবা পৈকম অচৌবা ষ্টোর অমনি হায়বা তাই । নিপা নুপী অমদি এমপ্লোয়ি ওইরিবা ২৫/২৬ নি। পাব্লিক ইন্টরপ্রাইজ অমগী মখাদা মেগাজিন্দু থবক চৎথরিবনি । মেগাজিন্দুগী এমপ্লোয়ি মকোক অদু নুপীনি য়ায়া স্মার্ট ওই । চহি ৫৭ শুরে । পেন্সিল ফংগদবা চহি অমখক্তা ওাইরবীনি । ফেক্তরি মখল কয়াদগী অচৌবা গাড়ী ভান অমদা পুরকপা পোৎশিংদু এমপ্লোয়িজশিংনা থাংথবদা মাসু অদুম য়াওই । থবক অতৈসু মখোয়না তৌজে । স্বাইদগী মকোক্লী হায়রিবা মাসু অদুম য়াওরিবদুনি ঐনা ওক্লিবা । কনাসু কুলিগী থবক তাংদাংনা তৌগদবা লৈতে ।

মেগাজিনসিগী শত্তম এপ্রিল থাখাইফাওবা খংলমদে । এপ্রিল ১৬ তগীদি ফজরবা শত্তম কয়া উবা ফংলক্লে । 'মে দে', শূরি নোম্লিবশিংগী নুমীৎ,' হায়দুনা ইলেক্ট্রিক বলপ উতোংশিংনা মচু মখল কয়ানা লৈতেংলদুনা ইবশিং উরুবদা পুক্লিং হুনিংঙাইনি । মকমদুগী এমপ্লোয়িজ কয়াদুনা মথম্মোয়দা স্বাইদগী চাউবা মশাতগী কুম্মে লাক্লে খঞ্জবগা লোয়ননা মখল কয়াগী দেকোরেসন্না মেগাজিন অদু শেম শারি । 'মে-দে' নুমিৎ নিনি পালন তৌই । নুমিৎ নিনিদুদা মেগাজিন্দুগী শিন্নীশিংনসু লৈপাকপুম্বগী শিন্নীশিংগুম কয়ামুক নুঙাইজবা হায়বদু মপান নাইদবগুম ওইরি । মে দে পালন পাংথোকখি । এপ্রিল ৩০ গী নুমিদাংদগী হৌনা মচু কয়াগী বোমশিং থাখি । নুমিৎ অদুমক য়ৌরকপদদি শিন্নী এমপ্লোয়ি খুদিংমক নিংথিরবা অনৌবা শুট কয়া শেৎনরকই । চাবা থকপগী থৌরম তৌই । মতম কুইনা উনরুদ্রবা মরুপ মপাং কয়া মাগী মাগী মান্নদবা খুদোলপোৎ পীনবা অসিনচিংবা থৌরম কয়ানি । ঐখোয় ফোরেন

কেম্পর ৩ সু মহৌশাগুন্না পোৎসু লৈনিংবা অমদি থৌরমশিংদু য়েংনিবদগী চৎলুই। ঐখোয়বুসু কৌশিল্লগা অথুম অহাওগী পেকেটশিং খুদোল তৌরকই । তৌহৌরিবা থাঙ্গ অদু অণ্ডকপনি হায়রবা য়াই । অশিকপা ইন্টর্প্রাইজসিফাওবা অসুন্না তৌরবদি অচৌ অচৌবা ফেক্তরিশিংদি করি তৌরমগনি লাম্বা ফংলরোয় । মে দে পালন অসি উরুরগা ঐহাক্না খনখি, "ভারতকী শূরি নোমলিবা মীয়াম, ফেক্তরি কয়াদগী পাক্তক্না তাঙ্খোকপীরক্রবা শিন্নীশিংগী মরাইবক কদোমদনো ?"

অসুন্না লুনাচার্সকী শোচ্চিগী তোঙান তোঙানবা নুঙাইরবা থৌদোক কয়াগী মহুত্তা ঐখোয়গী মীয়ান্না থারিবা মান্নদবা চাওখৎপগী থিভমশিংগী থারী কয়ামরুম লিজরবদি নুঙাইজগদবনি ।





মরিওবা তাঙ্কক

# কোমশোমোল কদাইফাওবা

ঙসিগী যুগ অসি য়ৌরকপসিদা নহারোল সংস্থান কয়ানা মালেম অসিদা মাগী মাগী শক্তীশিং ফুদোক্লদুনা মাগী মাগী লৈপাক্কী অমসুং পৃথিবী মীয়ামগীদমক্তা চাওখৎনবা হিরম কয়াদা অচৌ অচৌবা থবক কয়া মায় পাক্লা পাঙথোক্লরি। পৃথিবীগী নহারোল সংস্থানশিংগী ইতিহাসতা অওনবা সামাজবাদ নীতিরোমদা খ্বাইদগী অচৌবা দায়ত্ব লৌদুনা তোপ তোপ্লা ঈহৌ পীখিবা সংস্থানদি কোমশোমোলনি। হান্না ঐখোয়গী ভারতকী য়ুথ ফেদরেসনগা লৈনবা মরীদগী, পৃথিবীগী পুন্সিল্লবা "বার্ল্ড ফেদরেসন ওফ দেমোক্রেটিক য়ুথস" তগী অমসুং কোমশোমোলগী বার্ত্তনদগী ঐনা খোঙচৎ অনি অসি চংলুবসিদগী মথক্তা পঙ্খ্রিবসিগী মরমদা কদাইফাওবা চুমলবনো হায়বদু খঙলে।

কোমশোমোল এবৃবিয়েসন অমনি। রুসিয়ান মরোল্লি, কোম- কমিউনিষ্টা, শো-শোভিয়েস্কি, মোল-মোলাদোস, হায়বদি 'য়ং কমিউনিষ্ট লিগ' ইংগ্রেজিদা পল্লুরগনা। মতাং অসিদা, করম্না সংস্থানশিংসি চাওখৎলকখিবগে হায়বদু নৈনরকপশিংদগী পনবা পামই।

## কোমশোমোল ওইরকপা

নহারোলনা থেংনরম্বা শেল থুমগী অমসুং নাৎ কলচরগী হিরম কয়াদা লৈরম্বা খুদোংথিবা পুন্নমক্তু কোকহন্নবা অনৌবা অওনবা অমা রুশিয়াগী প্রোলেটরিয়েট রাজনীটিগী শক্তি পায়খিবা অমসুং গ্রেট ওক্তোবর সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসন্না মায় পাকপদগী শেমখিবনি। লৌমী অমসুং শিন্নীগী লৈপাক্সিগী কমিউনিষ্ট পার্টিনা নহারোল নিপা নুপী পুন্নমক্কী মহৈ মশিং তম্বগী অমদি চাউখৎনা য়োকখৎপীবগী, লোয়ননা মখোয়না হিংনবগী অমসুং শু-নোম্বগীদমক্তা মরু ওইবা লেঙত্রবা মনুং হনজিনবা বাখল অমা ওইরকখি।

সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসয়া অগাং অমসুং চহি নৌরিবশিংবু ওৎপা পুমথিং থিংগ্রে, পোখোক পুথোকপদা অগাংশিংবু থবক শূহনবা অমসুং মখোং কারক্লিবীশিংবু থবক তৌহনদা অকক্লবা থল্লে। 'সোভিয়েট শক্তি' না হেক পায়রকপা নুমিৎ মরিনি চনবা নুমিৎতা মখোয়গী পিপলস কাউন্সীলনা কমিসারশিংগী ব্বারেপ লৌদুনা পুং ৮ থবক শূনবগী দিক্রি অমা পুথোকখি। মদুগী পেরাগ্রাফ কয়াদা নহা ওইরিবা থবক শুবশিংবু ঙাক শেন্নবা ব্বাকম কয়া ই। 'চহি ১৮ শুদ্রিবা মী অমনা পুং তরক্তগী হেন্না থবক শূহনবা য়ারোই', 'অঙাংবু কেক্তরি ইন্দষ্ট্রিদা থবক শূহনবা য়ারোই, মখোং কারক্লিবশিংবু নুমিদাংদা থবক শূহনবা য়ারোই অমদি চহি লিয়ক্লবা নহা ওইরিবশিংগীদমক হেন্না থবক শূবগী শেনকম ফংহনগদবনি' হায়বা অসিনচিংবনি। অসুন্না থৌরাং অমসুং থবক কয়াসি পায়খৎলকপসিনা কেপিটেলিজম, শেঙ্গাও পায়বগী নীতিসিবু শীংনরকখি, মসিগুন্নসে মার্ক্সিস লেনিনিস নিয়মশিংগী মখাদা ওইখিব ঙাক্লী। রিভোলুসনসিনা লৌমী শিন্নীগী মচা মশুশিংদা সেকেন্দরি অমসুং অব্বাংবা থাক্কী মহৈ মশিং তম্বগী খুদোংচাবা পীরদুনা অনৌবা মহৈ মতম্বীবু হাকথেংননা ফংহল্লি।

নহা ওইরিবা শূ-নোম্বা ঙমলবা কাংলুপ অসিনা সামাজবাদ শাগৎপদা অচৌবা দায়ত্ব অমা লৌবা, মীওইবগী দরকার লৈবা পোৎচাকপু টেক্নীকেলগী ওইবা লম্বী পুরক্তুনা, অনৌবা সমাজগা লৈনবা মরীশিংবু মওং তানা শেমলক্তুনা, অনৌবা জগৎসিগী হেন্দোক থোইদোক্লবা মী অমা ওইনবা, মখোয়না পাইখৎলকখি। নৌহৌনা ব্বারেপ কয়া লৌরবগী তুংদা, মশীং য়ামত্রবা মিলিয়ন কয়াগী লৌমী, অপিকপা লল থুমগী মপু ওইবশিং, লোয়শঙ কয়াদা থবক তৌরিবশিং অমসুং বুর্জোয়া মহৈ হৈবশিং পুন্নমকসীবু প্রোলেটারিয়ান দিক্তেটরশিপ ষ্টেট অমগী লম্বী অদোমদা রিভোলুসনরি নহারোলশিংগী চাউরবা মরুপ (সংস্থান) অসিনা শূরি-নোম্রিবা নহারোলশিংবু পুখৎলক্তুনা মখোয় খুদিংমক্কী খুত্তগী চাওখৎহল্লকখি। তশেংনা হায়রবদা রিভোলুসনরি নহারোলশিংগী ঈহৌ হায়রবদু খঙনা লৌখৎতুনা সামাজবাদ শাগৎপগী থৌরমশিংদু মায়পাকহনবা তাখি। কেক্তরিদা শূরিবা, লৌমী ওইরিবা নহারোলশিংগী তোঙান তোঙানবা মরুপশিংদুবু সামাজবাদ শাগৎপগী যুম্ফমদুগীদমক্তা অমত্তা ওইবা অচৌবা মরুপ অমদা পুন্সিন্না তাখি। মসিদি মরক থংনা থুগাইনবা থেংনরকপা সোসিয়েলিস রিভোলুসনরী, মেনশেবিক অমসুং অনারকি নচিংবা পার্টিশিংনা নহারোলগী ঈহৌবু লাকশিন্নবা হোৎনরকপশিংবু ঙাকথোকপা হায়বসিসু বোলসেবিক পার্টিগী ব্বাখল্লোনগী যুম্ফম অদোমদনি। লৌমী শিন্নী নহারোলশিংনা অমত্তা ওইবা সংস্থান অদুদা অমত্তা ওইনা পুন্নগা অপুনবগী

শক্তি পুখৎলকপা হায়বসিমক রিভোলুসনরি নহারোলশিংগী ঈহৌগী তঙাইফদবা অদুমক্নী । অনৌবা নহারোলগী মরুপশিং হৌগৎলকপা অসিনা, শক্তী অমা মখোয় মখোয়না পুখৎলক্লে অমসুং কাংলুপ কয়াগা তোরোৎ খদানবা পান্নক্লে হায়বদু তাক্লকখি। মরম অদুনা ওৎপিরবা কাংলুপ অমদি মরুপ কয়াবু অমত্তা ওইবা শক্তি পুথোকমিন্নবগী জ্ঞান লৈবা, চপ মান্নবা ৱাখল্লোন অমসুং সংস্থানগী নিয়মশিং গুান্না চৎমিন্নবা ওইরকখি ।

ইং ১৯১৬ অদুৱাইদা লেনিনগী মিংথোল মখাদা লাকপ্রবা সংস্থান অসিগী চাওখৎলকপা, মরুওইবা নিয়ম নীতি, শূরি-নোমলিবগী পার্টি অমগা মখোংনা মরোমদোম লেপচগদবা নহারোল সংস্থান অসিগী লৈনগদবা মরী অমদি মদুগী মওং মতৌ কয়াদু মানা ইরম্বা 'অন্টরজাতিগী নহাবোল,' হায়বদুদা ময়েক লানা তাক্লমলে। বোলসেবিক বিভোলুসন মায হেক পাকপগা নবেম্বর ২০,১৯১৭ তা লেনিন্না কাউন্সিল ওফ পিপলস কমিসাস দিক্রি (ৱাশক) দা শহি তৌরদুনা ।'মহে তম্বগী হান্নগী ষ্টেট কমিটি মুখৎলগা' রুসিয়াপুম্বগী নহারোলশিংগী অপুনবা এসোসিয়েসন্না থবক পায়খৎলগনি হায়বকখি ।

আব:এস:ডি:এল:পি: (বোলসেবিক)না পেত্রোগ্রেট অমসুং মোস্কোদা সোসিয়েলিষ্ট যুথস লিগকী মিংথোলদা থবক পাযবা হৌখি । মখোয়না প্রোভিন্সতুদা থিজিন হুমজিনবগা লোয়ননা লমদমদুগী নহাবোল মকপশিং উনবা হৌরকখি । মোস্কোদা ১৯১৭ কী লোইবকপদা ফমখিবা 'তশুবা অন্দবজাতিগী শূরি নোমলিবা নহারোলশিংগী অপূনবা' অসিনা লাওথোক্লকখিবা কয়াবু মখোয মশানা লিংখৎচবা অমসুং শক্তি হাপচবদা মথৌ শঙখি । ১৯১৭ কী নবেম্বরদা বোলসেবিক মীহুৎশিংনা নিসনি নোভগোবোদতা নহারোল সংস্থান শাগৎনবা মী থাখি । তশুবা শূরি নোন্নিবা নহারোল অমসুং ছাত্রগী অপূনবা (লিগ) অমসং বোলসেবিক্না জুলাই ১৯১৭ তা গুসগ্রুসটালনি ৱার্দিমিব বিজনদা মোস্কোগী সংস্থানগা লোয়ননা লিংখৎখি । পেত্রোগ্রেটকী সোসিয়েলিষ্ট নহাবোলশিংগী অপূনবা (লিগ) অসিনসু পূন্সিন্নবা থবক য়াম্না তৌখি । লৈপাক অদুগী হেক লৈরিবা নহারোলগী অপূনবা মকপ কয়াসু উনবগী থবক কয়ামরুম মোস্কো অমসুং পেত্রোগ্রেটকী নহারোল সংস্থানশিংনা পায়খৎখি ।

অসুম্না রিভোলুসনগী তুংদা লৌমী অমসুং শিন্মী নহারোলগী ওইবা রিজনেল কনফরেন্স, কঙ্গ্রেস কয়া রুসিয়াগী মরু ওইবা মকমশিংদা মথৎ মথৎ ফম্না হৌখি । মসিনা মখোয়গী মরক্তা পূন্নবগী আইদিওলোজি ৱাখল্লোন তাশিন খোমজিনবগী থবক চৎথখি । পেত্রোগ্রেটতা ইং ১৯১৮ গী জনুৱারিদা অনারকিস কাংলুপ অমনা চৎনদ্রবা

খোল্লাউশিং শিজিন্নদুনা নহারোল কাংলুপ অনী চিংখাইনবা শীল্লকপদু থেংনখি। মখোয়না 'হেন্দোক থোইদোক্লবা রিভোলুসনরী' গী মিংদা অন্নাংবা ৱাখল লৈরবা নহা কাংলুপ শাগৎতুনা 'কমিউনগী কেদর' ফাওবা শেমগৎখি। মদুদা কাংলুপ মচা অমা অমুক খাইদোক্তুনা শূরি নোন্নিবা নহারোলশিংবু থুগাইনবা শিল্লকখি। অদুবু মপুং ফানা ৱাখল চুমনা খনবা ঙন্নবা শিন্নীদদি মখোয়গী ফত্তবশিংগী শরোঁ চংবা ঙমখিদে। সোসিয়েলিষ্ট রিভোলুসনরি, মেনসেবিক অমসুং অঁতে মরক খৎনা থুগাইনবা শিল্লকপা কাংলুপ কয়াবু য়ুথ লিগনা শক্তি লৈনা মচিন তুন্না থেংনবদগী ঙাকথোকখি। অসুন্না পুমনমক্কুদগী নমথেক্তুনা অচৌবা মায় পাকপা অমগা লোয়ননা ১৯১৮ দা ইহান হানবা রুশিয়া পুম্নগী লৌমী অমসুং শিন্নী নহারোলগী অপুনবা লিগকী কঙ্গ্রেস ফমনবা লন্নী হৌরকখি।

সামাজবাদকী অওনবা কয়ানা পুরকপা চাওখৎপা, শূ-নোন্নিবা খুৎ-তৎলবা কাংলুপকী শক্তি পাক শন্না খোমজিল্লকপা, আর:এস:দি:এল:পি: (বি) লমজিংবগী দায়ত্ব হেনগৎলকপনা নহারোলগী ঈহৌ অসি শিনশঙগী শিন্নী মরক্তদা নত্তনা লৌমী মরক্তসু হায়নিংঙাই লৈতনা চাউখৎহনবা ঙমখি। বোলসেবিক্কী মরু ওইবা থৌরমশিংদি খুঙ্গং নহারোলবু শাগৎপা লোয়ননা মখোয়বু সোভিয়েট শক্তিরোমদা মায় ওনশিলহল্লকপা হায়বসিনি। ওক্তোবর রিভোলুসনগী মতমদা রুশিয়ানশিংগী মনুংদা চাম্মদা ৮৫দি লৌমী ওইরমই। মরম অদুনা কমিউনিষ্ট পার্টিগী তঙাইফদ্রবা থবক হায়বসি লন্নাইগী নহারোলশিংবু 'রিভোলুসন' অদোমদা পুরকতবা য়াখিদে। মসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা চাউখৎত্রিবা সমাজগী খুৎহিং অমসুং শেল থুমগী অন্নাংপা লৈবা মফমদুদা অমুক্তসু খুদোংথিবা কয়া বোলসেবিক্লা থেংনখি। খুঙ্গংগী পুন্সি খুৎহিং, থাইনগী হৈনবী নাৎনচিংববু নহারোলশিংনা চাওখৎহনখি। খরগী মপু ওইবগী করান্না, বুর্জোয়াগী লমচৎ অমদি থাজগনবনচিংবা পুম্নদগী য়ামনা লাপথোক্লক্লে। খরমখৈ চাওখৎহল্লক্লবদা রিভোলুসনগী লন্নীদা, মশা মশামক্লা থবক্তা দায়ত্ব লৌবা সহরগী নহারোলনা খুমাং চাওশিনখিবা উবদা লন্নাইলমগী নহারোলশিংনসু চপ চানা মদুগী মতুং ইনদুনা থবক তৌরকখি। সোসিয়েলিস লিগ হায়বসিমক মরু ওইবা খুঙ্গংগী নহারোলশিংবু পুনশিনখ্রবা শূরি'বা নহারোলশিংগী চপ চাবা কাংলুপতুগী মনুং চনবনি। ঈশিং অমসুং কংফালগী লাম্নী ওইরুবদগী হল্লকপা খুঙ্গংগী কমিউনিষ্ট মেম্বরশিংদুনা মখোয়বু লিংখৎপিরকপনি। মখোয়সু প্রোলেটেরিয়ান য়ুথস লিগকুম বোলসেবিক পার্টিগী লমজিংলিবা সংস্থানগী ওইনা নিংতম্না তোঙানবা আইদিওলোজিদা লৈরগা মরি থম্নবনি। লন্নাই লমগী নহারোলগী ঈহৌগা লোয়ননা কলচর অমসুং মহৈ মশিং থোরকখি। নৈনবগী কাংলুপ

লিংখৎপার বোলসেবিক্কী অচৌবা মথৌ অমসু ওইখি। মসিদি নহারোলবু পুন্না কলচরগী লমদা অহোংবা অমা পুরকতুনা কাংলুপকী মিংয়েংবু শেংলক্কবা অমসুং হৌরক্লিবা মীয়োলসিবু খাংগৎনবা থবক পাংথোকহনবনি। খুদংদা অসুম্না থবক মথং মথং শনদেক্লকপনা অচৌবা স্কুলদকাওবা ছাত্রশিংগী মরক্তা নহারোলশিংনা শাগৎলক্তুনা অমুকসু ছাত্র কাংবু শরদি থবকশিংদুদা শরুক য়ারকখি।

ইহান হানবা ওইনা পেত্রেগ্রেটতা 'ছাত্রশিংগী সোসিয়েলিস লিগ' লিংখৎপা হৌরক্লে, অদুনা মখোয় মশাগী কলচরগী থাক, বাজনীতিগী বাখল হেনগৎলক্তুনা সাম্রাজ্যবাদকীদমক লরাই কয়াদা যাওনবা শেম শারকখি। মখোয়গী লনাই সংস্থানগী থাক্তা মোস্কোদা, উক্রাইন্দা, ভোলগা বিজন্দা, ত্রান্স ককেসস অমসুং সোভিয়েটকী ময়ায় থংবা এসিয়া অমদি সাইবেবিয়াদসু ইং ১৯১৮ দা মথং মথং লিংখৎনরকখি।

ইং ১৯১৮ গী ময়াই চনবদদি লৌমী শন্নী নহারোল অমসুং ছাত্রশিংনা অমত্তা ওইবা রিভোলুসনরী নহারোল সংস্থানশিংগী ঈহৌ হৌরকখি। ১৯১৮ গী জুলাই আগষ্টতা অপূনবা কংগ্রেস অদু ফমনবা শেম শারক্লে। মোস্কোদা অপূনবা মীফম (কংগ্রেস)কী ওরগেনাইজিং বোদি শেম্না হৌরক্লে। নদেজদা ক্রুপক্যা (লৌনিনগী লোয়নবী) নসু মতেং কয়া পাংদুনা ব্যুরো অমা শেমদুনা কংগ্রেসকীদমক বাতান্নবা হৌরকখি। মহাক্না লেনিন অমসুং বোলসেবীক লুচিংবা য়াকোপ সবর্দলোভ কী পাউতাক মখাদা তুংদা ওইরক্লদবা নহারোলগী সংস্থান অমগী পান্দম নিয়ম নীতি অমসুং কংগ্রেসকী থৌরমশিং য়াংখি। ব্যুরো অদুনা সোসিয়েলিজমগী লরাইদা পুনমিন্নখিবা অমসুং চৎমিন্নগদবশিংগী মরমদা চেরোল কয়া "লিগ" কী ইউনিটশিংদা পাউজেল য়ৌহনখি। মখোয়গী চপ চাবা লৌফম থোক্লবা বাখল্লোনদা সোসিয়েলিজম- খক্তনি হায়না লাউথোকখি। মাগী মাগী লমদমদা তৌগদবা মথৌশিং তাক্লদুনা রুশিয়া পুন্সীগী সংস্থান শাগৎপগী লম্বী য়াংলদুনা অমদি কংগ্রেসকী পাউ চেনবগা লোয়ননা পুন্নমক্কী মথৌ শঙখি।

পাউথাংশিংবু রুশিয়াগী নহারোল পুন্সনা হরাও তয়াম্না শৌগৎলকখি। থবকশিংদুদা লমদম লমদমদুগী পার্টিনসু তেংবাংনবকখি। ইং ১৯১৮ দা মোস্কোদা ৩শুবা মালেমগী নহা ওইরিবা শিন্নীশিংগী লিগতগী চেরোল অমনা লম্বী তাক্লদুনা শিনশঙদা থবক শূরীবা নাহারোলশিংবু মখোইগী ওরগেনাইজেসনগী থবক হেনগৎহন্নবা তাক্লকখি। লমদমদুগী শিনশঙপুন্সদা নহা শাগৎপগী থৌদাং লৌবা হৌরকখি। বারেপ অমা লৌরদুনা পার্টি মেম্বর চহি ২০ গী মখাদা লৈবা খুদিংনা য়ুথ লিগতা য়াওগদবনি হায়বা খোঙথাং চংশিনখি। মোস্কো, পেত্রোগ্রেট অমসুং টবেরগী বোলসেবিক পার্টিনা

করম তৌনা লেনিনগী পাউতাকশিংবু নহারোলশিংদা লমজিং পীদুনা রুশিয়া অপুনবগী নহারোলগী কঙ্গ্রেসকীদমক থবক পায়খৎখি।

রিভোলুসনরি নহারোল সংস্থান অমগী ওইবা দোকুমেন্ট কয়াদুনা পাক শন্না লৈগ্রবা নহারোল মীয়ামদুদা করম্না শাগৎপা অমসুং করম্বা লম্বী পীরবগে হায়রবদু তাক্লি। বোলসেবিজমগী থিওরিরোমদা লেনিন্না পীরম্বা লম্বীদগী রিভোলুসনারি ইদুকেসন অমসুং তঙাইফদ্রবা নিয়ম নীতিশিং অদুনা থেংননবগী মচাক পুন্নমক অদো পার্টি আর:এস:দি:এল:পি:(বি) না চংলক্লিবদুদগী মখা শমথরকতুনা রুশিয়া অপুম্বগী নহারোলগী সংস্থান কোমশোমোল পোক্লরে। অহানবা কঙ্গ্রেস ওক্তোবর ২৯ ইং ১৯১৮ দা মোস্কোদা ফমদুনা ইতিহাসতা বাই:সি:এল: নত্রগা কোমশোমোলগী মফম অমা পীরকখি। হাউস ওফ কঙ্গ্রেস ওফ দি পিপলস কমিসারিস ওফ ইদুকেসনগী হোলদা লৈপাক্কী মফম পুন্নমক্তগী ডেলিগেট ১৯৫না মেম্বর ২২,১০০ গী মীহৎ শিন্দুনা শরুক য়াদুনা পাংথোকখি।

করি অমুক হায়রগনি মীরৈপাক্কী লান্দারকপদগী নাম্থোক্লবা গুবেরনিয়া অমসুং মীরৈপাক্কী লাম্নীনা লোই চন্দুনা লৈরীবা উক্রেনিয়াদগীসু ডেলিগেটশিং শরুক য়াখি। বোলসেবিক কমিউনিষ্ট ৮৮, পার্টিদা সিম্পেথাইজর ওইবা ৩৮, রাজনীতি য়াওদ্রবা ৪৫, অন্টর্জাতিয়া সোসিয়েল দেমোক্রেট ৩, সোসিয়েলিস রিভোলুসনরি (লেফ বীং) অমা অমসুং অনারকিস অমা শরুক য়াখি।

কঙ্গ্রেসতুদা ওরগেনাইজেসন রিপোর্ট, মতমগী থাক্ফম, নিয়ম নীতি থৌরমশিং ওরগেনাইজেসনগী ওইবা রিপোর্ট, শেলথুমগী রিপোর্ট, কলচর অমসুং ইদুকেসনগী ওইবা থবক থনাশিংবু নহারোল মেম্বরশিংদা পায়খৎনবগী নহারোলগী হিংনবগী শেল থুম য়েংশিন্নবগী, নোংচুপকী নহারোল ঈহৌ, সেন্ট্রেল কমিটি খন্ননচিংবগী মরমদা এজেন্দা ওইনা পুথোক্লুনা খন্ন-নৈনখি। ডেলিগেটশিং খন্নবদা বিজ্ঞান অমসুং প্রোলেটারিয়েটকী হেন্দোক থোইদোকপশিং, সোভিয়েট চৎনপথাপ (কন্সটিটিউসন), ক্লবকী মথৌ অমসুং কাংলুপকী মথৌনচিংবদা ডেলিগেট পুন্নমক্না লেনিনগী বা ভাংবা তানিংনা ভাইনগ্রবসু মাবু হাৎনবা তেমশিংলকপদগী শোক্লুনা লৈবনা, ভাক্তরনা মীয়াম তিনবদা য়াওগনু হায়বদগী শরুক য়াখিদে। অদুবু মহাকপু ইকাই খুম্নবা উংতুনা চেয়ারমেন ফমফম অমা থাকখি। পার্টিগী ভেটেরান অমসুং সরকারগী থবক পুরিবা কয়ানা বা ভাংখি। খন্নখিবগী মনুংদা সংস্থান্না তৌগদবা মথৌগী মভাংদা পার্টি প্রোগ্রামগা থেংনবশিং থম্লখি। পেত্রোগ্রেট অমসুং উরালগী কাংলুপ্না পুখৎলকপা থাক্ফম অদুবু য়ানিংদবা ফোংদোক্লুনা মোস্কোগী নহাশিংনা, কমিউনিষ্ট হায়বা থাহেসি লৌমী নহারোল মরক্তদি

[redacted]

চেয়রমেন অমা ওইরম্বা মিখাইল কালিনিন্না হায়রমই। "কোমশোমোল শেম্বশিমক ইউ:এস:এস:আর: দা সমাজবাদ শেমগৎলকপগী অচৌবা দায়ত্ব লৌখিবা অতোপ্পা লম্বী অমনি। সমাজিক পুন্সিরোলদা নহারোলশিংনা লৌবা থৌদাং কয়াগী মরমদা অনৌবা থবক অদুমক ঐতিহাসিক থৌদোক ওইনা লীররে। কোমশোমোলনা শূরি-নোল্লিবা শিনফমগী নহা অমসুং লৌমী নহারোলবু অমত্তা ওইনা পূল্লকুনা মী খুদিংবু অমত্তা ওইনা পূলহল্লরে"। ওবজেক্টীভ ওইনা দরকার লৈবা, মহৌশাগী থৌদোক অদু প্রোলেটেরিয়েট নহারোলগী ঈহৌমক্কী হায়বদু উৎলি। মতাংশিদা লেনিন্না হায়রমই- "হেক উবা য়ারবা শূরি নোল্লিবা নহারোলশিংগী কাংলুপকী তেংবাংনবা, মার্ক্সিজমগী বেনর মথাক্তা মখায় চংনা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা অনৌবা মালেম অমা শাগৎনবগীদমক মশামক্কী ওইবা থৌদাং লৌরিবা কাংলুপনি।" অসুম্না কোমশোমোলগী ইতিহাস অদু খল্লরকপা নৈনরকপদগী ফংখি। ❑

## সোভিয়েট সমাজদা কোমশোমোল

ঐনা রুলোসকী অমসুং ক্রসকেন্টকী ক্রেক্তর অমসুং ইলেক্ট্রিকেল ফেক্তরিশিংদা কোয়রুবদা ঐখোয়বু মফমশিংদুদা কোমশোমোল কমিটিশিংনা য়াম্না তরামনা ওকখি। হেক কোয়রুবা মফম খুদিংদা মিটিং অমসুং মফম মফমদুগী কোমশোমোল কা, হোল, মিউজিয়মশিং উহল্লি। মরু ওইবা পল্লুং অমগীদমক হেনগৎনবা হোৎনবা হিদাম্নবা কয়া চৎথরিবদুগী চাউথোকচরিবা থবকশিং পাউদমখি। রেকোর্ড ওইরিবা পোৎলক ফোটোগ্রাফ অমদি ফেক্ত কয়া লীবদা লোইবা লৈরোই। রেকোর্ডশিং অদুনা লীরক্কীবদি কোমশোমোলনা গুসিগী সোভিয়েট সমাজদা লৌরিবা থৌদাংশিংদু মথেক লানা তাকপনি। মসিমকসু লৈপাকসিগী চৎনপথাপ (কনস্টিটিউসন) না অকক্লনা লীরবা মথৌশিংদু লৈপাকসিগী নহা ওইরিবা নাগরিকশিংগী পুন্সিদু শেমগৎপদা অচৌবা দায়ত্ব লৌবনি।

খুদম ওইনা সোভিয়েটকী নাগরিকশিংনা থবক শূবদা, পোথাবদা, লায়েংবদা, শাক শেনবা অমসুং মহৈ মশিং তম্বদা, কলচরগী চাওখৎপশিংবু শিজিন্নবদা, লোয়ননা বিজ্ঞানগী, খুৎশা হৈবগী অমসুং আর্টিসটিক্কী হেল্লোক থোইদোকপা উৎপদা অখিংবা লৈত্তনা পাংথোকচবা য়াবা অসিনি। লৈপাকসিগী মী খুদিংনা মশাগী হৈজ শিংজবগী মতুং ইন্না পাংথোক্কীংবা থবক পাংথোকপদা শাক শেনবা অমসুং হৈজবদু হেনগৎনবসু চৎনপথাপ্পা লী। অনৌবা চৎনপথাপসিনা নাগরিক খুদিংবু সেকেন্দরি স্কুল অমসুং মথা তাবা অরাংবা থাক্কী মহৈ মশিং পাক শম্না মীয়ামদা লীরে। মতাংসিদা ঐখোয়না

রুশিয়াগী জারগী মতমদা মঁহে মশিং তম্না অমসুং হৈত্তবগী শাথিরবা ফিভমদু নিংশিংলবদি অঙকপনি । অদুবু ইং ১৯২০ দা মীয়ামগী মরক্তা চাম্মদা ০.৮ খক্তং ইবা পাবা হৈরমই। রিভোলুসন মতুংদা খংহেন হেনগৎলক্তুনা নহারোল খুদিংবু সেকেন্দরি ফাওবা মঁহে তম্না লোয়খ্রে । পুম্নমক্কী ওইহনখ্রবা তুংদা ইং ১৯৭৭ তদি চাম্মদা ৯৪ না অবাংবা ইউনিভরসিদি থাক্তা মঁহে তম্লে । মসিতসু নত্তনা মীয়াম পুন্না শান্না খোৎনবদা অমসুং লমকোয়বগী হিরমদসু অসুক্কী মতিক চাওখৎখ্রে। মসি পুম্নমক পল্লকপদা কোমশোমোলগী চাউরবা থৌদাংনসু মায় পাকহনবদা ওইথোকখ্রিবনি হায়বদু ফংখি । রাজনীতিরোমদা নহা ওইরিবশিংনা চৎনপথাপ্পা পীবা অমা ওইনা সোভিয়েট পিপলস দিপুটিজ মরক্তগী ইউনিয়ন রিপাব্লিক্কী সুপ্রিম সোভিয়েটতা চহি ১৮ শুরবা অমসুং ইউ:এস:এস:আর: সুপ্রিম সোভিয়েটনা চহি ২১ শুরবদি মীখলদা থেংনবা অমসুং কারকপা য়াবগী হক লৈরুবনা লৈবাক্কী সমাজবু শেমগৎ শাগৎপদা দায়ত্ব লৌবা য়াখি । ইং ১৯৩৫ দা কোমশোমোল মরকতগী চাম্মদা ১১ না সহব অমসুং খুঙ্গংগী লৈঙাক লুচিংবা ওইখি । ঙসিনা চাম্মদা ২০ গী মথক্তা ওইররে । ইউ:এস:এস:আর: সুপ্রিম সোভিয়েটতা নহা ওইরিবা দিপুটিজ ২৭১ (চাদ ১৮.৪) ইং ১৯৭৭ তা লৈখি, মদুগী মনুংদা কোমশোমোল মেম্বর ১৭৪ নি অদুবু ইউ:এস:এ: গী কঙ্গ্রেসতা চহি ৩০ শুদ্রিবা মীওই চাদা অমা ফাওবা য়াওদ্রি ।

মর্মালৈপাক সামাজবাদ কন্নবগীদমক সোভিয়েট আর্মীদা য়াওবা সমাজগী চাউরবা থৌদাং লৌনবা কোমশোমোলগী মেম্বর কয়ানা মশীং হেন্না শরুক য়াখি । অদুগা ঙসিদি লৈপাকসিগী মীয়ামগী অন্টরজাতিগী মথৌদুগীদমক অমসুং মরুপ মপাং ওইবা অমসুং মতেং পাংনবা হায়বা থৌদাংদুগীদমক অমদি পৃথিবীবু শান্তি লৈনা হিংমিন্নবা অশোমদা অচৌবা দায়ত্ব লৌখি । কোমশোমোলনা ঙসি পৃথিবীগী লৈপাক ১৩০ দগী হেনবগী অন্টরজাতি, রিজনেল অমসুং নেসনেলগী থাক্তা লৈবা নহারোলগী সংস্থান ১৩৫০ দগী হেনবগা মরী থম্নরি। চহি দিকেট খরশিদা কোমশোমোলগী মেম্বর অদুক্কী মতিক হেনগৎখি । ঙসিদি মিলিয়ন ৪০ গী মথক্তা লৈখ্রে ।□

## লেপখ্রবা থৌদাংগী মথাদা

কোমশোমোলনা থবক শূবগী চৎনরবা চুশিন্নবা হৈনবী অমদি মার্ক্সিস লেনিনীস নিয়ম নীতি, প্রোলেটারিয়ান ইন্টরনেসনেলিজমগীদমক্তা থবায় থাবা পাম্মুদম্বনচিংবগী অনৌবা মী অমা ওইহল্লরে । নহা ওইরিবা নিপা নুপী মশেল মতেং

পাংনবা, মদুনা সামাজবাদকী লন তাশীন্নবা অমসুং শূমিন্নবদা 'কমিউনিষ্টকী খুৎশূ' য়ৌনবা, অবাংবা থাকী লমচৎ অমসুং ওরগেনাইজেসন্দা অমসুং সমাজগীদমক পূন্না পাংথোকমিন্নবগী দায়ত্ব লৌমীন্নবগী বাখলনচিংবা পুন্নমকসিবু পুরকখি ।

হৌরকলিবা মীরোলসিদা তত্তনা মখোয়গী মথম্মোয়দা য়েক্তুনা মুৎলরোইদবা মমি অমা অহন্নকখি । অসুমনা কোমশোমোলনা পার্টিগী পম্মুংদুমকপু ইন্দুনা ঙাক শেনখি ।

ঙসিগী সোভিয়েট সমাজদা রিভোলুসনগী থিওরিশিং অনৌবা হেন্না বাংবা লৌশিং তান্নবা নহারোলশিংনা তম্বদা নৈনবদা শরুক য়াবা হেনগৎলকখি । শূরি নোন্নিবা নহারোল চাম্মদা ৯৫না আইদিওলোজিকেল ওইবা মহৈ মশিং তম্বদা শরুক য়াখি । মসিনা অবাংপা লৈভনা শন্দোক্লক্লিবা বুর্জোয়াগী প্রোপেগান্দাবু থেংনখী, খুদম ওইনা মখল মখাগী রেদিওগী খোঞ্জেলনা নুংশিৎতা শন্দোক্তুনা 'লনাইগী নিংতম্বা অমসুং মীওইবগী হক মাঙহল্লে' হায়দুনা শন্দোক্লিবা পুন্বসিবু কোমশোমোলনা অশেংবা মশাগী লৈপাক্তা থোক্লিবা থৌদোক্লা খুৎলাই ওইরগা কেপিটেলিসকী লাল্লোংশিংবু ঙাকথোকখি।

ঐখোয়না মত্রাংসিদা নিংশিংবা য়াবা অমদি ইন্টরনেসনেল লেবর ওরগেনাইজেসনগী মতুং ইন্না পৃথিবীগী শূ-নোম্বগী পাঙলগী চাম্মদা ২০ থক পুথোক্লিবা নহারোল মরক্তগী চাওখৎলবা কেপিটেলিস লৈপাকশিংগী নহারোল চাম্মদা ৪০ দি থবক ফংদবনা কঙাওনরি । মদুদগী কেপিটেলিস ক্রাইসিসশিংগী মহৌশানা থোক্তুনা লৈরবা লৈনা কয়া, লমচৎ ফংলক্তবা, মীহাৎ মীপুন, য়ৈখাই থিনগাইবা অমসুং তুংগী ফিরেপ অমত্তা খনবা ঙমদবা কয়াসি হায়নিংঙাই লৈতনা কুংনা থোরকই । নিংশিংবা য়াই পুন্নমকসি ওইথোক্লবা হোৎনরকপগী লম্বী অমদি সোসিয়েলিস ইমুলেসন, পম্মুং অমগীদমক হিদায়না চংলিবা, অদুনা থবক শূমিন্নবদা কমিউনিষ্ট এটিচুটকী ঈহৌ শাগৎলকপদগীনি । কোমশোমোল মেম্বর মিলিয়ন ২০ হেনবনা মদুদা শরুক য়াখি । নহারোলগী টিমশিং শেমদুনা থবকশিং পাংথোকখি। থবক্কীদমক থাদোকপা গুনগা লোয়ননা টিমশিংদুগী শূবগী লাম্না ওইনা শাই । মসিনি থবক শূবা অমসুং রাজনীতিগী মহৈ তম্ফম হায়বদু, মসিনি মখোয়বু চপ চানা সামাজিক পুন্সিরোলদা মাইপুননা য়াওবা হায়বদো । ইং ১৯৭৭ তা নহারোল টিম ৫০০,০০০ শেল থুম পুথোক্লিবা মফম কয়াদা থবক শূখি । লেনিনগ্রেটতা টিম ৫,০০০ লৈখি । মদুদা মীওই নিপা নুপী ৫০,০০০ য়াওই মখোয়গী ইমুলেসনগী থৌদাং পুন্না শূবগী শক্তি, হেনগৎপা অমসুং পোৎথোক্কী শক্তি; গুন হেনগৎহন্নসি হায়বা শ্লোগানশিদা শরুক য়াখি । শ্লোগানীবু চপ

চানা পাংথোক্লদুনা মদুগী ইকাইখুম্নবা ক্রেদিংশিং ফংখি। কোমশোমোলনা পাংথোকখিবা অচৌবা থবক খরা পল্লবদা ভোলখোভ হাইদ্রো পাবার ষ্টেসন, গোকি ওতোমোবাইলস বার্ক্স, ভোলগাগ্রেট (ষ্টেলিনগ্রেট) ত্রেক্তর বার্ক্স, কোয়লা খনি, সাইবেরিয়ান কেমিকেল, ওইল অমসুং গ্যাস ইন্দষ্ট্রি, বাম, ত্রান্স সাইবেরিয়ান রেলবে, এতোমীক পবার প্লান্টনচিংবশিদা কোমসোমোলনা ঐতিহাসিক ওইবা থৌনাফবগী মনা কয়া কোমশোমোলনা ফংখি। হিরম অসোমদতা নত্তনা লৌউ শিংউবদসু অচৌবা দায়ত্বশিং লৌখি। অচৌবা মেছিন্নচিংবা থৌবদা কোমশোমোল মেম্বর ১০২,৫০০ সোভিয়েটকী মেছিনথৌবা ৫ গী মনুংদা অমদি মখোয়না দায়ত্ব লৌই। মতাংসিদা লেনিন্না, "অনৌবা মীরোলগী কমিউনিজমু শাগৎলকপা মতমদা অনৌবা হেন্না লুসিল্লকপা সমস্যা কয়া থেংনরকপা মদুবু মায়োক য়াহনগে হায়রবদি অব্বাংবা থাক্কী কমিউনিষ্টকী ব্রাখল্লোন অমসুং অব্বাংবা লমচৎকী গুন খত্তুনা ওইথোক্কনি" হায়রম্বদু নিংশিংই।মরমদুনা কোমশোমোলনা হেন্না ব্বাংবা লমচৎ শাজৎ গুাকলিবা অসি তৌদ্রবা য়াদ্রবা ইদুকেসনগী মথৌ অদুমক্কী। কোমশোমোল ওর্গেনাইজেসনগী অব্বাংবা থাক্কী 'লেনিনিস ষ্টাইল ওফ লিদরসিপ' কী চাউথোকচবা অমা পৃথিবীগী নহারোল মরক্তা মণ্ডাল অমা মখোয়গী থবক মতৌ অদুনা উৎখি।

মীওইবা জাতিগী খ্বাইদগী ইকাই খুম্নরীবা গুন হায়বদু কমিউনিষ্ট পারসনেলিটি হায়বসিনি। কোমশোমোলনা পারসনেলিটিশিমক ফংজরিবসি হোৎনরকপগী মহৈনি। তুংগী লম্বী কয়াদা মাই পাকহন্দুনা লৈরগদবা মুৎলরোইদ্রা মণ্ডাল শীবিরা মৈরিগুম্বনি।

সোভিয়েট কনষ্টিটিউসন্না মখোয়বু হিরম খুদিংদা অব্বাংপা লৈভবা অব্বাংবা থাক্কী মী অমা ওইনবা, পনথে নাইদনা হোৎনখি। লৈপাক্কী ফন্দামেন্টেল আইন্না নহারোল খুদিংবু কমিউনিজমগীদমক মথব্বায় থাবা পাম্মুদনা থেংননবা অমসুং মশাগী মমা লৈপাক্কী চাউথোকচবা কয়াদু হেনগৎনবা মখোয়গী মথক্তা ননখিবনি। তশেংনা হায়রবদা, ওক্তোবর রিভোলুসনদগী হৌদুনা যুগ যুগ কয়া লায়া অদুমক চংনম্রগনি।❑

## কোমশোমোল প্রেস

নুমীৎ অদু নুংখিল পুং ৩ লোম তারমলনি ঐখোয়বু 'উজবেকীষ্টান কোমশোমোলসক্যা', চেকোংগী ইডিটরগী রুমদা ওকখিবা ইহান হানবা সংষ্থানগী প্রাভদা চেকোংগী ৬০ শুবা মপোক্তা ফোগুনবা নম্বা হৌরবা, স্পিসিয়েল পাব্লিকেসন অমমম

য়েনথোক্লদুনা ৱারী কয়া শানরকখি । ঐখোয়গী মরক্তা উগান্দাগী কমরেড অমা, মহাক্তী হৌজিকমক মরৈপাক্তা রিপোর্টর অমা ওইরিবনা খঙহৌদনা ইন্টরেষ্টীং ওইবা ৱাহং অমা হংলকখি । অদোমগী চেফোংসিদা থারকপা আর্টিকলশিংবু ফোংনবা সেন্সর তৌবা দরকার অমুক লৈরিবরা ? য়াম্না থুনা ইডিটরদনা লৈতে হায়রকখি । দরকার সুকলৈ লৈতবা কয়া য়াওরক্তবসু নত্তে অদুবু লৌথোককম থোকপদি লৌথোকই হায়খি । লমায় ৮ পানবা নিউজ প্রিন্টকী সাইজগী প্লাসটিক কোটেং তৌরবা চেফোংদু উরবদগী তাঞ্জাদুদা ঐনা খল্লী, মখোয়গীসিবু রিপাব্লিক অমগী সরকারদি নত্তে, অদুবু করিগীদমক কোমশোমোলগী রিপাব্লিক কমিটি অমনা ফাওবা অসুক থাক ৱাংনা ফোংলিবা ? মসিনা তাকপদি অতে চেফোংশিং অমসুং ষ্টেটকী প্রেসশিংদু কয়াম চাওখংলমগবা অদুগা মশিংনা কয়ামুক ফোংলমগবা ?

চহিদুগী এপ্রিলদনি, হৌখিবা তাং ৬ অসি ‘আলটাই কোমশোমোল প্রাভদা’ গী ৬৫শুবা কুমওন পালন পাংথোকখিবা কুইদ্রিঙেদা ঐখোয় য়ৌরম্বনি । কুইরবা চেফোং ওইরবা, সাইবেরিয়া লমদমগী ওইরবসু উজবেকিস্তান কোমশোমোল প্রাভদাদগী লিরবা চেফোংনি । দলান মখোল ৪ ৱাংবা য়ুমজাও অমদা চেফোংসিগী য়ামথ্রবা ষ্টাফশিংদা কোমশোমোল মেম্বরশিংনা থবক শূরি । ইডিটরিয়েল ষ্টাফ মীহুৎশিংগা উনরমই মীওই ১৮ না শাবা আলটাইরিজনগী কোমশোমোল সব কমিটি অমনা য়েংশিন্দুনা চলাইরি । মী লম্তকপা লমদমশিদা চেফোংসি চংগ্রা, অপাবা মীগী চহিগী চাং কমদৌই হায়না ঐনা হংখি । মীশিং লাক্ক অমা হেনবনা পারি, নহারোলনা খ্বাইদগী হেল্লি, অহন অমসুং পাবা হৈরবা অঙাং (পাইওনিয়র্সনা মরু ওইনা) শিংনসু পাই । মানা খুমখি । তশেংনা হায়রবদা অলতাই এরিয়াদা মী অমনা খবর/জরনেল ৬ তগীনা ১২ নোংমদা চহি খেংনবগী মতুং ইন্না পাই । সহরগী ইমুং অমদা চেফোং ১৪/১৪ পারমেনেন্ট ওইনা সব্সক্রাইপ তৌনে । কোমশোমোলনা ৱারী কয়া লীরকই ।

কোমশোমোলনা কমিউনিষ্ট জর্নেলিজমগী চপ চাবা প্রিন্সিপলশিংদি পারটিজানসিপ, অৱাংবা আইদিওলোজিগী ওইবা থাক্তা মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী মায়োক্তা লৈবশিংবু খেংনবদা হুনবা নাইদবা অমসুং অচুম্বা ঙাংবা, সমাজগী থবক্তা নক্লনা চংলনি অমসুং নহারোলগী প্রেসনা ৱাখল্লোন অসিগী মখাদা চেফোং ২৩৪, কোপী মিলিয়ন ৭৫ ফোংখি । কোমশোমোল প্রাভদা সেন্ট্রেল কমিটিগী ওরগানসিগী কোপি মিলিয়ন ১০ নি । ফোঙলিবশিং অসিনা লৈপাক্কী নহারোলশিংবু ওক্তোবর রিভোলুসনগী অওম্বারোমদা অচৌবা দায়ত্ব লৌহল্লি । ডিসেম্বর ১৯১৮ দা পুথোকপা অহানবা সেন্ট্রেল

ও রগান 'য়ুনি কোমুনিষ্ট' (কমিউনিষ্ট নহা), অমসুং অতৈ 'সমোনা' (মহৎশিনবা), 'মোলোদয়া রাট' (আতিথী নহারোল),' নোবাগ্রো ক্রাসনায়া মলাদরোজ' (অঙাংবা মচু শঙলবা নহারোল), 'য়োনু প্রাভদা' (অচুম্বগীদমক নহারোল),'য়ুনি স্পার্টাক' (শাম্নরোই নহারোল)নচিংবা মথং মথং পাকসন্না মফম কয়াদগী কোঙখি।

অহানবা কোমশোমোল প্রেসকী মতাংদা লৌবা ৱারেপ অদুগী তুংদা অসুকী মতিক নহারোল মীয়ামদা কান্নবা পীরকখি। খ্বাইদগী মরু ওইবা থৌদাং লৈপাক্কী ওল্লক্নিবা হৱাগা লোইননা মীয়াম্বু ইদুকেসন পীবগী শক্তম অমা ইং ১৯২০ গী মনুংদা নিংখিল্লা উৎখি। মতাংসিদা লেনিনগী, লমজিং লমতাক য়েংলবদি নহারোলগী চেক্কোংশিং অসিনা রাজনীতিগী লম্বীদা চংথবা, প্রোলেটারিয়েটকী জয় হয়বসে কনানা উংপা ওস্নগে হায়বদু খঙই। অসুমনা শিম্নী অমসুং লৌমী নহারোল শূবি নোমলিবা কাংলুপকীদমক মচিন তুম্বা লমতাকপা অমা ওইনা অনৌ অনৌবা ওল্লক্নিবা নহারোলগী থাক্তা খুৎইশি চাওখৎলকই। নহারোলগী মতাংদা লেনিন্না মিলিটরি লৈঙাক্কী মাইয়োক্তা ঙাংবা ইবা অমসুং শূ-নোমলিবা সোসিয়েলিষ্ট নহারোলশিংগী সুইজরলেন্দা (অহানবা লাঞ্জাও মতমদা) লৈরিঙেদা ফোঙলকখি। "প্রোলেটারিয়েট রিভোলুসন", "কিয়ারৱেল লেটর টু স্বইস ৱারকর" অমদি "ফোর ব্রেদ এন্দ পিস" নচিংবা ফোঙলকখি। মহাক্না "মালেমগী নহারোল (নৈনবা ১)" দা নহারোলনা লম্বী লান্না চংতুনা মীরেপাক্কী সোসিয়েল দেমোক্রেট কাংবুগা মরী শমনরকপগী মতাংদা শুগাইনা ইরকখি।

লেনিন্না চেফোংশি হিংনবা হোৎনরকপদা ৱাবশিংদু খঙবা ওস্মী। "ঐখোয় লাইব্রেরি। খবর নম্নবা চে লৈত্রি। শিম্নীশিংগী মৈ থান্নবা মচাক, চীঞাক, কি-রোল অমদি খোঙুপ্পচিংবা য়াম্না ৱাৎলি। মেছিনশিংসু, মল্লবঙাক্লি। মদু থল্লিবা য়ুমসু অদু মঙাই তেক্সিল্লক্লবনি" হায়না লেনিন্না পল্লম্না ওসি ফাওবা পন্না অমা ওইনা লৈহৌরি। তশেংনমক কোমশোমোলগী ইং ১৯২২ দা ফমখিবা কঙ্গ্রেসনা, "নুংত্তিগী ফোঙবা চেফোং কয়া লেপ্লে, অমম্নোমদা অতোপ্পা খবর খরা তাংনা পুথোক্লগা হোৎনবা হৌরকপদা ........... অদুবু শুবেরনিয়া কমিটিগী খবরসিগীদমক্তদি য়ামম্নবসু ফোঙবগীদমক চাওখোকচবা য়ারি" হায়না ইরমই। পুম্নমক্কু কয়া হোৎনদুনা লৈপাক্কা চাওখৎলকপগা লোয়ননা ইং ১৯২৪ অদুৱাইদা চেফোং কয়া মশিঙ য়াম্না পুথোকপগা লোয়ননা হেনগৎলকখি। কোমশোমোলনা লৌমী অমদি শিম্নী নহা মীয়ামদা পাক শন্না শক্তি লৈবা সংস্থান অমা ওইরকপগা লোয়ননা মাগী চৈফোংশিং মরল শুনা য়াম্লকখি। রং গার্ড ১৯২২, সমেনা - ১৯২৪, লৌমী নহারোল-১৯২৫ মথং মথং

ফোঙলকখি । কোমশোমোল প্রাপদানা মশাগী চেকোঙ য়াম্না কোঙলকপদু ১৯২৫ দনি।

অথাংকনবা অমগা লোয়ননা কোমশোমোলগী প্রেস অসিবু চাওখৎনবা হোৎনরকপা ওসিদি মপুং ফানা মখোংনা লেপচরে । লোয়ননা মরৈপাক্কী ওল্লক্লীবা অনৌবা সমাজগী খোঙথাংদা, পৃথিবীগী নহারোল মীয়াম মরক্তা অনৌবা নহারোলগী ঈহৌ অমা পীনবা চপ চাবা য়ুমফম অদো কোমশোমোল প্রেসনা কনখি । ❑

## মরৈবাক্কী শেল থুম চাওখৎনবগীদমক কোমশোমোল

সাইবেরিয়াদা থবক শূবা য়াওরুবা শমরখান সহরগী কোমশোমোল মেম্বর অমা আর্টেক্কী কেম্পীং সেন্টরদা লাকপদা ঐগা উনখি । য়াম্না খঙবা নৎত্রবসু ৱারী খরা ফোঙদোকমিন্নবা ঐগী ইমুংগী ৱারী হংলকপদা ঐগী অপোকপা ইপা লৌমীনি, হায়রুবদা মানা ঐবু য়াম্না চাওথোকচফম ওইরে হায়রকখি । ঐনা খনখি, শূ-নোম্বা লৈবাক্কী শেল থুম্বু চাওখৎহল্লীবা অমবু য়াম্না থাগৎপোরে হায়বা খঙখি । তশেংবনি মাগী মপাসু লৈপাক্কী অচৌবা প্রোজেক্ট অমদা থবক শূবগীদমক য়াম্না চাওথোকচৈ । নহারোলশিংনা প্রোজেক্ট কয়াদুদা থবক শূরিবগী পাউদম ওল্লোক্লা হ্রাওনা উৎলকখি ।

কোমশোমোলনা থবক শূরিবা প্রোজেক্ট ১৪০ গী মথক্তনি, ট্রান্স সাইবেরিয়ান রেল লম্বী বাইকাল অমসুং মেন লাইন (বাম) কিলোমিটর ৩১৪৬ শাংবদা কোমশোমোলনা চাউরবা মনা লৌরি । ইং ১৯৭০ দা কোমশোমোলগী ভলুন্টিয়ার ৬৩৩ মদুগীদমক চঙখি । কাংলুপ অদুবু বৃগেট নত্তগা লাম্মী কাংলুপ হায়নৈ । রেল লম্বীদুতা নত্তনা কিলোমিটর লিশিং কয়া শাংবা শরুক অনৌবা বজার অমসুং সহর কয়াসু শেমগৎখি । থাউ অমসুং প্রকৃটিক গ্যাসকীদসু থবক কয়ামরুমদা শরুক য়াই । ১৯৭৭ তা থাউ মিলিয়ন তোন ২১৫ পুথোকখি । কোমশোমোল ৫০০,০০০ না থবকশিংদুদা শরুক য়াখি ।

মতাংসিদা ঐখোয়না ছাত্রগী মরমদা পন্নীংই । কালেন থাদা ছুটি মতমদা থবক শূফমদা চৎপসি অসুক্কী মতিক কান্নহল্লবনি । মোস্কোদা রিনা অমসুং মণিপুরদগী মফমদুদা মহৈ মশীং তন্নীবী মখোয় অনি উনরকপদা অমসুং সুমরজিৎনা ক্রাসনোদরদগী ইরকপা চীঠিদগী মখোয় ছাত্রশিংনা লৈবাক্কী শেল থুম চাওখৎনবা হোৎনবদা শরুক য়ারুবা নোংপোক থংবা সহর শেমগৎপগী থবক্তা য়াওরুবগী ৱারীশিংদুদগী ঐখোয়না খঙখি । মখোয়না হায়রকখি, থবকশূবদা মানা তমলীবা মহৈদুগা চান্নবা শেল তানবনি হায়বসি । চপ চাবা হৈনবী, নাকন অনিমক্কী কান্নবা ওইরিবনি ।

ছাত্র মিলিয়ন কয়া হেন্দোক খোইদোকপা অমাংবা থাকী ট্রেনিং লৌরি । মশানা তমলিবা মহৈগা চান্নবা লৈপাক্কী শেল চাওখৎহনবদা নত্তনা অদুগুম্বা হিরমদা খঙ হৈরবা অমা ওইহনবনি । ইং ১৯৭৬তা ছাত্র ৭০০,০০০ না টিম কয়া খোজুনা শেনফম মিলিয়ন ১,৩০০০ তানখি । খুঙংগী স্কুল ১০,০০০, ক্লাস রুম ৬,০০০ শান্নফম ১২,০০০, কেম্প তৌফম ৩,০০০ শাগৎলকই । লোয়ননা লম লম অদুদা মিটিং অমদি কান্নবা চয়োলগী ওইবা থবক কয়া পাংথোকখি । অদুগা লৌউ শিংউবগী হিরমদা হৈ-শিংবগী স্পিসিয়েলীস চামণ্ডাগী মনুংদা কোমশোমোল চাম্মগী চাংদা চহি অমদা লৌউ শিংউবগী মহৈদো গ্রেজুয়েট ওইরবা ২০০,০০০ ফামশিংদা থবক শূনবা কৌই, ৫০০,০০০ না টেক্নিকেল লৌউ শিংউগীদমক মিং চন্নী । ঈশিং খোংগী হিরমদা পোজেক্ট ৩২০ কোমশোমোলগী মিথয়েং মখাদা থবক চংথরি । মদুগী মখাদা হেক্তর মিলীয়ন ঈশিং পীরি । মদুবু য়েংলীবা কাংবুদি চহী ৩০ ফাওবদা লৈবা কোমশোমোল শিদরশিংনা তৌই । অদুগা কোমশোমোলনা লৈপাক্কী ওইনা অমদি মফমশিংগী ওইনা অখোই অহেন তান্নে । 'থবক্তা অখোইবা' হায়বা মনাশিংগীদমক খনগৎলবা নহা ৫০০,০০০ দগী তাদনা চাংয়েংনহল্লি । তশেংনা হায়রবদা লৈপাক্কী সেন্ট্রেল ষ্টেটিসটিকেল রিপোর্টকী মতুং ইন্না লৈবাক্কী আই বিলিয়ন রুবল ৫ লাকপদা চাম্মদা অমদি কোমশোমোলনা পীবনি । পুন্নমক অসিনা তাক্লে মদুদী শূরি নোঙ্গিবা কাংলুপকী সরকার লৈবা মফমদা শূনোম্নগী তশেংবা কাংলুপ অমা পুথোক্নুনা চাওখৎপা অসি উৎখি ।☐

## ইদুকেশন্দা কোমশোমোল

'য়ুথ লীগকী মথৌ' হায়বা লেনিন্না মাগী ঐতিহাসীক ওইরবা ব্রা ঙাংবদুদা, হৌরক্লীবা মীয়োলবু চাওখৎ পুখৎপা অমসুং মহৈ মশীং পীবা হায়বশিগী মরমদা শুগাইনা তাক্লমই । কমিউনিজমবু তম্বীবা হায়বসিনি মানা হায়রম্বসি । অদুবু কমিউনিজম থিওরিগী লৌশিং অমসুং থবক ওইনা তৌথোক্লকপা অসিদা চাশিন্নহন্নবা নকশিন্নহন্নবা তৌবা অসিনি য়াম্না লুরিবদি । মীওইবনা কুইনা তুংশিন্নরক্লিবা লৌশিংনা অরুবনি হায়দুনা মীওইবগী ব্রাথলগী পুক্কেদগী অমাংবা আশা পুখৎলদুনা বৈজ্ঞানিকি মিথয়েংদা সমাজবু চপ চানা উদুনা কেপীটেলীস সমাজদগী কমিউনিজম সমাজদা চাওখৎলকপা অসি খঙনবা থমখি । মানা হায়রকই মীওইবগী পাক চাউরবা হৌরকপগী লৌশিংগী পুক্কেবু চপ চানা চুমনা খঙলবা অদুত্তদা কমিউনিষ্ট অমা ওইবা য়াগনি । মথক্কী অসুম্না নুংগী ওইবা লৌশিংদা অমসুং কমিউনিজমসু পুমথা থাজরবা ওইরবদি মসিবু নহারোলদা মহৈ মশিং পীবা

হায়রগনি । ব্রেজনেভনা হায়রম্বা কমরেড অমা ওইবগী শক্তি অদু পুথোক্লুনা কমিউনিষ্ট শাগৎপদা প্রাক্তিকেল চঙই । থিওরিবু পাক শন্না পাদুনা চপ চাবা থাজবা অমা চৎথ্রিবা ইতিহাসতা রিভোলুসনরি থৌনানা কাংলুপকী য়েক্লবা কয়াবু থেংনখিবদু খঙবা চঙই । অমত্তা ওইবা লীচিংদা লৈপাক্কী মীয়ামগীদমক খঙবা কমিউনিষ্ট ইথিল্ল খঙনা নহারোলগী অনৌবা চাওখৎনবা বৈজ্ঞানিক অমসুং টেক্নিকেলগী অহোংবশিংগা চান্ননা লনাইগী থাদোকপা সোসিয়েলীস ইন্টরনেসনেলিজমগীদমক থবক পাংথোকহনবা চংই হায়রমই ।

তশেংনা হায়রবদা কোমশোমোলনা পার্টিদা নহারোল কয়া বৈজ্ঞানিক রাখরোলগী জ্ঞান তাহল্লি । ঙসিগী অনৌবা যুগ অসিদসু আইদিওলোজীগী লরাইদা মশা হুকপা অমমম ওইহল্লী । কমিউনিজম মোরেলীটি হায়বদু চপ চানা পুরক্লবা মদুনা পৃথিবীগী ফম্বাক্কী য়াওনা হোংনৈ । অহোংবা কয়া লৈরবা রিভোলুসনগী নোমুনা রাজনীতিগী খেংনবা লৈরিবসিগী মায়োক্তা থেংননবা লেনিন্না কোংদেক্লমই ।

লেনিন্না হায়রমই-'চাওখৎপা, তমজনীংঙাই ওইবা মওংশিং অসি চাওখৎলক্লীবা সোসিয়েলিজমগী মিংয়েংদা য়েংগদবনি । হৈ শিংনা মথোয়গা লম্বা পারবদি অওনবগী লম্বী লাক্কনি । স্কুল হায়বসে মার্ক্সিসকী মীংয়েংদা, কাংলুপকী সমস্যা কোকহন্নবা লম্বী তাকপদুবুনি। স্কুলগা রাজনীতিগা আইদিওলোজিগা মরী লৈনৈ । অদুনা মহৈ মশীং তম্বদা পুন্না খংনবা তৌগদবনি । মসি রিভোলুসনরি শক্তিগা লোয়নননা রুসিয়াদা পুরকখি । অদুবু কেপিটেলিজমদা মহৈ মশিং তম্বগী মওংদি স্কুলদা বুর্জোয়া কাংলুপকী কান্নদবা তাংকী লম্বী কয়াগী রারী অদুতমক হৈহন্নবা খুংলাই ওইরি । রাজনীতি পুন্সিরোলবুদী থাপ্পা উহনদনা থমলী । শূ-নোম্বা হায়বসিনা মীওইবা জাতিগী চপ চাবা পার্শোনেলিটি অদু ওইহন্নম্মী । মসিগী মনুংদা অরাংবা থাক্কী পার্শোনেলিটি অদু ওইরক্লীবনি । অদুবু কেপিটেলিজমদা ওন্ন তৈনবা ওইহল্লি । সোভিয়েটকী মীয়াম মিলিয়ন ১০০ না মহৈ তল্লি । অরাংবা থাক্কী মহৈ তমহন্নবা মহৈশঙ ৮৫৯ লৈব্রে । মাগী লৈপাক্কী কন্সটিটিউসনগী আর্টিকল ১৫ দা য়াওপ্রবা 'চপমান্নহনবা' হায়বদু মাইশাক্লবনি । পুন্নমকসি সোভিয়েট সরকারগী লেমনা মহৈ তমহনবা অমসুং অরাংবা থাক্তা শেলগী মতেং পীবগী নিয়ম লৈবশিনা ঙমহল্লীবনি ।

নাকল অমরোমদা হায়রগনা মশা মশানা পামজবসু ওইবা মথৌ অমা তৌনা তৌনা অহেনবা মতমদা নহারোলগী মোরেল য়োকখৎফম ওইবা পুং খরা খরগী পোথোক পুথোকপগী ওইবা মহৈশঙ কয়া লৈব্রে । মসিদা কোমশোমোলনা অচৌবা দায়ত্ব লৌদুনা মায় পাকপা নহারোলদু ওইহল্লক্লি । মখল কয়াগী মহৈ মশিং অসিনা ইমপরেলিসকী

অনৌ অনৌবা মাইথুম উপুনা লাকপা আইদিওলোজিবু মাইপুননা য়েংই । তশেংনমক হায়রবদা লেনিন্না হায়রম্বা 'কমিউনিজম তম্বা হায়বসিদি সমাজবু রিভোলুসনলোম্মদা পুনবা দায়ত্ব লৌবা' হায়বদুমক ওসিকাওবা মায় পাক্লা তুংইল্লি । ❑

## পৃথিবীদা শান্তি পুরক্লবা কোমশোমোল

কোমশোমোলনা হেক তৌথোক্লকপা অনৌবা ২১শুবা যুগকী থৌদাং খুদিং পৃথিবীদা শান্তি হায়বদুগী মতাংদা অচৌবা লম্বী ওইগ্রে । লম্বী অদুগীদমক লৈপাক্কী থৌদাং অমা ওইবিবা অতৈ লৈপাক্কা মকপ ওইনবা অমসুং মতেং পাংনবা হায়বদু মকোকথক্তা পুদুনা চংখি । সোভিয়েট নহাবোলনা ভেনগার্ড ওইরিবা কোমশোমোল হিবমশিদা অচৌবা থৌদাং লৌবি হায়বদুমক পৃথিবীগী লৈপাক ১৬০ হেনবগী নহাবোলগী সংস্থানশিংগা অমসুং ৱার্ল্ড ফেদবেসন ওফ দেমোক্রেটিক য়ুথস অমসুং ইন্টর্নেসনেল ইউনিয়ন ওফ ষ্টুদেন্সকা নক্লবা মবী শমনবসিনা উংলি । খুদম ওইনা ৬শুবা পৃথিবীগী ছাত্র নহারোলগী মীফম মোস্কোদা ফমখিবদুমক্তা শাক্কিনি । পুম্নমক্কুগী মনুংদা সামাজবাদ লৈপাক্কী নহারোলশিংগী সংস্থান্না লমজিং ওইখি । মেম্বর মিলিয়ন ৫৫ গী মথক্তনি । অৱাংবা থাক্কী কথোক্লবা সোসিয়েলীস খুৎপুগী অমত্তা ওইবা ৱাখল্লোন্দা ৱাংনা চংখি ।

য়ং কমিউনিষ্ট লিগ ওফ ভিয়েটনামগী তেংবাং কয়া কোমশোমোলনা পাংখি । মখোয়না পাইওনিয়াব কোনুং হানোইদা শানবগীদমক শেনফম পীখিবা অসি নুংশিনবগী অমসুং তুংগী পৃথিবী শান্তিগী লম্বী অমা ওইরিবদু উংলি । কোবিয়াগী লিগ ওফ সোসিয়েলীস য়ং ৱার্কীং পিপলসতসু খা থংবগা পুন্নবগী অতংপা লৈতবা লম্বী শেম্মীন্নৈ। Banner of Victory is the Banner of Society হায়বসিদা মোস্কো, সোফিয়া, বুদাপেস, ৱাবশো, প্রাগ, বুচাবেসতা মীফম ফমদুনা পৃথিবীদা অমুক্তা হেন্না অৱাংবা নহাবোলগী সামাজবাদকী লম্বী তত্তনা থীখি ।

অদুগা কেপিটেলীস লৈপাকসিগী কমিউনিষ্ট, দেমোক্রেটিক ওইবা নহারোল সংস্থানগসু নক্লবা মবী থমনৈ । হৌজিক হৌজিক্কী ওইনা থবক ফংদবা অওৎ-অনৈ, চাবা ফংদবা, মোরেল, শোকচীনখিবগীদমক্তসু থিংবদা কবম্বা লম্বী লৈবগে হায়বনচিংবা খন্নবি । সি খক্তা নত্তনা পৃথিবীগী লৈপাক অয়াম্বগী প্রোগ্রেসিভ ওইবা নহাবোল সংস্থান কয়াগসু সমস্যা কয়া থিংননবা শান্তিগী অচৌবা থৌদাংশিং লৌমিন্নরি । অচৌবা কেপীটেলীস লৈবাক ফ্রান্স, ইটালী, এফ:আর:জি:, ফিন্দলেন্দ, ইউ:এস:এ: নচিংবগী নহারোলশিংগা লেপ্তবা থৌরম চংথনরি । পুম্নমক অসি মীয়াম পুম্নমক্কী দশা তাগদৌরবা

লাল অমসুং শিবা হায়রবদুগী মায়োক্তা থেংনবগীদমক আইদিওলোজিসিনা পীরম্লবা লম্বীনি।

মতাংসিদা ঐখোয়না কেপিটেলীস ক্রাইসিস হায়দুনা হেন্না চাউবা শেনফম পৈশখংলকপা মোনোপোলি কেপিটেলশিংদু খুংলাই ওইদুনা মুখ্য মরুমদা বুর্জোয়াজিশিংনা লৈরগা কেপীটেলীস লৈপাক কয়াশিদা মীয়াম্গী গনতান্ত্রিক অধিকার পুম্না মাও তাকহল্লীবা পনবা য়াই। মরম অসিদগী চহি ৫/১০দগী হৌনা অনৌবা থৌরাং কয়া কোমশোমোলনা অতোপ্পা লৈবাকশিংগী নহারোলগা লোয়নননা কেপীটেলীস ক্রাইসীসতা য়াওরক্লীবা ইম্পরিয়েলীসকী মায়োক্তা থেংনখি। মসিগীদমক নহারোল কয়াগা রাজনীতিগী ঈহৌদা চংমিন্নরি। খুদম ওইনা কেথোলিক অমসুং খৃষ্টান দেমোক্রেট কাংলুপ পনবা য়াই। মমাংঙৈগী মঙন্নরুদা, Death Better than Red হায়রম্বদু Red better than death ওল্লক্লে। মসিমক নিউক্লিয়ারগী অকিবদগীনি।

ইম্পায়রেলীস কোলোনিয়েলীস অমসুং মীওং মীনৈ কয়াগী মায়োক্তা থেংনবগা লোয়নননা মখোয়না বৈজ্ঞানীক সামাজবাদপু তরামনা ওক্লী। বুর্জোয়ানা মখল কয়াগী প্রোপেগান্দা তৌরবসু ওসিদি এসিয়া, আফ্রীকা অমসুং লেটিন অমেরিকাগী লৈপাকশিংদগী নহারোল চা কয়া কয়ানা কোমশোমোলগা তাথোক তাশিন তৌনরি। মতেং পাংনবগী অমসুং পৃথিবী শান্তিগী ঈহৌ কয়া পাংথোকমীন্নরি। পান আফ্রিকা য়ুথস মুভমেন্ট, কন্টিনেনটেল ওরগেনাইজেসন ওফ লেটিন আমেরিকান স্টুদেন্স অমদি এসিয়ান য়ুথস ইউনিয়ন্না লৌমিন্নরিবা থৌদাংদগীসু খঙবা ঙমই। অদুগা কোমশোমোলনা হৈশিংলবা স্পিসিয়েলীস কয়াবু আফ্রীকা অমসুং এসিয়ান লৈবাক ৪০দা থাদুনা মখোয়না শেল থুম চাওখংনবা, অনৌবা অব্রাংবা পুন্সী অমা শাগংনবা প্রেজেক্ট কয়াদা তেংবাংখি।

নিওকোলোনিয়েলিজমগী খুংথাংনা শাথিনা অব্রাবা মায়োক্লরিবা আরব অমসুং খা আফ্রিকাগী লৈপাকশিংগী নহারোলশিংগী খুংথাংদা অঙস্না তেংবাং কয়া পীখি। অসুম্না মখোয়গী চাওখংলকপা অসিনা বুর্জোয়া কাংলুপ্তা কিবা হেন্নকই। খুদম ওইনা ওসিদি মার্ক্সিজমবু নৈনদবা কনা য়াওরবগে থাক ব্রাংনা লৈত্রবা স্কোলার কয়ানা মতম চংনা কমিউনিজমবু শেরান্নরা উহন্নবা হোৎনরি। ধর্ম্মদা ফন্দামেন্টেলিস ওইবা কাংলুপ্না 'মার্ক্সীস অমসুং শৈতান' হায়রবনচিংবা পুথোকনবসু লাক্লরি।

মাইংগে কয়াদগী জ্ঞান তানবা অচুম্বা লম্বী অদু পীদুনা শান্তিগীদমক থেংনবদি লেপতে। লৈবাক কয়াদা পাকথোকপা অদুম্মক হেন্নকই। কোমশোমোল নহারোলনা লম কোয়রবগী থৌরাং, শান্তিগী খোঙচং কয়া শীনবা হান্নদগী চাউনা হেনগৎলক্লী।

স্পুটনিক হায়বা অন্টরজাতিক্কী লমকোয়বা সংস্থানসিনা পৃথিবীগী লৈপাক ৭০ দা ওরগেনাইজসেন ৪০০ গা মরী থম্নে। চহি খুদিংগী লম কোয়রকপা চান্মদা ১৫-২০ গী চাংদা অদুম্ব হেনগৎলক্লি। ইউনেসকো অমদি পিছ কাউন্সিলগগী খুৎথাংদসু ছাত্রগী শান্তি মীফম কয়া তত্তনা পৃথিবীগী ওইনা তৌরি। পেসিফিক সমস্যা, ভারত মহাসাগর শান্তিগী লমদম ওইহন্নবগী মতাংদা মীফম কয়াসু থৌরাং তৌখি। ইং ১৯৭৭ তা 'পৃথিবী লৈপাক কয়াগী অগুাংগী ফেষ্টিবেল'অমা মাগী লৈপাক্তা হৌদোকখি। 'মতম খুদিংদা নুমিৎকী মঙাল ফংহনবীয়ু' হায়বা পান্দম থমখি। দেলিগেট ২০০০ তিনখি। মখোয়সু শান্তি লৈনা হিংমীনন্নবা হায়বদুদা অমত্তা ওইবগী স্লোগানশিং লাউথোকখি।

১৯৮৫ দা ফমখিবা ১২শুবা ৱার্ল্ড য়ুথ ষ্টুদেন্স ফেষ্টিবেল-'এন্তি ইম্পরিয়েলিস, পিছ অমসুং শোলিদারিটি' দা য়ুম্ফম ওইদুনা মোস্কোদা তিন্নখিবা পৃথিবী নহারোলশিং অদুনসু পৃথিবীগী শান্তিগীদমক কোমশোমোলগী থৌদাং ময়েক শেংনা তাকখি। ❑

## কোমসোমোলগী শান্তি খোঙচৎ

অনৌবা নহারোলশিংনা ঙসিদি শান্তি, চাওখৎপা, অমসুং তুংগী ৱা হায়বসিদা অচৌবা থন্নবা কয়া প্যাংথোকখি। অফবা পাওতাক কয়ানা রাজনিতিগুাকী ওইবা ঈহৌদা য়াওগদবনি হায়খি। হন্দক্তা, চাউবা হেনগৎলক্লীবা নোংচুপ লমদমগী নহারোলশিংগী রজনীতি অমসুং ইন্দোলোজীগী ঈহৌ অসি যেংবা য়াই। ইউ:এস:এ:গী লৈপাক কয়াদা নিউক্লিয়ারগী শীংনবা কয়া পানখৎলক্লীবা অসিনা নহারোলশিংদুনা শোক্লজবগী তাঞ্জাদু পীখি।

নিউক্লিযার ৱারনা পুম্নমক্তা শাথিনা কিহনবা অমা পোকহনবতা নত্তনা মিপাইনবগী চাংসু হেনগৎহল্লি। অচৌবা বোমশিং থিংবতা নত্তনা লালগী খুৎলাই কয়া শাববুসু থিংদুনা নৌহৌনা এসিয়া, আফ্রিকা, লেটিন আমেরিকাগী নিংখা তমজবা লৈপাক্তা পীরিবা লাল অসিবু থিংনবা থবক চথে। লায়রবা অমদি খুদোংথিবা কয়া কোকহন্নবা শেনফম কয়াবুসু শিজিন্নথোকখিবনা মীয়ামগী পুক্লিং হেন্না ঈহৌনিংবা লৈরিবশিংদা শৌগৎলি।

পৃথিবী মীয়ামগী পুক্লিং তুংইন্না চহি ৭০ চুপ্পসিদা সোভিয়েটনা লান অমসুং শান্তিগী চপ চাবদু করিদা লেপকদগে হায়বা খঙনা খোঙদাদুনা লাকই। বুর্জোয়া সরকারদু হেক মুখৎখিবগা সোভিয়েটনা ইহান হান্না ' Decree on Peace ' পাস তৌদুনা চৎনরকখি। পৃথিবীগী লৈপাক খুদিংদা শান্তি লৈনা হিংমিন্ননবা থমলকখি। ঙসি ফাওবদা

খুৎলাই হুন্নবা, চাহয়েংনবা তেক্লবগী লাউদুনা লাকখি। মসি পুন্নসিদা কোমশোমোল অমসুং মরী থাংনবা পৃথিবীগী নহারোল সংস্থান কয়ানা শৌগৎতুনা লাকখি।

ইং ১৯৮২দা কোমশোমোলনা অচৌবা মিটিং কয়া তৌবা, পোসকার্ড পোষ্টর লানগী মায়োক্তা লৈবগীদমক নম্না, মহে শওদা অমদি ওফিস কয়াদা শুবোটনিক (লেমনা থবক তৌবা) মশিংনাইদনা তৌরকখি। কোমশোমোল লিশিং কয়া কয়ানা ইউ:এস: জেনেরেল এসেমব্লিদা শান্তিগী পাউজেল কয়া থাখি। অসুম্না "শান্তিগী খোঙচৎসু' শীনবা হৌরকই। শান্না খোৎনবদসু, 'স্পোর্টস হায়বসে শান্তি অমসুং মরুপ মপাং ওইবনি', হায়বা থৌরম কয়া পাংথোকখ্রে। করি অমুক হয়রগনি, কিলোমিটর ২০,০০০ শাংবা "শান্তিগী খোঙচং' পাংথোকখি। নুমিৎ ৫৫ নি চঙবা খোঙচং অদু পাংথোকপদা শান্তিগী মিটিংদা মী মীলিয়ন ২.৫ শরুক য়াখি। খোঙচং অদুদা বাইলোরুসিয়াদগী শ্রীলারিশা গ্রিটশেকোনা হায়খি 'ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা য়ুম খুঙ্গংদা লেল্লকপা পুলি............. ঐ কৈদৌঙৈদসু নৌহৌনা লানগী খুদোংথিবদু থেংনবা পামদ্রে।' মতাং অসিদা 'শান্তিগী উমং' দা শেনফম হায়নিংঙাই লৈতনা দান তৌনরি। মীয়ামগী থবক শূবা ভোলুন্টীয়ার ওইবা থৌদাংশিংদুদা লৈপাক্কী কান্নবা পৃথিবীগী কান্নবা কয়া পাক শন্না তৌনে। কোয়লা থাংদোকপগী থবক্তা উরালদগী কজাক ফাওবদা তেনগ্রবা মতম অসিদা লোইশিনখি মদুদগী কারকপা শেনফম অদু ফন্দ অসিদা হাপখি।

ছাত্রগী 'কন্সত্রক্সন টিম' চা কয়ানা 'শান্তিগী খোঙচংকী লমজিংবদা', শেল রুবল মিলিয়ন কয়া তাল্লি। শ্রীলিওনিদ শিজিকোপ কোমশোমোল কন্সত্রক্সন টিমদা থবক শূবগী মনাদু ১৯শুবা কোমশোমোল কঙ্গ্রেসনা খুৎশিন্নখি। মাগী শেনফমদু 'শান্তিগী ফন্দা' দান তৌখি। মাদ নত্তনা মেম্বর চা কয়ানসু অসুম্না দান তৌনরকখি।

'শান্তিগী খোঙচংশিংগী' থবকশিংদা য়ং পাইওনিয়র্সসু শরুক য়াই। মখোয়না 'শান্তি কায়হনবা য়াররোই' হায়দুনা শ্লোগান লাউই অমসুং মরী লৈনবা literary culture গী ওইবা থবক কয়াসু পাংথোকই। ইন্টরনেসনেল ফ্রেন্ডশীপ ক্লব মমিং পনবা য়াই।

অদুগা সোভিয়েট নহারোলশিংনা পৃথিবী অতৈ লমগী নহারোল শমনদুনা মখোয়না পাংথোক্লকপা 'শান্তিগী দেমোন্সট্রেসন' খুদম ওইনা ইউরোপ্তা পাংথোকখিবদা চাউরবা তেংবাং তৌখি। লোয়ননা অতৈ লৈবাক্কীদসু অদু মঙাই মসিমক মানা থমজরিবা মরী হায়বদি সংস্থান ১,৩৫০ (লৈপাক ১৪০দগী) অদু মরী লৈননা পাঙথোকখি। অসিগুম্বা থৌরম পুন্নমক্সী 'শান্তি খোঙচং' অদুদগী শাংথরক্তুনা ওসিদি পৃথিবীদা শিনগ্রবনি। নহা কয়ানা অতোপ্পা লৈপাক্কী শান্তিগা মরী লৈনবা চিঠি অমদি

চেরোল কয়া মথীং থীগদনা থারক্লিবশিনসু তাক্লি। অদুগীসু মখক্তা থাইবগী তেংজবা হায়বদু পৃথিবীদা মত অমক্তা ওইনা শান্তিগীদমক থেংননবা অচৌবা পাঙ্গল লৈরে হায়বদুসুনি। ❑

## "১৯৮৫ গী কালেন্দা তৌবা য়ুথ ফেষ্টিবেল"

নহারোলবু চাওখৎনবা, নহারোলনা জাতি খুদিংগী য়ুম্বী অশেংবা অমমম ওইহনবদা অকনবা ঈহৌ পীদুনা য়াইফহন্নবা থৌবাং তৌবা, পৃথিবীগী ওল্লক্লিবা হিরম কয়ামুক্তা ফত্তনা চঙ্খ্রবা কেপীটেলিস লৈপাক্কী অনৌবা ফত্তবা লমচৎ শাজৎলোমদগী নাথেদুনা পুরক্রবা, নহারোলবু পৃথিবীগী ওইবা অচৌবা চাথোক হেনগৎহন্নবগী, থবক ফংদবদগী লৈরকপা অনৌবা ফত্রবা ফেনোমেনন কয়া, মদুগী বাংমদা লৈনবা অমদি মীয়ামগী য়াইফবা খুদিংমক্কী য়েক্লবা ওইরিবা 'লান' মসিগী ময়োক্তা থেংনদুনা পৃথিবীদা শান্তিগী লমদম ওইহন্নবা সোভিয়েটকী সরকার, পার্টি, মীয়ামগী ওইবা সংস্থান খুদিংমক্না হোৎনরিবা থৌরাং কয়াসে ঐনা লৈরুবা মতমদা থোকপা "অন্টরজাতিগী ছাত্র নহারোলগী ফেষ্টিবেলগী" থৌদোক অদুনা ময়েক শেংনা তাকখি। 'আলটাই রিজন্দা' কোয়রবদা মতমদুগী কোমশোমোল কমিটিগী থৌরাং কয়া উরবদা মখোয়না সহর খুঙ্গং খাক্তনা নহারোলগী ফেষ্টিবেলগীদমক ওহোক্লা পাক শন্না তৌরি হায়বদু খঙখি। মতমদুগী সাইবেরিয়াগী 'বর্নোন টাউন্দা' ঐখোয়বু ওকপগী মিটিং অমা পাংথোক্নুনা ফেষ্টিবেলগী খুদোল তৌখিবা পোৎ-চৈশিং, বেজশিং, অমসুং শেল থুমগী ওইবা খাইগৎলিবদুগী থৌরাং কয়া তৌরকপদা ইন্টরনেসনেলিজমগী থৌদাং অমা পাংথোক্লবা কোমশোমোল মেম্বর কয়ানা থবক শূফম কয়াদা চংখি। মখোয় মশা মশানা কখোক্নুনা অচৌবা থৌদাং কয়াদা শরুক য়াখি। মশা মশানসু শরুক য়ানবা কলচরেল ক্লপশিং কয়া খনগৎনুনা থকখি। টাউন অদুমক্তদসু চপ মান্নবা (পেরেলেল) মতমদা ছাত্র নহারোলগী ফেষ্টিবেল পাংথোক্লবা থৌরাং তৌরিবদু ঐখোয়দা পাউদমলকই। ঐখোযগা লোয়ননা জগোয় ঈশে কয়া পুন্না পাংথোকমিন্নখি। ঐখোয়বু পরেং শানা ফমদুনা যেংহনখি। মখোয়না শারিবা ফেষ্টিবেলদা উৎনবা জগোয় মরক অদুদা লৈপাক কয়াগী জাতি বেৎনবশিং য়াওনা শাগদবা জগোয়নি হায়দুনা লাওথোকপগা লোয়ননা জগোয় শারিবা কোমশোমোল পাথং লৈশাবীশিং অদুনা ঐখোয় অমমমবু খুৎ শমদুনা জগোয় শানবা চীংশিনখি। ঐখোয়সু চংশিনখি। থাবল চোংবগুম শাংনা খুৎ শম্নদুনা কোইনা মিউজিক্কী তাল্লা অমদা শামিন্নখি। কোমশোমোল হোল অমসুং কোমশোমোল স্কোয়ারদা কোয়দুনা চংনা চংনা শাখি। অরোইবদা 'ফেষ্টিবেল দ্রুজবা হুরলে' হায়না হন্না হন্না লাউদুনা লোইশিনখি।

কোরেন ডেলীগেটশিং উজবেকিস্তানগী কোমশোমোল নুচিংবা মীহৎশিংগা উনদুনা ফেস্টিবেলগী মরমদা ৱারী ৱাত্তাই কয়া শামিন্নখি । ইহান হান্নবদা মখোয়না ফজরবা খুদোনপোৎ কয়া শারিবশিংদু উৎলি । অমনা ফজরবা কারপেৎ, মদুদা লোন্নীবশিং অদু চপ চাবা মাগী মচুশিং অমসুং ময়েকশিং কাইহন্দবা ফেস্টিবেলগী সিম্বোলনি । অমনা চাউরবা ফুল প্লাসনি । সেন্টীমিটর ৭০ মুক ৱাংবা লৈপাক্লা শাবা লিক্লিনা কুরাংবান ওইবা, লৈরোং কয়ানা লৈতেংবা, শাৎলিবা লৈশিংদু ফেস্টিবেল সিম্বোল মালহল্লী । লোয়ননা ফেস্টিবেলগী মচুশিং চুমথাংগুমনা উৎলি। রুমাল, উদা হুকপা, লাইকদিবীগুম্বা কয়া কোমশোমোল মেম্বরশিংনা হৈজবা মওংদা শারিবা অমদি মখল কয়াগী বেজশিং উৎলি ।

ঐখোয়না 'মীওই কয়ামুক ফেস্টিবেলদা য়াওগদৌরিবগে' হংখি । পাওখুম ওইনা, 'য়ামলবদা মীওই ১২গী ডেলীগেট, অদুগা ৫০গী কলচরেল কাংলুপ অমা য়াওগনি' হায়খি । অদুগা মখা তারকখি, "ঐখোয় খুদিংমক য়াওরিবনি, চপ মান্নবা ফেস্টিবেল সিদসু পাংখোক্কনি । ঐখোয়না পান্নদি ইম্পরিয়েলিসকী মায়োক্তা লেপ্লা, শান্তি অমসুং তেংবাংনবা হায়বসি পৃথিবীগী নহারোল মীহৎশিংনা মুন্না খন্নবদুখক্তনি। ঐখোয়গী ঈহৎ শিন্দুনা মখোয় ১২ য়াওরি । ঐখোয়গী দায়ত্ব মখোয়না পুরবনি ।" মখোয়দা মগুম ওইবা ওরগেনাইজেসন অমগী নিয়ম নীতিদু ঙাক্লে । লোয়ননা অন্টরজাতিগী থৌদাং অমা ওইনা চাউরবা ডেলিগেসন লিশিং কয়া কয়াদুবু ওক্লবা থৌরাংদা মথৌ চিল্লি ।

ঐখোয়না মোস্কোদা লাকপদা ফেস্টিবেল হৌগদবা নুমিৎ ২০নিখক্তং ঙাইশিল্লক্লে । লম্বী থোং, য়ুম-কৈ পুম্নমক হায়রনিঙাই লৈতনা নিংথিখ্রে । করি অমুক হায়রগনি রংবু অমুক থাবা কুইথ্রিঁঙেদা অমুক হন্না থাজিনবদগী পোমথোক্লকপা ফাওবা য়াওরবনি । কোলাসনচিংবসু থানা থামন্দুনা মওং ফাওবা তারক্লে । ফ্রেন্দীপ ইউনিভরসিতীদা ফেস্টিবেলদা লাকপশিংগী ভিজিটিং সেন্টর ওইরুবনা অনৌবা হোল অমদি বিলদিং কয়া নৌহৌনা শাবা লোইখি ।

অদুগা লম্বী, লমহাংশিংদা পোস্টর সিম্বোল পাক্লা পাক্লা থেৎলি, প্রি ফেস্টিবেল মুভমেন্ট হায়দুনা মাংজৌননা পাংথোকপা লৈপাক অদুগী মফম কয়াদা সহর খঙ্গং খাক্তনা ফংসন (থৌরম) কয়া পাংথোকখি।

লৈপাক অদুগী মফম কয়া শীন্না চৎলিবা খবর কাগজ কয়াদা, মফম মফমগী ওইনা ফোঙবা খবর কয়াদা অমদি মখল কয়াগী চেফোঙ, লাইব্রিক লাইশু কয়াদা

লৈপাকসিগী লৈজবা লোল খুদিংদা রিপাব্লিক, রিজন অমদি লোকেলগী ওইবা খুদিংদা হন্দোক হন্দোকুনা কোওলিবনি । লোয়ননা পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাকশিংদসু পুন্নমক অসি হন্দোকুনা কোওই । ঐখোয়না মখোয়গী থবায় য়াওবগী মতাংদদি য়াম্না শিংথাবা য়াই । মতম অমদা অনিশুবা পৃথিবী লাণ্ড্রাওদা মীওইবগী দরকার হেক্তা লৈবা কাওবা থাদোকুনা মীয়াম পুন্না শাগৎখিবা সোভিয়েট সামাজবাদ মমা লৈপাক কনদবা য়াদে হায়দুনা পুন্নমকী শক্তি পুন্না লানগী থৌরাংদা চংখিবদুগুম্বনি ।

অন্টরজাতিগী থবক্তা প্রিপরেটরী মিটিং কয়া ফম্নবা পৃথিবীগী নহারোলগী সংস্থান কয়া কৌদুনা মাংজৌননা গাইড লাইন লৌবা অমদি খন্নগদবা কয়াগী মতাংদা কোমশোমোল কাংলুপ্পা চাউখ্রবা থৌদাং লৌখি ।

থা কয়ামুক ব্রাংলিঙেদগী ফেষ্টিবেলসিগীদমক টেলিভীজন্দা হাপ্তাগী ওইবা থৌরম কয়া থমই । লৈপাক্কী মফম কয়াদা চংথরিবা খুদীংমক উৎলি । ফেষ্টিভেল কমিটিগী চেয়ারমেন ওইরিবা শ্রীভিক্তর মিসন্না সোভিয়েট মীয়াম অমদি পৃথিবীগী অতোপ্পা লৈবাক্কী মীয়ামদা পাউজেল কয়া থাদুনা মাইপাকপা মপুং ফাবা ফেষ্টিবেল ওইহন্নবা বাকম কয়া শন্দোকখি । অদুবু ফেষ্টিবেলগী ইতিহাসতা লৈপাক কয়াদা পাংথোকখিবগী দোকুমেন্টশিং অদুদা য়েখাইবা পীখিবা পুথোক্লকপা বাখল্লোনবু য়াদবা উৎ উৎতুনা ওসিগী ফেষ্টিবেল অসিবু পাংথোক্লবা হোৎনরকপদা 'এন্টি ইম্পরিয়েলিস' স্লোগানবু য়াদ্রদুনা ইউ:এস: সরকারবু শৌগৎপা কাংলুপ্পা অতে মফমশিংদা মতম অমত্তদা ফেষ্টিভেল তৌনবা থৌরাং তৌরুবা কয়াগী মরমশিংদু উৎলি ।❑

## কোমশোমোলনা নহারোলগী ফেষ্টিভেলদা করম্না ওকখিবগে

ফেষ্টিবেল হৌরমদাইদা কোমশোমোলনা ইং ১৯৫৭ কী ৬শুবা ফেষ্টিভেলদুবু নৌহৌননা নিংশিংলদুনা মতমদুগী লৈপাক ১৩১ দগী লাকখিবা মীহুৎশিংনা য়ানখিবা, "পৃথিবীবু লান লৈতবা গ্রহ অমা ওইনবা, মরুপ মপাং ওইবা, তেংবাংনবা, হেন্না চাওখৎনবা অমসুং ইম্পরিয়েলিজমবু য়াদবদা শৌগৎমীন্নবা" হায়বা বাকম অদু মীয়ামদা পাহল্লি অমসুং নুমিৎ খুদিংগী খওহল্লি । ১১শুবা কোমশোমোলগী ১৯৮২ কংগ্রেসনা ফেষ্টিবেলশিবু মোস্কোদা হোস ওইনা পাংথোক্লবা য়ানখি । ইং ১৯৮৩ কী এন্টি বার মিটিংদা অহানবা কোমশোমোলগী সেক্রেটরি শ্রীভিক্তোর মাইসকীন্না ১২শুবা ছাত্র নহারোলশিংগী ফেষ্টিবেল পাংথোকপদা কোমশোমোলনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌজরবনি অমসুং মসিনা হেন্না চাওখৎপা অমা শোয়দনা পৃথিবীদা পুরকনি হায়না কোংদোকখি ।

ইউ:এস:এ: ডনা লুচিংবা নাটোমা ওসিগী পৃথিবীদা নিউক্লিয়ার লানগী অকিবা কয়ানা মীওইবা সমাজবু মাওহন্নবা শীংনরক্কবা অমসুং লাকপা অন্নদনা থ্রীগরবাচোপ সি:পি:এস:ইউ: গী সেক্রেটরিনা 'মসিগুম্বা খুদোংথিবসে মীওইবা জাতিসিনা অমুক্তা থেংনখিগ্রি' হায়না নিউক্লীয়ার লানগী মায়োক্তা থৌরাং কয়া লৌরকপদা কোমশোমোলসু তুমীন্না লৈথোক্লে হায়খি। মীয়ামগী য়ানিংদবা ইহৌগী ইরাংনা পৃথিবী শীন্নবা কাওবদা ইউ:এস:এ: না হেন্নদুম পৃথিবীদা লানগী সমস্যা লোইহনবা লৈতে, নৌহৌননা মথং মথং অদুমক শাগৎপা ওাক্তনি। অদুবু হনবা লৈতনা ওসিদি শৃরি নোঙ্লিবা মীয়াম, নহারোল অমদি ধর্ম্ম, জাৎ-বীজাৎ খাইদনা শান্তিগী লরাইদা চংশিল্লক্লিবনি। কোমশোমোলসু মদুগীদমক, পৃথিবী শান্তিগী শরুক অমা ওইনা ফমগদৌরিবা ফেষ্টিবেলদুবু তয়াং অশোয়না লৌদে অমসুং মমাংদা পাংথোকখিবা পুম্বদসু খ্বাইদগী থৌদাং চাউনা পুখীবদি কোমশোমোলনি হায়না লাউথোরকখি। অদুনা পাংথোক্কদৌরিবা ফেষ্টিবেলদু জরমনগী নাজিজম অমদি জপানগী মিলিটরিজমবু মায়থিবা পীথিবা ৪০শুবা কুমওনগা পুনা তাবনা অমুকসু হয়াও তয়াম্নখি। ইং ১৯৩৫-৪৯ কাওবগী পৃথিবীগী অনিশুবা লান্জাও অদুদা মী মিলিয়ন ৫০গী মপুন্সি কখোকখি। মসিনসু অমুক্কা হেন্না horrors of war কাউবা লৈখিদে।

১২ শুবা ফেষ্টিবেলসিগী IPC (ইন্টরনেসনেল প্রিপরেটৌরি কমিটি) মীটিংনা লানগী মায়োক্তা অমদি মীয়াম মিলিয়ন কয়ানা মদুগীদমক চংলক্লিববু থাগৎলদুনা থেংনবদুদা শরুক য়ানবা ৱারেপ লৌখি। প্রাক সহরদা ১৯৪৭ তা ফমখিবা ফেষ্টিভেলবু নিংশিংলদুনা নৌহৌননা লীংজেল মান্নবদু পৃথিবীদা উৎনবা অমসুং অনৌবা অওং অনৈ কয়া ফেসিসকী নিয়ম মখাদা চংলক্লিবদু খন্নখি।

চহি অসে (১৯৮৫) নহারোলগী চহি হায়না লাউথোরকপগা লোয়ননা পৃথিবীদা লৈরিবা নহা খুদিংমক চপ মান্নবা চাকথুং ফংজদুনা নুংঙাইবা পুন্সি ফংহন্নগদবনি হায়না ইউ:এন:ও:দা তকসীনখ্রবনি। ৱাফমশিং অসিবু সোভিয়েট নহারোলশিংনা মশা মশাগী থৌদাং ওইনা লৌরদুনা ফেষ্টিবেলসিবু ওকখি। অদুগা ফেষ্টিভেল অসিনা শান্তিগী অকনবা লরাই থেংনবগা লোয়ননা মশা মশানা গনতন্ত্রগী হক ফংজবা, থবক শূবগী হক, মহৈ তম্বদা পুন্নমক্কী হক ফংবা, পোশাবগী, ময়ুম মকৈগী অমসুং লায়েংবগী খুদোংচাবা হকশিং ফংহন্নবগী, মদুগীদমক্তসু লেপখি। তশেংনমক হায়রবদা মসিগী ৱাফম অসি পলেপফম অমা হায়বদুনি। পলেপফমশিদগী জাৎ থেৎনবগী, ধর্ম্ম মান্নদবগী, রাজনীতি তোঙান্নবগী, কুচু মান্নদবগী তোঙানবা মাইকৈশিংদগী লাকপদু অমতা ওইনা পুলপ কোংদোকমীন্নদৌরিবনি হায়খি। ফেব্রুবারি ৯ দগী ১১, ১৯৮৪

কাওবদা কমখিবা আই:পি:সি: নচিংবদা ডেলীগেট ১৮৬ লৈপাক ১২ দগী তিনখি। মদুদা চপ চাবা ফেষ্টিবেলগী পান্দম 'সাম্রাইজ্যবাদিগী মায়োক্তা শৌগৎনবা, শান্তিগীদমক অমসুং মরুপ মপাং ওইবা' হায়বদু য়ানখি। ২শুবা আই:পি:সি: মিটিং এপ্রিল ১৭ ডগী ১৯, ১৯৮৫ দা কমখিবদা কমিটি মশাগী মীহুৎ ২১৫ লৈপাক ১১৩ দগী পুনখিবদুদা ফেষ্টিবেল কন্দ অমসুং প্রোগ্রামথক্তা নত্তনা চপ চাবা পুংফম য়ানখি।

ফেষ্টিবেলগী মাংওইননা চহিদুগী নবেম্বরদা কমখিবা মিটিংগা ঈরোইননা 'ওকপগী থবক কয়া তৌনবা কমিটি শেমখি অমসুং ওক্তোবর থাদা, 'থবক শৃজবা ফংজবগী মীওইবগী পুন্সি চপ চানা হিংজবা ফংবগী হক' হায়বসিদা মিটিং অমসু কমখি।

ফেষ্টিবেলসবু চপ চানা পাংথোকপগী দায়ত্বগী অয়াম্বা শরুক্তি শূরি নোম্লিবা কাংলুপ অমা মাগী পার্টি কমিউনিষ্ট কংবুনা শুইরমই। অদু ওইদুনসু সোসিয়েল দেমোক্রেট কাংবুনসু অকুপ্পা দায়ত্ব লৌদুনা ফেষ্টিবেলসিবু ফজহন্নবা য়ানখি। বার্ল্ড ফেদরেসন ওফ দেমোক্রেটিক য়ুথস অমসুং ইন্টরনেসনেল ইউনিয়ন ওফ ষ্টুদেন্টস অমসুং লৈপাক খুদিংমক্কী নকুনা তীন্নরিবা কমিউনিষ্ট নহারোলশিংগী সংস্থানশিংগনা চপ চাবা ঈহৌ অমা ইতিহাসকী ওইনা থনম্নবা চংশিনবা হায়বসি কোমশোমোলনা মীয়ামদা তাকই। মান্নদবা খেৎনবা কয়াদুবু পান্দম অমগীদমক চাওখৎনবা কোমশোমোল অমসুং মাগী মীয়ামনা জগোয় ঈশৈ নুংঙাইরবা কাউওমলরোইদবা থৌরম কয়াগা লোয়ননা ওক্লবগীদমক ঙাইদুনা লৈখি। 'মীওইবগী পুন্সিবু পৃথিবীদা কুইনা লৈতাদুনা লৈহনসি' হায়বা শ্লোগানশিংনা নহাশিংবু ওক্কদৌরিবশিংগী অমত্তা ওইবা খোল্লাউ ওইখি।❑

## চৎনরকপা ফেষ্টিবেল কানুনশিং কায়দবা ইতিহাস অমা

২শুবা পৃথিবী লান্নাওগী ইরাং লৈরিঙৈদা নাজিজমগী মায়োক্তা অমত্তা ওইবা শক্তি শাগৎননবা অমসুং তেংবাংননবা অনৌবা নহারোলগী মীফম অমা পাংথোক্লবা বাখল পোক্লকখি। দব্লিউ:এফ:দি:বাই: অমসুং আই:ইউ:এস: অনিসু ১৯৪৫ ওক্তোবর নবেম্বরদা লন্দন সহর অমদি প্রাগ সহরদা মথংশিংনা কমখিবা কনফরেন্সতগী পোক্লকখি। প্রাগ সহরদা ইং ১৯৪৬ তা লৈবাক ৭১ দগী মীহুৎ ১৭০০০ না সরুক য়াদুনা 'শান্তি অমসুং পৃথিবীদা নুঙাই য়াইফনা হিংবা' হায়বসিনা পান্দম ওইদুনা অহানবা ফেষ্টিবেলসিদগী হৌদোরকলে। মালেমগী নহারোল খুদিংমত্তা ফেষ্টিবেল অদুনা লাউথোকখি। " ঐখোয় শান্তিবু পামজবা অমসুং নুংশিজবা নহারোল ঙাক্তনি। ঐখোয়

খুদিংনা জাতি খুদীং পুনশিন্নবদা য়াদবশিংগী মায়োক্তা লাউমিন্নগনি । পৃথিবীগী মফম থেংনবা লৈত্তনা ঐখোয় অমতনি, করম্বা কুচ্চুবু ওইরবসু, ঐখোয় খুদিংমক্তা কনানা থবক শূনিংঙাই ফংদ্রিবা, ইউনিভরসিটি স্কুলশিংগী থোঙ্গাল পুন্নমক্কি ওইনা হাংদোকত্রীবা ফাওবা, নহা খুদিংমক্কী হৌজিক হৌজিক্কী তঙাইফদবশিং পিদ্রীবা ফাওবা হনবা নাইদনা হোংনবগা লোয়নননা থেংনমিন্নগনি" হায়না ৱাশকমিন্নখি । মথক্কী ৱাফমশিংসি ফেষ্টিবেলগী তেনশিন্নবা ৱাফোংনি । সোভিয়েট কোমশোমোলনা চপ চাবা থব্বায় য়াওবা দায়ত্বদু লৌখি । অদুগা ফেষ্টিভেল হায়নসু কৌবা য়াখি ।

নৈনবা মতমদা লান মমাংদা কনানা করম্বা মফমদা থব্বায় লুপ্পা থবক পাংথোকখিবা হায়বদু পল্লকপগা লোয়নননা জেকোসলোভাকিয়াগী 'লিদিশি' খুঙ্গংদু নাজীনা তুমনা হাংপা মীহাৎ অদুগীদমক পুন্নমক্লা হাংখ্রবশিংদা তর্পন কংখি । সোভিয়েট নহারোলশিংনা 'লান মতমদা অমসুং শান্তিগী তাঞ্জাদা' হায়বা মেলা অমা কোমশোমোলনা উংখি । লোয়নননা পৃথিবীগী নহারোলশিংনা শান্তিবু হিংহন্নবগীদমক থেংননবা পুনবা হায়বা ৱারোইশিন পুথোক্লদুনা- "শান্তি অমসুং চহি কয়াগীদমক চাওখংপা" হায়বসিনা নহারোলগী থোইদোক্লবা মনা অমা ওইনা উংখি ।

কনাগুম্বা কাংবু খরনা নহারোলগী শক্তি হায়বদু ওইথোক্লোই হায়রম্বদু পৃথিবীদা অচৌবা অদুগুম্বা রেল্লি অমা শিনবা হায়বসে মঙগুম্বনি হায়রম্বদু ওইথোকলরে, মথল কয়াগী থৌরম মথং মথং ফেষ্টিবেলদতা নত্তনা পাংথোকখ্রে ।

ইং ১৯৪৯ গী আগষ্ট হঙ্গেরিগী কোনুং বুদাপেসতা '২শুবা নহারোল ফেষ্টিবেল' ফমখি । লৈপাক ৮২ দগী মীহুৎ ২০,০০০ গী ডেলিগেটশিং পুন্দুনা 'নহারোল পুল্লসি; চঙলশি শান্তি, গনতন্ত্র, মরৈপাক মীয়ামগী মনীংতমজবা, অমসুং তুংগী য়াইফবা ৱানা লৈহৌদনবগীদমক' হায়বসি চপ মান্ননা ফেষ্টিবেলদুনা মাই পাক্লা খন্নখি । সোভিয়েটকী ডেলিগেট ৬৩০ না ফেষ্টিবেলদুদা চাউরবা দায়ত্ব লৌখি ।

'৩শুবা পৃথিবীগী ফেষ্টিবেল' সু বর্লিন সহরদা ১৯৫১ দা ডেলীগেট ২৬,০০০, লৈপাক ১০৪ গী মীহুৎশিং পুন্দুনা পৃথিবী নহারোল ঈহৌ থোঙজং হেন্না পাঙথোকলকপা উদুনা 'অনৌবা লান অমা থোকহন্নবা কিহল্লকপগী মায়োক্তা নহারোল পুল্লসি অমসুং শান্তিবু হেন্না মরা চেংশিলহল্লসি' হায়বা থোল্লাউদুদা মাইপাক্লা পাংথোকখি । নিওনাজিজম শন্দোক্লকপগী মতাংদা সোভিয়েট ডেলীগেটশিংনা মপুং ওইনা থাজ্ঙংখি ।

'৪ শুবা ফেষ্টিবেল' সু অদুমণ্ডাই রোমানিয়াগী বুচারেস সহরদা ইং ১৯৫৩ দা 'ঐখোয়না শিবা অমসুং মাংহন তাকহনববু পামদে' হায়বা স্লোগানবু মাঙদা থমদুনা লৈপাক ১১ দগী ডেলীগেট ৩০,০০০ না শরুক য়াদুনা কমখি। কোরিয়াগী লাল লোয়রকপবু তরাম্না ওকখি।

'৫ শুবা ফেষ্টিবেল' ইং ১৯৫৪ গী জুলাই -আগষ্ট পোলেণ্ডগী ৱার্সোদা 'শান্তি অমসুং মরুপ মপাং ওইবগীদমক' হায়বসিদা লৈপাক ১১৪ দগী ডেলিগেট ৩১,০০০ না শরুক য়াদুনা পাংথোকখি। কুংলবা থৌরম পরেং মরু ওইনা রাজনীতি, কলচর অমসুং শান্নখোংনবগী হিরম ৪০০ পাংথোকখি।

ইং ১৯৫৭ তা '৬শুবা ফেষ্টিভেল' মোস্কোদা হান্নদগী ঐতিহাতিক ওইনা পাংথোকখি। লৈপাক ১৩১ দগী ডেলিগেট ৩৪,০০০, নহারোল সংস্থান ১,০০০ দগী রিপ্রজেন্ট তৌরকখি। মদুগী মনুংদা পৃথিবীগী সংস্থান ২২ না শীনবদা শৌগংখি। ইউরোপ, এসিয়া, আফ্রিকা, লেটিন আমেরিকা, আরব অমসুং বেলতিক লৈপাক্কী তোঙান তোঙানবা (রিজনেল) মিতিং কমখি। লৈপাক কয়াদগী পার্লিয়ামেন্ট মেম্বর ১৫০ না শরুক য়াবশিনা মশাগী লৈপাকশিংদা রাজনীতিক অন্দলন চঙবদা মচিন তুম্না হেন্নগংহনবসু উংখি।

অদুগা লোইলমগী নহারোল, শূ-নোম্বগী নুমিৎ, লবাইলমগী নহারোল অমদি লৈশাবীশিংগী নুমিৎ হায়দুনা ইকাইখুম্নবা উৎপগী মৈ বোলকায়ার থৌরম, অতোপ্পা ঈশৈ নোংমাই থৌরম ৭০০ আর্টিসটিক কনতেসকী থৌরম ২১, লৈপাক ৪৭ কী শান্নরোই ৩৬০০ গী এথলেটিক ইভেন্টশিংনা নুংঙাইরবা অথোইবা ফেষ্টিবেল ওইহনখি।

'৭শুবা ফেষ্টিবেল' দি শেপ্পাও পায়বা কেপিটেলিস লৈপাক ঔষ্ট্রিয়াগী ভিয়েনাদা মাইপাক্লা কমখি। ইং ১৯৫৯ গী জুলাই আগষ্ট থাদনি। লৈপাক ১১২ দগী নহারোল ১৮,০০০ না শরুক য়াখি।

সহরদুমক্তদশু অতোপ্পা সংস্থান কয়ানা ইদোলোজি খেৎনবদু ফোংদোকললকখি অদুবু নৌনা নিংতমজবা লৈপাকশিংগী চাওখৎ খোঙথাং শোকপা নৈনবদা নাটো লৈপাকশিংনা খুৎলাই শানদবা নিউক্লিয়ার লানগী মায়োক্তা হায়বসিদা খোইশাওনখি। অদুবু লাক্লিবা ডেলীগেটশিংনদি লিংজেল মান্নবা ফুজীল্লকপদগী ৱারেপ অদু মায় পাকখি।

'৮শুবা' সু অদু মণ্ডাই লৈপাক 'হেলশিঙ্কী' দা ইং ১৯৬২ গী কালেন্দা ডেলীগেট ১৮,০০০ না লৈপাক ১৩৭ তগী মীহুৎশিংনা মাই পাক্লদি কময়বসু চপ চাবা ফেষ্টিবেল চংনবীদুদী খরদং থৈদোকখি।

'৯শুবা' দি বুলগারিয়া, সামাজবাদি লৈপাক্কী কোনুং 'শোফিয়া' দা ডেলিগেট ২০,০০০ না লৈপাক ১৩৮ পুন্দুদা ইং ১৯৬৮ দা কালেন থাদা ফমখি। তশেংনমক হায়রবদা ফেষ্টিবেলদুদা হান্নগী চংনবীদা ইনহল্লকুনা গন্নতন্ত্রীক শক্তি কাণ্ডলুপ্পু চিংলকখি। ভেয়েটনাম নহারোলশিংদা 'শৌগৎপা' লাউখোকখি। ফেষ্টিবেলদুদা নহা নুপী কোস্মোনোট মরক্তগী অথোইবী কোস্মোনোট ভেলেন্টিনা তেরিসকোভাসু শরুক য়াখি।

'১০ শুবা' সু অনিরকশুবা ওইনা বার্লিন সহরদা ইং ১৯৭০ গী জুলাই আগষ্ট থাদা ডেলিগেট ৩০,০০০ না লৈপাক ১৪০ দগী সরুক য়াদুনা তৌখি। 'এন্টি ইম্পরিয়েলিস শোলিদারিটি, পিছ অমসুং মরুপ মপাং'দা পান্দম ওইদুনা পাংথোকখিবনি। কেথোলিক, প্রোটেষ্টান, দেমোক্রেট, রেদিকেল গোসিফিস অমসুং লিবরেল কাংলুপসু মসিগী ফেষ্টিবেলসিদা সরুক য়াখি। পান্দমদুগী মথক্তা অপার্থাইট অমসুং রেসিজমনা ২০ শুবা শদাব্দীদা খোকহল্লক্লিবশিংসু খন্নখি।

'১১ শুবা' দা, লেটিন আমেরিকান লৈপাক্তা নিং-তমনা ফন্না ফংলে। লৈপাক ১৪৫ দগী সংস্থান ২০০০ গী মীহুৎ ১৮,০০০ ইং ১৯৭৮ দা থৌনা ফবা নিং তম্নবা ইথৎ কিউবাগী হবানাদা মীফম অদু ফমখি অমসুং শাংদোকখি। কমিউনিষ্ট নহারোলশিং অমদি মখল কয়াগী ব্রাখল্লোন লৈবা খেৎনবা সংস্থানশিংবু ওকখি। অদুগা অনৌবা ইউরোপ্তগী কাংলুপ কয়া ইহান হানবা ওইনা য়াওরকখি।

অশেংনমক মিংশেলগুম নহারোলগী ফৌশিনা চপ চাবা মমি অমা তাহৌরদুনা অনৌবা ইতিহাস অমা থক্তোক্লক্লি। ইম্পরিয়েলিজমসু শিথহল্লকপা সোসিয়েলিজম ব্রাখল্লোন্না পাকথোক্লকপা, শূরি নোঙ্লিবা কাংলুপ্পা কয়াদা মায়থোং মকা লান্না হেনগৎলক্লিবা, চপ চাবা পৃথিবীগী অনৌবা শান্নরগদৌরিবা কাংলুপ্তি মখোয়দং ওইরবা অন্তরজাতিগী অনৌবা অওনবা সমাজ অমা পুরকপদা নহারোলগী ফেষ্টিবেলশিং অসিনা চাউরবা লম্বী অমা পীরবনি। শান্তিগী লরাইদা চংবা হায়বশিমক্লা লেংদবা ব্রাখলগী থৌনা পীবতা নত্তনা মরাই হায়গৎলকপা নিও-কোলোনিএলিজম অমদি অতৈ সামাজবাদকী য়েক্লবা কয়াবু নমথরিবনি। মসিনি মথক্কী ১১শুবা সোসিয়েলিস ওরিয়েন্টেট ওইরবা ফেষ্টিবেলশিনা পিখিবা।

পাইলোট কোসমোনোট শ্রীএম: সবেটলেনা, পিছ ফন্দগী চেয়ারমেন, শ্রীএনাটোলী কারপোপ (পৃথিবীগী চেস চেম্পীয়ন), ইদুকেসন মিনিষ্টরশিংসু য়াওদুনা কোমশোমোলগী অহানবা সেক্রেটরি শ্রীভিক্তোর মিশিন্না লুচিংখি।

নিংশিংবা য়াই কোমশোমোলগী 'থবক্তা কথোকপা' থৌরমগী মখাদা ফেস্টিবেলগীদমক অমদি সামাজবাদ ইদুকেসনগী থবকশিং পুন্না পুন্না শূমিন্নবা হন্দক্কী পৃথিবীগী মীকমশিংদগী হৌখি। শোলিদারিটি মিটিং, রাজনিতিক ঈশৈ, পোস্টর অমদি য়েক খোংপদা চাংয়েংনবা কয়া শুবোদনিক (সমাজগী থবক) তৌদুনা, মদুগী শেলয়াম্বু ফেস্টিবেল ফন্দা হাপখি। ইং ১৯৮৮ গী জুন ২৩ দা নহারোল নিপা নুপী ৫৮,০০০,০০০ শরুক য়াখি। নুমিৎ অদুমক লেনিনগী মিংদা কোমশোমোল লিংখৎখিবা, ৬০ শুবা কুমওনগা চান্ননসু শীনখি। মালদাভিয়াগী ছাত্রগী কন্সট্রক্সন টিমনা শেল রুবল ১০০,০০০, মোস্কোগী লুয়ুব্রিনো দিষ্ট্রিক্কী নহারোলশিংনা থবক শূবদগী শেল রুবল ২০,০০০ পাংলকখি। খুদম ১/২ গী বানি। নুমিৎ খুদিংগী ফন্দ লাক্তবা য়াওখিদে। স্কুল অঙাংশিংনা ফাওবা কালেন ছুটি মতমদা শূবা থবক্কী শেনফম কয়া থারকখি। ১৯৮৪ গী এপ্রিলদগী হৌনা 'অন্টরজাতিয় থৌরাংগী ফন্দ' হায়বা অমা হৌদোকখি। ফন্দ অসিনা অচঙবা শেনফমসিদা শিজিন্নে, পৃথিবীগী ডেলিগেটশিংনা লাকপদা খুদোং থিবদা মতেং পী। অসুক য়াম্বা শেনফমশিং অসি মীয়াম পুন্নমক্না পুথোকখিবনি, সোভিয়েট সরকারনা পৈশা ফাওবা পীরকখিবা নৈতে।

ইং ১৯৮৪ গী কালেন্দা ফেস্টিবেল এমব্লেম খনখিবদা রাফিল মশাটোপ লাইয়েকপনা পুথোক্লকপা, 'নৈনা মঙানা পৃথিবীগী মহাদেশশিংবু মহৎশিনবা পৃথিবীগী শক্তম অমনা খুনু অমগী তুংওইননা নৈহনবা' ১২ শুবা মোস্কো ১৯৮৫' থাবা অদুনা মায় পাক্লুনা চৎনরকখি। নৈপাকশিদা ১৯৫৭ তগী এমব্লেমসি উরকপদগী মিলিয়ন কোপী পুথোক্লুনা খুদোলপোৎ ওইনবা, হিরম কয়াদা শিজিন্নদুনা নৈপাকশিন্না থেনদুনা থমখি। ইন্টরপ্রাইজ (ইন্দষ্ট্রি) কয়া কয়ানা এম:পি:সি: দগী পার্মিসন কয়া লৌখি। "কোমশোমোলসক্যা প্রাভদা" খবরদা সিম্বোলদুগী মরমদা আর্টিকল ইবা তান্নখি। অদুগা "ফেস্টিবেল হেরাল্ড" কৌবা চেফোং অমা এস:পি:সি: না পৃথিবীগী মরুওইবা লোল ৬ তা ফোঙখি। ইংলিস, রুশিযা, জরমন, ফ্রেন্স, আরবীক, স্পেনিসনচিংবদনি। চেফোংশিবু মরৈপাক অমদি পৃথিবীনা থাগৎপা ফংখি।

মোস্কো-সিটি ওথোরিটিনসু 'কোমশোমোল এভেনিউ' অমা সহরসি শাগৎপদা য়াওখি। ইতিহাস নিংথিনা উৎপা (মিউজিয়ম) অমদি কূম্মে মিটিংনচিংবগী মফম কয়াদা চপ চানা হাপখি। তশেংনমক থবায় লাংতক্লনা সোভিয়েট প্রজাশিংনা ফেস্টিবেলশিবু কৈদৌঙে ওইরগবা হায়দুনা ওক্লবা শেম শাদুনা লৈখি। কনানসু মান্নদবা খরদৎ খেৎনবা কাংবুবু হহনা ইকায় খুম্নবা উৎখিবগী বা লৈখিদে। মতাং অসিদা হায়নখিবা

অমা নিংশিংবা ঘাই - 'নহা ওইরিবা মোস্কোবাইটশিংনা তরাম্না ওক্লবগী মখোইদা ফাওরিবা ইহল অদুমক শান্তিবু পামজবা মীওই অমদা শোয়দনা ফাওরমগনি ।" মসিনি ঐগী সোভিয়েট খোঙচৎ অসিনা মাগী লৈপাক্কী এক্সপরিয়েন্স ঐগী থম্মোয়দসু রেকোর্ড তৌরকহল্লিবা । অদুগা কোমশোমোলনা কদাইফাওবা করি করি থবক থানা তৌরবগে হায়বদু এক্সপরিয়েন্স খর অসিদা উবিরমলগনি । তশেংনমক রিপাব্লিক ১৫ গী অপুনবা শক্তিদুগী ফংঙমদ্রবা মহাও অসিমক মীয়ামদসু খঙহনবা পামজখি ।



মঙাশুবা তাঙ্কক

# আর্টেক্কী এক্সপরিয়েন্স

## আর্টেক য়ৌবা

*কৈদৌঙৈদসু খনখিদে আর্টেক য়ৌগনি হায়বা । য়ং পাইওনিয়ার্স ওফ ইন্দিয়াগী খুঞ্জিন থৌরাংদগী ঐবুসু এমিপোগী ফাউন্দর ওরগেনাইজর অমা ওইনা শক খংবীরদুনা মফমদু য়ৌহনখি । লাইরিক লাইশু কয়া পাদুনা আর্টেক অমসুং সোভিয়েট* পাইওনিয়ার্সকী মরমদা খংনবা হোৎনরম্বদু ইশামক্কী মিৎমক্লা হকথেংননা উদুনা থিজিনবগী খুদোংচাবদু ফংবদা কয়াদা হরাওজখিবা ।

নুমিত্তু ঐবু ভারতকী অঙাং অহমগী লমজিংবা ওইনা শীন্নদুনা ইন্টরনেসনেল এয়ারপোর্ট ইন্দীরা গান্ধীগী মিংদা মিংথোনগ্রবা মফম অদুদগী মোস্কোগীদমক থাদোকখি। ইন্টরনেসনেল মোস্কো এয়ারপোর্টতা ঙাইহাক ঙাওরুগে তৌই অদুবু ইখং খংহৌদনা আর্টেক্কীদমক ওক্কীবা পাইওনিয়ারশিং উরকই । হেক উবা চৈরক্তুদা পাইওনিয়ারশিং অদুদগী অমা পরপ পরপ মখোয়না হায়লহৌদবা য়াদে হায়বগী মতাগুম চংলক্তুনা ভাবতকী কেম্প য়াওবা লাকপা ওইবীরবরা হায়না ইংলিসতা হংলকখি । মানি হায়রুবা চৈরক্তা অদুদী লাক্লো মসিদা পোখ্রাবিক লাকও হায়দুনা রিসেপসন মফমদুদা পুরমই । লমজীংবগী মিং অমদি অঙাং, নুপী অমসুং নিপা হংলবা তুংদা তেলিফোন্দা পাউ পীখ্রে । লোয়ননা ঐখোয়বু ষ্টাপ কার অমদা পুদুনা ওরলেনোক হোটেল তান্না পুরমই । মফম অদু লেনিন হিল হায়বা মোস্কোগী পাইওনিয়ারশিংগী লৈফম পোলেস কী মনুংদনি । মথোল ৩৬ ৰাংবা অতিয়া পকলবা য়ুমজাও অদু কনাগীসু ওইরমদ্রে, পাইওনিয়ারশিংগী ওইরম্রে । য়ুমদুগী মখাদা বস, কার অমদি অতৈ গাড়ী কয়াগী থাফম ফ্লোর চল্লবা লমপাক অমা লৈবদুদা ঐখোয়বু থারে । খংহৌদনা ঐখোয়গী পাসপোর্টনচিংবা য়েংলদুনা হনখিনবগী ফ্লাইট রিজার্ভ তৌনবা ইবা হৌখ্রে । পাইওনিয়ার অমা লাকলগা মখাথংবা ফ্লোরদা চা থকপগী থৌরাং তৌরিবদুদা থিল্লম্রে । "ইন্দীয়া"

হায়না থাবা টেংকা অমদা ঐখোয়সু থক-চানবা তৌরে । আইটেম মখল ৮.৩ই । মহাওদী ঐখোয়গী খুৎথোংগা মান্নবসু য়াম্না হাউই । অয়াকপা, অশাবা অমদি য়াম্না শিনবা মথেল য়াওদে । ৮ দুগী মনুংদা ৩/৪ দী মিট মখলশিংগী খুৎথোং ওইরম্মী ।

নিংথিনা লেম্বখৈ ওক্লবা চারবা মতুংদা ঐখোয়বু অমুক মোস্কোগী ওইবা ষ্টেটকী এয়ারপোর্ট অদোমদা পুদুনা চৎলে । পাইওনিয়ার গাইদ অমনা ঐখোয়বু লমজীংলদুনা ইন্টরপ্রেটরগা ইন্টর্দিউস তৌরম্লগা হনম্রে । তশেংনমক এয়ারপোর্ট অদু পাইওনিয়ারশিংগী ওইরবোই নিংই । মরমদি য়েংথি য়েংথিবদা উরিবা খুদিংমক পাইওনিয়ার কিজোল শেংপা অঙাংশিং ঙাক্তা ঙাইবদুদনি । ঐখোয় পুম্নমক হায়বদি পৃথিবীগী লৈবাক ১৫/২০ গী অঙাং অমসুং লমজীংবশিং চাওরাক্লা ৫০০ গী মথক্তা চেক অমত্তা তৌদনা চাউরবা এরোফ্লোটকী এয়ারবস অমদা চংমিন্নরে । মনুংদা শক খংনম্রিবা ইউরোপিয়ান, লেটিন আমেরিকান, আফ্রিকান অমদি নোংপোকলোমগী অঙাং কয়া পুমলাং লাংই । চাউগ্রবা মাগুপ অমগুমই । ঐনা খল্লুই মিকুপ অদুদা মসিবু লেমনা হেক্তা ওইরকপা জাংলা হায়না । য়াম্না পেসিমিস্টিক ওইরবা হায়বদুনি। করিগীদমক্তনো সোভিয়েট মচাশিংনা অসুকী মতিক মীগিদমক্তা খরশা অসুক য়াম্না তৌরিবসিবো ? মতাংসিদা নিংশিংদবা ওমদে, পৃথিবীদা খ্বাইদগী লাইরবা লৈপাক বাজলাদেশতা অদুঙে নোংলৈ নুংশিংনা মীয়াম, মুম-কৈ, অমদি মরু মরাং কয়া মাংহল্লে তাবদা সোভিয়েটকী অঙাং চহি ১০দা শুরিবী অমনা কপখিবদো । পুম্নমকসে মতেং পাংনবা , নুংশিনবা, অমদি পৃথিবীগী শক্তিগীদমক ওইরম্লে । এয়ারবস মনুংদুদা মাগী মাগী লম হংনবা লোইরে, এড্রেস লৌনবা লোইরে । ঐনা খনথি, নুংশিনবশিংগী মফমদদী লোল লৈতে থম্মোয়তনি হায়বদো তশেংলে হায়না । মরমদি ইংরেজী ঙাংবা অমসুং খঙবা খরা নত্তনা মান্নদবা ভেটনামিজ, ফ্রেন্স, গ্রিক, ফিলিপীনস, শিংহলি, আফগান, অমদি কোরিয়ানচিংবা লোল ঙাক্তা ওইবদুদগীনি ।

কুইহৌদে শিমফরেপোল এয়ারপোর্টতা তারে । মাগী মাগী গ্রুপনা তোংগদবা বসতা কাগ্রিঙেগী মমাংদা শেল খরা খরা রুবলদা ওহোক্লবা অমদি চা-নুং থক্লবা হায়রকখি । ঐখোয়সু দোলরদগী রুবলদা ওহোকতুনা বেসক্যাইটকুম্বা খরা খরা চারগা অদুম কৌরক্তুনা খোংশানবা হৌরে ।

আর্টেক ফাওবদা কিলোমিটর ৮০ নি । তম্পাকী লমদম খরা চংলবা তুংদা চীংগী লম্বীশিংদা বসশিং অদুনা ঙং ঙংদুনা অয়াংবা স্পীটতা থৌরি । পুংদা কিলোমিটর ৪০ গী মথক অদুব্বাইদা অয়াম্বা থৌই । ইন্টুরিস বসশিং অমদি আর্টেক থাবা বস

ষ্টৌপ ঙাক্তনা সরক্তু পরেং পরেংনি চৎলিবা । লোয়ননা ইলেক্ট্রীক তারাদগী মৈ মৌরগা চেনবা ট্রোলি বসশিং অদু য়াম্মগ্রপোৎনি । ডিমাপুর লম্বীগুম্বনি মখোয়গীদুনা উফুলকা অমতা হৌহৌদবা অমদি থৈনফম মতীক চানা লৈবা উকু, থোং রিপ্যারিং তৌবা লৈতবা অদুগী ৱাতনি । তৌবগীদি প্রকৃতিনা মখোয়গীসু উফুল হৌহন্দনবা, চীং নিংথাইদনবা অমদি উকুনচিংবদু রিপ্যারিং তৌদ্রবসু য়ানবা শেমলম্বা নত্তমাল্লে । ক্রিমিয়ান চীংজাও হায়বসিমক নীংথাইগনবা যুহার হাগনবা লমদমগী মনুং চল্লীবনি । চীংজাও অসি মিটর ১৫৪৫ ৱাংই । বৈজ্ঞানীক কমিউনিজমগী ৱাখল্লোন নীতিদগী অৱাংবা থাক্তা পুথৎলীবা মীওইবগী খুংশেম অদুখক্তনা প্রকৃতিগী য়ৈথাই থিজাইবা কয়াবু নমথদুনা চৎপগী ৱাখক্তা ওইরম্রে ।

থংহৌদনা আর্টেক য়ৌগদবা কিলোমিটর ৩০ মুক্তা ঙাইরক্রবা তঞ্জাদুনা চীংলোনশিংগী মরক্তা লৈচিল নোংফাই মরক্তা উরে "ব্রেকসি" । অমুক চীংদোলশিংনা থনখি অদুবু অমুক চীংদোলশিংনা লাম্বোকখিবদগী ক্রিমিয়াগী সমুদ্র অমুক্তা হেল্লা ময়েক লারকখি । থরগা অমুক থৌজিনগ্রবা মতুংদা উরক্লে গুরজোপ সহর, সমুদ্র মশান্দা অতিয়া থেংলবা দলানশিংগা লোয়ননা লৈরিবদু । ইন্টরপ্রেটরনা হায়রকখি মান্নি গুরজোপনি আর্টেক য়ৌগদবা কুইদ্রে, য়েংলোমথংবদা উরিবা চীংদুম অসিগী হেক থাথংবদা লৈরবনি । চীংদুমশিংসি শওম মচানা ঈশিং থকপদগী চীং ওনখিবনি হায়নে । নুংশিগ্রবা মসিগী ৱারী অসে আর্টেকী ফোক ৱারীশিংদা য়াওই ।

থংহৌদনা বস মনুংদা ফিনলেনগী অঙাং পাইওনিয়ারশিংনা সাইপ্রস মচাশিংগা লোয়ননা মতং মতং ওইবা ইংলিসতা "Artek welcomes us" হায়দুনা খূবাক চপ চপ মান্ননা খূদুনা হন্না হন্না লাউরকই ।

উরে আর্টেক । কয়াদা ফজগ্রবা । মতোন তুমত্রিক তুমত্রিক তৌবা উশিংনা শন্দোক্তনা থন্না হৌরিবা । উপালশিংগী মরক্তা দলান পংৱাং ৱাংদবা কয়া মরক থন্না থন্না লৈম্রে । ষ্টেদিয়ম, লেনিন স্কোয়ার অমদি লৈপাক থেংনবশিংগী ফিরাল চিংথৎলীবা পেরদ গ্রাউন্দ কয়া মথং মথং শন্দোক্লী অমসুং আর্টেক সমুদ্র খোংবান্দা ঈরুফম "সনবাথ" লৈরে । লোয়ননা হিথাংফম মচাশিংদুদা আর্টেক জহাজশিং লৈরিবা উরক্লে । পুম্নমক্তু লৈ লৈদুনা য়েংলিঙেদা থংহৌদনা বস থামলক্লে । আর্টেকী গেট য়ৌরে । সোভিয়েট পাইওনিয়ার পরেং পরেংশিংনা ঐখোয়বু "আর্টেক ৱেল কমস য়ু" হায়না চপ চপ মান্ননা হন্না হন্না লাউরকই । ঐখোয়সু পোৎশিংদু লোইশিন্দুনা খুং হাইর হাইরগা ঐখোয়বু আর্টেক পাইওনিয়ারশিংনা ওকপীবগী হয়াওবদু ফোংদোক্লুরি

* ইং. ১৯৮০ দা ওল মনিপুর য়ং পাওনিয়ার ওর্গেনাইজেসন (এমিপো) লিংখৎখি । মসিগী মরি লৈনবা ওর্গেনাইজেসনশিংদি য়ং পাইওনিয়ার্স ওফ ইন্দিয়া অমসুং সেমিয়ানি । ইউরোপকী "স্রেকসি" গী সমুদ্র খোংবান্দা তাবা ক্রিমিয়াগী মনুংদা আর্টেক লৈ । সোভিয়েট সরকারনা শিনবা "পৃথিবী-শান্তিগীদমক" হায়রবা পান্দমদা অন্তরজাতিগী লৈবাক ১৩০ গী অশাংশিংনা মফম অসিদা চহি খুদিংগী কেম্প পাংখোকই ।

---

## "থৌরমশিংদা পাইওনিয়ারশিং"

করম্না থৌরম লৌখৎলগা ইসিগে খনবদা ঙাইহাক চমর্মনৈ মরমদি আর্টেক কেম্পকী থৌরম পরেং অসুকী মতিক য়ামই । থৌরমশিংদু কাংলুপ মরি খোক্না খাইদোকপা য়াই । অহানবদা নুমিৎ খুদিংগী তৌবা, অনিশুবদা চয়োল অমগী অপুনবগী ওইবা অহুমশুবদা লমকোয়বগী অমসুং শান্নখোংনবা অমদি চাংয়েংনবশিং অসিনি ।

কেম্প ডাইরেক্তরগা কেম্প ওফিসিয়েলশিংগা মিটিং অমা অহানবা ওইনা ফম্মীরবদা ফোরেন দেলিগেট লিদরশিংগী প্রেসাইট তৌনবা ফিনলেনগী মিষ্টর পেটকাবু খনখি । ঐখোয় মশেন শক তাক্লবা লোইরবা তুংদা ডাইরেক্তর রোজানা থৌরমশিং ঐখোয়দা মথং মথং খন্ননবা থমখি । ফোরেন্নর ঐখোয়গী অপান্বগী মতুংইন্না শেমদোক শেমজিন খরা তৌরবা মতুংদা য়ানখি । অয়ুক পুং ৭.৩০ দা হৌগৎপা, শাজেল তৌবা, লমশেংদোকপা, পুং ৮.৩০ দা চরা হানবা, লোয়ননা চাংয়েংশিং পাংখোকপা নক্তগা অতোপ্পা মফম অমদা কোয়খোক্লুনা ষ্টডিজ তৌবা, পুং ১০.৩০দা সমুদ্র খোংবান্দা আর্টেক বিচতা নুংশা য়াইনবা সনবাথকিদমক খোঙশাঘা, নুংথিল পুং ১ হেক তাবদা চাকলেন চাবা, পুং ২ দা পোথাবা পুং ৪দা ত্রেনিংশিং অমসুং টিফিন, পুং ৬ তাবদা মৈ মুৎপা, তুপ্না অসিনচিংবসি নুমিৎ খুদিংগী ওইবা থৌরমশিংনি ।

চয়োল অমগী মনুংদা পাংখোকপা চাংয়েংনবা মখল কয়া অয়াম্বনা বিজ্ঞান, ইতিহাস অমসুং লৌশিংগী জ্ঞান ফংফমশিংদা কোয়বনচিংবা তৌই । জুলাই ৮ দু য়ালতা সহরদা চঙুনা "য়ালতা সোভিয়েট"কী লুচিংবশিংগা লোয়ননা কনফরেন্স অমা পাংখোকই । ২০ দা "শান্তিগী সভা" লোয়ননা ২১দা 'রুশি চাই" থৌরম পাংখোকই । সমুদ্র ময়ায়দা ষ্টেট অমদি কলেকতীভ ফার্মগী লৌবুক্তা কোয়বা, লৈকোল,

চীং, য়োকশিং য়েংবা চৎপা অমসুং শান্তিগী লিক্লী চিঠী থাদবা চৎপা অসিনচিংবশিংসু অমনি । শান্ন-খোৎনবা অমদি চাংয়েংনবগী থৌরমদু অসুক্কী মতিক য়ামগ্রে । অশেংনমক আর্টেক্কী কেম্পরশিংগী মরক্তা সোভিয়েট অঙাংশিংনা য়ান্না হেল্লি। শান্ন-খোৎনবা অমদি অতৈ হিরম কয়াদা থোইদোক হেন্দোক্লা মখোয়তনা কেম্পশিং অদুদা খুদোং চাববুদি ফংবনি । নুমিৎ খুদিংগী চয়োল অমসুং থাখাইগী আর্টেক চেম্পীয়ন খনবগী থৌরমশিং গ্রুপৱাইজ ওইনা পাংথোকই ।

"মরুপ মপাং ওইবগী ইমুং" গুমনা লৈমিন্নরিবা সোভিয়েট অমসুং মালেমগী অঙাং খুদীংমক্তা কেম্প মনুংদা পাংথোকপা "অঙাংশিংগী খুৎ-শা হৈবগী মেলা" অদুদা শরুক য়ানবা থৌরম থমই । থৌরম অসিদগী শেনফম কয়া " সোভিয়েট শান্তি ফন্দ" দা কাখি । অঙাংশিংনা পুথোকচবা পোৎশিংদু য়োল্দুনা লৈপাক অমদগী অমদা লান্না শন্দোক্লি । থৌরমশিং অদুগী মনুংদা কাউণ্ডমদ্রবা ১২শুবা পৃথিবীগী ছাত্র নহায়োলশিংগী মীফমগী শরুক অমা ওইনা আর্টেক্তা পাংথোকই । অসুন্না মরি লৈনবা পৃথিবীগী পালন তৌরিবা চহিগা মরি লৈনবা থৌরমশিংসু পাংথোকই ।

থৌরমশিং অসিদা পাইওনিয়ারশিং অসি অমত্তা হেক চীথদবমখৈ শরুক য়াই । ঐখোয় এডভাইজর ওইনা চৎলিবা লিদরশিংগীসু অদু মঙাই অদুম্মক শরুক য়াই। খুদোংচাবদু পী ।

ঐখোয়গী ভারতগী চৎলিবা মরিদুনা য়াওখিবদু হেক লৌখৎলগা খঙবা ঙমলনি । মণিপুরগী "শুরজিৎ" ৱাখল লৈবা জেনেরেল নোলেজ মকোক্তা য়াওজরবা শূরি নোম্লিবা ওৎপীরবা মীয়ামগী আইদিয়া লৈরবনি হায়বদু মানা পুথোরকপা পোৎ অদুদগী উবা ফংই । আর্টেক্কী থৌরমদা চাংয়েংনবগী শরুক অমা ওইরিবা পোৎ-চৈ ককপা অমসুং নপ্পদা মাগী হৈ-শীংজবা অদু উবা ফংলে । শূরি নোমলিবশিংগী ঈনা তুংশিল্লগা শাগৎখিবা অচৌ অচৌবা লানগী খুৎলাই অদুবু মাঙহনশি, পৃথিবীদা শান্তি থমসি হায়দুনা লাউরিবা শক্তম উংপা-"নিউক্লিয়ার বোম অমবু খুনু অমনা থুগাইবা" অসিনা ফোংদোকই । মানা হিরমসিদা অতৈনা অমনি।

সোভিয়েটকী পাইওনিয়ারগী মরক্তা "জয়চন্দ্র" ভারত মচা অমা ওইনা ষ্টেদিয়মদা স্পোর্ট ফিজোল শেংলদুনা প্রাক্টীস তৌরি । অতেনবা অমসুং ময়ায় ওইবা লমজেলদুদা মাসু এথলেতিক আইটেমদুদা শরুক য়াগদৌরিবনি । মহাক গ্রুপকী ফার্স তাগ্রবসু হাউসকী ওইবা চেম্পীয়নশিংদদি হাইগৎপা ঙমখিদে । অদুবু মতাং খরসি ঐনা হাপচন্নীংবগী মরম হায়ববু ঐগা লোয়নবা অঙাংশিংসু অদুমক অঙাং লীশিং

কম্নাদুগী ময়ক্তা অমসুং থৌরমশিংদা মখোয়গুম্না অদুমক অঁহে অঁহেবা হিয়মদা শরুক য়াই হায়বদু কোংদোকনিংবদগীনি ।

## ফীরাল চিংখৎপগী অহানবা থৌরম

অহানবা নুমিৎকী ফীরাল চীংখৎপগী থৌরমনি হায়দুনা ডাইরেক্তর য়োজানা হায়রমই । নুমিদাংবাইরম পুং ৬ তাবদনি ঐসু ভৌরুনবা সুট অমা শেৎচিল্লগা পেরেট গ্রাউন্দ তান্না চৎলে । ঐনা ইকোন কোল্লে খল্লুবদু কনাগুম্বা শাম্নখোংনবগী লাইয়েকপা ওজাশিং খরসু লম্বীদা চৎনরম্লী । মখোয়গীদি নুমিৎসিদা মথৌ তাংদাংবা লৈতবা ওইরম্লে । অদুবু পাইওনিয়ার লীদরুশিংদী লোইনা চৎনরম্লে । মাগী মাগী লৈবাকী কান্টিনজেন্ট শেমদুনা গ্রাউন্দ তমনা চৎনবা শেম শারম্মী । ইউনিফোর্ম শেৎপদি রোমানিয়া অমসুং সোভিয়েট মচাশিংতনি । অঁতে ফোরেন লৈবাকশিংগীদি মাগী মরৈপাক্কী নাৎকী ফিজোলদা থোক্লরকই ।

দিল্লিদগী লাকপা বাল শম্মগী কাংবুনা পাইজমান পুময়াৎ অরাংবা ফিজোল শেৎলি, তামিলনাদুগী করতীক্কাগীনা খোংগ্রাউ ফুরিৎ অঙৌবা শুট তৌরকই, মনিপুরগী শুরজীৎ, জয়না এমিপোগী ফিজোলদা লৈরমই । আফ্রীকাগী, ফীনলেনগী, সাইপ্রসকী জরমনগীসু মখোয় মখোয়গী মনাৎকী ফিজোল শেৎলমই । ঐনা খনখি ঐখোয় ভারতকীদি ওহোকনা মান্নদ্রেকো হায়দুনা ।

পাক্লবা সোভিয়েটকী অঙাং লীশিং লীশিংদুনা করম্না চপ মান্নবা ফিজোল অমদা লৈরম্লীবা? লৈবাক অমগী লীংজেল হায়বসি উৎখোকলকপা চপ মান্নবা মওং অদুনা তাকই । খুদম ওইনা লৈবাক অমগী ফীরালনা লৈপাক অদুগী কাচিন কোয়াদা শিম্বুংনা পাইহল্লী । পৃথিবীগী সংস্থান ইউ:এন:ও: গী ফীরালনা পৃথিবীগী লৈবাক খুদিংমক্তা থেৎনৈ শিজিন্নে । অসুম্না খুদম "এমব্লেম" দসু অদুমঙাই । মান্নবা কন্না শীঞ্জরবসু ওইথোকপা য়াদবা কয়ামরুম লৈখ্রে । পৃথিবীগী কাচিন কোয়াদা লৈপাক অমগা অমগা য়েংথিনরী । লাল শোক্লরী । ঐখোয়গী লৈবাক ভারতসু অদুমঙাই জাতি মচা অমগা কাংলুপ অমগা অমগা নুংশিনদবা, খৎনবা, হাৎনা শুনবা কাওবা থোকই । অদুবু ভারতকী এমব্লেম, ফীরাল, নুংশিননবা লম্বীগী থৌরাং কয়া লৈতবা নত্তে । করিগীদমক অসুক য়াম্না নুংশিম্নবা থৌরাং লৈরবসু ঐখোয়গীনা মান্নবা গুমদ্রগা সোভিয়েটকীনা কবম্না নুংশিন্না মান্ননা থোক্লকলিবা হংদুনা লাক্লবা বাহংনি ।

মসিগী পাউখুমদি করিসু ওইফম থোক্তে । মান্নবা পোথোক পুখোকশিনবা অমসুং শৃজবগী মতীক কংজবা হায়বা অৱাংবা থাক্কী বৈজ্ঞানীক সমাজগী চংনলোন্না পুন্নমক পোকহনবা ওইরম্লে ।

মাগী মাগী কন্টিনজেন্ট লাইন ড্রেশিং লোইনম্রে । পাইওনিয়ার ব্লেক অমা পায়রদুনা মাংদা অপুনবা ক্রপ কমান্দ অমগী কন্টিনজেন্টকা লোয়ননা ধূন, শাইদ্রম, পাইওনিয়ার-বেজুলগী খোঞ্জেলদা চংপা হৌরক্লে । রিসনোইখক্তগী ক্রপ্তা রিপাব্লিকশিংগী ১৫ অমসুং মীঁরেবাক্কী ৬ কী কন্টিজেন্টশিংনা পরেং শানা রেল্লী অমা ওইনা পেরেট গ্রাউন তম্না চংলি । ব্রেকসিরোমদগী হুমগৎলকপা নামিবা নুংশিংনা পাইওনিয়ারশিং অমদি লৈবাক ৬কী ফীরাল পুন্নমক লিরি লিরি পাইরি। নুংশিরবা পাইওনয়ারশিংগী ফীরালগী হেন্দোরকপা থিজীনা শাইদ্রমগী মখোলদা জগোয় শাবগুম তৌরি। নীংথিরবা উচাল পাম্বীগী মতোল তুমত্রীক তুমত্রীক তুম্বা উপালশিংগী মশামরেংশিংনা তান থারদুনা হাই হুমলে।

মার্স পাচ্চ অদু গ্রাউন য়ৌরে । পরেং অদুনা ফিরাল চীংখৎফম অদুবু লাগতক্লা কোইশিল্লরে । ক্রপ কমান্দ অদুনা মিলিটরি খোঙথাংদা গপ গপ চংলগা ফীরাল মখোংদা খীল্লীবা মাইক্রোফোন্দা পুন্নমকপু ওইরোমদা লৈথোক্রবা অমসুং পাওনিয়ারশিং অমসুং লৈপাক-লৈপাক্কী ফীরালশিংদু ফীরাল মখোংদা খীন্দুনা থমনবা লাওথোরকখি। ময়াম পুন্নমক চপ মান্ননা লৈথোরকই । কমান্দশিংদু পরপ পরপ চেনশিনখিদুনা ফীরালশিংদু য়ুংলরে । অদুগা মীঁরেপাক্কী লুচিংবা অমদি পাইওনিয়ার্স লিদর, কেম্পকী ডাইরেক্তর ইন্টবপ্রেটরশিং ফীরাল মখোংদা চংনবা তাক্লকখি ।

লাউথোক্লকখি-"মমল য়াল্লবা ঙসিগী থৌরমসিদা লৈপাক ৭ কী অঙাং ঐখোযনা মাগী মাগী লৈপাক্কী ফীবালশিংদা ইকাইখুম্নবা উৎপগা লোয়ননা অমত্তা ওইনা নুংশিননবা লম্বী অমদা পুন্না চৎমিন্নবগনি ।"

ইহান হান্না ভারতকী জন গন মন ঈশৈগী শুরদা মিউজিক সঞ্জদা খোংলকখি অমসুং পাইওনিয়ার শুবজিৎ অমসুং দিল্লিগী মনিগা পুন্না তপ্না তপ্না ফীরাল চীংখৎমিন্নখি। তশেংনমক জন্ত্র অদুগী খোঞ্জেলদুনা আর্টেক্কী পাক্লবা শংবান্নবা আত্তিয়াদা শন্দোকম্রে । তুমিন্না তারিবা পুন্নমক্কী মরক্তা ইতোমতা ওইরমগনি মিত্তগী পি শিন্থুখিবা। অদুবু তারিবা খুদিং থুক লাউবা ফাওবদী ফাওরমগনি । ঐগী ৱাহংদি, ইন্টিগ্রেসনগী শেংলবা ময়েক্তা নোংমতা কাংদনা ভারত্তা শকনরবসু কান্নবা অমত্তা পুরকপা ঙমম্রবা; নোংমতা কাংদনা টেরোরিজম, মীহাৎ-মীপুন, নুপী অঙাংবু ওৎ-নৈবা অমদি লাইরববু

তাক্বিনা তৌবীবগী ৱাখোক কয়া থোক্লীবা । লিংজেল মায়না পুরকখিবা ইন্টিগ্রেসন অয়ানবা সিস্টেম ওইবনিনা চহি ৪০ নিংতম্লবসু মীয়াম্না সমস্যা কয়া মায়োক্লরিবা, থবক কংদবগী চৈনা নহারোলশিংনা মায়োক্লরিবা অমসুং নমদুনা অঙাংশিংবু থবক শুহল্লীবা শুম্নমকসে কৌক্লি । আর্টেকী অভিয়াদা ঐগী ৱাখলসু তিনম্লবোই নিংই ।

লোয়ননা মথং মথং লৈপাক অতৈগী ফীয়ালশিং মাগী মাগী মরৈবাক্কী জাতিয়া ঈশৈগা লোয়ননা চীংখৎম্রে । অমসুং রিসনোই কাংলুপ, আর্টেক কেম্পকী ডাইরেক্তর রোজা ইভানোভানা লৈবাক পুম্নমক্কী কেম্পরশিংবু ওকপগা লোয়ননা নুংঙাইনা কেম্প অদু লেনমিন্নবা ৱা ঙাংলবা তুংদা ওপনীং থৌরম অদু থমনখি ।

---

## স্পোর্ট অমসুং য়াং খোংপগী অহেনবা তাম্নবা থৌরম

আর্টেকী থৌরম ৱাইন্দগী চাউবা থৌরম অমা খনগৎপা তারবদি 'আর্টেক ওলেম্পীক' ওইবা তাই । আর্টেকী কেম্পশিং অমসুং আর্টেক পেলেস শেম্বদা স্পোর্ট কমপ্লেক্সনা মপুং ওইনা শাদুনা থমই । গ্রুপ অমগী বোল্লি, টি:টি: গ্রাউন্দ, ঈরোইফম পুম্রী অমদি অতৈ এথলেটিক্সকী প্রাক্তীস তৌফম তঙাইফদনা শাই । ফুটবোলনচিংবগী অচৌবা মশাম্নদি গ্রুপ খরগা পুল্লগা শাই । হায়রিবা মাগী মাগী গ্রুপকী লৈরিবা শান্নফম অদুদা কেম্প হৌবা নুমিত্তগী অদুমক ত্রেনিংসু হৌরে । কান্নবসু পুদী হিংবগা অমত্তা ওইনা চংমিঁয়ে হায়বদু থবক্লা তাক্লরে । অদুবু হেন্দোক থোইদোকপা অমদি মাগী মাগী মপান্না হায়বদুদি খন্দোকপা ৱাদে । নোংমা রোমেনিয়াগী পাইওনিয়ার ইলিজা কৌবী অমনা নুমিদাং ফাওবা টি:টি: শান্নবা উরম্মী । ঐখোয়গী রিসনোই গ্রুপকী অঙাং তরামুক কয়া শান্নবদুদা লুপহৌই । অশেংনমক অঙাং খুদিংমক মানা মানা হৈনবা অমমমদা লুপহন্দুনা আর্টেকী অতোপ্পা রুটিনগী মরক্তা তম্নীবা হৌরে । করি অমুক হায়গনি নুমিৎ ৫/৬ নিগী মতুংদদি মশান্না অমদা য়াওরুরবা মী খুদিংমক হৈথোইবা মী অমা ওইগে হায়বগী মতাগুম ঙাইহাক্তং পোত্থানবা মতম পীবদা পুম্নমক প্রাকতীস তৌবা হৌরে । সমুদ্রদা 'সন-বাথ' চংপদা ঈরোইবা কাংবুনা হেক্তা প্রাকতীস তৌখৎলকই । চাহয়েংনিংবা কাংবুনা মকোক্তা তুপী নত্তুগা টাবেল উম্নদুনা শাবুং শাবুংবা নুংশাদা চেসকী প্রাকতীস চংথনরি । ঈরুপ্পা কাংবুসু অদুমঙাই ঈরুম্নগী ফিজোল শেংলগা হেক্তা ঈরোলনুংদা চোংথখি । অদুগুম্না চৈরক্তা নোংমা জয়না হায়খি "তা জয় মখোয়গী সোভিয়েট অমসুং সামাজবাদ লৈবাকশিংগী মীওই

অসিদী এক্সপার্ট ওই, তান্নবদা য়াম্না ৱাই।" তশেংবদি মাবু মশা মউ খরা কৈ শান্নবা য়াগনি হায়দুনা ঈরোইবা, লমজেল, ফুটবোল, বোলিবোলচিংবদা টেস তৌরকপা মতমদুদনি।

গ্রুপ অমগী মনুংদা অহানবদা টেস অদুদগী সেলেক্সন অমসুং ট্রেনিং অদুদগী গ্রুপ তরাগী মীওইশিংদু অমুক পুন্না থেংনহল্লি। গ্রুপ তরাগী হোৎনবদুনি তশেংবা চেম্পীয়ন খন্নবা ওলেম্পীক ওইরক্নিবা। থৌরম অসি লোইরমদাইদা পাংথোকই। পাংথোকফমদি ষ্টেদীয়মদা তৌই।

আর্টেক্কী স্টেদীয়ম অসি অমুক্তদা মী লিশিং ৩০ য়েংবা চল্লি। লমজেল, ফুটবোল হায়বদি এথলেতিক অনিমক্কী অমুক্তদা পুন্না তৌবা য়াবসিগী খুদোং চাবদু ফংই। চপ চাবা ওলেম্পীক অমগা মান্নে। ওলেম্পীক টোর্স চুখৎফম টাৱার অমা অৱাংথংবদা লৈ। মদুগী হেক নাকলদা লৈবাক কয়া অমদি রিপাব্লিকশিংগী ফীরাল য়ুংফমশিং মথং মথং মমাং, মনিং, মখা অমসুং অৱাংদা লাইট বোক্সশিং থিন্দুনা থমই। স্টেদীয়মগী য়েংথংবা হেক নাকলদা ঈরোইবা তান্নফম স্টেদীয়ম লৈপ্লে। অমুক্তদা মী লিশিং অমমুক য়েংবা চন্নী। মখল কয়াগী ঈরোইবা তান্নফম লৈরে। অসুম্না মখারোম থংবদা বোলি, বাসকেটবোল বেটমিন্টন অমদি হেন্দবোলনচিংবা শান্নফম তান্নফম গ্রাউন্দশিং মখল শুনা লৈরে।

ট্রেনিং মতমদা শান্নবগী সিনেমানা করমনা অণ্ডাংশিংবু শান্নবগী ট্রেনিং পীবগে অমসুং শান্নবনা মী অমবু তুংকোইনা অফবা মী অমা শেমই হায়বনচিংবা উৎপা সিনেমাশিং ট্রেনিং মতমদা উৎলি। ঐসু নোংমা সিনেমা অমা য়েংলকই। মদুদা অণ্ডাং খরগী কেম্প তৌবদা কেম্পরশিংনা 'রোক ক্লাইম্বর' তান্নবগী মরমদনি। অণ্ডাং অনিখক্না অহানবদা "হুলিগান" তৌরম্লগ কোন্না জ্ঞান তাথিবা অমসুং তেল্লবা মতমদা তন্নকপা বোক ক্লাইম্বাংগী হৈথোই শিংথোইবা অদুনা কেম্প অপুম্বগী মকোক ওইখিবদু উৎলি। অমসা "ভাগীরা কদাইদনো" হায়বা অদুনি। পাইওনিয়ার স্কুলগী অণ্ডাং অমনা মণ্ডাও থিনা লৈরবা ভাগীবা হুইবু করম্না ট্রেনিং তৌখিবা, হুইদুবু উল্লক্তা শীজিন্নবা য়োষ্ণোকখ্রবদা পীখিবা ট্রেনিংগী কান্নবা অদু ফিম্নদুদগী ফংখি।

কেম্পর চাম্মগী মনুংদা ৩০দি "আর্টেক ওলেম্পীক" কী চেম্পীয়ন মেদলগী আশা অমগা লোইননা লাকইবনি। মরুওইনা সোভিয়েট পাইওনিয়ারশিংগী মনুংদা কেম্পর খনবদা লৈকাই, ডিষ্ট্রিক্ট অমসুং মহেশণ্ডগী অথোই অহেন তান্নবদা মকোক ওইরকপশিংতবু খল্লকই।

---

# স্পোর্ট হৌবা

হ্যাউস, গ্রুপকী মনুংগী ট্রাইয়েল সেলেক্সন তৌদুনা আর্টেক ওলেম্পীক্কিদমক শেম শাবা হৌরে। ঐনা ঐখোয়গী রিসনোয় কেম্পতা চংলুবদা ট্রাইয়েলদা মনা ফংলবা সোভিয়েট অমসুং ফোরেনগী অঙাংশিংনা মখোয়গী মেদলশিং উংলিবদু য়েংনরম্মী। চাকলেন হোলগী মমাংদা চাউরবা নোটিশ বোর্ড অমদসু মেদল পুন্নমকপু চাওনা উংতুনা উহল্লম্মী। তশেংবনি ৎউরিবা অমসুং স্পোর্ট য়াওরিবা পুম্বদা "You too can become an olympian"গী বাখল পোকহল্লী।

নুমিৎ অদুগী programme অদু খরা ভনখৎনবা তৌনে। হায়বদি হান্নদগী থৱায় য়াওবা অমদি থৱংপা অমা পুন্নমক্তা ফাওনে। ওলেম্পীক নুমিৎ লৈবদগী ওইরম্মে।

আর্টেক্তা লৈবা পাইওনিয়ার খুদিং শান্নরোই অমসুং ফোরেনগী অঙাং দেলিগেটশিং লোয়ননা গাইড অমসুং তুরিস খুদিংমক ষ্টেডিয়ম্মদা তিল্লে। লৈবাক ১০০ গী ফীরালনা মনীং তৌনা সোভিয়েট রিপাব্লিকশিংগী ফীরালগা পাইমিন্নরি। আর্টেক ষ্টেডিয়মগী মৈরি চুখৎশ্রে। মৈরি অদুনা অতিয়া খেংনা মনিং তম্না শংলৈনরবা মচুদা চাক্তুনা লৈরে। তশেংনমক হায়নরবদা অঙকপা চাওরবা ওলেম্পীক অমনি। শান্তিদা য়ুম্ফম ওইবা অভৌবা খুনু ১০০ পাইওনিয়ার লীদরশিংনা অমসুং ফোরেনগী খনগৎলবা অঙাংশিংনা থাগৎশ্রে। শান্তিগী শক্তম লৌরিবা খুনুশিং অদুনা শংবান্নরবা অতিয়াদা পাইখৎশ্রে। য়াওরিবা অঙাং অমসুং গাইড খুদিংমক্না খল্লমগনি পৃথিবীদা নোংমা শান্তি পুরক্লবা অঙন্বা থবক খরদং ওইরবসু তৌগে হায়না। অদুগা সিমসু ফাওখি, সোভিয়েটকী পাইওনিয়ারশিংনা পৃথিবীগী শান্তিগীদমক অসুকী মতীক মীয়ামসু পেলহনবা পামই হায়বসে। মসি পুন্নমকসি মখোইগী মমা মপা অমদি অহল লমনশিংনা লাঞ্জাওশিংদগী ফংখিবা খুদোংথিবশিং অদু মুন্না খঙবদগী ওইরমগনি।

"ও! শান্নবা নংশে শান্তিনি" হায়রবা খোল্লাউদু চপ চনা আর্টেক্না পাংথোকই পৃথিবীগী অঙাং চা কয়ানা শরুক য়ারিবা আর্টেকী ওলেম্পীক অদুনা তুংগী শান্তিগী মরেক লারবা লম্বী;অমা শাগৎলন্নবনি। মোঙ্গোলোইড, নেগ্রো অমদি ককেসীয়ান খাইদনা আর্টেক ওলেম্পীকী ত্রেক্তা পুন্না চেনমিন্নরি। লেটিন আমেরিকা মচা অমনা লমজেল অতেনবা অমদা অখোইবা মেদল ফংখি। কনাসু নত্তে মহাক অদু হৌজিক

হৌজিক আমেরিকান মিসনরি লাগ্নীগা অরাবা মায়োক্লরিবা নিকারাগুৱাগী নহা মচা অমা ওইরমই । অদুগা অমুকসু অশাংবা নমজেলদা অহীয়াগী অমুবা অঙাং অমনা অথোইবা মেদল লৌখি । মখোয়গী পুন্সী মহিং অঙকপগী মশক্লী । অড্রৌবা বোথাগী রেসিস সরকারদগী মনিং তমনবা অকনবা খুংলাইগী নরাই থেংনরিবা কাংলুপ্তগীনি ।

ঈরোইবা তান্নকমদসুনি । মথংগী নুমিত্তনি পাইওনিয়ার অমসুং পৃথিবীগী লৈবাক কয়াদগী অঙাং কয়াসু শরুক য়ারিবা মশান্না অদো । ওলেম্পীকী "হেন্না য়াঙনা হেন্না রাংনা অমসুং হেন্না কন্না" হায়বদো নিংশিংলকই । অতেনবা অশাংবা অমসুং আইটেম কয়াগী চাংদম্নবা মথং মথং চংথরি । হেন্না থৌনা লৈবা কয়ানা আইটেমশিংদুদগী হেন্দোক থোইদোকপসু মথং মথং থনগ্রে ।

অসুন্না স্পোর্টসকী আইতেম কয়া অদু লোইশিনগ্রে । মেদল লৌবগী থৌরাংসু photograph লৌবগা লোয়ননা মথং মথং পাংথোকগ্রে ।

---

## ককথোৎপা

হিরম কয়াদা উৎথোকহন্নবা তন্নীবা অমসুং রাথল খজহনবদা নত্তনা কেম্পতা য়াওরিবা অঙাংশিংবু অমুকসু শান্তিগী রাথল অমসুং কয়ন্না মীয়ামদা কেম্পেন তৌগদগে হায়বদুসু তন্নী অমসুং উৎথোকহন্নী ।

চে কক্লগা নপশিল্লগা শান্তিগী রাথল পোকহনবা মদুনা অউবা মীয়ামদা লান পাম্বগী ময়োক্তা থেংনবগী রাথল পোকহন্নবগী পোৎশক অমা পুথোকপনি । ড্রোইং পেপর ১, চে মচু ৩/৪, গম, কাতী পীরগা হায়রিবা পোৎশক অদু পুথোকহনবনি ।

Competition অদু হৌরে । মা মাগী গ্রুপকী "পেপর অমসুং পেন্টিং হোল" দা অকনবা আশা অমমম থমদুনা পুন্নমক হৌনগ্রে । ঐনা শুম চংলগা য়েংবদা অমগা অমগা খিম মান্নরমদে। মা মাগী লৈবাকী ঈহৌশিং উৎনবা অঙাংশিংদুনা হোৎনরকই ।

মনিপুরগী ভারতকী পাইওনিয়ার মীহৎশিংগী মরক্তগী গুরজিৎসু চাংয়েংবদুদা য়াওই । তশেংনমক মহাকী মপুথোক অদুনা জজশিংগী পুক্লীং চীংশিন্নবিদুনা মাবু রিসনোই কাংলুপকী চে ককপা অমসুং নপ্পদা অহানবা মনা কংখি । অসুন্না নিংথিনা

নপুনা শেমলবা পুন্নমক্তু পেরেদ গ্রাউন্দগী য়েৎ থংবদা পারমেনেন্ট ওইনা থম্লিবা থেংফমদুদা থেংলি । পুন্নমক্তুনা গ্রাউন্দ অদুগী ফজবা হেনগৎহল্লী । নুমিৎ অদদুগী অমুকসু হেন্না ঐঙোন্দা লান পামদবা অমসুং শান্তিগী বাখল পুথোকহন্নবা হোৎননিংহনখি ।

## মাগী মাগী মরৈপাকশিংগী নুমিৎ পালন

য়াওরিবা অঙাং খুদিংমক্কী মজাতিগী নুমিৎশিংগী পালন তৌজদুনা মাগী লৈপাক্তা করি তৌরিবা, পৃথিবীগী খোঙজংগী ঈহৌগা চান্নবা করি করি খোঙজং চংলিবা হায়বনচিংবা খুদিংমক অর্টেক্তা য়াওমিন্নরিবা পুন্নমক্তা উৎতুনা খঙহল্লী। ঐখোয় ভারতকিসু পাক শন্না পাংথোকহনখি । ঐনা য়াওরুবা লৈবাক খরগী থৌরমশিংসিনা আর্টেক্তা মজাতিগী নুমিৎ পালন তৌবগী এক্সপরিয়েন্স অদু উৎলগনি।

**১) ভারত জাতিগী পালন :-**

লমজীংদুনা লাকপা ঐখোয় ময়াম খন্নরগা 'ভারত-পালন'গী মতম লেপস্রে অমসুং প্রোগ্রামশিংদু য়াওনা অঙাংশিংদা করম করম তৌগদবনো তাকস্রে । ঐখোয়গী লৈবাক্কী শক্তম খরা হায়রবদি ফি-রোল, শেল ময়েক, লাইরিক অমসুং বিজ্ঞানগী হিরমদা চাওখৎপশিং উৎনবা শেম শারে । অদুগা ঐখোয়গী এমিপো, বাই:পি:আই: গী ঈহৌ অমসুং মসিবু লমজিংবীবা য়ুথ ফেদরেসনগী থৌদাংশিং খরা ফোটো অমদি খবরশিংদগী উৎনবা শেস্লে । মসিনা "ভারত মেলা" দা উহল্লে । অদুগা জগোয় ঈশৈগসু লোয়ননা পুথোক্লবা থৌরাং তৌরে ।

পনবা য়াবা অমদি লাইয়েকপগী কোচ্চর অদুনা অঙাংশিংদা তাক্লগা পোষ্টর অমা মেলাদা উৎনবা য়েকহনখি । মহাক্না লাই অদুদা ভারতকী শক্তম ফজনা উৎলি । চাউরবা শামু অমদা অঙাংশিং তোংদুনা আর্টেক অমা চংহল্লি । ভারতকী মনা মশিং খুদম ওইনা লকোই অমদি মুবী উহল্লি অদুগা আর্টেকীসু "আয়ু-দাক" চীংয়াদা সমুদ্র অমদি আর্টেকী সিনরি হায়বেন্ট য়াওহল্লি । বৎসন মতম ওইরক্নে । ঐখোয় ভারত মচা পুন্নমক থৌরাং তৌনরে । অমুক্কী মেলা অদুগী থৌরমদা বার্ত্তন তৌরিবা লৈবাকশিং শরুক য়াররে । মখোয় অমদি রিসনোইগী পাইওনিয়ারশিং পুন্না লাক্লে । ঐখোয়গী রিসনোইগী ডাইরেক্তর ইভানোভনা মেলাদু হাংদোকপিখি । পুন্নমক হৃরাও যোমোন্নবা মীনোক্তা ভারতকী মরমদা খংবা মখে খংলনি হায়বগী মতাগুম হৃরাও হৃরাও খুবাক খুনখি ।

ঐখোয়গী খুৎকী য়োংখমদা শাবা ইন্নফী, শারি, ভারতকী চান্মনা, উনা শাবা শামু মচাগী শোগী রিংশিং, এমিপোগী ফোটোশিং উবদা ওক্না য়েংনখি । থবক ফংদবগী অন্দলোনশিংগী ফোটোশিং উবদা অতোপ্পা চাওখৎলক্লিবা লৈবাকশিংগী দিলিগেটশিংনা হংই ।

নুংখিলদা পেরেদগ্রাউন্দা ফংসন অমগা লোয়ননা পাংথোকখি । ফীরাল চিংখৎপা থৌরমদা ভাবতকী দিলিগেট ঐ ইশামক্লা পুন্নমকপু ওকপগী ৱাফম ঙাংলবা তুংদা ঐখোয় পুন্না ঈশৈ শকপা অমসুং থাবল চোংবা উংখি । লোয়ননা অতোপ্পা থৌরম অমসু উংখি । মদুদি লাইফদিবী শাবা তন্নীবা কোচ্চর অদুগী মচানুপীনা ভারতকী শারি অমদি জগোয় ঈশৈ পামজবদগী মশামক্লা শারি অমা দিল্লিগী দেলিগেট কীরন্না শেৎপীরগা "জীম্মী জীম্মী" হায়বা ভারতকী ফিল্ম ঈশৈগী শুরদা জগোয় অমা শাখি । তিনখিবা পুন্নমক্লা নুঙাইরবা তোপতোপ্পা থৌরম অদু থবায় তানা য়েংখি । অসুম্না থৌরম অদু য়াম্না চিং লেম্না লোইশিনখি ।

## ২) ইউ:এস: পালন :-

তশেংনমক খ্বাইদগী নিংশীংনিংঙাই ওইরবা নুমিৎ অমনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই । মরমদি ইউ:এস:এস:আর:গা ইউ:এস:এ: গা লৈনবা মরী অসি য়াম্না লাপ্লরক্লমই । করি অমুক হায়গনি অমনা অমগী থবক থৌরমদা শরুক য়ানদবা অমদি সরকারগী ডিলিগেসনশিংদা মুক্লবা কয়ামরুম লৈ । অদুবু ইউ:এস:এস:আর:গী সরকারনদি ইউ:এস:এ: গী সরকারবু মতম পুন্নমক্তা নক্লবা অমসুং নুংশিনবা পামই । ইউ:এস:এ: গী সরকারনা মসিমক পামদ্রবসু মাগী মীয়াম্নদি নক্লবা পামই । ঐনা মখোয়গী পাইওনিয়ার লিদর অমা উন্নবদা, মখোয়গী মীয়াম্না লানগী খুৎলাই শাদনবা মীয়ামগী ঈহৌ কয়া মখোয়গী লৈবাক্তা চঁথে হায়খি । মীয়ামদুগী অপাম্বদু খঙনা আর্টেক্লসু ইউ:এস:এ:গী পালনবু তোপ তোপ্পা পাংথোকহল্লিবনি ।

সমন্থ স্মিটকিদমক :- রুসিয়াগী প্রজাশিংনা শান্তি পার্মজে হায়বদু সমন্থ স্মিটপু পল্লকপদা হেক্তা নিংশিংলক্লনি । মহাক্লা আর্টেক্তা লাকল্লবা তুংদা - সোভিয়েট সরকার অমসুং মীয়াম্না শান্তি পামজবগী মরমদা লাইরিক অমা ইখি । অমসুং মাগী লৈপাক্তা (ইউ:এস:এ:) রেডিও টি:ভি: দা ইন্টরভিয়ু কয়া তৌদুনা মাগী সোভিয়েট ঈহৌদগী ফংলকপা "শান্তিগী ঈহৌগী এক্সপরিয়েন্স" অদু শন্দোকখি ।

অহানবা নুমিৎ আর্টেক থুংবদা আর্টেক মৌরকপগী গেট অমা সমন্থগী মিংদা হাংদোক্লনা লৈবা থেংনখি । নিংখিনা ডেকোরেসন তৌরবা গেট অমসুং পার্ক

মচা অদুদা মাগী মিং, শক্তম অমদি শান্তিগী সিম্বোলশিং লৈহোই। অমুক্তসু আর্টেক্লা শান্তিগী অন্দলোনকারি নুপীশিংগীদমক "ব্রেক সি" সমুদ্রদা মাগী মমিংদা কখোক্তুনা লৈরক্লে। নোংমা নুংশা নিংথিনা শাবা নুমিৎ অমদা সমুদ্রদা ঈরুজবা চংপদা জহাজ অমা মোসকোয়গী হিথাংফম তান্না চৎপদু উখি। সোভিয়েট পাইওনিয়ার অমসুং মীরেপাক্কী অগাং ১০০ তোংদুনা চৎখি। জহাজ অদু য়েংলুবদা হায়নিঙাই লৈত্রবা বাখলগী ঈথক কারকখি। লোয়ননা মথং মথং নিংশিংলকখি, সমস্ত আমেরিকা মরৈপাক্তা এরোপ্লেন কাইখিবদা শিখিবা থৌদোক অদু য়াম্না চিংননিংঙাইনি। মরমদি মহাক ইম্পরিয়েলিস লৈপাক্তা লৈবা অন্দলোনকারিনি। অদুবু ওসিদি মাগীদমক সোভিয়েট সরকারনা য়ুমশিং, সরকশিং, পার্কশিংগী মিং থোল্লিবা অসিমক্লা মীওইবা জাতিনা হিংলিবমখে লেংদনা লৈহৌরগনি।

মোস্কো নিউজ অমসুং আমেরিকান দেলিগেট অমদগী সমস্তকী মপা লৈপাকশিদা কোয়রক্লম্মী হায়বা খংখি। মহাক্লা মচানুপীনা লৈরদ্রা আর্টেক্তসু কোয়রক্তদৌরি হায়বা তাখি।

'লেসনোই' (উমং কাংবু)দদি মখোয়গী পালন তৌবদু ফীরাল চিংখৎপগী থৌরম ওইনা পেরেদ লমপাক্তা পাংথোকই। ইউ:এস: ফীরালদুনা সোভিয়েট, আফ্রিকান নেসনেল কংগ্রেস অমসুং এঙ্গোলাগীগা লোয়ননা পাইমিন্নহল্লি। পালন অদুদা কলচরেল থৌরম কয়ামরুম তৌখি। মখোয়গী লেকচরদা আমেরিকান মীয়ামগী শান্তিগী ঈহৌ অমসুং সোভিয়েটকা পুন্না চৎমিন্ননিংবা অদু হনবা নাইররোই হায়না পনখি। অগাংগী, ইউ:এস: তা লৈবা সংস্থান্না মখোয়গী প্রেসিদেন্ট রিগান্দা তকশিল্লগনি হায়বগী বাখলদুসু ফোংদোকখি। মখোয় পুন্নমক গেলেরিদগী কৌথদুনা পুন্না জগোয় তৌমিন্নখি। নুমিদাংদা মণ্ডলগী বোমশিং থাদুনা নুংশিনবা অমসুং আর্টেক্তা আমেরিকানশিংনা হয়াও তয়াম্না লৈরি হায়বদু উৎখি। ঐনা মখোয়গী ডেলিগেসনগী লিদর অমা বারী শারকপদা সোভিয়েট য়াম্না নুংঙাই হায়বদু মানা ফোংদোরকখি। লোয়ননা খোঙচৎ অদুদা সোভিয়েটনা করিগুম্বা মখলগী রাজনীতিগী বাখল পিরকপ্রা হংবদা মদু সুপতৌ তৌদে হায়না খুমখি। মাগী পাউথুম অদু হেক তারুবদা অর্দুঙৈ চহি ৯ গী মমাংদা আমেরিকাগী কেম্পসশিংদা ইং ১৯৭৭ তা আর্টেক্তা পাংথোকপা ইউ:এস: পালনদা হায়খিবা বাকম পুন্নমক নিংশিংই।

মারিয়া মারটোম্না ইবা " য়ং টিল" লাইরিক্তা মথক্কী বাকমশিং অসি য়াওই।

### ৩) সোভিয়েট পালন :-

নুমিৎসিদি খ্বাইদগী অচৌবা পালন্নি হায়বা য়াই । মরমদি কাংলুপ কাংলুপ খুদিংদা য়াওরিবা রিপাব্লিক ১৫গী গ্রুপ খুদিংনা পালনসি তৌবনি । রিপাব্লিক খুদিংগী পাইওনিয়ারশিংনা মানা মানা ওস্বা হৈজবা খুদিংমক উৎলি ।

রিসনোই, লোসনোই, মোসকোয় অমদি য়াটরনিনচিংবা খরখক্কী প্রোগ্রামশিংগী মেলাশিং য়েংবা চৎলি । নিংথিনা শেম শারবা মেতরিয়েল কয়া উৎলি । গেটশিংদা পাইওনিয়ারশিংগী লিডবশিংনা তরাম্না ওকই । লোয়নননা মেলা য়েংব্রিঙেদা মাগী মাগী রিপাব্লিক্কী অহাওবা চীঙাক অমমম পীজে । লোয়নননা মেলাশিংদু য়েংহল্লি । পাইওনিয়রশিংগী নুমিৎ খুদিংগী ওইবা এক্তিভিতি উৎলি অমসুং লৈবাক্কীদমক পৃথিবীগীদমক করি কন্ট্রিবিউসন তৌরিবগে হায়বদু উৎলি । মেলাদা উৎলিবা খুদিংমক পাইওনিয়ারশিংনা ব্বারী লি-লিদুনা খংহল্লকই । য়েংবা লোইরগা থোরকপদা নুপীমচাশিংদুনা রিপাব্লিক্কী পাইওনিয়ার এক্তিভিতিগা মরি লৈনবা বেজ অমা ঐগী থবাক্তা থেংপীরকই । লোইননা শন্দোক্লুনা থন্নিবা ভিয়ু কার্ডশিংদু অপাম্বা খল্লু হায়না তাক্লকই । নুংথিলগী থৌরমদি বিসনোইগী নৎতনা য়াওবা ওমদ্রে । কীরাল চিংখৎপগী থৌরম তৌরবা তুংদা ত্রেদিসনেল ওইবা থৌরমশিং মথং মথং উৎখি । জগোয়, দ্রামা মচা অমদি অরিবা মার্সিয়েল আর্টশিং উৎখি ।

### ৪) জপানগী পালন :

'জপান পালন' গী বার্ত্তন ফংবদা প্রোগ্রাম কাংনবদগী নুঙাইতবা পোকখি । অদুবু জপানগীদু তঙাইফদনা য়াওনবা তৌখি । অয়ুক পুং ৯দা মেলা তৌবদু ঐখোয়দি পুং ১১দা থুংলুরে । অদুবু ঐখোয়না থেংবগী এক্সকীউজ অমা লৌরগা মেলাদু য়েংলম্মী । ঐখোয়গী শকমান্নবা কাংবুনা তরাম্না ওকপদু লোন ফাওনদ্রবসু অমুক্তা হেন্না ইন্তরেস লৈহল্লম্মী । লাক্লিবসিদা হোকাইদোগী ডিলিগেসন্না অয়াম্বনি । ইহান হানবদা মখোয়না সংস্থানদুগী মরমদা লৈরবসু থোরক্লিবা নুমিৎ অমগী শক্তমদা অঙাংগী শান্তিগী সংস্থানসিনি আর্টেক্তা জপান্না রিপ্রজেন্ট তৌরিবসি । লোয়নননা মখোয়গী লৈবাক্তা তৌবা মীয়ামগী কূম্মৈশিং শান্তিগী থিমদা পাংথোকপা থৌদোকশিংদু উহনখি। মে ৫ অসি অঙাংশিংগী ছুটি কূম্মৈনি । অনিশুবা কূম্মৈসিদা মখোয়গী সংস্থান্না থাইনা অনিশুবা লাঞ্জাওগী তমথিবা অদু অমুক হন্না থোক্তনবা জপানগী আপীলশিং পুথোক্লুনা মীয়াম অমসুং অঙাংশিংদা খঙহল্লি । 'উন কূম্মৈ' ফজরবা উনগী লম্পাক অমসুং উনগী মুর্তি অদুগী মরক্তা হরাওনা শান্নরিবা মীয়ামগী ফোটোশিং উরে ।

তশেংনমক অসিগুম্না উনগী কূম্মে অসি পৃথিবীদা য়াম্না চাউবা কূম্মেনি । অঙকপা ফজরবা ডেকোরেসন য়াওনা শারবা উনগী মুর্ত্তিশিংগী কম্পিটিসন হেক হেক পাংথোকই । শান্তিগী ঈহৌনা কুমজা অসি লাকপসিদা শারিবা মুর্ত্তিসু অনৌবা থিম অসিদা ওল্লক্লে ।

অরোইবদা কোটো খরনা, চাওখৎলবা জপান্দা সেকেন্দরি লেভেল ফাওবদং মহে তম্বদা ফ্রী ওইবা অদুগা অমুকসু হায়স্কুল লেভেলগীনা অৱাংবা মহে তম্বদা য়াম্না শেল চংবা, পরিক্ষাগী ফিনচিংবা য়াম্না লৌবগী চংনবীশিংনা ছাত্রশিংগী ঈহৌগী দরকার লৈবদু উহল্লি । মেলা য়েংলবগী তুংদা ঙসাইমখে থৌরাং তৌদুনা লৈরবা জপানগী 'অশংবা-চা' হায়বদু পুথোক্লকই । ঐনসু ভারতকী চা নিংশিংলদুনা জপানগী অতোপ্পা হাউব্রবা মহি অদুগী মরমদা থাগৎলকই । লোয়ননা ভারত অমসুং জপানদি ইতিহাসতগী হেন্না নক্লবা থম্নবা ঐখোয়গী সংস্থানশিং অসিনা হোৎনগনি অমসুং শান্তিগী লরাইদা শরুক য়ামিন্নসি হায়রম্মী ।

অরোইবদা, চৎলিবা ঐখোয় খুদিংগী মিংশিং অসি মখোয়গী ময়েক্তা ইরগা ঐখোয়বু চিঠি ইরক্লবা "মারি মিউরা বুশনোনেকাই"দা লৈবগী এড্রেসসু পীরকই ।

অতোপ্পা লৈবাক কয়াগী বার্তন ফংই অমসুং চৎলুবা খরদি অষ্ট্রেলিয়াগী য়ং পাইওনিয়রস নেসনেল কাউন্সিল ওফ ঔষ্ট্রেলিয়া, এ:এন:সি: খা আফ্রিকা, আফগানিস্তান পাইওনিয়রস ওর্গেনাইজেসন, য়ং পাইওনিয়রস ওফ মোঙ্গোলিয়া, ওর্গেনাইজেসন ওফ পাইওনিয়রস শান্তোমে প্রিন্সিপ, পাওনিয়রস ওফ রোমেনিয়া, সাইবেরিয়ান স্কাউট, য়ং পাইওনিয়রস ওফ যুগোসলাভিয়া, শ্রীলঙ্কান পাইওনিয়রস, ভেটনামিজ পাইওনিয়রস, পাইওনিয়রস মুভমেন্ট ওফ ফ্রান্স, বারলিন পাইওনিয়রস, পাইওনিয়রস চিলড্রেন ওর্গেনাইজেসন ওফ জরমন, য়ং পাইওনিয়রস ওফ জি:দি:আর:, অমসুং স্বাপো পাইওনিয়রস ওর্গেনাইজেসন্নচিংবগী পালনদা মচেৎ মচেৎ ওইনা শরুক য়ারুই । পালন নত্তবা মতমদা সাইপ্রসকী অঙাংশিংগা ৱারী ৱাতাই কয়া তৌনরকই । গ্রীক মরোলদা ৱাহৈ পরেং কয়া তন্নকই । মখোয়না 'কাউনরোইশিকো' 'লিখোরাসে' হায়না ঐখোয়না থাদোক্লরকপা মিকুপ্তা মিৎতা ইরা চেন্না হন্না হন্না হায়রকই। কিউবা অমসুং কোরিয়াগী অঙাংশিং উন্নদুনা ৱারী ৱাতাই কয়া শান্নরুই । কিউবাগী চি গুইভেরা য়েকপা নহারোলগী বেজ অমসুং ফীরালশিং লোয়ননা অৱাং কোরিয়াগী অঙাংশিংনা মশানা শাজবা লাইফদিবী অমদি তোপ তোপ্পা পেন্সিলশিং খুদোল ওইনা পিরকই ।

---

# রুসকী চাই

পালন অমনি । জুলাই কুন্দনি । কেম্প লোইরমদাইনি, কেম্পতা য়াওরবা পুন্নমক চৎলগনি হায়বগী নুঙাইতবা তাঙ্গাদনি । 'য়াতরনি' কাংলুপকী কেম্পতা পালনসি পাংথোকই । কেম্পিং সেন্টর তরাখক্কী ওফিসিয়েলশিং লৈবাক কয়াদগী লাকপা গাইদ অমসুং ইন্সত্রক্তরশিং লোয়ননা মখোয়গী অঙাংশিংগা লোয়ননা পাংথোকমিন্নখি । ঐখোয়না গেট হেক য়ৌবদা থাইনগী অরিবা নিংথৌরোলগী ফিজেৎ লৈতেংদা শান্তিগী শক্তমদা ঐখোয়বু ওক্লম্মী । মৈ মমলে অদুবু শান্তিগী শক্তম লৌরিবা মৈরা অদুনা ঐখোয়বু লম্বী তাক্লম্মী । শুরুং অমগী মনুংদা ঐখোয়বু চংহল্লম্মী । শুরুং ওইরমদ্রে । পারবা প্লাসটিক্কা শেন্না লম্বী অমা ওইরম্লে । প্লাসটিক টেন্ট মথক্তা লাইট কাপ্লগা ঈশিং কাপশিল্লম্মী । মমলম্বদগী খংঙান ঙাল্লকপদা ঈশিং হৈথরক্পদু ইশামক্তা য়ৌরক্লবরা খল্লুই । অদুবু লাহোক্লে । গেটতা মৈরা পায়বা পরেং শানা ঐখোয়বু অমুক ওক্লম্মী । উমং অমা কাওরবা তুংদা ঐখোয় ইলেক্ট্রিক্কা ইঙান ঙান্নবা নিংথিনা কোয়না শেন্নবা চা থককম অদু য়ৌরে । অরাক অরাকপা অপূম্বা টেবলশিংদা কৌরে । ঐখোয় পুন্নমক অমগা অমগা ৱারী ৱাতাই শানে । টেবল অমমমদা চাগী চাউরবা কোঙ্গিল য়াওবা অচৌবা অরিবা নমুনাগী ফ্লাস্ক অমমম থিল্লি । অহাঙবা গ্লাস, চিনি, হৈ মহি মখল কয়া, অথুম্বা মসলা য়াওদবা বেসক্যুট, রোতী, কেক, হৈ মখল কয়া অচৌবা প্লেটশিংদা পৈদুনা থম্মী । আর্টেক অপূমবগী ডাইরেক্তরনা হৌরকপদা ভাষন পীরকই । মহাক্না হায়খি "অনৌবদি ওইবা থাইনদগীসু চংনরক্লবা মতম অয়াম্বদা কাউথোকচবগুম লৈরুরবা 'রুসকী ভোটকা' হায়দুনা ফংখিদ্রবা মওং অমদা লৈবাকসিদা চংনহল্লকপদগী ঙসিদি 'রুসকী চাই' বু নাথৈদুনা থম্লুরে । অদুবু অনৌবা ওইনা ফত্তবা মহি থকপগী মহৎতা অফবা মহি চা অসিবু থক্কুনা অওনবা অসি পুরক্লে ।" ফোরেন ডিলিগেটপু নুংঙাইনবা খরদং শীনবনি হায়নসু ঙাওখি । অনিশুবা ভাষন্দা ফোবেন ডিলিগেটশিংগী মরক্তগী চেয়ারমেন ওইনা খল্লবা কিউবাগী কমরেড অদুনসু 'রুসকী চাই' গী থাগৎপা ফোংদোকখি অমসুং অওনবা অসিবু তমজনিঙাই ওইবনি হায়বা উৎখি । লোয়ননা চা থকপা হৌখি । অথুম অহাও হৈ- য়া পুন্নমক চামিন্নখি ।

চাবা অমসুং থকপা পুন্নমক লোইরগা নুংশিরবা মিউজিক অমা থারকখি । ঐখোয় পুম্নসু জগোয়দা শরুক য়ানবা কৌরকখি । পুন্না পুন্না কোয়না খুৎ শম্নরগা

জগোই শানমিন্নখি । জগোয় শারিবা মওংশিংদু অমত্তা মান্নদে । ঐখোয়গীনা নম্বর য়াওবা চে অমমম য়েদ্ভেক্লম্মী । মাইকতা নম্বর লাউথোক্লকই । নম্বর অমদা মী ২/২ না জগোয় ময়ামগী অকোইবদা জগোয় অমা শাগদবনি । নত্রুগনা মশানা হৈজবা অমা তৌগদবনি । অসুম্না থৌরমদু লোয়শিল্লে । নুংশিরিবদি ইন্টরপ্রেটর অমগা ঐগা তারবা অদুনি । মানা হায় ঐখোয়দি ময়ামগী মকোক চিংলগা জগোয় শাশি । মানা চিংদুনা জগোয় শাফমশিংদা লাইরেন মথেক চৎপগুম শা-শাদুনা চৎখি । পুন্নমক হয়াওনা শামিন্নখি । চৎপদা নত্তে জগোয় খুৎথেক অমসু য়াওরিবনি । পুন্নমক্তু মানা মানা হৈজবা মওংদা ওাক্তনি । অসুম্না লোইরকপা তাঞ্জাদা অচৌ অচৌবা মৈঙালদা মৈকাম্নীগী বোমশিং থারকই । অমসুং 'দসবিদানিয়া দসবিদানিয়া' হায়বা ঈশেগী নুংশিরবা মিউজিক খোংলকই লোয়ননা শুর অদুদা ইল্লদুনা খুৎকা খুৎকা পাইনরম্বা অদু খজাই খজাইদা নুংশিননা অমুক অমুক চুপ্পরন্নগা তুংওইরম্লে । □

## শান্তি অমসুং সোলিদারিতি

মপুং ওইরবা আর্টেঙ্কী স্নোগান ওইরবা বাফমসিগা মরী লৈননা চাউরবা পালন অমসু লোইরকপা মতাংদা পাংথোকখি । লৈবাক ১০০ রোমদগী লাক্লিবা ডেলিগেটশিং অমদি সোভিয়েটকী রিপাব্লিক ১৫গী পাইওনিয়ারশিংগা পুন্না পাংথোকমিন্নবা থৌরমনি । লোয়ননা কেম্পিং সেন্তর ১০গী অঙাং পুন্নমকসু য়াওই। লেসনোইগী মিনি ষ্টেদিয়মদনি । নুংথিলনি, অহানবদা রেল্লি অমা লাকই । ফেষ্টুন,ফ্লেগ লোইনমক লোয়নরকই । মাগী মাগী লৈবাক্তা থেংনরিবা এল্পনগী স্নোগানসুনি উৎলিবদু । রেল্লিগী ময়ায়দা লাইরেন মথেক্তুম চৎলিঙে ষ্টেজদা খিল্লিবা অচৌবা কাংশি অহুম অদু পৃথিবীগী শক্লোন মান্নদবা মী কাংলুপ অহুম (ককেসিয়ান, মাঙ্গোলোইদ অমসুং নেগ্রো) রিপ্রজেন্ট তৌবা অঙাং অহুম চংলক্লগা খীংলৈ । গেলেরিদা, নাকলশিংদা অমদি মাইকে খুদিংমক্তা মাইকী সাউন্দ বোক্সশিংদগী "Warning to the war mongolers, warning to armanents" হায়দুনা লাওথোক্লকই । মতাং অদু লোইরবা মতুংদা ডেলিগেট লিদরশিংবু "International year of peace" শিম্বোল গী পোষ্টর অচৌবা অমদা সহি তৌননবা কৌরকই অমসুং রেল্লি ওইনা চংদুনা পোষ্টরশিংদা মথং মথং সহি তৌরুই । অতোপ্পা খরা অমনা মচু মচুগী রংদা মাগী ম্য়াগী খুবাক অদু লুপ্পগা শিম্বোলদুদা খুবাকী খুদম

থম্মী । রেল্লিদু ঙাইহাক অমুক চৎপা হৌগৎলকই । অঙাং অমনা "Down with Nucler war, Down with Exploitation, Down with Imperialist, We want world Peace,Nuclear war- Niyat, Niyat (No-No) হায়বা স্লোগানশিং মথং মথং লাউরকই ।

নুপীমচা অমনা ষ্টেজ মথক্তা নুংশিরবা শুরদা ডাইওলিন খোংলকই । লোয়ননা সহি তৌরবা পোষ্টরশিংদু ফীরাল ওইনা পায়রগা চৎলকই। মাইকে খুদিংদগী খুবাক খুরকই অমসুং মথংদা এনাউনসর অদুনা অন্টনজাতিগী ঈশৈ শক্লবা লাউথোক্লকই অমসুং পুম্নমক অমত্তা ওইনা য়ানশিন্নবা লোন্দা শক্লকই । অঙকপা যৌদোকনি । তম্নীকবা লৈতনা পুম্নমক শান্তিগী স্লোগান ঈশৈ অদু শকমিন্নবা অদুনি । মিউজিসিয়ান খুদিং অঙাং ঙাক্তনি । পুম্না শকমিন্নরবা তুংদা খনগৎলগা অঙাং তরুকপুসু লেকচর পীহল্লম্মী । মখোয়শিংদুদি ইউ:এস:এ:, লেবানন, নিকারাগুবা, এ:এন:সি:, সোভিয়েট, অমসুং কিউবানচীংবগীনি।

সোভিয়েটকী অঙাংদুনা ঙাংবদা আর্টেক্কী 'এন্টি বার প্রপোজেল' অমা ইউ:এন:ও: দা লানখৎপগী মরমদা পনখি । কিউবানা পাইওনিয়ারগী অন্টরজাতিগী কেম্প অমা হাংদোক্তুনা শান্তিগী অন্দোলন কনখৎহন্নবা পনখি । মরকসিদা পোষ্টকার্দ ময়াম অমা সহি তৌনখিবদু খোমজিল্লদুনা অচৌবা বোক্স অমদা অমুক হাপচিল্লমই। বোক্সশিংদুগী মথক্তা বাশিংতন ডি:সি:, ইউ:এস: হায়না থারি । এনাউন্সরনা বোক্স অদু এম্বেসিগী খুৎথাংদা প্রপোজেল ওইনা পীথ্রগনি হায়না লাউথোক্লকখি।

মথংদা শান্তিগী ঈশৈ অমগা লোয়ননা পিছ ইয়ার ফ্লেগ চিংখৎলকই । পুম্নমক তুমিন তুমিন চিংখৎলিবা ফীরালবু মীৎ কুপ্তুবমখৈ য়েংনরি । নুংশিরবা মতাংনি। সোভিয়েটকী প্রজাশিংনা অসুক্কী মতিক শান্তি পামজবা মখল কয়াগী মীওইশিং, ফেক্তরিদা থবক তৌবিবশিং, লৌমিশিং, ছাত্র-ছাত্রিশিং অমসুং কবি অইবশিংনা কবিগুম্না পোখোক অমা পুথোকপদা শান্তিদা যুম্ফম ওইরগা পুথোকই ।'ফি' মখল অমা টেক্সতাইল ফেক্তবিদগী শারকপদা শান্তিগী সিম্বোল অমগা লোয়ননা শারকপগুম কবিশিংনা ঈশৈ অমা ইথোরকপদসু শকখিবা শান্তিগী ঈশৈদুগুম্না ইথোক্লকই ।

ফেষ্টুনশিংগী অনৌবা রেল্লি অমা গেটতগী চৎলকই । মতাংদুদা ইংগ্রেজিদা 'ফ্রিদম শোং' হায়বা মিংথোন্দা ঈশৈ অমা সাইদ্রমগী মচীং পুংলোন্দা শক্লকই । ডাক্তর নেলসন মন্দেলা গী ফোটোশিং উৎলি । লোয়ননা অমুবা খা আফ্রিকাগী মীয়ামনা অন্দলোন চৎপদা বোথাগী রেসিস সরকারনা নোংমৈ কাপ্পা, হাৎপা, ওৎ-

নৈবা কয়া উৎপা পোষ্টরশিং পুরি । অদুগা অয়াম্বা ফেষ্টুনশিংদা 'Down with Appparthed, solidarity to A.N.C.' হায়বসিনি ইরিবা।

মথংগী প্রোগ্রামদুসু ভৌরোক ভৌরবা ফিনা লৈতেংলবা উরোকুমনা শেম শারবা সোভিয়েট পাইওনিয়রস, জগোয় শাবীশিং পরেং শানা থোক্লকই । ষ্টেজদা পোষ্টরশিং পরেং শানা থল্লমই । ইরিবশিংদু 'Let it be fly free, Not to distroy, She like peace' নি । লোয়ননা বেকগ্রাউন্দগী ব্রাহৈশিংগা চানবা ঈশৈ শক্লকই । জগোয় অদুখক্তং উরবসু করিনো মখোইনা তাক্লিবশে হায়বদু খঙই ।

অমুকসু চাউরবা পোষ্টর অহম পাইওনিয়রস ময়াম চংদুনা পুথোক্লকই । 'খুৎলাই শাবা হন্থবা' হায়না ইরি । ইং ১৯৮৫ ইরিবদুদা বোমদুগী সাইজদু চাউনা য়েক্লি । ইং ১৯৯০ ইরিবদুদা বোমগী সাইজদু তথ্বাই অমা পীকথরকই । ইং ২০০০ দদি সুক্লে লৈহন্দ্রে, মদুগী মহুত্তা শান্তিগী খুদম 'খুনু' অমনা মহুৎ শিল্লে । উক্রাইনগী পাইওনিয়ারশিংনা জগোয় অমনা পৃথিবী মীয়ামগী লান পামদবগী ঈহৌ উৎলবা ভূংদা পোষ্টরশিংদু মথং মথং পুশিনখ্রে । অমসুং চাউরবা গ্লোব অমগা খুনু অমগনা মহুৎ শিনখ্রে ।

মথংদা 'সোভিয়েট লাইফদিবী কৃম্মে' উৎপগী থৌরম লাক্লে । মী মখল অহম পৃথিবীবু রিপ্রজেন্ট তৌদুনা নেগ্রো, ককেসিয়ান অমসুং মোঙ্গোলোইডকী শক্তমদনি । 'সোভিয়েটকী পপেট থিএটর' মমিং চংলি, লাইফদিবী অহুমদুনা এম্নন কৃম্মে উৎলদুনা ঈশৈ শকখি । ঈশৈদুগী পান্দমসু পৃথিবীদা অওনবা সমাজ পুরক্লবগীনি। মথংদা লৈবাক কয়াগী পাইওনিয়ার অমসুং দেলিগেটশিংনা মাগী মাগী লৈবাক্কী ঈশৈ অমসুং জগোয়শিং উৎখি । মখল মখলনি নুঙাইরবা পুক্নিদা অমুক্তা তাম্রিবা পুক্লিংদা থুক লাউবা ঈশৈনচিংবা য়াওই । মোরোকোগী জগোয় এঙ্গোলাগী নিংতম ঈশৈ অমসুং কিউবাগী মোর্দন রোক ঈশৈ কাউদনা অদুম্মক পুক্লিংদা লৈহৌরি ।

অরোইবদা চাউরবা বেলুন অমনা শংবান্নরবা মচুদা অভৌবা খুনু য়েকপা ফীরান অমা অতিয়া তমনা চিংখৎলি । নুংশিরবা শান্তি-ঈশৈগী মিউজিক্লা পাক্লবা অতিয়া মতোল শিনখ্রবগুম্লে, খর-খরা মমি শামলক্লে । অদুবু লাইট বোমশিংনা তান্না তান্নদুনা ঐখোয় খুদিংবু উহন্নবা লাক্লরবসু শুভ্ররঙ য়ৌখ্রে । মিকুপ অদুদা সংসার পুম্বা কাউরুই । 'পৃথিবী শান্তি পুরক্লবনিকো, করিগীদমক্তনো খল্লুবদা থম্মোয় পুবা য়ারক্তে" মীত্তগী পিরাং শিন্থরমই । ঐ ইতোমতা ওইরমদে, ঐগী অকোয়বদা হিক্লা হিক্লা কপ্পা খরসু য়াওরমই । কিবন ব্রালিয়ারোমদা য়েংলুবদা মাসু রুমালনা মপি

তৈথোক্তুনা লৈরমই । অঙকপনি মীওইবগী পুন্সি, ঐখোয়না হিংলিবা মতম খরখক্তনি, পুন্নমক শিগদবা ঙাক্কি । অদুবু য়েংথিনবা, অমদি ললথুম অমনা খোপচিন্নবা হোৎনরিবা মসিবু মরম করিগীনো ? ইতোম্মত্র খঞ্জখি ।

বাখলগী পল্লেপফম খংদ্রিঙৈ তাঞ্জাদুদা লংলবা ‘থবানমিচাক বোম’ অমা থাগৎলকই, বাংনা পাইখৎপ্রগা পোকখাইখি, মথংদা অঙাংবা মচুগী থবানমিচাক বোম মঙা অমুক পাইখৎলকই । বাংনা পাইখৎলগা অমুকসু পোকখাইখি । অরোয়বদা হঙ্গামপাল মচু অশংবা মচু অমদি খরা খরা খেংনবা মচু কয়াগী থবানমিচাক বোম ১০ মুক পাইখৎলক্লগা পোকখাইহল্লকখি । অমম্বা অতিয়াদুদা নিংথিরবা থবানমিচাক্কা চপ মান্নরবা বোমশিং পোকখাইহন্দুনা আর্টেক্কী প্রকৃতিগী ফজববু অমুক্কসু হেন্না নিংথিহল্লি । তাঞ্জাদু নুমিদাংগী পুং ১১ তারম্লে । ময়াম পুমনমক ‘সেলুট টু গ্রেট বার্ড পিছ, সেলুট টু সোভিয়েট ইউনিয়ন, সেলুট টু য়ং পাইওনিয়রস, সেলুট টু গ্রেট লেনিন’ হায়বা খোল্লাউশিং লাউমিন্নরদুনা পুন্নমক মথং মথং কাইনরমই ।❑

## টিটো লৈপাক্কী

ঐখোয়গী লৈপাক্কী নুমিৎ পালন তৌবগা লোয়ননা আর্টেক্তা শরুক য়ারিবা লৈবাক খুদিংমক্কা মাগী মাগী মরৈপাক্কী পালন পাংথোকই । মাংজৌননা নুমিৎশিং অদু কেম্প গ্রুপ খুদিংগী ওইনা সিসটেমেটিক ওইনা লেপ্পী ।

মখল মখলগী পালন্নি । যুগোসলাভিয়াগী পালন অদু নিংথিরবা বার্ত্তন অমা মখোয়গী মরোলদা নমথোক্তুনা পুরক্লমই । তৌবতবু তারিক অমদি ঐখোয়গী মিংনচিংবদি মেন্সিলফম খাক্লকই । সিম্বোল অমা য়াওজরিবা অদুনা বার্ত্তনদুগী মগুন হেনগৎহল্লি । সিম্বোলদু করিসু নত্তে যুগোসলাভিয়াগী ‘পিওনিরি ওলসটিনি’ হায়বা পাইওনিয়ার ওরগেনাইজেসনগীনি । নহামচা অমগা নুপী মচা অমগগী শক্তম লৌবা অমনা ময়ায়দা মহৈ মরোংগী শক্তম অমনা ওইরোম থংবদা, থবানমিচাক অমনা মথক্তা, মখোয়গী বাশক ‘জাদোমবিনো অসটিতোম নপ্রেজ’ না মরেক লানা ইরি । নুমিৎতুগী অয়ুক্কী প্রোগ্রামদি মখোয়গী মরৈপাক্কী চাওখৎলিবা, ইতিহাসতা কয়া থেংনরকপা অমদি পাইওনিয়রসকী থৌদাং অমসুং শক্তমশিংগী মেলা অমা উৎলি । নিংথিরবা পাইওনিয়র্স ইউনিফোর্ম শেৎলরা নুপীমচা অমসুং নুপামচা অনিনা মোলাগী থোঙ্গালদা ইকাইখুম্নবা উৎলি । মনুংদা চংখিবদা উৎলিবশিং মথং মথং বারী লিরকই । পাইওনিয়র্সতু মখোল থোংলি । যোমোলক্কা মীনোক্তা মশাগী পাইওনিয়র্সকী

রেকোর্ডশিং য়েংবা হৌরকপদা হরাওনা পাউদম ব্রারী লিরকই। ঐখোয়গী ইন্টরপ্রেটরনসু মথং মথং লংপা লৈতনা ঐখোয়গী নাকোং ময়াদা ইংগ্রেজিদা লিরক্লিবশিং খাক্লম্বা তৌদনা হন্দোক্লকই। নুংথিলগী থৌরমদু লেকচর অমদি জগোয়নচিংবা তৌই । নুমিদাংগী থৌরমদা, ময়াম পুন্না চা-থকমিন্নবা, কনাগুম্বশিংনা অচম্বা বিয়ার অমদি চেমপেনশিং থকই । চানবসু মখল কয়ানি অদুবু শা অমদি বেসকুইটনচিংবনা অয়াম্বনি ।

ঐখোয় পুম্নমক চাবা থকপা লোয়নরবদা মখোয়গী মরৈপাক্কী মিউজিক কেশেটতগী ঈশে কয়ামরম খোংলকই। জগোয়গী মিউজিক শুরনা অনম্বনি । খংহৌদে ঐখোয়বুসু জগোয় শানবা কৌথোক্লকই । ঐনা পামলম্বদি লৈপাক অদুগী ওরগেনাইজেসনগী মরমদা খরদং ঙাং শক্লকপা হায়রবদুনি । অদুবু তৌদ্রে ঐখোয় পুম্বা জগোয় শামিন্নবা অমসুং হরাওমিন্নবা লোয়ননা হকচাং তেকখৎহনমিন্নবা অদুনা নুমিৎতুগী অরোইবা থৌরম ওইখ্রে ।

মথংগী নুমিৎতা ওরগেনাইজেসনগী মরমদা হেন্না ব্রারী সাশি হায়দুনা ইন্টরপ্রেটর য়াওনা ঐখোয়গী কাটরদা ফম্মিন্নখি । শ্রীলঙ্কাগী লিদরদুসু য়াওখি, তশেংনমক ব্রারীশিংদুনা অনৌবা খঙলমদবা লৌশিং কয়া তাক্লিনখি ।

ইং শক ১৯৪১ দা টিটোগী পার্টিনা ফেসিসপু থেংননবা হোৎনরকপদা অঙাংশিং হায়বদি পাইওনিয়র্সশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা অমসুং তাঙ্গাদুমক্তদা সংহ্লাম অসিসু পোক্লকবগী লম্বী পীখিবনি । অঙাংশিংনা ইতিহাসতা লৈপাক্কী তেংবাং পীরকখিবা পল্লকই । ইং ১৯৪৪ গী পাইওনিয়র্স হেরোশিংনা থৌনা ফনা লাঙ্গাওদুদা জরমনি লাম্মীশিংবু য়ৈখাইবা পীখি । তাশেংনা হায়রবদা লৈপাক অদুগী কমিউনিজম গুরিল্লা লাম্মীশিংনা ব্রানা ফেসিস জরমন লানমীশিংবু মায়োক্লরকপদা পাইওনিয়র্সশিংনা চপ চাবা থৌদাং লৌখি । ☐

## "অঙাংগী ঈশৈশিং"

আর্টেক্কী মরমদা অতৈ পৃথিবীগী অঙাং কয়ানসু ইরমই । যুগোসলাভিয়াগী ময়ানা শৈরেংদুগী শরুক খরদা

*"The Sun........ Rays Over Artek.*
*Holding hand the Children went about*

*Happy about everything*
*If only there were no war to deprive*
*Little people of their Childhood !"*

হায়না ইরমই । অঁতে কয়ানসু ঈশে কয়া অমা ইরম্বা য়াওই । অইবা অঙাংশিংদু অঙাং ওইরবসু কবি অমমম ওইরবনি । চহি ১১ তা ঙাইবিবা বাঙ্গলাদেশকী মুহম্মদ ইস্লামনা ইরমই - "And all year they greet the Children.

Who *come from Wherever*
*They call their home........."*

অদুগা সিমসু নৌদুনতা আর্টেক্তা অদুম্মক লৈহল্লবনি । আর্টেক হেক পল্লকপদা মখাগী ঈশে অসি অদুম্মক হেক্তা নিংশিংলকই ।

*"May there always be sunshine*
*A circle for the sun, and blue sky all around,*
*That is what the little bay drew.*
*He drew it large, almost felling the page,*
*And over in the corner he wrote :*
*May there always be sunshine,*
*May there always be blue sky,*
*May there always be a Mama,*
*May there always be Me.*
*Soldier, do you see ?*
*Soldier, do you hear ?*
*Thousands of eyes gare up at the skies,*
*And thousands of voices say and repeat*
*May there always be sunshine."*

লান্দা শরুক য়ারুরবা সোভিয়েটকী অঙাং অমনা কুইরবা মতমগী মমাংদা ইরম্বনি ।❑

## পৃথিবীগী অঙাংগী সংস্থানশিং

অয়াম্বা পৃথিবীগী অঙাংগী সংস্থানশিংবু আর্টেক্তা শরুক য়াহল্লি । মখোয়শিংদুগী মনুংদা অয়াম্বদি CIMEA গী মেম্বরশিংনা অনম্বনি । ইং ১৯৭৭ তা

আর্টেক্তা পৃথিবীগী অহানবা অঙাংশিংগী কেম্ফিবেল অমা পাংথোকখি । মদুনসু অঙাংগী সংস্থানশিংগী মশিং য়াম্না শরুক য়াবগী তাঙ্গা অদু লৈখি ।

CIMEAগী মেম্বরশিং গুসি ফাওবদা মখাগী লৈপাক্লিং অসি লৈরে :

১) ইউরোপ অমসুং অবাং আমেরিকা-বেলজিয়ম, বুলগারিয়া, সাইপ্রস, জোকোসলোভাকিয়া, দেনমার্ক, ফিন্দলেন্দ, ফ্রান্স, এফ:আর:জি:, জি:দি:আর:, গ্রিস, হঙ্গেরি, ইটালি, নোরবে, পোলেন্দ, পোরটুগাল, রোমানিয়া, স্বিদেন, ইউ:কে:, ইউ:এস:এস:আর:, বেস বার্লিন, ইউ:এস:এ: ।

২) আফ্রিকা — এঙ্গোলা, বেনিন, কোঙ্গো, মাদাগাসকর, মোরোকো, মোজাম্বিক, নামিবিয়া, সাও তোমে, শেরেলিওন, শোমালিয়া, সুদান, খা আফ্রিকা ।

৩) লেটিন আমেরিকা — চিলি, কলম্বীয়া, কিউবা, দোমিনিকান রিপাব্লিক, গ্রেনেদা, নিকারাগুবা, ভেনেজুইলা ।

৪) মিদল ইষ্ট — ইরাক, লেবানোন, সাইরিয়া, য়েমেন, ইজরলেন্দ ।

৫) এসিয়া — চাইনা, আফগানিষ্টান, ইন্দিয়া, কম্পুচিয়া, কোরিয়া, লাউস, মোঙ্গোলিয়া, ফিলিপাইন, ভিয়েটনাম অসিনি ।

ঐগা থেংনরকপা মথক্কিসিদা য়াওখিদবা লৈবাকশিংদি যুগোসলাভিয়া, লগজেমবার্গ, নেদরলেন্দ, ঔসত্রিয়া, কনাদা, স্পেন, জপান, ঔসত্রেলিয়া, ফিলিপাইন, নেপাল, মালেসিয়া, কুবেট, জোরদান, ইরান, শ্রীলঙ্কা, বাঙ্গলাদেশ, উরুগুই, শুরিনাম, পেরু, ব্রাজিল, আরজেন্টিনা, বোলিভিয়া, মেক্সিকো, জমাইকা, কোষ্টারিকা, জিম্বাবে, জম্বীয়া, উগান্দা, টেনজানিয়া, গুইনিবিশাও, ঘনা, ইথিওপিয়া, ইজিপ্ট, বেনিন, আলজেরিয়া অসিনচিংবনি । লৈপাকশিং অসিদা য়ং পাইওনিয়র্স, স্কাউট, রিভোলুসনরি অঙাংগী সংস্থানশিং লিংখৎপ্রবনি । মখোয়শিংদুগী অপুনবা ওইনা সিমেন্নানা, পৃথিবীগী অঙাংশিংগী ঈহৌ অমা চপ চানা চথরি । লোয়ননা শান্তি অমদি অঙাংশিংবু মশা মউ ফনা নিং তম্না হিংবগী মতাংদা থেংনরি । বাথক্লোন অদুমক CIMEA গী ঈশৈগী ময়েকশিং অসিনা লাইনা তাকই ।

*Music by Mikis Theodorakis*
*Lyrics by Janos csanady*
*"There is no much pair*

*Earth, in you may lands,*
*Bombs are falling on your thousand paths;*
*Africa is wide awake,*
*Asia is in turmoil*
*in our stimulating song*
*We call you, peace, stay with us forever,*
*Your fraternal light of camp fires,*
*We are thirsting for*
*Our playful words,*
*Our feet and heart beat to the same tune*
*We have not been living on the earth so long*
*Our faith rises to high skies,*
*the growing hope of may land*
*is flown on the flags,*
*of our hearts in rapture !"* ❑

## লমকোয়হল্লকপদগী

খিজিলহনবা কোয়হনবা অদুক্কী মতীক খংহন্নবা হোৎনবসি সোভিয়েট বাসিশিংগীনা অঁতে পৃথিবীগী শিংলে চাউখৎলে হায়রিবশিংদগী শোথদে । অদুঙৈ ঐনা জপানিজশিংনা ভারত কোয়রকপগী পাউ অমা তাখি । মতম লৈবখিবীক্তা থাউ অমা, নোট বুক অমা, কলম অমা পুরগা লম্বীদা, বজারদা, ওফিসতা অমদি অঁতে মফম খুদিংদা আউবশিংবু ইশিল্লি । মখোয় জপানিজ হায়বসি হোৎনবা কনবা, চাউখৎপা জাতি অমনি । মখোয়নি খিজিল হৎজিলবদা য়াম্না মাংজিল থারিবা । সোভিয়েট জাতিসু হিরম অশোমদা শোথদে অশেংনা হেন্দোক খোইদোকই । মখোয়গী মীয়াম্না খিজিল হৎজিলবদগী ফংলকপা জান অদুনা অমুক অনৌবা পোৎ অমা ওইনা পুখোল্লকবা পোৎ অদুবু পৃথিবীগী মীয়াম অঁতেদসু খংহল্লিংবা হায়বদুনি, মখোয়না চংথরক্লিবা । কোমশোমোল কেম্পকি হাক্তক্তা সাইবেরিয়া কলেক্তিভ ফার্ম অমদি মিউজিয়ম কয়াদা কোয়হনখিবগুম শাইওনিরসকিসীলদু মখং মখং কোমনবা থৌরাং কয়া শীনখি ।

**১) ম্লাটা কোয়্রবা ঃ** পুম্নমক্না ম্লাটা হেক পল্লকপদা অনিশুবা লাম্লাও লোইবগী মীকম হেক্তা নিংশিংগনি । ঐসু ম্লাটা কোয়্রহনগনি মকমদুদা শান্তিগী রেল্লি অমা চংকনি তাবদা অনিশুবা লাম্লাওগী রেকোর্ড থরদি শোয়্রদনা খণ্ডবা গুমগনি হায়্রবগী আশাদা নুংঙাইবা পোকখি । নুমিৎ য়ুংবা মতুং পুং ১ তারে পুম্নমক আর্টেক্কী গেটকী রিসেপসন হোলদা লাক্লরে । লাক্লরিবা অয়াম্বনা প্লাসতিক্কী খাউ অমমমদা লৈ চবুল অমমম পুনরকই । সরক্লোমদা য়েংথোকখিবদা এয়ার কন্দিসনগী 'ইন্টুরিস আর্টেক' হায়্রনা থাবা বস য়াথে চামা থারি খংই ।

আর্টেক্তা লৈরিবদু পৃথিবীগী লৈবাক ৬০ গী ডেলিগেটশিংনি । নুমিত্তুদা চংনবা থোক্লক্লিবদু ইন্টরপ্রেটরশিংনা মা মাগী লৈবাকশিংগী চংকদবা বস নম্বরশিং তাক্লতুনা চংপা হৌরক্লে । চংলমদাই গুাইহাক্তংদি দিল্লিগী ইন্টর ষ্টেট বস সারবিস ষ্টেসনদা তৌবগুমই । চীংমাইগী লম্বীশিংদুদা চাউরবা শাংলবা বসশিংদুনা পরেং শানা চংলকপদু অঙকপগী মশকনি । লাপ্না য়েংখিবদা ফজরবা অঙ্গুরগী ফার্ম কয়া মথং মথং চীংমাইশিংদা লৈরি । নমলোং ৩/৪ ফাংবা মকমশিং লৈরমই অদুগুম্বা মকমশিংদুদা নিংথিরবা চাউরবা সাইন্দবোর্টশিং থেংলি । পৃথিবীগী শান্তিগী থাখল্লোনশিং মহাপুরুষ কার্লমার্ক্স লোনিন্না হায়রম্বা পাউতাকশিং অমদি লৈপাক্কুগী পাংথোক্কদোরিবা অচৌবা পার্টিগী মীকমগী পান্দমশিং ইদুনা য়েক্তুনা মীয়ামদা উৎহল্লী । বোর্ড অমদা ইং ২০০০ দদী পৃথিবীদা লানগী খুংলাই পুমলোই লোইশিনবা হায়না ইহৌই ।

য়েংলোমথংবদা অয়ুদাক চীংজাওনা অতিয়া পাক্লা পৈথংতুনা লৈশ্রে, ওইরোমথংবদা চীংযচাশিংনা সমুদ্রগা শম্লনা লৈশ্রে । পাক্লবা 'ব্লেকসি' অদু উরবদা নীংশিংলকই, অদুঙে অনিশুবা লাম্লাওদা সোভিয়েটকী 'ব্লেক সি ফ্লিট' না নাজি লাম্লী থেংনখিবা, অদুগা মতমদুগী চহি লিয়বা পাইওনিয়ারশিংনা অঙাং অমা ওইনা সোভিয়েট লাম্লীশিংদা মতেং পীখিবদু । তশেংবমক নাজি লাম্লীনা পুমলৌ লৌশিন্দুনা অতেক অকায় কয়া থোকহল্লুরবা আর্টেক অমসুং ক্রিমিয়াগী ম্লাটানচিংবা সহরশিংবু সোভিয়েটকী প্রজা কয়াগী মতেংগা লোয়্রননা 'ব্লেকসি ফ্লিট 'অদুনা ফেসিস লাম্লীশিংবু মখৈদা যাইখিবা পীখি ।

অনিশুবা পৃথিবী লাম্লাওগী শতম অমথক শঙশঙনা থাখলদা কাওক্লরবা তুংদা বসকী থেংনাওশিংদা উরক্লে ম্লাটা সহর । চীংগী চীংমাইশিং অমসুং নেমথখিবা শরক্তা সমুদ্র, অদুগা নেমতকপা দলান কয়াগী মরক্তা মথোল ১৩/১৪ গী অতিয়া পক্লবা দলানশিংসু লৈয়মজিবা । সহরদুগী মনাক নম্রিল নম্রিল্লক্লগা উরকই ।

তম্পাক্রমদা লৈবা সহরগুম অচৌবা ওভরব্রিজসু উবা ফংই। ওক্তবা ওমদে অমুকসু নাকল অমরোমদা য়েংথোকখিবদা উরমই-ফেক্তরিগী য়ুমজাওশিং অমসুং চেম্নিগী মৈখু ঐনা ভাবনা লাম্মুদবনি সি ফাওবদি অদুবু খুদক্তা জ্ঞান অমা লাকই মরক্তী চীংজাও চীংমাইশিং মাংহন্দনা নীংথিনা শেম শাদুনা লৈহৌবা, অজুর ফার্মশিং ফার্মশিংদুনা শীরকপা পোথোকশিং পুন্নগা অনৌবা খুৎশেমগী মীওইবনা দরকার লৈবা পোথোক কয়া শোয়দনা ফেক্তরীশিংদুদগী পুথোক্রমগনি। তশেংনমক হায়রবদা লৈরিবা মী খরদুগী শুফম নোমফম মরাং কায়না সরকারদুনা থৌরাং তৌই হায়বদো উংলি। ☐

## নীংশিং খুভমদা লৈ কংপা

মিনট খরগী তুংদা সহরগী মতাই ওইরপ্পা লৈবা পার্ক অমগী মনাক্তা বসশিংদু খামলে। ঐখোয় খুদিংমক কুমথরে মাগী মাগী লৈবাক্তী ফীরালশিং পুথোকনরে, রেল্লি ওইনা পরেং চংপা হৌরক্লে। চীজোল অমা চংলবা তুংদা ওমতক্লা অচৌবা লৈপুংগুম চীং মচা অমদা কাখৎপা হৌরে। নুংঙৌনা নান্না শেল্লবা শিরিনা মতোন ফাওবা লৈব্রে। গেট অমসু লৈরি। অনিশুবা লাঞ্জাওদা থেংনখিবা সোভিয়েটকী হেরোশিংগী শক্তম হক্তুনা গেট অদুদা উংলি লোয়ননা শোক্লখিবা চহীশিংদুসু উংলি।

পুলিস গার্ডশিং নাকল্লশিংদা লৈরি লোয়ননা পাইওনিয়র্স লূচিংবা অনিসু গাইড ওইনা য়াওরি। ঐখোয় খুদিংমকসু পরেং শানা মথং মথং চংলি।

ইকোয় কোয়বা অথৌবশিংগী নীংশিং খুভমনি। ময়াইদা ইমোরটেল ফ্লেমনা চাক্লি। মতাই অকোয়বদসু শোক্লখিবা থৌদোকশিং তাক্লি। সোভিয়েট মমাগী মুর্তি অমা খোং লাম্মী, ডাক্তর নর্স অমদি অণ্ডাংশিংনা লানগীদমক তেংবাংবা হুক্রিবদুদা য়াওরি। মথং মথং চংদুনা লৈ কংলি। অমসুং কনাগুম্বা অমনা সলাম তৌই। পাইওনিয়র্সশিংনা মখোয়গী সেলুট তৌই। ঐসু ঐখোয়গী পার্টিগী লাল সলাম কোকতোম্দা খুত্তুম থাংগৎতুনা লৈপাক কনবদা অথৌবা ওইপ্রবশিংদুদা ইকাই খুম্নবা উংখি। ☐

## শান্তি রেল্লি

ঐখোয় পুম্বা কুমথরে য়ালটা সহরগী মীয়াম তিনবা মরক্তা হেক চংলকপদা ঐখোয়গী ফেস্টুন, ফীরালশিং অমদি প্লেকার্ডশিং উংতুনা চংপা হৌরে। স্লোগানশিং

লাউবা হৌরি "নিউক্লিয়ার বোম নিয়ট নিয়ট, নিউক্লিয়ার নো নো আর্টেক মির দ্রজবা" খোল্লাউশিংনি। আর্টেক্লা শীনবা পৃথিবীগী লৈপাক কয়াগী মীহৎশিং য়াওরবা শান্তিগী রেল্লি অদুবু য়ালটা মীয়াম্না অসুক্কী মতিক হরাওনা ওকখি। যুমদা লৈরম্বা মী পুম্নমক খোরজুনা "হরলে হরলে" হায়বা খোল্লাউ পীরকই। নোক্লা নোক্লা মখুৎ হায়র হায়রদুনা লৈহৌই। লম্বীদা চৎপা কনাগুম্বা অমত্তনা হরাওনা য়েংদুনা মখুৎ হায়রমদবা য়াওদে। অহানবদা রুশিলোন্দ স্লোগান লাউরকই খুম্বা অমদি হম্বা ঙমলমদে, অমুক অনিরক হোৎনরবা তুংদা ঙমলকই। খুমদবদা অমসুং লাউবা য়াওদবদা কনানসু হায়রকদবদি লৈতে। অকনবা নীয়মনা চিংবা অমতা লৈতে অদুবু ঐখোয় খুদিংমক ইনসিল্লকপা য়াওদনা লাউবদু য়াওখি। তামিলনাদুগী কারটিক্কাগী অপীকপা শাওৎদু উরবদা অমুকসু হেন্না য়ালটা নাগরিকশিংদা নুংঙাইবা পোক্লরমই। দলান অমগী অনিশুবা ফ্লোরদা ঐখোয়দা মখুৎ হায়রম্মী। নুপী অমনা পীক্লিবী মচা নুপী অমবু লৈ চবুল অমা পায়দুনা কারটিক্কাদা খুদোল ওইনা পীহল্লম্মী। লোল-শংনদ্রবসু লৈ চবুল অদু উত্তুনা খুদম তৌদুনা কারটিক্কাবু ঙাইহল্লমই। নুপীদুগী মচানুপী অমা মীরৈপাক্কী কারটিক্কাগা মখুৎশিং শোক্লদুনা নুংশিনা শান্তিগী খুদোল পীখিবদু উবদা নুপী অদু কপলমই। রুমালনা মপী তৈথোক তৈথোকনা ঐখোয়দা, "মীর মীর দ্রজবা দ্রজবা" লাউরদুনা কায়নবগী মখুৎ থাজৎতুনা লৈহৌই।

রেল্লিদু সহরগী মরোলমত্তদা য়ৌশিল্লক্রে, য়ালটা হিথাংফম মনাক্কী সরক্তা চৎলি। অচৌ অচৌবা জহাজশিং থারিবদু উরে। সহরগী পোৎ লৈফম অমদি মী তিনফমশিংদগী হল্লকপা মীয়াম্না আর্টেক্কী শান্তিগী রেল্লি লাকপদু উবদা সরক্কী নাকন্দা লেপ্তুনা য়েংলি। লোয়ননা ঐখোয়গী রেল্লিদুনা লেনিন স্কোয়ার তমনা চংশিনখ্রে। লেনিনগী মূর্তি মনাক্তা মাংজৌনবা ফিব্রা তৌরমলবা মাইকশিংদা ফংসন মচা অমা তৌনবা লাউখোরক্রে। ফ্রান্সকী অঙাং অমনা ব্রা ঙাংললকই। মানা লৈপাক্কুগী শান্তিগী খৌরাংশিং থাগৎলদুনা ফ্রান্সকী অঙাংশিংনসু লান পামদবগী ঈহৌ মরিকচুম্না পাইখৎলগনি হায়না ব্রাশকখি। অরোয়বদা য়ালটাগী পাইওনিয়র্স লিদর অমনা রেল্লি য়াওরিবশিংবু থাগৎলকপদা শান্তিগী খোল্লাউ কয়া লাউখি। খোল্লাউদুদা ময়াম পুম্নমকসু খুমখি। চৈরক্তুদা রেল্লিদু ওকপা থোরকপা য়ালটা পাইওনিয়র্স ডিষ্ট্রিক্কী মেম্বরশিংগা মীরৈপাক্কী অঙাংশিংগা নুংশিননা বেজশিং কার্ডশিং খুদোল তৌনরি অমদি এড্রেস লৌনরি। ফংসন লোইরদুনা ঐখোয়না চৎপা হৌরকপদা মখোয়না নুংঙাইতনা লৈহৌই। মপি ঈরা চেন্না মখুৎ থাংগৎ থাংগৎতুনা লৈহৌই। □

# য়ালটা সোভিয়েট (মীহুৎ উনবা)

উনবগী ফংসনদুদা ৱাহং পাউখুম য়াম্না তৌনখি । মীরৈপাক্কী মীহুৎ ৬০ না ফংল্লনদুদা শরুক য়ারম্মী । মীহুৎশিংদুগী মনুংদা কোমশোমোলগী প্রোপেগান্দা কমিটিগী চেয়ারমেন, অন্টরজাটি এফিয়ার্সকী লুচিংবা অমদি অতৈ লুচিংবশিং য়াওই ।

**মখোয়না মখাগী পাউখুমশিংসি ঐখোয়গী ৱাহংগী পাউখুম ওইনা খুমখি :-**

"ইতিহাসতা য়ালটা মমিং লৈরবা মফমনি । ইং ১৯৪১-৪২ দা পৃথিবী লাঞ্জাও লোয়শিনবগী হিরমদা ইউ:এস:এ:, ইউ:কে:, ফ্রান্সনচিংবগা পুন্না সোভিয়েটনা হোন্থ ওইদুনা য়ালটা কনফরেন্স" ফমখি ।

য়ালটাগী মীশিং ৮৮,০০০ নি । খা থংবা ক্রিমিয়াগী সহর অনি ডিষ্ট্রিক্টীদা লৈ । চীংগী লম্না স্কোয়ার কিলোমিটর ২৪,০০০ নি । মফমসিদা মপুংদা জাতি কাংলুপ রুশিয়ান, উক্রেইনিয়ান, বৈলোরুসিয়ান, জিউগী খুন তাই । সুপ্রিম সোভিয়েটতা য়ালটাদগী মীহুৎ ২ শরুক য়াই । নিংশিংবা য়াবা অমনা য়ালটা চেম্বরসতা নুপী মেম্বর ৪৮ য়াওই । মীশিংগী শিনফম লৌউ-শিংউবা উহৈ ৱাহৈ থাবা অমসুং পোখোকশিংদুদগী মখল কয়াগী ফেক্টরিদা পোখোক পুথোকপগী থবক তৌই । কলেক্টিভ ফার্মশিংনা অয়াম্বনি। লৌউ-শিংউবগী মপুং ওইবা পোখোক অঙ্গুরনি । ইন্দষ্ট্রি অমদি কলেক্টিভ ফার্ম ১৭৯ লৈ । অঙ্গুরনচীংবদগী সুংবা হৈ মহি অমসুং য়ু মমিং চৎলি । অনৌবা লৈপাক্কী অওনবা খুন্নাইগী চৎনলোন অদুগী মনুংদা য়ু থিংবা হায়বসি মরু ওইবা থবক অমা ওইখি । ভোডকা অমসুং শামপেন্দ য়ু সুংবা তোক্তুনা ওন্না তৈন্নবদা হৈ মহি ওইনা পুথোকখ্রে ।

পৃথিবীগী লৈপাক কয়াগা য়ালটা সোভিয়েটকা ডাইরেক্ত ম্নরি লৈনদুনা টুরিজমদা চাওখৎনা থবক তৌরি । চহি খুদিং টুরিস মিলিয়ন ২/২ চাংচৎতা লাকই । "ইন্টরনেসনেল ওরগেনাইজেসন ওফ ব্রদর সিটি" গী সেয়ার য়ালটানা ওইরি । টুরিজমগী হিরমশিং অসি মরুপ মপাং ওইবদা য়ুমফম ওইবতা নত্তনা পৃথিবী শান্তিগী ৱাখললোন্দা য়ুম্ফম ওইরিবনি । অদুগা পৃথিবী মীয়ামগী হকচাং ফনা থমনবা, প্রকৃতিবু ঙাক শেন্না থম্নবা হিরমদসু পৃথিবী অতৈ লৈপাক কয়াগা পুনসিন্নদুনা হোসপিতাল, বিজ্ঞান অমসুং এনভাইরোনমেন্ট সংস্থানশিং শেমই ।

এনভাইরোনমেন্টকিদমক 'নিকিটসকী লৈকোল' শেমগৎলি। লৈকোলশিদা পৃথিবীগী মফম কয়াদা হৌবা স্পেসিজ চা কয়া য়োক্তুনা থমই । অসুন্না ঐখোয় পুন্না

ব্রাহং পাউখুম তৌনরবা তুংদা মিটিংদু কায়নরে । হোলদুদগী থোক্লক থোক্লকনা য়ালটাদগী ঐনা তমশিনবা করম্বা এক্সপরিয়েন্স অমা ঐখোয়গী লৈবাক্তা তৌবা য়াবগে খনখি । হেক্তা ঐখোয়গী সরকারদা পায়খৎহনীংখিবদুদি :-আলকোহোল ফেক্তরিনা চাদা ৯৬ য়ু সুংবগী মহৎতা হৈ মহি সুংখিবগুম ভারত্তসু অতোপ্পা অমা তৌবা য়াই । হায়রিবা থবকসি ঐখোয়গী লৈপাক্কী লুচিংবা লৈঙাক মপুশিংনা তৌবিরদি য়ুনা মনিপুরখক্তদা মী কয়া হাৎলিবসি কোক্কনি । অদুতসু নত্তনা য়ু থিংনবা হোৎনবদা লুপা ক্রোর কয়া কলহৌদুনা লাইরবা অঙাংশিংগীদমক করিগুম্বা খরা তৌবা ঙমগনি খনখি।□

## লিক্লি চিঠি

শান্তি পাউজেল য়াওবা চিঠি পুগদবা লিক্লি কয়া পৈরিবদু জপানিজশিং লৈবা মোসকোয় কেম্প সেন্টর চৎপগী লম্বীনি । অঙাংশিং পুদুনা অয়ুক পুং ১০গী অদুবাইদগী লিক্লিশিংদু উহল্লমই । মরাং-মরাংবা মচুনা লৈতেংই । কেম্প অমমমদগী সোভিয়েট পাইওনিয়র্স অমদি অতোপ্পা লৈপাক য়াওরিবশিংগী অঙাং মীহৎশিংনা চিঠিশিংদু ইহল্লি । অমসুং মা মাগী মিংনচিংবা থারগা লিক্লি মনুংদা হানজিল্লবা তুংদা মখুমশিংদু ঈশিং সুকচং চংদনবা মওংদা মখুম খুমই । ভারতকীসু চাউরবা আর্টেকী সিগ্নোল য়াওবা জহাজ অমা ফীরাল খেত্তুনা ঙাইদুনা লৈরে । কোমশোমোলগী লমজিংবশিং অমদি মাগী লৈপাক্কী ইন্টরপ্রেটরশিং য়াওনা হিথাংফম তমনা পরেং শানা চৎখ্রে । জয়চন্দ্রসু য়াওখ্রে । অঙাংশিংদুনা মা মাগী লিক্লিশিংদু পায়জরি । জহাজ অদু খোঙশানখ্রে অমসুং ঙাইহাক্কী তুংদা থাপলবা হোরাইজেন্দ য়ৌখ্রে ।

ঐ ইশামকসু হল্লকপা খৌরাংনা ঙাইখি অদুবু নুংথিল হল্লকখি । মাসু হরাওনা ঐগী নাক্তা চংলক্তুনা ব্রারীশিংদু চিখদনা শীরমই । থাপ্লবা সমুদ্র ঈয়ায় য়ৌরবা আর্টেক অমদি অতৈ কংফালগী শরুক অমতা উদ্রবা মতাংদা জহাজ অদু লেপ্তুনা অঙাংশিংবু কাংবু কাংবু কৌথোকরই হায়। মখোয়না লেপলিবা মফমদু 'টেরেটোরি ফ্রি-জোন,' কনাগুম্বা লৈপাক অমত্তগী মনুং চন্দবা সমুদ্রদনি । লিক্লিশিংদু মথং মথং থাদখিদুনা সমুদ্রা ঈয়ায়দু লিক্লি ঙাক্তা ঙাইশিল্লকখি । মাগী মাগী চিঠি য়াওরবা লিক্লিশিংদু থাদবা মতমদা অচৌবা আশা অমমম অঙাংশিং অদুনা তৌখি । অয়াম্বগী চপ মান্নবা আশা হায়ববু "পৃথিবী মীয়াম মরুপ মপাং ওইমিন্নবা অমসুং শান্তি থম্মিন্নবা" অসিনি । ভারতনা শান্তিগী মতাংদা লৌরিবা খৌদাং হায়বদি "মীচং

চৎনিন্নবদা য়াওনবা ঈহৈ” পন্নদুনা চিঠিদুবু ফংবা মীশক অদুনসু মহাক অদুগী লৈপাক্কসু ভারতকী মীয়ামগী মরুপ মপাং ওইহল্লবা অমদি শান্তিগী মৌদাং পাওখোকহল্লনবা চিঠিদা ইখি ।□

## পবেদি কলেক্তিপ ফার্মদা কোয়রবা

ফার্মদুদা কোয়রুবনা খ্বাইদগী নুংশাইবা নুমিৎনি হায়রবা য়াই । “পবেদি” ব্রাহৈসিগী আর্থ “লানগুম্বা” হাবসিনি । অদুগুম্বা অনিগুবা লাক্লাওদা নাত্তিনিংনা মাঙ-তাকহনফম ওইদুনা ব্রানা খাংহুরবা ফার্মসি লোয়ননা ফামসিগী মিংখোলবু ফেসিস মায়থিবা পীরবা তুংদা লানগুম্বা হায়না খোল্লবিবনি ।

ঐখোয় মীরেপাক্কী লমজিংবশিং অমদি ইন্টরপ্রেটরশিংবুত্তনি চৎখিবদু। অঙাংশিং য়াওদে । মখোয়গীদি আর্টেক্কা প্রোগ্রাম কয়া নৈবনিনা মফমদুদা চৎপা ফংবগী খুদোংচাবা অদু ফংখিদে । আর্টেক ইন্টুরিস কস অহমনি । কসশিংদুনা চীংলম্বীশিংদু ফাওদুনা চৎলি । চীং লম্বী ওইরবসু ইলেক্ট্রিক্কা চেনবা ব্রোলি কস কয়া চৎলি । অদুগা অর্টেক থাবা বসশিং অমদি ব্রকশিং হনগৎ হন্দা চৎপা য়েৎনৈ । মরক্তা খুঙ্গংশিং ফাওই । সমুদ্রগী সরুক উরম্বদগী চীংগী শরুক অবাংবদু লাক্লেরবা তুংদা অতোপ্পা ফামশিংগী এরিয়াশিং লৈদুনা চৎলি । ইকুই কুইদনা লমলোং মরি ফাংবদা কার অনি ঐখোয়বু ভাইদুনা লৈরমই কারদু পবেদি ফামগী চেয়ারমেন্না থারকপা ওইরমলে ।

পবেদিগী মীয়াম পুম্নমক যৌরমলে ফামগী মীয়াম উনফম হোলদগীনা গেট ফাওবদা মেম্বরশিংগী মীহৎশিংনা পবেং শানা ঐখোয়বু ওকলি । হোলগী মাংথংবদা লৈবিবা মখোলা অনিগী মীশিং অদুদা ঐখোয়বু পুরমই । অহানবা অমদি অনিশুবা ফ্লোরগী ভেকেশনদা ফামগী ... কয়া ইরি । ফামসি ইস্কুং ৫০ পূর্নাশিনবনি অমসুং চাউরাক্লা মী ১০০০ মুক্ত লৈ । ক্ষোয়ার কিমি: ২৫০০গী লম লৈ । অঙ্গুর, চুট্রে, হৈখা অমদি হৈতুপকী ফাবদা লম ক্ষোয়ার ১০০ শক্তিক শেহ অমদি মনা মশিংগী লৌবুক ৯০০০, য়ুম কৈ, নৈকোল, অঙাং শাফম, লৈবদু উৎলি । ময়ায়দা কলেক্তিভ ফামগী এরিয়া মেপ অমা লৈরি । য়ুম সাফমশিং, ট্রেক্টর/মেছিনশিং থমফম অমদি কেনেল দামনচিংবা মক্লেক শেংনা উরি । থাদবিবা শেনফমগী শেন্দোয় রুবল ৩,০০০,০০০ ফংবদুসু উৎলি ।

ঐখোয়বু অরোইবা ল্মোয়রগী কা অমদা পুশিল্লে, মদুদা ঐখোয়বু পোখাহল্লবা পুরিবরা খল্লুই অদুবু ওইরমদ্রে । নাল্লবা মিংশেলগুম্না লংলবা কা অমদা খোঙ খুং হ্যমদোকখ্রম ওইরমলে । ভৌরোক ভৌরবা ফিবোংগী তৈথোকফিশিং পল্লেং শানা য়াল্লি । মায় মিং তাথোক্লরে অমসুং খুংনচিংবা হ্যমদোক্লরে । লমজিংবশিংনা পিকতকপা হোল অমদা ঐখোয়বু পুশিল্লে । হৃদকমুকসু পোখাহনগদ্রা খল্লুবনি অদুবু হৈ রা বেসক্যুটনচিংবা চানবা কৌবা ওইরমলে । নিংথিরবা মপান ৱাংবা সনা মচুগী প্লেটশিংদা অচা অথকশিংদু হ্যপলি । ময়াম পুম্নমক্না চানীং চানীংবা মদুনা চানরে অমসুং ঐখোয়বু পুথোক্তুনা ‘পবেদি প্লেট কোর্ম’ তমনা পুরে । মকমদুদা লেনিনগী মুর্ত্তি অমা লৈ, য়েং থংবদা অনিশুবা লাম্লাওদা মথ্যায় কংখিবা থৌনা ফবা কামগী মেম্বর ওইরম্বশিংগী মিং ইরি । লোয়ননা মিংশিংগী তুং ওইরগা চাউরবা নুংভৌগী শহিদ মিনার মিটর ১৫ মুক ৱাংনা খিল্লি । ওইরোমদা সোভিয়েটকী ‘হেরো সহর’ শিংগী মিং অমদি সহরশিংগী ফোটোশিং উংলি । লৈগী পোলাং অমদগী লৈশিং পীরদুনা শহিদশিংগী মফমদা শর্দ্ধাঞ্জলি কংনখি ।

মথংদা অমুক বসতা ঐখোয়বু পুরদুনা হৈকোল ফামশিংদা চংলে । বস অদুনা চুমব্রেগী ফার্ম অমা লাম্হোক্তুনা হৈখাগী ফার্ম অমা লানসিল্লক্লে অমসুং লমলোং অমদা খামদুনা ঐখোয়বু অৱাংবা য়োংকী শগাইগুম্বা অমদা কাখংহল্লকই । ফার্মদু কয়ামুক চাউবা হায়বদু শগাই মথক্তা কারবা মতমদতা খঙখি । হাইফেং মিংনা উবদা তামথ্রবা মফম ফাওবদা হৈগী লৌবুক ওইনা শন্দোকখি । ঐনা খনখি অসুক ফজনা শেমগৎতুনা মখোং শোমদুনা তৌরিবশি য়ামখিদ্রবা মী ১০০০ মুক্তননিকো হায়না । কুমথরকলবা তুংদা ঐখোয়বু লমজিংলিবা ফামগী কোমসোমোল লুচিংবা অদুনা হৈখাশিং চাও হায়দুনা সরক্কী য়েং লোমদা পুরকই । অমুনবা খন মদুনা হেক হেক্তুনা চারে । চাবতা নন্তুনা মাগী মাগী খাউদসু হেক হেক্তুনা হাপনবসু য়াওরমই । তাঞ্জা অদুদা ট্রেক্তর অমা কেরিয়ারদা অহাংবা উপুশিং পুদুনা লাকই । তুম্নী উম্নী খোঙ্গ্রাও ফুরিং জীন শাক্তনি । ঐখোয়গী মপাদা খামশ্রে অদুগা ইস্টরপ্রেটরগা ৱারী শানখি । ঐদি নিপা ওইরবোই নীংউই মাদি মশা মউ ফরবী নুপী অমা ওইরমই । মাগী মাইখোংদু ঈ থাংনা শুংই । ঐখোয়রোমদা য়েংলক্লগা মোমোন মোমোন তৌরদুনা ওইরোমথংবদা মখুৎ থিন্দোক্তুনা চংনবা ইস্টরপ্রেটরদুদা তাকখি । করিগী মোমোন তৌরিবনো হায়বদু ঐ হৈখোং য়ৌরকপদা পৈদুনা লৈরিবা অমুনবা হৈ হাগ্না খুমজিন্দ্রিবা উপু ময়ামদু উরকপকান্দা খংখি । হৈপালশিংদুদা পাল্লিবশিংদুসু মুশুক মুনা মুল্লে । চাবদা

খোয়থুমনরে । নুপীদুনা অমুনবা চানবা মোমোন তৌনা হায়বা ওইরম্লে । পুক থনবা মখৈ চারবা তুংদা ঐখোয় খুদিংমক ঐ ঐগী খাউশিংদা অচনবমখৈ ফজ ফজবসু অমুক খন্দুনা হাপ্লকখি । নুপীদু মতোমতা উপু চনবা লোয়রবশিংদু ব্রেক্তর মথকতা থাংগৎলি। নুমিৎতু নুংশা সারিবনি শোয়দনমক হুমাং খব খরদি শিন্থরীবনি । ঙাইহাক্তং লেপলগা ঐখোয়না থাগৎপা ওইনা কাইনবসি হায়দুনা খুৎ-হাইরমবদুদা মাসু মোমোন মোমোন্না খুৎ হাইরম্মী । বসতু থৌরে মনুংদগী তুং হন্না য়েংবদা মহাক অদুম থবক্তু শৃহৌই । ঐনা খনখি ঐখোয় খুদিংনা পুবকলিবা অমসুং চারিবশিংসি মমল লৈতব্রা? পোৎশক, মহৈ-মরোং অমগী ভেলু লৈতবা হৌনদে । ঐনা মণিপুর থাদোকলকপগী লম্বীদা - “মাও অমসুং খুজামা” দা কে:জি: মখায়মুক্তা লুপা ২পী । ঐখোয় অমমমনা চারকপা অমদি পুরকপসি কিলো ৩/৩ গুম্বদি ওইবা য়াই । ঐখোয় চৎলিবা ১৫০ মুক্তুনা হৈকোলদুদগী লোইশিনখিবদা মাওগী মমলদা হোৎলবদি লুপা লিশিং অমগী মথক্তনি । মসিদনি করিগীদমক্তনো মখোয়না লুপা লিশিং অমগী মথক্ত ঐখোয় খদিংগীদমক খরসা তৌরিবা ? আতিথি সেবা কয়ামুক তৌরিসিবু মরুপ মপাং ওইবা অমসুং শান্তিগীদমক্তরা ?

হৈরা চারবা তুংদা পোখাহললুরগদ্রা, মদুসু তৌদ্রে । অঙাং শান্নফম পার্ক্তা পুশিল্লে । একর ৫ রোম চাউই, কে:জি: স্কুলনা চিংবসু মফমদুদা লৈ । লৈরিবা স্কুলশিংগীখক্তা ওইনা শাবদি নত্তে হায় । ফার্মশিংগী মী তাফম খুদিংমক্তা কে:জি: স্কুল অমদি লৈ । অঙাং অমত্তা মহৈ মশিং তমদবা য়াওদে। শেল অচংবদু সরকারনা পুবগী মথক্তা হৈথোই শিংথোইবা য়াওরকপদা ফার্মনা অহেনবা স্কোলারশিপশিংসু পী। তমলিবা অদুনা লোইবকপদা অরৈবা শিনফম ওইরবদি থবক পীনবা থৌরাং তৌদুনা থমই ।

অঙাংশিং শান্নফম পার্ক অদুদা মখল কয়াগী শান্ননবা পোৎশকশিং লৈরি । মখোয়বু মথং মথং পুদুনা শান্নহল্লি । শান্নবশিং অদুগী মনুংদা মশান্না অসিখক্তা য়াম্না হৈথোই শিংথোইবা মশা মউ ফবা নত্রবদি শান্নজবা ঙমলোই । অমনা অতিয়াদা উঙবা, ঐখোয়বু খ্বাংদা পেতিনা বারশিংগা লোয়ননা য়ুংনা লেপহল্লগা লাকসিল্লবা তুংদা, ইকোয় কোয়না উরু উরু লৈবনি। অমুক থুগৎলকলবা তুংদা লৈরিবা পোৎশক্তুনা horizontal ওইনা লৈরম্বদগী vertical ওইনা উংখৎলকপা মতমদা ঐখোয়গী হকচাংশিংনা horizontal ওইরকখি । মতাং অদু য়াম্না য়াংনা লৈরকপনা ঐখোয় ইশাশি করম্বা মওংদা লৈরিবগে হায়বদু খংখিদে । অতোপ্পা অমনা ইলেক্ট্রিক কার

থৌবনি । খুঙ্গং অসিদা অসুক্কী মতিক শেম্বিরিবা ? ঐখোয়গীদি দিল্লি কলকতাগুম্বা সহরদা নত্তনা লৈতে অদুবু মখোয়গীদি মখোয় খুদিংমকপু সহর লব্বাই খায়দনা খুদোংচাবা ফংহন্নবা শীল্লি । শেমগৎ শাগৎপসু হেল্লি । শিজিন্নগদৌবা মীনা ৱাৎলি অঙাংশিংদুনা মাগী মাগী রুতিন থোকপদা মফমদুদা লাকই । নুমিৎ অদুদি অঙাং অমত্তসু ঐখোয়না তৌরিবা ময়ামদো শান্নবীনবা লৈতে । অদুবু দিল্লিদা ঐখোয়না নোংমা চৎলুবদা ইনাক কৈরাক খুনবা কাংবুগী খক ওইনা লৈহৌই । মরমদি অমুক চংনবা হোৎনবদা লুপা ১০/২০ চংই অদুগা চংবা তারবসু ঐখোয়গী লাইরবা ইমুংগী অঙাংশিংদি মকোক ঙাওরক্কনি নত্ত্রগা ৱাম্বুবা য়াই । মরমদি ভারতকী অঙাংশিংগী চাম্মগী মনুংদা ৩০ মালনিউত্রেসন তৌদুনা শিরিবনি। অদুগা কেলোরি ৱাৎলবা মশা তিঙ্গং লাইচংবা অঙাংশিংদুনা মসিদা য়াওরুবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে ।

শান্নফম পার্ক্তগী হল্লক্লবা তুংদা ঐখোই মাই মিৎ, খুৎ শেংদোকহল্লগা চাক ঈশিং চানবা পুরে । মথেলদু দবলরুতি মখল অহুম, চাক খরা, ঙা থোংবা ১, এঞ্জাং মখল ৩, শুপ, শলাক অমদি হৈ থোংবনা লৈতেংই । পুখমশিং, প্লেটশিং, গ্লাসশিং চামচনচিংবদু সনা মচুগীনি । থাইনগী নিংথৌ ফমনাইবশিংনা শিজিন্নরম্বা কোল লিক্কুম য়াম্না হক খোৎলি । চান-থক্লবশিংদু ওহোক্লা য়ামই । অদুবু নুপীমচা ২না হাউগদবা আইটেমশিংদু পুদুনা চংলকই, পুন্না হাপফমশিংদুদা অমুক হাপলমই । চাক্কী শরুক য়ামদবনা ঐখোয় মৈতৈগীদি পুক্লিংদা ৱাৎলিবোই নীংদুনা লৈরুই অদুবু থৌরাং অদুগী য়েংদুনা ময়ামদু খরা অমুক্কা চাশিন্নখি । মসিদা অদুঙৈ সাইবেরিয়াদা চাক চংনবা জগোয় শাহনখিবদু নীংশিংলকখি ।

চাবা থকপা লোইরবা মতুংদা মিটিং হোললোমদা ঐখোয়বু পুরে । ফামগী পার্টি অমসুং কোমশোমোল লুচিংবশিংগা পুন্না মিটিং অমা ফম্মিন্নখি । ফামগী দিতেল রিপোর্ট অমা পীখি । লোয়ননা ঐখোয়গী ৱাহং কয়াগী পাউখুম, মরি লৈনবা লুচিংবশিংনা পীখি। মখোয়গী ৱা ঙাংবশিং লোইরবা মতুংদা অতোপ্পা লৈপাক্কী মীহুৎ ৪/৫ না থাগৎ ৱাহৈ পীনখি । ঐ ইশামকসু ভারতকী মহুৎশিন্দুনা ৱা ঙাংখি । "তুং কোইনা ঐখোয়না মাগী মাগী য়ুমদা হনপ্রগা peace কী লাম্ছেননবা পবেদিনা খুৎলাই পীবিরে" হায়না ঐনা পনখি । মিটিংদু লোইরগা হোল অচৌবদুদা পুরে । জগোয় ঈশৈ অমসুং ফাগী কৃম্মৈ কয়া ঐখোয়দা উহনখি । তুংদা ঐখোয় পুম্বা থোক্লক্লে। অমসুং কোমশোমোল লুচিংবশিং অমদি ফামগী লুচিংবশিংগা খুৎ হুন্না হন্না শোক্লরমলবা তুংদা বস তোংখৎতুনা পবেদি থাদোক্লমলে ।❑

# আর্টেক্তা ইন্টরপ্রেটরশিং

ইন্টরপ্রেটরশিং নাগরিক অমগা চপ মা ন্ন, হায়বদি আতিথি সেবা ৯বা হৈ-শিংবা শম্না হায়রবদা স্মার্ট ওইবনি । রাফমা মালেমসিনা গুসি খঙনরবনি । আর্টেক্তা ঐগী লৈফমদুদা শগী কৌবা আরাি ান ইন্টরপ্রেটর অমগী মরমদা হেন্না অতৈদগী নিংশিংবা হেল্লি । মরমদি নোংম ানা "অদোমনা হয়েং করিগুম্বা আর্টেক কোয়রকপগী বারী ইরকপদা ঐখো ইন্টরপ্রেটরশিংগী রাফমকাসু য়াওবিগদ্রনে ?" হায়না পনখিবদুনা অসুম ইবকই চরকসিদা মখোয়গী হৈ-শিংবগী মওংশিংদু নিংশিংঙকখি।

অতৈ লৈশান্বী হিরম কয়াদা মীরৈপাক্ত লাকপা মীশিংগীদমক শিজিন্নবা ইন্টরপ্রেটরশিংগা আর্টেক্তীদা শিজিন্নবগা মান্নদে । আর্টেক্তীনা ছাত্রশিংনি অতৈগীনা প্রোফেসনেল ওইরবনি । অয়াম্বা মতমদা মখে দি ঐখোয়গা লোয়নৈ । থবায় য়াওনা করিগুম্বা রাফম অমত্তবু তারুদবা য়াওে । অদুবু হিরম খুদিংমক য়াম্না ডিপ্লোমেটিক ওইনা পাংথোকই । শম্না হায়রবদা ী অমদা থীনা হায়বগী মহৎতা লান্না তৌরকপদুবু নাকোয়ননা হায়রগা মতোমত জ্ঞান তানবা শীল্লি । নোংমগী যৌদোক অমা নিংশিংই । দিল্লিগী কিরনবালিয়ানা খোয়গী ইন্টরপ্রেটর "এন্দ্রিউ"দা চামনা পীনবা হায়খি । অপাম্বা খুদিং হাইয়ু তাল্লু য়না মানা হায়গ্রবসু তাঞ্জা চাদনা দাবী তৌরুই । এন্দ্রিউনা চাদু লৈব্রা য়েংলুগে হায়না গইরেক্তরগী কাদা চংখি ।

ঙাইহাক ফমলবা তুংদা চা খরা লোন্দু পুরকই, থক্লবা তুংদা চা মনাদু "ইন্দিয়ান্নি" হায়খি । মমলনচিংবা খংনীংবা উংখি । এতাং অদুদা কিরন্না চাগী মফমদগী ওইরিবা ভারত মচা ওইরিবনিনা ইকায়খি। হোংগ্রা লুপা ৫/১০ গী চা মনা খরা পুরক্লমবসু য়াই, অদুগা চা অমদি হৈ মহি থক্ল গী নোংমগী রুটিন মরি থোক্লা লৈরিবনি । অদুগা ঐখোয় ভারত মচাদা কাংবু অনি শুই, রাখল্লোন মান্নদবনি হায়বসি খংনা মখোয়না য়াম্না ফজনা টেকল তৌই । তৌবগীসু ইন্টরপ্রেটর অনি ঐখোয় ভারত মচাশিংগীদমক পীরিবনি । ভারতকী কাংবু কম্না থোক্লিবা অমসুং মত মান্নদবশে পুদুনা অওনবা অমা পুরক্লবসু অশা ফোংদোক্লকই ।

কুমারি লেনা কৌবী পীত্তক তৌবী মশক্তি য়াম্না ফজবী উক্রাইন লৈশাবী অমনা যুগোসলাভিয়াগী ইন্টরপ্রেটর ওই । মানা ইংগ্রাজি লোনসু ঙাংবা পাম্বগী মথক্তা যুগোসলাভিয়াগী লমজিংবী অদুনসু হায়বদগী ঐনা লেবানিজগী ডেলিগেসনগা

ঐগী ইন্টরপ্রেটর য়াওদনা ব্বারী শাগে হায়বদা মতেং পীখি । তশেংবদি ইশাগী ইন্টরপ্রেটর য়াওদনা পংকোয় কোয়বা অমদি অতোপ্পা ডেলিগেটশিংগা ব্বারী পংশা শাবসিনা অকায়বা খরা থোরকপা য়াই । অদুবু লেনানা ঐগী ব্বাফমদু য়াগ্রবসু মতুংগীদদি ঐগী ইন্টরপ্রেটরশিংনা অমুক্তসু হেন্না মাইপুনবীরকখি । ঐনা খরা হেন্না থিজিনবা পাম্বনা অহাংবা মতমদা থোক্লগা মফম কয়াদা থিজিনবা চংখি ।

ঐখোয়বু পেলহন্নবা তৌবগা লোয়ননা মখোয় মশা মশাগী রুটিন ব্বার্ক অমদি হোবিশিং পাংথোকই । রিপোর্টশিং ইশিনবা লেপ্পা লৈতে । ঐখোয়না ব্বারী অদুক্কী মতিক শাই, ভারত লৈবাক্কী ব্বাফম কয়া নহারোলশিংগী ঈহৌনচিংবদসু মখোয়না থিজিল্লি । মশাগী ওাংবা অমসুং খওবগী শক্তিসু হেন্নবা হোৎনৈ । মখোয়সি রাজনীতিগী ব্বাখল্লোন ব্বাংই হায়নিংই । হিরম অশোমদা মখোয় শোন্থবা তৌদে । মখোয় কোমশোমোল মেম্বর ওাক্লি অদুগা মখোয়না লাক্লিবদুমক কোমশোমোলগী থৌদাং অমা পাংথোকপা লাক্লিবনি । তৌবতবু মখোয়গী এল্লাব্রেল লৈ, মদু স্কুল ইউনিভর্সিটিগী স্কোলারসিভশিংগী মথক্তনি ।

ইন্টরপ্রেটরশিংনা ঐখোয়বু থিন্দোকপদা আর্টেক্কিদা নত্তনা অতৈ খোওচংতা ঐবু থিন্দোকপসু নিংশিংই । অদুবু আর্টেক্কী কাইনবদি তোপ তোপ্পা অমনি । মহৌশা কাইনখিবদা কপনবনচিংবা উখিদে অদুবু হুন্দক্কীসিদদি ইন্টরপ্রেটর রোমা অমসুং এন্দ্রিউ তশেংনা মখোল থোক্লা কপ্লকখি । পিগী ঈরা তৈথোকপগী পুমচোৎ চোৎলবা খুৎশাশিংনা ঐখোয়গী খুৎতা খুদোলপোৎ অমমম পিরকখি অমসুং ঐবুসু ময়াম্বমক্তম নুংশিনা কোনখি । অদুগুম্বা থৌদোকশিংদুনা ঐবু আর্টেক্তা ইন্টরপ্রেটরশিংনা লৌরিবা থৌদাংসে য়াম্না চাউই খওহনখি । তশেংনমক সোভিয়েট লৈপাক্কী ইন্টরপ্রেটরশিংগী গুন হায়বদু পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈপাকসিংগী মীশিংবু অমগা অমগা নুংশিনহল্লিবগী থবক অসিনা ওনবা ওমগনি । ❑

## পাইওনিয়ারস প্রাভদা অমসুং আর্টেক

প্রাভদা হায়বশিমক সোভিয়েটকী পাউগী চেফোংশিংগী মমিং লৈরবা মিংথোল অমা ওইরবনি । খুদম ওইনা কোমশোমোল প্রাভদা অমসুং উজবেকিস্তানা প্রাভদা অসুম্না পাইওনিয়রকী 'পাইওনিয়র্স প্রাভদা' নুমিৎ খুদিংগী অমদি চয়োলগী মেগাজিন অসিনচিংবা ফোওলবনি । মদুদা সংস্থানগী পাউ খুদিং ফোওই অমসুং পাইওনিয়র্সশিংনা পাউ মখল কয়া, আর্টিকলশিং ইদুনা ফোওই । মখোয়গী থৌবুরেলশিংসু মথৌ চিল্লি ।

অণ্ডাং ওইরিবশিংনা থবকসি মতোমতা তৌবদি নত্তে পাউগী থবক্তা হৈ শিংলবা কোমশোমোল অমসুং জরনেলিসশিংনা অচৌবা দায়ত্ব অমা লৌরগা অণ্ডাংশিংগীদমক থবক অদু পাংথোকপীবনি । প্রাভদাসি লৈপাক্কী ওইবা অমা, রিপাব্লিক্কী ওইবা অমা অদুগা এরিয়াগীসুনি। ডিষ্ট্রিক্কী ওইবা অসুম্না খাইদোক্লুনা ফোংই । আর্টেক্কী মরমদা, ক্রিমিয়া এরিয়াগী অমদি সোভিয়েট অপুনবগী ওইবা পাউ, কেম্প পাংথোক্লিঁগে মতমদা অদুম্মক ইরবনি । পাউশিংদু খুদক্তা টেলিপ্রিন্টরনা থাবীদুনা নোং হেক ঙানবদা আর্টেক্তা কেম্প পাংথোক্লিঁগে মতমদা অদুম্মক পাংথোকখিবা থৌরমদুমক "পাইওনিয়র্স প্রাভদাদা অদুমক য়াওরমই । পাউচেশিংদু ডাইরেক্তর কা মনাক্কী বোর্ডতা পাবা ফংই নত্রগা করিগুম্বদা চয়োলগী ওইবা পাউচে ওইরবদি কিওস্ক (দুকান মচা) শিংদা য়োল্লে ।

নোংমা ফংসন তৌরিঁগেদা ভোলগাগী লুচিংবী কুমারি অলয়ানা ঐবু কৌরকখি। অলয়ানা ঐবু রুশি লোন্দা পাইওনিয়র্স প্রাভদাগী রিপোর্টর লাকহৌরে ঐবু থুনা চৎলুসি হায়রকখি । ইন্টরপ্রেটর য়াওদে হায়রুবদসু য়ানি হায়রকখি । ফরে হায়দুনা অণ্ডাংশিং কৌরগা ঐ রিসনোয় কেম্পতা চৎলে । রিপোর্টরশিংদু ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরমই । মখোইদা টেপ রেকোরদর, কেমেরা অমদি চে চাং কয়া য়াওরি । ঐ উবদা মশাবু " লীনা" কৌই হায়না মশামক তাকচদুনা মখোয় পাউমীনি ভারতকী ডেলিগেট মরুপশিংদগী রিপোর্ট খরা লৌবা লাকপনি হায়না ইংগ্রাজিদা হায়রকখি । মদুতদা খঙখি ইন্টরপ্রেটর য়াওদবা য়াবগী মরমদু। রিসনোয়গী পাইওনিয়ার লিদর কুমারি লুবাগা লোয়ননা মখোয়গী পাইওনিয়র্স রুমদা চংলে । মখোয়গী ব্রাহংসিং অমদি ভারতকী অণ্ডাংলোনশিংগী ঈহৌগী মতাংদনি । ঐখোয় অহুম্মক্তা তোঙান তোঙানবা ব্রাহং কয়া হংখি । মখোয়না হংবা ব্রাহংশিং অমদি মখোয়গী পাউখুমশিংদু রেকোর্ড তৌই ।

## ঐনা মখোয়গী ব্রাহংশিংদা পীবা অশম্বা পাউখুমশিং ঃ

১) Capitalist crisis থোক্লিবা ভারত্তগী লাকপা অণ্ডাংশিং অমসুং লমজিংবশিং ওইবনা আর্টেক্তগী চপ চাবা নুংঙাইবা ফংই । অণ্ডাংশিং অমদি ওফিসিয়েলশিংদগী করিগুম্বা নুংঙাইতবা অমতা লৈতে । আর্টেক্না তশেংনমক শান্তিগী অচৌবা ঈহৌ অমা ঐখোয়দসু পী মসিনা পৃথিবীগী ঈহৌ অমা শোইদনমক পুরক্কনি খল্লি ।

২) ভারতকী অঙাংলোন-ঈহৌ খরা তপচরবসু ২০শুবা শদাব্দী লোইরকপদদি কনখৎলক্লে । নহারোলগী ঈহৌগা ইরোইননা ভারত্তা সংস্থান অমগী ঈহুল তমখি । ঈহৌসিনা সমাজবাদ লৈপাক্কীগুম লান পামদবদখক্তা য়ুমফম ওইদে, ঐখোয়গীদি বুর্জোয়া লৈঙাকলোনবুসু থেংনবদা অঙাংশিংনা শরুক য়ারি ।

ঐখোয়দসু নত্তনা অতোপ্পদগীসু রিপোর্ট কয়া লৌই । অতোপ্পা ভারতকী কাংবু অমদি লৈপাক কয়াগী রিপোর্টশিং তত্তনা লৌই ঐখোয়গীসু হন্দক্কীশিনা ২শুবা ইন্টরভিয়ুনি । ইন্টরভিয়ুদা মখোয়না ফোটো কয়া নমখি । পাইওনিয়র্স প্রাভদাগী থবকশিং অসি তম্বদা লোইররোই হায়নিংই । ❑

## আর্টেক্তা লাইব্রেরি

কা ৫ অমসুং হোল ১ য়াওবা লাইব্রেরি বিলদিং অমা আর্টেক্তা লৈহৌবদুদা ঐ তোইনা চৎলুই । ঐনা চৎপা খুদিংদা অঙাংশিং য়াম্না লাইরিক পানহৌই, কয়া অমনা লাইরিকশিং পারুবদগী, হল্লকপা, নৌনা অতোপ্পশিং অমুক পুরগসু চৎনখি । থা অমদগী হেন্না লৈগদবা ওফিসিয়েল, অঙাং কনাসু য়াওদে । লমজিং লুচিংবা কাংবুতনি থা ৩ খক লৈগদবা । তেনশ্রবা মতমসিদা লাইব্রেরি অসি অসুক্কী মতিক শিজিন্নে । লাইব্রেরিদসু চলাইনবা ওফিসিয়েলশিং লৈ, ঐনা খর তোয়না চৎপা ওইবদগী ওফিসার, অমদি লাইরিক পীথোকপশিং, খোমজিনবনচিংবশিং মশক খঙনরে। তশেংবদি ঐদি পাইওনিয়র্সকুম্না অদুক হাক্লা রুটিন ৱার্ক থমদবনি, হায়বদি ঐগীদি পানবা মতম ফংই । মতাংসিদা ঐনা হায়নিংলিবদি মখোয় অঙাংশিংদু পানবগী মতম অদুমক ফংননবা হোৎনৈ । পোখানবা মখোয়বু কেম্প অসিদা শরুক য়াহনবনি অদুবু চাওখৎপা সোভিয়েট লৈপাক্কী অঙাংশিংদুদি লৌশিংগী পুক্কে ওইরিবা লাইব্রেরিদু পাবা নৈনবনসু পোখাবা ওইমাল্লে । ঐনা খল্লকখি । পাদুনতা লৈবসিনা ওইরেদো মখোয়গী অঙাংশিংনা অসুক য়াম্না মপানগী লৌশিং লৈরিবশে । অসুম্না নুমিৎ খুদিং ঐনা পাবদা রেকোর্ড তৌরকপশিং ময়ামদা লিজনিংই ।❑

## আর্টেক পোখাফম অমসুং থবক মফমশিং

তুংগী অফবা সমাজ শেমগৎকদবা মথৌ খঙবা মীরোলগীদমক আর্টেক্তা পোখাহনবগা লোয়ননা অঙাংশিংবু তম্বীবনি । মশা মশাগী হৈজনিংবা অমসুং অপাম্বা

খুদিংগী মচাক অয়াম্বা কেম্প অসিদা থৌরাং তৌদুনা থমই । প্রোগ্রাম কয়া চগুংননা শেমদুনা মশা মশানা চানবা আইটেমশিং অতেনবা মতমসিংদা য়াওবা ফংবগী খুদোংচাবসু ফংহল্লি ।

মখোয়গী নহা ওইরিঙৈ পুন্সিদা আর্টেক্কী কান্নবা অমসুং নুংঙাইবা ফংখিবা ঙাক্লি । কান্নবা মহৈ অমগী ট্রেন্নিংদা আর্টেকনা ফিট ওইহনখিবদু ঙসিদি ফেক্তরিদা কলেক্তিপ ফার্মদা, রিসার্স লেবোরেটোরিদা অমদি থবক শূফম কয়াদা লৈরে । ঈশে নোংমাইগী ইসটিট্যুসনশিংদা, ফিল্মগীদা, এষ্ট্রোনোমি ওবজারবেসন ষ্টেসনশিংদা অমদি মহৈ তমফমশঙশিংদসু লৈনম্রে । রাজনীতিগী অমসুং লৈপাক্কী মরী লৈনবা ডিপার্টমেন্টশিংদা লৈরিবা হৌজিক মতমগী লৈপাক্কী মপু ওইবশিং অমদি অচৌ অচৌবা ওফিসারশিং ওইরিবা পুন্নমক আর্টেক্কী এক্সপরিয়েন্স লৈখিদবা য়াওদে ।

আর্টেক্কা তন্নীরকপা থবক শূবগী মহাও অমসু থম্মোয়দা লীদুনা থল্লি । শূরি-নোল্লিবা মী অমগী ওইবা লন থুম্নু চেকশিন্না ঙাক শেনবা হায়বসি কেম্প য়াওরিবা খুদিংদা চূশিনহনখ্রবনি । ঐখোয়না অঙাংশিংদুদা শূ-নোম্বদা শরুক য়াহল্লিবগী মরম হঙনিংখি। অদুবু থবকশিংদু অহলগী নত্তে । অঙাংনা শূবা ঙম্বা, মদুনা শান্ন-শান্ননা শূবা য়াবা থবক খক্লি । অদুগা মখোয়না শূখিবা থবকশিংগী খুৎশূমন মাঙবা লৈতে, খুৎশুমনশিংদু সোভিয়েট পিছ ফন্দা হাপচিনগনি অমসুং লুচিংলেনশিংগী মোনুমেন্ট শাবগী ফন্দা হাপচিল্লি ।

লৈবাক কয়াগী অঙাংশিংনা আর্টেক্তা শরুক য়ারুবগী ডাইরীদা ইরম্বশিং লাইরিক অমদা য়াওরমই । মখল কয়াগী এক্সপরিয়েন্স ইরম্বশিং থেংনৈ । ইরম্বগী মনুংদা ইউ:এস: কী মিষ্টর রেমোগীনি । মোস্কোদগী ওলয়া কৌবী অমগী ডাইরিদা ইরমখি । নুংঙাইবা থৌদোক অমনি সোভিয়েট সমাজগী মরমদা ইরমই । রেমোনা খংঙুদবদগী থোকখিবা থৌদোক অমগী ৱারীনি । মমৈদা মানা লান্না খল্লম্বদু জ্ঞান তারকখিবগীনি ।

রেমোনা কেম্প মনুংদা নারকপা, আর্টেক হোসপিটালদা লায়েংবা চংপদা মানা ইকাইখিবা, হোসপিতালদা পুরক্রবা ফাওবদা ডাক্তরনা কা অমদা লৈরিঙৈদা লোন্না চেনখিবা কয়া ইরমই । পাউ অদু রেমোগী লিদর ওইরিবী ওলয়ানা ফংবদগী রেমোবু ইন্টরপ্রেটর অমগী মতেংনা থেমদুনা অনাবদু ফনবা য়েংদবা য়াদবনি হায়দুনা হোস্পিটালদা অমুক হন্না পুরমই । রেমোনা মাগী ইকাইজবা অমদি হৈনদবদুগী মরম হংবদা সুকহায় হায়দোকখিদে। মীটিক-মীরৌ লৈবনি শিংথানরিবী মিংথোল ফংলবী ওলয়ানা রেমোগী ৱাখল অদু খঙবা ঙমদ্রবদি মাসু ইকাইগনি হায়বগী মতাগুম মানা কুপ্না খিজিনখি ।

লায়েংবা লোইশিল্লক্কে, ফসু ফরে । মথংগী নুমিৎতা মযুমদগী পুরকপা জেকেট অহনবা অদু ডাক্তরদা পীখি । ওলয়ানা মদু করিগীদমক পীরিবনো হংবদা লাইয়েংমন শেলগী মহুত্তা পীরিবনি হায়খি । ওলয়ানা থিজিন্নবদা অমুক্তসু খংলকখি মদুদি ইউ:এস:এ: দা কনানসু করিগুম্বা লৈপাক্কী মফম অমত্তদা শেল তিংদনা লায়েংবা য়াওদে । মরম অদুনা লায়েংমন পীরিবনি খঙখি । শেল পুরক্তবনিনা পীবা ঙমলরোয় খল্লুবদা ইকায়দুনা লায়েংদনবা চেনবনি হায়রকখি। ওলয়ানা রেযোদা সোভিয়েটকী সিসটেমনা মাগী লৈপাক্কী মীখক্তসু নত্তনা মীরেপাক্তগী কোয়রকপা খুদিংদসু শেল অমত্তা লৌদনা লেমনা লায়েংবগী খুদোংচাবসু চহি কয়াগী মমাংদগী পীরক্লবনি হায়বদু তাকখি । অসুমনা ওলয়ানা ইরপ্পা মাগী ডাইরিগী চেনাশিংগী মঙাল অমা লাইব্রেরিশিদা পাবা লাকপা খুদিংদা পীরি । ❑

## পাইওনিয়র্স অমসুং লৈগী কান্নবা

পাইওনিয়ারশিংনা ইরম্বশিংদগী "লৈ চবুল" হায়বা ৱারীমচাদু কাউদরি । তশেংবদি খনগৎলবা পাইওনিয়ারশিংনা 'য়ং নেচরেলিস' হায়দুনা কেম্পতা শেমলবা প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না হিদাক লাংথক্কীদমক শিজিন্নবদা য়াবা লৈ মখলশিংদু পাক শন্না খোম্বগী থবক তৌই । লৈশিংদু হেক খোমলুবগা, হিরমদুদা এক্সপার্ট ওইরবশিংগী লমজিং মখাদা হিদাক লাংথক্কা নিংথিনা লিক্লিনচিংবদা পেক্ট তৌরবা মতমদা হিদাকশিংদু শিজিন্নবা অমুক পাইওনিয়র্স লিদরশিংনা খন্নে।

কুমারি সরজোস নেচরেলিসকী মেম্বর অমনি। ভিয়েটনামগী লান থোক্লিঙৈ তাঙ্গানি । আমেরিকান ইম্পরিয়েলিসনা লান্দাবদগী শোক্লবা হোসপিটালদা লায়েংলিবা ভিয়েটনামিজ অঙাংশিংগীদমক হিদাক থানবা ৱারেপ লৌখি । হিদাক থানবগীদমক পাইওনিয়র্সশিংনা মেদিকেল হার্পশিং খোমজিনবগী থবক নিংথিনা পাংথোকপনিনা অঙাংশিংদুগী ৱারেপ অদু সরকারনা য়াখি ।

অদুগা ফজরবা লৈ কয়ানা লৈতেংদুনা লৈ ঙাক্তনা শেমলবা শৎজাশিং কেম্পর অঙাংশিংনা শাবগী মরমদা জপানগী অঙাং ফিসোটোনা ইরমই । "লৈ কয়া, নিংথিরবা উপাল কয়া অমদি সোভিয়েট অঙাং কয়াগী কাউবা য়াদ্রবা পুকচেল", হায়না মানা অর্টেক থাদোক্লদাইদা ইরমই।

অসুন্না "Everybody says Good bye Artek, but I don't want to say good bye, I want to cry out very land, so the

old bear mountain can hear me, Artek dear Artek shall we meet again."

আর্টেক্কী অঙাংশিংনা হিদাক থারকপদা ভিয়েটনামগী "হেরো মিংথোল" কংথ্রবা লাম্মী ট্রান নোগোই কুওংনা থারকপা চিঠি লাইরিকশিংদা য়াওরি ।

মদুদি "Lanin's homeland presented this wonderful camp to children. If there had been no October 1917 Revolution if inverse change had not taken place in your country. Victory in my own homeland world not have been possible. It was your country which opend to people the road to peace and freedom. Even, Artek pioneers are sending medicine to one children.

I am confident that in our country too Vietnamies Arteks will be built at which our pioneer will spend holidays. The practical experience of Artek is invaluable.

লৈশিংগীদমক আর্টেক্কা পাংথোকপা থবকশিং পৃথিবী শান্তি অমসুং মীওইবা জাতিবু নে-তানা হিংনবগীদমক্তনি । লাইব্রেরিদা লৈরমলিবা রেকোর্ডশিংনা ময়েক লানা উৎলি । ❑

## "আর্টেক্কী লাইব্রেরিদা ইতিহাস, কলচর অমসুং জিওগ্রাফি"

সোভিয়েট সোসিওলোজিষ্ট কবি অমদি কমিউনিষ্ট লৈঙাকপশিংনা আর্টেক অমদি ক্রিমিয়াগী মরমদা কয়াথোক্লা ইরমই । ইহান হানবদা পৃথিবীগী শুরি-নোঙ্লিবা মীয়ামগী লূচিংবা লেনিন্না ক্রিমিয়াবু শূরি নোঙ্লিবা মীয়ামগী হকচাং শেমগৎনবা মফমনি হায়না ইং ১৯২০ দা মীয়ামদা লাপ্পোক্লমই । সোসিওলোজিসশিংগী রিসার্স্না ফংলকপা ফলনা মফমশিং "Holiday Pearl" নি হায়রমলবনি । ঈশিং নুংশিংকী ফিভম পল্লবদা মিন টেমপরেচর ১৩° সেন্টিগ্রেটনি, ফেব্রুবারিদা ৩° সেন্টিগ্রেট অমসুং জুলাইদা ২৩° সেন্টিগ্রেটতমক ওই । উনগী নুংশিংসু ফংদে, নিংথমথাদা শরৎ ঋতুগুম অদুমক নুংঙাইবা হৱা পানি লৈ । কালেন্দসু অদু মঙাই সমুদ্র নুংশিংনা ইংহনবনা সেন্টিগ্রেট ২৩° য়ৌজরবসু অইংবা হৱা অদুম্মক মফংই । অদুগীসু মথক্তা মফমসি চীং ওইকৎবনা অমুকসু হৱা শেংহল্লি ।

ইটালিগী মেদিটারানিয়ান্দা গেনোবানা লুপথরকপগুম অয়ুদাক চীংজাওশিংদগী শন্দোকলকপা "কেপ-অয়া" কৌবা শরুকসি লুপথখি । মমাংঙৈদগী হৌনা রুশি এক্সপ্লোয়রশিংনা মফমসি হুকচাং ফবা লমনি হায়না রেকোর্ড তৌরমবা থেংনৈ । ঙসিসু হুকচাংগী বিজ্ঞানিকশিংনা 'ক্লাইমেটো থেরাপি' গী রিসার্স ইন্সটিটিউসন লিংখৎনবা হায়বদগী থবক ওইনা চৎথগ্রে ।

হুকচাংগীদমক অমসুং প্রকৃতিগী থিজিন্নবগীদমক 'নিকিটস্কি বোটানিকেল লৈকোল' থমগ্রে । মসিদা উপাল স্পেসিস লিশিং ২৮ থাগ্রে । নিংথিরবা উপাল বাপাল অমদি মরি চংপা লৈ-শাংপা পাম্বীশিংনা মশিং খংদনা লৈতেংলবা লমদম ওইগ্রে ।

অদুগা পারুবা লাইরিকশিংদা মফমসিদা ইতিহাসকী মচাক কয়া থেংনরকই। হোমরগী বারীদা ট্রোজান লান্দা লমদমসিগী লংলা লংজিন উবা ফংই । ৪শুবা শাদাব্দীদা মতমদুগী হিহোনবশিংনা 'শওম চীংজাও', 'গোথিক কাষ্টল', অমসুং 'স্বালোজ' পল্লম্বা থেংনৈ । ইং ১৮২০ দা আর্টেক্তগী খরা চংলগা লৈবা গুরজোগ্গো আলেকজেন্দর পুস্কিন লৈরম্বা অমসুং কবিতাগী ঈহৌ হৌকম ওইখিবা থেংনৈ । লিওটোলসতোইসু ইং ১৯০১-২ দা লমদমশিদা লৈরমই । অতৈ রুশি কবি অইবা গোর্কিনচিংবা লাক্লমদবা য়াওদে ।

ইং ১৭৮৭ দা রুশি জারগা টুরকি লৈপাক্কী মফমশি মুন্নবগীদমক লান শোক্লখি । জারগী মথুত্তা লেংদনা লৈরক্লবা মফমসি ১৯শুবা শদাব্দী হৌরকপদগী হৌনা নিংথিনা শেমগৎপা হৌরকখি । জার অমসুং ফমনাইবা জমিন্দারশিংগী কোনুংশিং ফাওবা শাগৎলমখি ।

ওক্তোবর রিভোলুসন লোইরবা ফাওবদা জরমনগী কাইশরনা মতেং পাংবা অতৌবা লাম্নী রিএক্সনারি কাংবুনা লমদমসিদা "রোবরি" গী থবক কয়া চংথে । মরম অদুনা লুচিংবা ফরুঙ্গেগী মখাদা পারটিজান লানওংশিং তৌদুনা ফত্তবশিংদুদগী লমদমসিবু কন্নবা, ঙাকথোক্লবা অমসুং চাওখৎলক্লবা হোৎনখি । মতমদুদা অঙাং ওইরিবা কাংলুপসু লাম্বেংনবদুদা শরুক য়াখি ।

লমদমসিবু "ব্লেক সি ফ্লিট' না ২শুবা লাঞ্জাওদা নাজিশিংদগী কনখি । ইং ১৯৪৫ দা মফমসিদা বৃটেন, ইউ:এস:এ: অমদি সোভিয়েট পূল্লগা লান লেপনবগী চুক্তি শহি তৌনখি । অসুম্না মথং মথং আর্টেক অমসুং ক্রিমিয়াগী ইতিহাস চংথরকুনা ঙসিদি চপ চাবা চাওখৎলবা অৱাংবা থাক্কী হুকচাং শেমগৎফম থাকফম ওইরে ।

মতম অমগী বোলসেবিক রিভোলুসনারিশিংগী মণ্ডলান অদু চপ চানা মণ্ডকাওনরে ।

পাইওনিয়ারগা মরী লৈনবা অঙাংগী ব্বারী কয়া ইরম্বা আর্কি গাইদর অমদি আর্টেক হৌদোক্লম্বা জিনেডি গ্লোভিংসকীগী অয়াম্বা লাইরিকশিংদা য়াওবা থেংনৈ । লোয়ননা গাইদরগী "টিমুর"গী ব্বারীশিং অমদি গ্লোভিংসকীগী "থৌনা ফবা লমনখুম্বা" কৌবা ব্বারী লাইরিকশিং লৈরমই ।

লাইব্রেরিগী অবাং থংবা ফল্লাংদা শংবান্নরবা মৈঙালনা কাপ্পগা রুশি ব্বাহৈনা নিংথিরবা খুৎইদা ইরিবদু নিংশিংই । "Honour of friendship awarded by World Peace Council" চাউরবা পৃথিবীগী মনা অসিবু আর্টেক্লা ফংজবগীদমক লাইব্রেরি অসিদা লেংদ্রবা রেকোর্ড ওইনবা থম্লি । ❑

## অরোইবা ফংসন

নুমিৎ অদুগী নুংথিল পুং ১ তাবদনি । পেরড গ্রাউন্দা য়াম্না হৈনিংদনা থোক্লরকই । মতমদি অমত্তা শোয়নদে । করিগীদমক্তনো ? পুম্নমক কাইনবগী তাঙ্গা লাকপদুননি। মিটিং হৌরে । নুংশিরবা সাইদ্রম বেঙ্গলশিংগী খোঞ্জেলগী তাম্বাদা গ্রাউন্দ তমনা চংশিল্লি । পাইওনিয়র্স অমদি লৈপাক কয়াগী ফীরালনা নুংশিংকী শাহ্মদা তপ্পা তপ্পা পাইরি । গ্রুপ পুম্বগী লিদরনা মাইক্রোফোন্দগী লাউরকই । পরেং মান্ননা লেপ্পবা তুংদা কেম্প ডাইরেক্তরনা কাইনবগী স্পিস পীরকখি । মহাক্না পীবা ব্বাফম অদুদা ঙসি ফাওবা কাউদনা নীংশিংদুনা লৈহৌরি। মদুদি "সোভিয়েটকী শূরি নোম্লিবা নাগরিক খুদিংনা হরাওনা ওকচরিবা শরুক য়াবীরিবা ডেলিগেটশিংবু অমুকসু হেন্না নুঙাইনা চাওখৎনা হিংলুনবা মঙ্গল পীজরি" হায়বদুনি ।

মীরৈপাক্কী ডেলিগেট লিদরশিং পুম্বা ব্বা ঙাঙখি । মা মানা মরৈপাক্কী ওরগেনাইজেসনগী চাওখৎপা অমদি পৃথিবী শান্তিগীদমক পন্নখি । সোভিয়েট প্রজা খুদিংনা কয়াগী মতীক নুংশিনা লোয়নবীবগী পাউখুম ওইনা পিগী ইরা শীন্থদুনা ঙাংখিবা স্পিসশিং শংশঙনা মাঙদা চোংথোক্লক্লে । তেনগ্রবা মতমগী কেম্পনি থা অমখক্কীনি অদুবু কয়াদি শাংগ্রবা ব্বারীদা, লিদ্রিবসু কোঙ্গাইনি । গ্রাউন্দা লৈপাক কয়াগী পূন্না লেংদনা লেপ্লিবা অঙাং কয়ামরুমদুসু অদু মঙাই মিংতা পিগী ঈরা চেন্দবা য়াওদে । পুম্নমক্কী দৃশ রেংবদা থম্মোয় শোক্লবা নুংঙাইতবা অমা ফাওখি । কণ্ডবা ঙমদ্রবা ঐনা করি অমুক হায়রুগনি অদুবু ঙমজবী থাদুনা পুক্লিং কাথরগা ঐগী স্পিস পীখি ।

ইংগ্রেজী লোন্দা অদুমক ঙাংবা তাখি, ঈশাগী ঈরোন মণিপুরীসু ভারতনা ফাওবা খংবীবা নত্তে । হিন্দিসু সাহিতীক ওইবা লোন্দাদা ঙাংবা ঙমদে, কৈদৌরুনি বৃটিসকী লোয়নম ওইবদগী তম্বীরম্বা চাদা নাওদা ওইরবনিনা । ঐগী ঋাফমশিংদুদি,

"With greetings to all comrades Mrs. Director, foriegn leaders.

Dear lovely pioneers, enterpreters and all. I am mentioning a few words as the last speech on the floor of Artek.

Previously,I thought, Only reading on Artek Books not enough, Needed to visit Artek. But now I came here to know the real "world of pioneers"

The Soviet pioneer is doing well here, and I learn so many things from here. Only one month is a short duration but makes me to do a long life struggle.

And the solidarity work and activities of soviet young pioneers brings the people in the struggle for the freedom of socialism, which really makes the happiness of worker and peasant.

And we earn so many knowledge on children's and young pioneer's movement occuring in the countries of the globe, it is only through Artek.

At last, I want to thanks to all the people who are secrificing for arranging such a big free camp, which is only one in the world and to all leader of C.P.S.U. includng the great V.I.Lanin.

Artek Mir Druzba
Bolsoi Indiski spasiba.

Thank you".

স্পিস লোইরকপদা "স্পাশিবা ইন্দিসকী" হায়না পাইওনিয়ারশিংনা হন্না হন্না লাউরকই । অদুগা অরোইবা খুদোল কয়ামরুম ময়াম পুম্বদা পীনবগা লোম্বননা ঐঙোন্দসু অরোইবা সোভিয়েটকী "তোকন ওফ পিছ" কী অচৌবা স্কার্প অমা ঐখোয়গী ওকশমদা পুনবীররে । স্কার্প অদুদা অমদি আর্টেক্কী সিম্বোল শংবান্নবা মচুনা য়েক্লি ।

লোয়ননা ডাইরেক্তরনা অরোইবা ৱাহৈ পল্লকপগা লোইননা অন্তরজাতিয় ঈশেগী শুরদা মিউজিক থাদোক্লকই । পৃথিবীগী লৈপাকশিংগী অমসুং পাইওনিয়র্স ক্রেমিয়াগী ফীরাল তপ্পা তপ্পা চিংথরবা তুংদা অরোম্লবা ফংসন অদু পিরাংলক্তা লোইশিনখি। ❑

## আর্টেক কায়নবা

আর্টেকী ৱারী কয়া কাউওমদনা থম্মোয়নুংদা থমলগা লাক্লবনি খল্লুরগদি নুঙাইতবগী ৱাখল অদু খরমখৈ ফাজিন্বা ওমই । অদুবু পুন্সি চুপ্পগী ওইনা অমুক হন্না উবা ফংলরোইদ্রবনি খল্লুরবদি থম্মোয় অসি পুবা য়ারক্তে । হেক খল্লুবদা পিরাং শিন্থরকই ।

অয়ুক অঙনবনি, হৌগৎপগী পুংজা খীংলক্ত্রি । ঐখোয়পুন্নবু করিগুম্না খরদং চাহন্নবা চাফম অদোমদা পুরে । ঐদি পুমঙক ঙক্লুই, চাকখুমগী কাংবু অশিন-অরাংশিংদু হৌগৎলমলে । লাইট ওইবা চীঞ্জাক খর ঐখোয়দা পীজরে । মথং মথং অমুক থোক্লক্লে । পোং-চৈ, আর্টেকী মরলপুম্বা ফি-রোল, লাইরিক, অতৈ পুম্বা ঙরাংগুম্বদুদা হন্দোক্লমলবনি । ঙরাং পীরকপা ঐখোয় য়াওবা আর্টেকী ফোটোশিং অদু নিংশিংলি । হয়েং মণিপুর হেক য়ৌরগা ফোটোশিংদু উৎলুগে খল্লি ।

- পোৎশিংদু, নঙ্গলদা পোশিল্লগা ঐসু অঙাংশিংগী মতুং ইন্না থোক্লক্লে । সেনিয়ার পাইওনিয়ার উক্রাইন্দগী লেনা মমান্নবী অমগা লোয়ননা চেন্থোক্লই । পিরাংশিংদুগা লোয়ননা ঐগী ইনাক্তা চংলকই, অদুগা মচিন্দা করিগুম্বা খরা ঙাঙওদুনা, "দসবিদানিয়া" হায়বদুমদি ফজনা জ্ঞান তাই । মাগী ফুরিংখাউদগী চে মচেৎ অমা লৌথোক্লকই অমসুং ঐঙোন্দা-ইরক্লবা সাইন তৌরগা পীরকই । ইংগ্রেজি অমসুং রুশি ময়েক্তা ইবা মাগী এদ্রেস ওইরমই । কায়নবা তাক্তাদুদা খুৎ শোক্লরকই । লোয়ননা ঐগী খজাইদা চুপ্লকই । ঐসু দসবিদানিয়া হায়দুনা চৎলগে হায়বগী সাইন তৌরগা খোঙ থাংবা হৌরকই । চৎলি হায়বতনি খোঙ থাংবদা মঙম শানখিদে। ঐখোয়বু অসুক নুংশিবোরেকো হায়বদু পাদম ওন্নবা খুৎলাই অমা লৈরমলবদিকো চপ য়ুংনা খনখি । অদুবু নীংবা কায়না আর্টেকপু থাদোক্লম্না তাখি।

ওকফমগা পুম্বা আর্টেক বস ষ্টেসন অদুদা গ্রুপ মখৈ পুন্দুনা লৈরমই । ঐখোয়বু অমমমতা ওইনা খুৎ শোক্লরি । মখোয়শিংগী মরক্তা তানিয়া, আলয়া, শগী

অমদি অতৈ কয়াদু হিক হিক লাউনা কপ্লে । পুম্নমক মপি তানরে । ঐখোয়গী অঙাংশিংসু কপ্তুবা য়াওদ্রে । পীক্লবা খুৎশাশিংদুনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা অমুক্কসু খুদোলপোৎ পীনরী । নোংঙাল্লকপগী চীক্লবা তাঞ্জাদুদা আর্টেক্কী নিংথিরবা উপালশিংনা তুমিন তুমিননা লেপ্তুনা ঐখোয়বু য়েংলি । য়াহৌঙনবা উচেক ওয়া কয়াসু নুঙাইতবগী খোঞ্জেলদা খোংবা হৌরকখি । বসতা কাখৎনরে । অবোইবা ওইনা ইংগ্রেজিদা ঐনা হায়রমই । "ঐখোয় নখোয়গা য়াম্না নক্লনা লৈমিন্নরি হায়বদু কাউগনুকো । সোভিয়েট পাইওনিয়র্সকী নুংশিবা অমদি শান্তিগীদমক হোৎনবা ঐখোয়গী পাইওনিয়ার্সশিংনসু তৌনবা লমজিংলুগেকো।" খ্বাইদগী হেন্না আর্টেক এক্তিভিতিদা শরুক য়ামিন্নখিবা মখোয়শিংদু কন্না ঙমজবী থাদুনা কোক্সিনমিন্নদুনা খোঞ্জেল থোক্লা কপমিন্নবি । অরোইবা ওইনা মখোয অমা অনিদু বস মনুংদা কাখৎলে । বসকী অরোইবা শরীক খীংশ্রে । মতম চুপ্পগী ওইনা আর্টেক থাদোক্লক্লে । অদুবু ঐগী পুক্লিংদা অদুম্মক ফাওদুনা নুমিৎতুদগী ঙসিফাওবা থৌদোকশিংদু নিংশিংদুনতা লৈহৌবি । তশেংনা হেক হায়রবদা 'আর্টেক্কী পৃথিবী' হাযবশে তোপতোপ্পা চপ চাবা সংসার অমনি ।

-: লোইরবা :-






***পুন্সি ৱারী :*** এম : জয়কুমার মীতৈ (জে: কে : লুৱাং) ইং শোক ১৯৫৩ দা কাংমোং মাইহ্নাম লৈকাইদা পোকই। অপোকপা মাইহ্নাম য়াইমা অমসুং অপোকপী শমোম নিংথৌজম ভামাগী মচানিপা অহল্লনি। নাইনিতাললদা ইং ১৯৭৮ দা এম : এ: লোইরবা তুং লাইরবা অমসুং থবক ফংদবগী চৈনা খাংবদা মরুপ্লোয় : থবক ফংদবগী লাম্ছেং চংলিবা ওল ইন্দিয়া য়ুথ ফেদেরেসন থেংনখি। সংস্থানসিগী তার্ম অনিরক ষ্টেট সেক্রেটরি অমসুং নেম্নেল ইজুগেটিপ ওইখি। "জোব ওর জেল ", "এল্টি করপ্সন স্ত্রগল", "মণিপুরি লোল ৮ শুবা সেদ্যুলদা চন্নবা," অমদি " নুপীশিংবু ওৎ নৈবগী মায়োক্তা চংবা খোংজং কয়াদা লুচিংখি। অঙাংলোনগী অমত্তা ওইরবা সংস্থান " ওল মণিপুর য়ং পাইওনিয়র্স ওরগেনাইজেসন (এমিপো)" লিংখৎপশিংগীলক্তসু অমনি। চৈরক্তুদনি মীরৈপাক্তা কোয়রুবা।

নহা ওইরিঙৈ পুন্সি খোঙচত্তুদগী মথা চথরক্তুনা ইং ১৯৮৭ তা সরকারগী মেকোলা গুলাপ হায়ার সেকেন্দরি স্কুলগী জিওগ্রাফিগী লেকচরর ওইনা থবক পুবা হৌরকখি।

নোহাখোলদা চহি ২/৩ সিদা য়াওদুনা ইবগী লম্বীদা খোঙদারক্কি। " নোং ও চুথরো" কবিতা লাইরিক্তা শৈরেং ১০ খুদোল তমগ্রে। মহৈরোয় ওইরিঙৈদগী ৱারেং শৈরেং ইরকপা মীয়ামগী মাংদা লাম্হোক্কদবা কয়া; খবর কাগজশিং, চেফোং অমদি এ: আই: আর : দা ফোংদোক লাম্হোকখ্রবা - নৈনৱারেং, লমকোয়ৱারী অমসুং ড্রমা মচানচিংবশীং নমথোক্রুবা শেম শাজরি।

## নোহাখোলগী মথংগীদমক

১। থাজদনা থাজরম্মে (লীলা) - *শশীকুমার*
২। নুংহীক্রুবা থৱায়গী মপাউ (ৱারী মচা) - *রাধেশ্যাম*
৩। চাগী চীংম্ময়শিংদা কোয়রুবা (লমকোয়ৱারী) - *জে:কে: লুৱাং*
৪। ওন্দবদি য়াদ্দরে (শৈবেং লাইরিক) - *জে: কে: লুৱাং*